**LAMAN—Novel in Manipuri, meaning Vinc**
**tion written by Shri H. Guno Si**
**and Published by Km. H. Surodl**
**Devi of Keisampat Thokchom Le**
**Imphal—795001.**

---

কোঙজবী—হিজম সুরধ্বণী দেবী।
কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকা
ইম্ফাল—৭৯৫০০১।






ভরককত্তবা কোক্তবা।......

মখুম হেকপা—শ্রীজি. ব্রজমনি শর্ম্মা।
খ্বাই নগামপাল, ইম্ফাল।

লাইরিক ফংকম—
কোঙজবীগী য়ুম অমসুং
লাইরিক য়োনবা হুকানশিং

মমাল—[redacted]

---

P  nted at Bhagyavati Ka yalaya, Chudachand
Sagolt

# ৱাহৌদোক

অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মণিপুরদা মীনাই ফুদা লৌংনরম্বগী [..]াই লোইনরম্বগী ৱারী কয়া তাবা ফংজরকই। করি করিগুম্বদা তোমবা মীশিং অসিবু আকবা ফনা ওং-নৈবগী খোৌদোক কয়া-ল্লু তাথি অমম্তুং মহু তারকপা খঙহৌদনা পুক্লীংদা অরাবা, ঙাইতবা পোকখিরমই। লৌশীং তারক্লবা ফাওবদা অকিবা হুমদি কোকলা মঙমখিজে। ইংশামক মীনাই ওইনা মীকপ থোক্লে-সমুদ্র ঈরাংমদগী লাকপা বৃটিশকী। মসিনা অহানবা 'লমন'গী থাঙহৌনি। অনীশুবা লালাওগী মতমদা ইয়ুম-ইকৈ থাদোক্লুনা [..]ত্রমদা লাক্লেজি। চৈরেক অসিদা ৱারী অসি ইবা হৌগচ্চবনি। [..]াইরিক মচা অসিনা ইমারোলগীলমক্তা করিগুম্বা মতেং থরদং, [..]মগী ছাপা তৌরবা লাইরিক মশীং হেক্লংহনবতা ওইরবসু পাংবা [..]মগজা নীংজহনা ময়ামগী মফমদা পুখোকচগে খোৌরাংলকপনি। [..]সি-১ 'লমন'গী লমথুংকমনি ৱারী অসিগী মশাদা মণিপুরগী [..]ীং-তমগী মফম থরা অমম্তুং ঐতিহাসিক ঘটনা থরনা ফুমফম (ভিত্তি) ওইহনা ইজে। কনাগুম্বা লম্লাই ওইবা মীশক অমগী চরিত্রদা তোংহনা ইজবা নত্তে। করিগুম্বা চানরম্বা থোক্লবস্তু মহু চুম্না চানরুবনি থনবিগনি।

ইশাগী পাজল লৈজত্রবা, ইখোঙ নেম্বা অমম্তুং ইরৌশীং লৈজত্রবা ঐহাক্না চহী কয়া চুপ্পা হোৎনজরগা মশক নাইত্রবা লাইরিক অসিমক্তং পুখোকচবদা থরায়না পাবীরগা অশোয় অঙাম তাকপীরবদি ঐগী হোৎনজবগী মহৈ [..] থজগনি। লানহৈদবা য়াওরবসু তাকপীগনি অমম্তুং চুমখোকচনবা থুদোং [..]বীগনি।

লাইব্রিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা ঐবু মত্তে পাংবীথিবা মরুপ মপাংশিংগী মকমদা ঐনা কোকঙমত্রবা লমন তোনশিজরে ; মতুংগীদমক ঐবু ভাকপীয়ু নীজরি।

ইম্ফাল,

কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকাই, শ্রীহিজম গুণ সিংহ

তাং ৩০ মে, ১৯৫৮ ইং।

—ঋচ্চবা—

পম্বৌ লমন শিংসি-শিংঙমদা
পলেম লমন কোকসি-কোকঙমদা,
কত্তি কংনিং লৈদি লৈজদা—
কচ্ছে নখোয়্রদা ঐগী "লমন"।

লাইরিক লেংবা।

হৈচেং হৈকাই ভাক্দা
ভাওজিং হৈপুম কাগে ভান,
পুনবা ভানবা হৈবনা
হৈম্নাং মন্নিক চুম্বওই,—
ভুংগী শাম্নেপ তমজগে
কৈম্নোই লৈকাই মাম্নোক্তা।

# লমন্

## ( ১ )

কাইরেন্ থাদনি—থাশি মুমিংকী অতিংনি, মমনা তক্ তংব্রে। নোংমু খিংলি খিংলি চুরি, থোইনদি কন্দে; মুংশিংনা কম্না শিংপনা মী পুম্নমকী পুক্লৌংদা মতম্ চাদনা অকন্বা নোং-মুংশিং লাক্ব্না মালেম অসি মথক্ মথা ওন্থদোক্তম চিংনহল্লি। অহিংগী শরুক্ অয়াম্বা হোৱ্রে, কনা অমত্তমু মপান্ থোক্লখিব্রে। মৈদিঙ্ নিংথৌরেন্গী সনা শঙাইদা নোংয়াই চনুক্ লোম্বথাইগী লেন্বুং য়েবা মথোল্লা নোং-মুংশিংকী ময়ক্তা লাক্-না লাক্-না তারকই। ইম্ফাল ভূরেন্গী য়েংথংবা তোর্ব্বান্দা, মৈতৈ সনা কোংমুংগী মনাক্তা তাবা হাওবম্ লৈকাইদনি, মৈতৈ নিংথৌগী অচানবা মনাই সেলুংবগী ইথোলমুংদনি, পীরুবা য়ুমদোমপোক অমতা চহী কুনমত্তায়োমতা মত্তাইরিবী মশক মতৌ চঙথোক্লবী মুপীমচা অমনা নৌনা কংজবা মপারি তোমপোক নাওমুন্নি। ওসি নোংমা নিনিসি মঙ্-হা মুংঙাইখিদে, মপাম্বোম্ চোংই; অচুঙৈ পুন্সিগী অহান্বা ওইনা কংজখিবী মমোয়া মাবু থাদোকুনা চংলম্থাইদা পীখিবা খুদোল চাংদম পুম্নমক পীরম্বগুম তৌখি। মতম কুইনা পারি মমোম

কংত্রবদগী হন্দক্তা নৌনা কংজখি। করিগুম্বা অকিবা য়াখল্ অমা খন্বগুম্ ত্তৌই, তুম্বা য়ারমদে। মাংদা থাল্লিবা থাওমৈ মচাহু উরগা অমুক্ অমুক্ মঙ্কাওনরি। মাঙোল্ কাচিন্দা হুইনাও মচা অমদি ইশি শিনা তুম্‌লি—নাওম্না ওইবগী হৌনবা। নোং-জুংশিত্তি লেপ্লা নৈতে।

ঙাইহাক্ নৈরগা মী লাক্পগী শঙম্ তারক্রে। চিঙৈনা থোঙ ইয়ক্রবদা তমুবী ইকিং কিংনা হৌগংলি। য়াম্না লোম্না মপান্দগী কৌরক্ই ঃ—

"ইচে থোঙ হাংদোকউ।"

তোম্বগী খোঙেম্নি খঙলহনা থোঙ হাংদোক্রে। থূনা . য়াংনা তোম্বা ইমুং চঙলক্রে ; থোঙ অমুক থিংজিল্লে।

"অঙাং তুমখ্রবরা ?"

"তুমগ্রে—করিগীনো ?"

"অহুদি য়াম্না ফরে, অঙাং পোখংলে। য়ুম্ অসিদা নমা নচা নৈবা য়াজে। ইবাই লাক্লরোই, কুইখবা য়াবা মতম্ নত্রে।"

"নবাইনা কদায়দা চৎপা তারিবা ?'

"হৌজিকমক্ অরেম্বদি খঙজি চৎপদি শোইত্রে। ময়াং নৈবাক্লোমদা পুরগঞা নীংই—ঙসি হয়েংগী মঙুংদা। ঐথোয়না তারম্মা অহুমক্ থোক্রে। নখোয়বু শঙবা লাক্লগনি।"

চৈরক্ অসিদা য়ুমগী অহোবদা অয়াম্বদা পুরক্পা থাঙমৈগী মুথ্যাল্ চঙলক্রে। ইকিং কিংনা তমুবীসু অঙাং পোখংলে। অহুবু মশা পুম্বা চেংখৈবগুম্ নীক্লে। মপান্দা মী ময়াম্ লাক্পগী শঙম্ তারক্পদা থাওমৈ মুথংলে ; থোক্‌হোবদি নংত্রে।

"ঐগী কি অসি শেংচিল্লো ; শেগারোম্মদা অঙাং পোরগা ঐহাক্ শান্নুনা থোক্‌খিবা তারে।"

"নহাক্কা কমদৌবা ?"

"ঐগীদি অয়ায়বনি।"

অমম্বদা মুপানী 'খিজেং শেংঙিয়ে, অদুগ পোশিয়ে, অচৌবা কি অমা হৈনশিন্নে। থোঙ ময়াদা লেপহল্লে। মপান্দগী "তম্বুবী। তম্বুবী।" অমম্বদা তোম্বনা "খুম্মু" হায়না মচেমদা তাকই।

"করি ওইরবনো?"

"নথোয় তুমজিবরা?"

"তুমজি।"

"তোম্বা লাক্লব্রা?"

"লৈ তুম্নি।"

"হৌদোকউ, ঐখোয় ময়াম লাক্লে হায়য়ু।"

তম্বুবীনা তোম্বগী মমিং কায় ময়াম লাক্লে হৌদোকশিন্নে।

তোম্বনা— "তাদখোয় লাক্লবরা?"

মপান্দগী—"নহাক চংপা য়ারগনি। নহাকপু ইবুংঙোনা ঙাইহৌরি।"

"হৌজিকমক লাক্কবা য়াদে হায়হৌরা? ঐদি য়ায়া তুম্লিং-লেদা। ঐহাক য়ুমলোমদা চংগ্রগে হোয়েন হংলগা মহাক্কি মমুম য়োঙ্গে, হয়েং নোংঙাল্লগা লাক্লগে হায়বীবা য়ারোইরা।"

"হয়েং নোংঙাল্লগা রা কোংগে হায়রবদি য়াগনি। পানা নতপ তরেং ঐখোয় অরেংকী, তাদা খোয়দোংগী তথেন্নে নাচোম অমা, য়ারবরা?"

"য়ারে—ক্রোইবা য়াজেদো।"

"শোইরোই নিঙাইদনা তুমলুরো। হয়েং মঙ তম্নসি।"

অসি হায়নরগা, মপানগী থাউমৈ মুথক্লে, মহৈ মহৈ কম থারম্মে। হুইনাও মচা অহবুনা তাম্বোকশিন্নে। তোম্বনা ইঙ্গিত

তৌহনা মচেমবু মমাংথোঙ হাংদোক্লগা অমম্বা মরক্তা থাদো-রক্রে। কনাস্থ চিংনবা লৈতনা লৈহৌরি। 'তৃমনীংবনা তাওরমারো বা স্নমা কাওবা ওাজনা চৎপ্রে' হায়নহৌই। তোম্বদি মচেমগী কন্মাংজা তৃমিন্না কমহুনা লৈহৌরি।

ওস-মম্বা অহিংদা পুকনুংদা মৈচাক পুরবী, নমদা অঙাং গোরবী, পাঙল শোম্নবী মৈতৈ চমু অমা শঙ্গু লকগী মদোম চিথহৌরবী চেক্লাগুম মপাং কনা য়াওনা মথরাই পুমনা চেনপ্রে।

"লমলৈমা নহাক্লা নমোমগী খুজেং পায়বিনু;
লমজাও কোনবা নহাক্লা ঐগী লম্বী পীবিনু।
পারি কাংদোং কারগা মথোরগী লমন শিংলগে;
তাওজিং হৈরাং তমলগে শিঙেল লৈরাং কংলগে।"

মপুক্লীংদা থুক্লমজরকই--লমশেন তুশেনবা লমগী লাইয়াম কৌহনা। থায়না মৈশা লাংলবদা পাম্বু মাগী থাকচবী থঙ্গাল মানবী মাইথোংদো অমম্বা অহিংনা চুখরে, মুগুক মুনা কাহৎলে। মুংশাথীবগী হৌনবা হকচাং কায়াৎ থুদিংদা হুমাং লৈরিক শৌথরে; থর কুইনা হোম্লক্রে। অকিবা লৈত্রবম্ব মীপাইথীবনা নাম্মদা, অঙম তানবনা নাম্মদা পাইমমুংদা চিংনপ্রে। মঙদা চৎপা মতৌগুম তমুবীনা চেক্লক্লি; নোংচুবা, মুংশিং শিংপা অমত্তা থঙখিত্রে। লম-লৈমনা খুজেং পায়হুনা অহাংবদা চেক্লক্রে, লমজাও মাইকৈ তমহুনা। মচাগী পান্দম ওইরবা হুইনাও মচা অহুনা মমাগী মতুং ইনবগুম মাগী মতুং ইল্লক্লি। অমুক নিংথৌকোন্দগী য়ৈরকপা পুংথোম্লা তাংলৌ মতাং তাক্লকই।

চেনপ্রবী হুপী অহুগী শক্লক শিল-হৌবা তোম্বনা থম্মোইদা পাং পাং চোংইদা মপুক্লীং তনিক তনিকই। নোংঙাপ্রঙৈ তাক্লক্তা কম্নিগুম্বা [illegible]নবা অহু শঙলক্লবুদি মথোয়গী থৌরাং পুম্বা মা[illegible]গত্রা

হায়বগী চিংনবনা মশা মতোমতবু মশানা কাওব্রে। মন্নাইবক চাওরবী মচেম অহুগী থনবদা মথত্তা লৈবা ওমলক্কে। মহাকস্থ মমা-মচাগী মঙ্গং পাংজূসিন্না থল্লকই। অহুবু মানা চথলুবগী মহুত্তা মকম অশিদা অস্থমক লৈবনা হেন্না কান্নগত্রা অমুকস্থ থল্লকই।

মাথন্না নোংথাংগী মতৌওম মিকুপ থরগী মঙ্গুংদা মথং মথং লাক্লি অমস্থং থুনা মাংনা মাওখ্রি। হৌরবা পুন্সিগী থোওচত্তা থোকখিবা থোঙোক পূন্নমক মাগী পুক্নীংদা অম-মমতা মমি তান্নব্লি অমস্থং মরক মরক্তা মুংশা ফুইনা হোল্লি।

মহাক্না পুন্সিগী অহৌবা মতাংদা তমুবীগী য়ুমদা মমা মপা মশক খঙদনা, তমুবীগী নমাদা মপাংগ, মাগী মমা মপানি হায়না নীংখিবা, মচেমনা মাবু মাগী মৌপ্‌ামক্লি হায়না লোম্ননরকপা অমস্থং মমৈ-থংদা মহাকনা করম তৌনা তমুবীগী থোন্নাং মথাক থকনা মপুক্তি লোক্লকপা হায়বনচিংবগী মা হেক তাবা হুমিত্তগী মচেমগী অমস্থং মপা মমা শকথ্রবা অহল অনী অহুগীদমক লমন শিংগে নীংখিবা পুন্নমক অম-মমতা ওইনা নীংশিংলক্নে।

তমুবী মমা মচানু কত্রবা সেলুংবগী মথুত্তগী কনবা ওবগী মুংঙাইবা মরক্তা মপুন্নোইবা কাইনবগী শারবা মাথন্না মুপী ওইবীগী থম্মোইদা মঙ্গম পুন্নমক্তা চাকত্থনা লৈরগদবা অমাব। অহুগী অমুক থল্লবদা থোইনা অশাওবা মুংঙাইতবনা তোঙ্গা লৈবা ওমলক্কে। ইনাক থুনবা মুপা অসিবু লমন থুমনীংবগী মৈন্না অমা তত্তনা কাওব্রি— মহুস্থ অমুক ইংলা লংজন খিবা খওদনা মাওখ্রি। মাথন্না ফুস্ং-নম্নবদা মশাদা অইংবা অপাবা কাওখিব্রে। অস্থপ থেংলবা অহিং অসিদা মশামা তুমনীংবা খওখিব্রে। হুয়েং নোংঙাল্লক্লগা মহাক্না করি তৌগদবনো হায়না তত্তনা থনবা হৌরক্লে। মকম কদায়দা তমুবীনা অঙাং অহুমগা চৎলুগদগে হায়বহুস্থ হংহৌদে। মন্নাং-বকীদমক মমা মচাবু থাদোকথ্রবরা? হেক থল্লবদা অকিবা পোক্লে

কমছুনা লৈখোকপা ঙমখিদ্রে ; পীক্লবা ইমুং অছুদা হুঙৎ-হুন্দা চৎপা হৌরক্লে। মাগী অন্নাবা পূরবা, ফুইনা কৌরকপা মুংশা শ্বনা ইমুংগী মচি খুদিংদা খোঙ্খাং য়ৈরম্বি। মুংশিবা খঙদ্রবা তাইবংপান অসিদা মমা মচাবু কনানা চঙক্কম পীবিগনি. কত্ত্রল শাহিং চাবা শা ঙাগী মচিন্দা তাত্তুনা, অয়েম্বদা কনবা তৌরুবদগী ম্নাংনবা ওইতুনা তোক্লগত্ত্রা চিংনরুকই। খল্ল খল্লুরগা মিপাইরক্লে। মতোমতা খনবা হৌরক্লে—হৌজিক মহাক্না মচেমগী মতুংইনবা তারবদি কমদৌবা, মখোয়বু তানগদবা কদোমদনো ! কয়ম্বা মাইকৈ তমনা চেল্লমগনি.! কনাগী মুমদা থুংলমগনি ! হিংতুনা লৈরম-খিগদরা ! কয়ম্না মকম অসি- খাদোকনি —অসিনচি.বা !

খোক্লবা অমা লাক্লসনু মখোয়বু থিক্লগে লেপ্লে। মনিংখোঙ তান্না লাক্লে অছুবু খোঙ হাংবা ঙমত্রে মথুৎ নীক্লে। "কয়িগুম্বা খোঙশঙবা লৈরম্লবদি কমদৌবা," অমুকন্থ খল্লকই। তুংদা হক্লে, মুক্নাগী কিজেং শেং, অমম্বা ইমুংদা খুৎলাই অমত্তং ফংবা ঙমত্রা হায়তুনা কোইমা মারক্লে। কাইনথংদা শীংজং অমা থেংনরে, শীংজং হিক্তোক্লে। শীংজংখোক অছু পায়তুনা মনিংখোঙ তান্না লাক্লে।

অশাওবনা মশা থুমহৎলবা, মমা মচাগীদমক মুংশাথীবনা লুতোন শাৎলবা তোম্বনা খোঙ মনাক্তা লেপ্লুনা লৈরে. মন্না চিক্লে, মুংশা শ্বর থিংলে, তপ্না পৌরোন শৎলে. খোঙ হেক হাংদোকপমত্তদা মী অমা তুথরকই—ঙাইহাক উইরুবা খোঙ শঙবা ওইরমাল্লে। থুনা য়াংনা তোম্বনা তুথরক্লিবা নিপা অছুগী মচিন মেনশিল্লে। নিপা অছুম্থ পাঙল থেক্না লাউগে হোৎনরুকই ; অছুবু পুক্নীংদা অশাওবনা মৈচাক কল্লবা, লমন থুমনীংবা ব্রাথলনা শিয়ুলি থুদিং কাওরবা তোম্বগা লানবা পাবা মতিক নংখিদ্রে। [illegible]খিবা খোক্লবদি, শোয়দনমক মাঙবা তারে হায়তুনা তোম্বনা

মচিন মেনশিনবগা লোয়ননা মুপা অচুগী চরম পায়খ্রে ; পাঙল থোকহন্দখিদ্রে। অশাওবনা হেনখিবনা করি থোকখিবা খঙখিদ্রে, ম্রিকুপ খরগী মরুংদা, মুপা অছু লেকথখ্রে ; লেকথরবা কাওবদা কম্মুক থাদোকপা তৌখিদ্রে। মুপা অছু লেঙখিদ্রে, লৈমাইদা তুথখ্রে। তোম্বা হন্দোকুনা লেপ্পী, করিম্মু তৌরক্ত্রবদা মপান থোক্লক্রে ; থোঙ ঙাশিল্লে ! মনিং পাংনা লাকুনা শমবল রাম্মো লানখ্রে, মাইকৈ খঙদনা চেল্লক্রে—মুংশিংকী মমাং থাক্তনা।

সোরোক পম্লিং য়ৌরক্লবদা ঙাংনখিবা মকম অছু তাম্না চংলম-পত্রা থল্লকই মচেমত্থু। চঙজকম লৈত্রবী, মপুম্রোইবগা কায়নরবী মহাক্না তাইবংপান অসিদা কনাদা চঙজকম থিরগনি ? তশেংনমক মাগী হায়বমক্ত্ববু মপুম্রোইবগা, মৌপ্রা শক্লবা মহাকা, মপাগী মঙাই ওইরম্বা কবুই খুন অমগী খুল্লাকপগা অতম আস নত্তনা কনা অমত্তা লৈজত্রবীনি। থোক্লবা অমা লাক্লনি। মনিং মাইকৈ তমচুনা তাম্লগে খন্দুনা নোংচুপ ওন্দুনা চেল্লকলে।

মাংথানা চেনখিবা তমুবীনা আকিবা মুংশাথীবনা মঙম-শানবা ঙমখিদে। মহোশানা পাঙল শোল্লবী, মুংশাথীগলরবী মুপীমচা অমনা কিঙম অসিদা কয়াবু কম্না চেনগনি ! হায়না হায়না খুল অনী অছম লাম্বোকখ্রে। তুংদা শাদানবনা তাম্লরবী শক্তী অমোম-শুম মথাদা মচা কোন্দুনা অমম্বা অহিংদা মাইকৈ খঙদনা মৈতৈ লৈবাক থাদোকলগা চীংদা তোংবা, মপাগী মঙাই ওইরম্বা কবুই নিংথৌগী মকমদা মাগী চঙজকম নীরগে নীংলকপনি। অছুবু লম্বীদি কদোমদা ? নোংচুপ হায়ম পাংবদা চীং লৈবাক অমদা মপাগী মঙাই অচুগী লৈকম্নি—অসিনা লোইরে মানা খঙলিবা হায়ববু।

খুদোংথিবদি চৌনচুনা লাকই হায়বঙম মহাকী অরাবা খুদোং-থিবগী অরোইবা লৈখিদ্রে। নাওস্না ওইরিবা, মীয়োবু ম্থিবা

অঙাং অহুম্‌ অরাম খোঁরাংজনা খোঙ্‌থাং য়ৈনা কপলকলে। নোংনা মশা পুম্বা চোৎলবদা মিংথম্বনা থক থক নিকলে। অহাংবা, মীচিক মীরাওখোল তাক্রবা লমহাং অতুদা কপলকপা অঙাংশ খোজেল্লা তাংথক নাইদনা ক্লাওথোকখ্রি: অরাপ্পদগী খোঙ্‌থাং য়ৈরকলি। অঙাওবী, ওইরবী মমানি অহুবু মচাবু হাকম্বদা খোঙথাঙবা ঙম-খিত্রে; চপ লেপলে. নাহোং থোকলে; মনঙন্দগী পাম্বি নাওরা থারে. মতম্বাক্তা পমত্তনা খোম্লাং ইনবা হৌরক্লে। অসাই মথৈ য়্যাওই থঙলমদবা হুইনাও মচাহ্‌ মমা মচাগী মমাংদা মমৈ হাইবত্তনা লেপ্লরে। ভমুবীস্তু ইঙক ঙকত্রে, মিৎলু চাংজো অনীদ: ঈহৌরকই-ঈচেল কল্লবা তুরেনগুম। হায়রকই:—

"শাগী জাত্তা পে কলবা, ইচাগা পাংথক ওইরবা! নমা নপা কায়নরবা নহাক্সা ঙসি ইমা ইচাগী ইতুং ইংকলিবদি অরাবা শকক য়্যাগে নীংবরা। কনা লৈত্রবনি হায়ত্তনা ঐখোয়বু ঙাকশেনবিগে থনত্রা? চংলকউ লাও নংস্তু ইচাগা পাংথাক্ল ইমাগী তম্পাক্তা কমলো লাও, খোম্লাং ইনগে ইমানা।" — মীরোল থঙত্রবা, শাগী জাত্তা পোকলবা হুইনাও মচা অহুনা মমা মচাদা চাগদোবগুম শংক্লিক য়েংলকই। নাং লেপত্রে মুংশিত্তি লিরি লিরি শিংলি। তাইবং ইচিক্‌ হুম্লকই। তাংথক নাইত্রবা অতিয়াগী মকোয়দা মশীং লাকঙমত্রবা থরাম্মিচাকশিংনা ঐখোয় লৈরি হায়-বগুম ভগুপ তগুপ ঙাম্মোইরি। পারি কপ্পা তোকত্রে। মমা ওইবীগী তম্পাক্তা য়্যাতাজবা ফংলবদা করম্বা মচানা অরাবা কোক্তবা লৈবগে? পারি নাওরাহ্‌ ইশি-শিনা তুংথখরে। মতম অসি-মক্তি হৈবী মথোঙ লাম্মোকখিত্তনা মচিন মনাও চীংলক য়ৌরক-লবনি।

নোংঙাল্লমদাইগী য়োনা মমশিল্লকপা মতমনি; নমদা পারি অমুক পোথংলে, মাংদা খোঙকাপ য়াইরক্লে। মহৌশানা অদা

অনংবতা মায়োক য়াহুনা লেনজয়কলবস্থ, চাদ-থক্তবগী মৈচাক কয়া কংলক্ত্নস্থ লমশাং চৎপগী খুদোংথিবা অসিদি কৈদৌঙেস্থ থেংনজয়কত্রিবীনি। চুম্নগী লম্বী চৎপা অমা ওইনা য়ৌবা মতমদা য়ৌগনি হায়বস্থ নত্তে; পে'দগী নাম্ভোকলওলবী, পান্মু মাগা শেৎনরবী, অরা কোকথোং পুরবী, ভুংদা শাদানবগী হুইনা থোঙ্গুন লীরকলবীনি। মিপাই থীবনা মিং-না তথক তথকলবীনি; মতম্না অতুপ থেংজিল্লকলিবা মখে মিপাই থীবগী চাং হেন্নংত্রে। নোং-ঙানগদবস্থ থোম্না শাপত্রে, মতমগী থোংচৎকা তান্নবনা মাগী শিম্থা ওইরকৎ। পুক্লীং কল্লবী মুজানি, য়েরা য়েরা চাওবীনি। হৌজিক ফাওবা ইল্লি কুইনাও অতুম্ন ইনশিল্লুবা য়'ওদনা ঈখঙ খঙহৌদনা শউম অমা তারকই - অনানবা লম্বী মথক্তা শাফু কয়া চেল্লকপা পাঙ্গল চাওবা অমগী, তমুবী লেপ্লে। পুক্লীংনা মঙম শানত্রে। পাখৎ চাওবীনি—চেংখৈৎগা মান্নরে, অসুকী মতিক নীকখরে— পারি নাওরাতু ভুম্বা য়াথিত্রে।

ওপ্তোকপনি পীকলবা হুইনাও অতুনা ভুংদা মতুং ইল্লকলিবা শউম চাওবা লমলানবতু থেংনরগে মতাঙম নমায় ওন্দুনা লেপই। মমিৎ মনা মুংহুনা, খুমাং হোংনা থোঙ্গেল পীকলবা হুইহুনা শাংনা শাংনা থোংলকই। মপী মপা শকলবী তমুবীস্থ মাংদা চৎপা ওমথিত্রে—শোইত্রে মাগী মতুং ইল্লকপা! নোংথাওগী মতৌঙম শউম অতু চঙশিল্লকই - মনাক য়োশিল্লক্লে। পীকলবা হুইনাও অহুনা মপা চাবা থিদনা লাকলিবা অদোমদা মপাঙ্গল থেল্লা চোংশিনখরে।

কনানদি খঙগনি। ফংগে হায়না তাল্লকপা মথোয়গী অরা-বদা য়াওনীংবা, চোরবা মতমদা মথোয়বু ঙাক শেল্লকপা, মাগী থোম্লাং য়থাক্লা হুিংলক্লবা মৌপা শকলবা তোম্বনি হায়বা কয়ম্লা খঙগনি। মাগী মহুৎশিন্দুনা লৈহৌবনি। অমুক হন্না লাকনি

হায়বা করম্মা থাজগনি? অমম্বা মরক্তা মিপাইথিবী মচেমদি মাবু মশক খঙখিদ্রে। হুইনাও অহুম্ চোংশিন চোংশিন খোং-লকই। তমুবীনা হায়রকই :-

"খোঙুম লায়রা নহাকপো? নত্রগা ঐগী খোঙুল লীরক-পরা?" তোম্বনা মচেমনি হায়বা খঙলবমক্তদা পাক হেক হায়-লোকপা ওমখিদ্রে, মুংশিংকী মমাং থানা মুংশাথীবগা লোয়ননা তাল্লকপনি। মচেমবু ফংলবদা মুংঙাইবনা থুমহৎখরে; খর হোল্লোকপগা লোয়ননা হায়রকই :—

"ঐহাকনি ইচে।"

তমুবীদি মঙ ওইখরে, মশা মতোমতা থাজবা ওমখিদ্রে, থাজকমস্তু খোক্তবনা। মুপা অহু শোইদনমক তোম্বগী মথক্লাই মমিন-মাগী মীনম্বা অহু খঙলকলবদা মহাকপু খোঙ শঙবা ময়াম্না অঙাং ওলহনপ্রহুনা মমা মচাবু মুংশিবঙ্গী মহাক্কী মথক্লাই মমিনা মকম অহু তান্না লাকলবনি। তোম্বনা অমুকম্ হায়রকই :—

"কৈদৌরে ইচে তুমিন্না লৈরবদি? ঐহাক্নি—তোম্বনিনে। নমা নচাগীদমক খনবদা ইথক্তা লৈহোবা ওমজহুনা নখোয়গী নতুং ইন্নক্লিবনি।"

মচেমদি মাগী রাহু অমুক তারমদ্রে, লৈমাইথক্তা তুখরে, তুমিন্না লৈপ্রে—লেঙখিদ্রে। তোম্বনা ইফিং ফিংনা মচেমবু কোন-খৎলি। হকচাং কায়াৎকী অন্নাবা চৈনাখোলমকপু খাঙবা রারবী মহাক্না তুংদা শাদানবগী শঙম লাংলবদা লেপচৈ হায়বতমক ঙাই-রবীনি, মুপী ওইবীগী পুকচেল্লি খাঙবা ওবম চাং হেনখিহুনা অঙাওবীগুম মকম খঙদনা রা অমা কাও ঙাংলমদনা তাইবং তাইওরখরে। তোম্বনা হন্না হন্না মচেমবু কৌরকই; তাখিদ্রে। মাগুলে হায়হুনা নবদগী অঙাংহু থারগা মাগী মমজন্দা পোম্শিনবিরে;

মচেমবু ফৈবঃহূনা উখা-ৱাখা নোংলংখিদবা লম যচেং অমত্তং ৎংবরা থিরকই। তইনাও মচাহুসু কোয়িন ইললি। লাইনা কুবগুম মনা পুংলবা উপাল অমগী উখোং থেংনরুরে। মথ্মাংদা য়েংলকপা ঙ.বাং অহু তিংথোকলে, মচেমবু তপ্না থাবিরে। শুক্লা মস্থা অহিংগা ওইবনে. মশা মথন্তগা ঙাইবনে, পুক্লীংদা নুংশাথীবগা পোকপনে. তোম্বসু মকম খঙখিত্রে। কাম্নররোই হায়রূনা মচেমগী লৱাই কোইরেন খোবুম থগ্ন উমঙে মশীং খঙদনা কামথরক্রে। হম্না হম্না কামথরবা তুংদা শ্বর পীক্লা নাহেরকই। মহু তাবদা তোম্বগী পুক্লীংদা খঙহৌদনা মুংঙ ইবা অমা ফাওরকই, মচেমবু য়াম্না তপ্না কোরকই। ঙাইহাক লৈরগা লোশীং তারক্রে. মমিং পাংথোকলক্রে।

"ঐনিনে ইচে।"

"উ- ঐহাক খঙলে. অঙাংদি?"

"ঐনা পোরি।"

"ইচেম হৌগংকে, মতম অসি কয়াম থেংগ্রে?"

"নোংঙানপদোরক্রে হৌগংপা ঙমগত্রা?"

"ঙমত্রা যেংগে?"

মসি হায়রগা ঙম্না হৌগংলকই। অসাই মখে লমশাং চেল্লকপগী অরাবা হকচাংদা ফাওরমদে, মোপ্না শক্লবা তোম্বনা মনাক্তা লৈববদা পুক্লীংদা রাই শংবগা লোয়ননা হকচাংগী অরাবা হেল্লকই।

"নহাক্লা কর্মদৌনা লাক্লিবা?"

"লোম্না চেল্লকপনি—ইথম্তা লৈহৌবা ঙমত্রহূনা। কবুই নিংথৌগী নাক্তা চংকদবা নত্রা?"

"মানি; নংভু ঐথোয়গা লৈরগত্রা?"

"মহু কোন্না খন্নসি। চৎলসি, ঙমত্রা য়েংউ।"

মচেমবু শৌরগা য়ান্না রানা লেপখৎহল্লে। অহুবু ইপাই হৌরে; খোঙ থাংবা ঙমদ্রে। তোম্বনা কান্নরয়োষ্ট হায়হুনা অঙাং অহু থারে, মনঙন্দা মচেমবু পোখৎলে—অঙাংবুনা থাদা কোল্লে। অন্না অনা কাওব্রবা অকিবা খঙত্রবা, মপাঙ্গল চাওরবা, চীং নিংথৌগী মঙংনি, নোম্না নোম্না চেল্লকই।

চিংথৈ কিহুপ হুনগদবা মাল্লকলে। হৈনম লৈনম কাওরকলে। অরাং পোম্বী লিক্লানা মালেম লৈমাই তল্লক্লে। লোক্তাক ঈপাক্তগী হৌরকপা, শিঙেল নাওরা খময়িনবা, লৈয়াং তোমশাৎনহনবা নামিবী মালংবনা অরাং পাংনা কারকলে—লিক্লা ওক্কে নীংহুনা। মাংথানা য়েংখিবদা কান্নন লাকত্রিবা শামু লমশা ময়ান্না য়াথিল্লগে ঙাইবগুম চাওরবা চীংশাং পরেং অমা অরাপ্পদা উরকই। উনা উনা থাপ-তোকপ্রি। য়াহৌঙনবা চেক্লানা য়াওনবা মথোন তারক্লে। তোম্বনা হায়রকই—"ইচে, মতম্না হানজিল্লক্লে। ইচিন ইপানা তপাহৌরে। অমুক চৎলুবগী কান্নদ্রে, নোংঙানবনা হান্নগনি। মথা পাংনা উপ্রিবা চীং মচা অসিগী নাপোমদা ঙাইহাক্ মতম লেল্লুসি, হুমিং চায়রক্লগা নখোয়বু অমুক থিল্লমগে—করি হায়বগে?"

"এঁৱোন্দা অমুক হংত্রবসু নহাকনা খোকপা অসুম কৈ হায়রবহু ইমা ইচাগী অকবনি।"

"করে অহু মঙাইরে।"—লৈমরাম খুন য়েংওইননা লম্বী থৈখরে; মথা পাংনা শমজিনপ্রে; চীং মচা অমা তমহুনা। চয়ে ক্লিবুম তাখৎলে, হুমাং লৈরিক কারবহু চরৈ মচি লাংখিল্লরে। অসুম্না লাকপনা চীংথোঙ মনাক য়ৌশিল্লক্লে। মতম অহুমতুদা চেল্লা পাওজেল তারকই—ইন্নুং সোরা তৈবগী। তুং হন্না য়েংখিবদা হাওরৈ নোংপোক পাংবদা ঙাংঙানবা মচুনা চিথৈ কিহুপ

হল্লকই, কোরৌ লম্বী তাল্লক্রে। চীংখোঙদমক লৈবদি কস্তে খল্দুনা মাপোম মচা অমা তমহুনা খুকউ শৌহুনা কারকই। উপান-রাপান পুম্নমক তুমিন তুমিন লেপ্লি। লৈরাং পাম্বী কয়ানা হল্লাও হল্লাও ওক্লমলি। নোংপোক চীংদোল থক্তগী কোরৌ মমি ভাররে নোংপোক চীংমায় অসোমদা।

"ইচে। ঙসিদি মকম অসিদা লেল্লসি।" তোম্বা লৈমাইদা কমথগ্রে, মচেমবু হাম্না থাবিরে, উকৈ অমদা মোন থাঙহল্লে। মচেমগী নাক্তা অঙাং অহুসু থাবিরে। হুইনাও অহুসু কুনগ্রে।

# ( ২ )

নোংঙাল্লে ; সনা শঙ্গাইদগী য়েন্নকপা নোংঙানবুংগী পৃংখোন্না সনা কোল্লুংগী অকোইবদা তাংথক নাংদনা তাওথোক্লকই। নোং-পোক মাযোক অপানবদা কোরৌ মঙান থাগুরক্লে ; নাওরা ওঙবা মতৌনি, ঙুংশিরে মতাংদো। চেক্লা শঙ্গু পাইরকই কোরৌ মংবু ওক্লবা ; হৈরাং লৈরাং পুম্নমক ঙম্না মমিং পাওলক্লে। অরাং পাংনা কাক্লবা মাঙংবস্থু খোঙদারে ; কনাগুম্বী লৈরাংগী খোইমু শউম ফংবদা ইকায় ফিক খুমজরি। তোমশাংনবী লৈবাংস্থু লৈরাং লৈশাং ফারকলে। মালংবা মকাদা শিঙেল লৈনম থারকলে— মথংলেন মকা য়োনবা। সেলুংবগী ইখোলদি মহৌশাগা মান্নদে ; হৈরং লৈরাং শাংখিদে, শাংলবস্থু নিংখিদে. শিঙেল লৈখোঙ খরদা লৈরাং চোইনা কেল্লুরি ; লৈরাং লৈপাল অপুম্বা মায়থোং লৈদা লুকপ্রে। ওরাং পোম্বী লৈরাংদো ওসি শাংনি খল্লম্বা শিঙেল নাওরা চাওঙমদরে। ইন্নুংবা সোরা লৈরমদাই নোংমদোন লাইজ লিক্লানা লৈরাং লৈশাং তমলুবা খাবা উল্লেন মওইরে। লৈহি পাম্বা খোইরাবা ওরাংগুম্না লাকখিদ্রে ; ঙুংশিং লুংশা লেপপ্রে। মহুমদগী

তাম্মোকপিরবা চেক্লানা খাংবগুম চেক্লা খোজেল তাব্রকলে। মুংশিবা মতৌ লৈখিদে ; মহৌশা শককম চোংথ্রে।

সেলুংবগী মনাইশিংস্ অহিংগী শরুক কয়ামুক মিশেন থাংলম্বনি ; অহিংগী অরোইবা শরুক্তা মীচং মীখায় নাইত্রবা মহৌশা খুংশেয়া মখোয়বুস্ কোক্লম্মী। অতুং খোকত হায়রবত্না পুক্লীংদা চিংনবা লৈতনা মহৈ মহৈ য়াতানথি নিংথম্বস্ লোয়ম্বিতে কালেন মৈশাস্ লাংক্লিতে মরকনি খোমলেন তুনথু হুনবদা অন্না-অনা কাওকনবত ওইখ্রে। নোংতানপাবরকপাকাও মুনিদা অতুদা কবি খোকথিবগে হায়বা থঙনবমদে ; নোংতাল্লকবদা মখোয় ময়ামগী মরক্পী অহন অমনা হৌদোকলকই।

"অতোন-খোয় তারিববা—নোংতাল্লে হৌগৎলাসি।" খরনা মামৎ নোইরি, খরা অম-া যাওনশুমবা চোংনরি—তুমশিং কাদবগী হৌনবা নহা খরা ওইবা অমনা মানংথোঙ শঙথিবা মুপা অত্তুবু নীংশিংলকই

"ঙাধন ইনাও অমুববু হৌগৎলরিব্রা ? মরা মপাঙ অমতা শাখিত্রে।" "কদায়দা হৌগৎলমগবনো" হৌদোকলুগে হাযত্না ঙেনখাদা খোকলকই ; কনাস্ লৈরমদ্রে।

"ইনাওশা অমুবা লৈত্তেনা !"

"খোঙদি ঙংত্র তাধন ?"—মহৈ মহৈ হৌগৎনরে।

"খোঙস্ হাবা উদে য়েংলুসি।" ময়াম্মক মরি মরি লাক্লে ; খরা অমনা মমাং থাঙদা তমুবীবু কৌকরি শাওথম পীরকাখদে। মনিং খোঙ কাখোক্নুনা লৈরম্লে ইল্লুবদা মথস্তা হাংদোকচরে। অমুবনা ইশাং শাংনা উপ্না তাহুনা লৈরম্লবদা ময়াম্মক তুংদা হল্লোকনৈ। অহন অহুনা ইমুং চঙলকলে, কনা-মতা লৈরমদ্রে। অমুবস্ লেঙথিদ্রে, তশেংনমক মথাই য়াওদবা হকচাংনি। ময়াম্মক ইঙক ঙক্লরে। অমনা হায়রকই :—

"তমুবীনবু অশুম্না ওমগনি থাজদে।"

"অহুদি কনানো?"

"সেলুংবা তায়বদি কমদৌনি?"

অহন অহুনা হায়রকই,

"কায়দে ইনাওশা নখোয় অমা চেন্নু, ইঙো সেলুংবদা তাকলু।"

কনা অমত্তুস্থ চৎপা ওম্নদয়ে; পুম্নমক মমায় মকশিল্লে।

"অহুগা চাওবস্থ লৈবয়া য়েংলকউ—ইয়াওস্থ খওলকউ। মুপীমচা মানবু অশুম্না ওমগনি থাজদে। কনাগুম্বা অমগী থৌরাংনি তোম্বস্থ কৌরুচো, থিল্লবনি।"

মহে মহে চেন্নখিহুনা অহন অহুগা নিপা অমগতা ঙাইহৌরে। "তাধন অওকপনিদকো থৌদোক অসি। ইঙো সেলুংবনা হুংলগা কল্লি হায়না খুমগনি?"

"ইনাওসিদি ঐখোয়গী ইয়ান করিস্থ লৈতে। ঈশ্বরনা তম্বা লাকনি। ঐদি তোম্বনা শিনব্রা নীংই। ঐখোয়না মহাকপু থাদোকলুবা ওম্বোক্লা লানপ্রে!"

"কল্লিগী!"

"নখোয় তাস্ত্রিবরা তোম্বগা তমুবীগা অনী অসিগী মরক্তা কল্লিগুম্বা মরী অমা লৈনৈ হায়না খায়না ঙাংনৈ। তোম্বা লাক্লগা খওগনি।"

"মুপীমচা অসিদা সেলুংবগী মিক্লেং চওব্রা হায়বদি ঙাংনবা য়াওই, তোম্বগদি খওদে। মপূয়োইবা নীংবী মুপীমচা অহুনবু।"

"মকোক্তা মশম হৌবা মীবু কনানা থাজবা ওমগদগে? তোম্বস্থ নহান্নি ইঙো সেলুংবগী মনাই ওইজে হায়বতনি অয়েবা মীনাইমকস্থ নত্তে। তমুবীস্থ পানা মচানি। মপাহু খওব্রা মীনা শকখও মায়খওনৈ; নিংথৌগী মনা মথুম চাখিদে হায়বতনি।

ময়ামবক থীবদগী নোংখোনবনা মশাগী রাশক ঙাকপদগী ইমুং অসি য়ৌরকপনি. মীনাই ওইখিবনি।"

"অদুবু চাওবগা পুকচেল খোইরেল তিন্না লৈবা উই। মঙ্গলাংগীদমক মীনাই শিন্দা কোন্নবদা মাওদুনা লৈবা নত্রা?"

"মুপীগী অয়াংবা পুকচেলবু নং ঐনা ওনবা ঙম্বা ইভিন্না?"

"অদুবু তাধন মুপীমচা অসিবু অন্থুপ চেকশিন্না ইংঙো সেলুংবনা হোৎনন্নিবসি করিগীনো?"

"মরম লৈ—নখোয়না খঙলোই। অস্থমক তারকখিগনি?"

কুইদে নিপা অমা থুংলরে। তোম্বা লৈতে, থিবা খঙদে হায়না তাকলরে।

"খঙলরোই অতো ঐনা খল্লম্বা শোয়ত্রবনি।"

হায়নরিঙৈমক্তদা ময়াম লাকপা উরে, ইঙো সেলুংবসু রাওরক্রে; অশাওবনা মাংওইনরকই,

"অস্থুক রাম্বা মী লৈববু অন্থুপ লাকচহনগ্রবনিকো; ময়াম্বক করি অমত্তা খঙহৌত্রব্রা?"

অহন—"ঐখোয়মসু ঙাইহাক পোখানরুরে।"

"তাদা ঐদি ভুম্মুচো হায়দুনা ময়াম্বু থারকপদি নত্তে। ময়াম্না শোয়রগা মহেনা ঐনা ফংজরবনি।"

"হোয় ইবুংঙো; ইয়াম্বনা লাল্লবা হায়বদুনি। ভুমনীংবা হায়বা অসিসু তাকলম্বদি নত্তবদুদা ননাইশিংনা শোয়গ্রবনি।"

"তোম্বদি লাক্লিব্রা? কৌরক্রিব্রা?"

"ননাই থিবা খঙদ্রে।"

"উম শোইদে নহা অদু ঐনা চিংনরকপা কুইরবনি। ঙরাং-মক্তদা চুমতা ঐখোয়না শোন্নবতনি মহাক্না কন্দাইদগীনো হেক্তা

তারম্মীবহুনি। তাবদা নত্তনা মহাকস্থ শঙবা যাওগনি হকমক হায়রিবহ্নানি। মহাকপু ঐগা উনগল্লু হায়রগা উম্নহন্দনা থাদোক-প্রিবা অসিন। কমাননো ?"

"থাবদি ময়াম্না থাখিবনি, অদুবু মহুস্ন ঐনা তারে।"

"তাদা ক্লা অমদি হায়জগে মসি নীশ মীনা য়াওরবা কো ?"

"চুম্মী ইবুংঙো! পুম্নক অসি ঐখোয়গী থওইদবদগীস্থ থোকখ্রে অদুগা মক্কাদ তোম্বনা তশেংনমক ঐখোয়বু হাংপনি।"

"কান্নদে পাও অসি সনা কোম্নুংদা তাকন্নদবা যাদ্রে অদুগা তাদা মাইকৈ থুংনা পাওজেল্লু। ঐখোয়গী মীস্থ থাখো তোম্ববু থিহল্লু। অশিবা মশা অসিস্থ লোইশিনবা যাদ্রিকো।"

মহাক্কী পুক্নীংদা লোম্না লিঙখিবা রাখলগী শঙলেন অদু ওসিদি থাম্বী মৈনা চাকখ্রে। মঙদা সনব্রিক শিরম্নগা তাইবং মঙকাওনবদা ইহাং হাংনা লৈরম্বগা মাম্নখ্রে; মশানা মশাবু ইকাইজরহুনা অমস্থং কান্নদ্রে নীংলহুনা সনা কোম্নুং কান্নবা থৌরাং লোইখ্রে। অসোমদা অহন অদুনা মনাওশিন্দা তোম্ববু থিরুনবা মথং মথং শিস্থা পীখ্রে। সেলুংবগী মচা মনাই পুম্নমক ইরাঙ লাঙনখ্রে। শিরিবা মুপা অদুগী কমুংদস্থ পাও থাখরে। সেলুংবগী অশোম্বী কাওবা মিপাইবা যাওখ্রে। অদুবু মহাক্কীদি মপুক্নীং রাই শংজরগনি।

পুম্নমক অসিগী মথক্কা চিংনবা মুংঙাইতবনা থম্মোইদা ওম-চাকনরিবদি তমুবীগী মপুম্নোইবনি। চাওবগী থাইনা মচাক কংলবা থম্মোইদা নৌনা মৈচাক হাপলকই, মরান লৈত্রবী তমুবীবু চিংনদবা ওমখিদে, চিংনহুনা মরান পীবস্থ ওমখিদে। ইঙো সেলুংবগী থৌইনশিল্লা থোকপ্রবরা নীংলকই অমুকস্থ রারোইজে মহাক মশাবু পংমল্লি হায়রহুনা, তোম্ববুস্থ রারোই, শেন্নাম্নবা রাখলগী মখা পোনখিহুনা। কনা অমত্তস্থ লান্দে, তৌইগুম্বস্থং কনানা লান্দে খঙগনি। মতম্না,

শাজংনা, তুংদা থোক্লগদবা থবক্লা মশা মশাগী মরান লৈতবগী তাককম থোকপা মশানা তাকচরকপা হায়বত্থু মঙাইরে। লৈকাইনা ঙাংনখি—তোম্বনা তমুবীগীদমক্তা হোৎনবা হাকমল্লি হুয়্যনা ; মচেম শক্লবী অতুগী খোম্লাং মথাক থক্নুনা মগা অমত্তগী মতম্বাক্তা য়াতাশিল্লরূপনি হায়বদি কনানস্থ খঙবিদে ; খঙলবা কাওবদস্থু মহৌশানা মরান থিবা হৈবা ওইবনা অঙানবা শকক য়েংবিদে, ষমম্বতা থিজনবা পাক্লৈ। চাওবদি খঙই কনাদগী, তমুবীদগী, তোম্বদগী ; লৌতুনবস্থু ওইবা য়াই মশিংমক্লদি উহৌবা নত্তবনিনা। অস্থুন্না খল্লবদি চাওবগীস্থু মরান লৈতে তোম্বনা অমুক মচেমগী-দমক মাগী মথরাই কৎলগা খোম্লাং লমন শিংলুগে, তাইবং কাওবদা ঙায়রিবা পাবি নাওরা কল্লমগে খল্লম্বনি। অহুবু কনানস্থু খঙবিদে খঙহন্নবা তাঙ্গাস্থু পীবিখিদে।

কুপ্পা লৈশ্রব, লৈরোন চনবগা মম্লপ্রবা রাকম অদু চাওবনা খনবদা অরুবা পাংখোংগুম থাকখ্রে। হৌনশা মীওইবগী মুংঙাই-তবনা মপুক্তা অরাবতা মফাওরম্মী। মুংঙাইতবা অসিগা মরম ওইছুনা অমবোমদা মাগী পুক্লৈংদা রাইশঙবা অমস্থু ফংলম্মী। মাগাদমক, নোংজু-মুংশা খাঙলক্লবী মহাক্তনা মুংশিজবা ওইরবস্থু অতুগুম্বী মহাক্লা মশাগী ওইজবনি খন্দুনা মশামক্লা পাঙথোকচগ্রবা থবক অতুগীদমক করিগী মুংঙা তফম থোকপগে—মাগী অরাবা কোকখিবগীদমক অমস্লুং নীংবা থুংজাখবগীদমক মুংঙাইকমতুম থোকলব্রা খল্লুহুনা। অমুকস্থু হেম্না মুংঙাইখি—ইঙো সেল্লুংবগী মতৌ অছুদা। অদু ওইহুনস্থু পারি নাওৱা অতুগীদমক্তি রাদবা ঙম্লক্কে। মমিত্তগী মপি শিম্বরকই। মচাগী মশক নীংশিংলুবদা মুংদা ওমহুনা চাক্লকই। অসি ওৱেকো মীওইবগী মপোক হায়-বসে! মৈতাম্লা রাইথিদ্রবা কাওবা লোইবা নাইত্রবা, খঙবা ঙমদ্রবা থুংশিন মতুং হনবা নত্তনা কনানস্থু শিনবা ঙম্লদে, তাইবং লাইযুগদা তাম্রিবা পোগী মরোল লৈতে, লেপ্পা ঙম্লদে ; অসি মঙায়।

"কাম্বদে—চংপা মতম ওইরক্লগনি নহাকী নথৌ লোইথোক্লো ; লাম্রগা উম্বরকনি।"—অমনা হৌদোক্লকই।

"মানি তাদা অহ্ মঙায়রে।"

মংং লৈবাক তাম্না চংকদবনি, হল্লকপা হল্লক্তবগী মাদি ঈশ্বরনা তম্বনি। মীবু অসি য়োনা তোম্না শা-ঙাওম শিজিন্নব্রে, মমল পীহ্না লৈবা য়াবা পোংকা মাম্নন লৈখরে। মীনাই ফুঙ্গা লিংদনা অতোপ্পা পাম্বেনা মীগী পুন্সি লেম্নবা কন্নিঙস্বা অমা লৈত্র-বন্না? মতম্না তাক্লরবা হায়বত্থনি।

মহৈ মহৈ থৌরাং লোইনখরে. তম্বা মুপা তন্নানি—মন্নাং লৈবাক য়োগদবা ; ভরেৎ অমনা তম্না অমুক হল্লকনি. অহুম অমগীনা মতম লেপ্তে। মতম লেপ্তবশিংগী মন্থংদা চাওবন্থ অমনি। ইঙো শেলুংবা লাক্লে। হায়রকই,

"ঐস্থ মুংঙাইতে, অহ্বু য়াত্রেদো। মতম থন্না য়েংলুখো বান্নগন্থ হায়রকউ। ঐনা ঙমবা মতেং পাংলক্লনি।"

'য়াম্না ফনি সেলুংবা।"

"অহ্গা হন্দক তমুবীনা তোম্বগা চংশ্রিবা অসিদি নংদি ইখঙমক খঙত্রব্রা?"

"ঐদি কন্নম্না খঙগনি—ইঙো সেলুংবনা খঙলিবহ্মঙাই!"

"অহ্দি তমুবীগী মপুকথোক্লা, তোম্বগী মপুকথোক্লা ওইবা তান্নব্রা? হোয়. মুপীগী পুকচেল হান্নবসিন্থ খঙকপনি।"

"মসিনবু কন্নমাক্লে সেলুংবা, কায়নবগী কায়নবা।"

"মা আসদি ঐবু মলোম থমলিনা।"

"মলোমগী মা নত্তে, ইবুংঙোদি লান্দে, ঐগী ইন্নায়বক্লনি।"

"হোয় কোম্না খঙনন্নকপা হায়বহ্নি, ঐনা ঙক্লা থোক্লিবদি মা ফাওবা হাত্তোক্লম্নিবাসনি।"

"ওককম থোইনা লৈতে পুকচেল লেপপ্রবা মীগী মকমদদি ঐখোয়দবু শোনমনবগী ওমজদবনি। করিগী মুপীমচা অহুবু অহুপ চেকশিন্না শওলুরিবনো ?"

"শওলবমক্তদা নাম্বোকশ্রিবসিনি। মরমগীদি অন্নায়বনি শওকম থোকপননি। হোয়, ঐগাদি লাইবু লাইরি—তোম্বনা নংবু ওম্বোক্লা থীনা হাৎলমগ্রে।"

"হাৎপা কৌদে কনবনি—ব্লাকম অসিনা চুন্নবদি।"

"করিগী ?"

"মীওইবনা মশাগী মুংওাইনবা হোৎনবা মহোশানি।"

"মহুগী খন্নবদি চুম্মনগ্রবনি।"

"অহুদপা হেনবা কুরি অমুক লৈরিবগে ?" মপি চহুম চহুম তারকই; চাওবগী মায়থোং মুঙুক মুমা কাহৎগ্রে। মখোন নীকগ্রে, ব্লা ওাংবা ওমখিদ্রে।

"ঐহাক কোম্লুং কাব্লখিগে, নখোয়মু চৎলগদবা নত্রা ?" ময়াম্না "হোয়" হায়না খুমহোই।

চাওবদি মকোক ওাওগ্রে, মাগী শিংলিদা ঈ চেন্দবগুম নাংগ্রে; সনজিং কম্বেনা খওহোদনা নিংখায়হনা মকোক থক্তা নল্লবগা মায়গ্রে; মুংশা ফুইগ্রে মমিত্তা ঈ কাগ্রে। মথা চিক্কনা খাওওমদনা হোয়কপা পুল্লীংগী ব্লাহু পুকলুংদা ফাবা লাক্লরি।

ময়াম্না চৎলসি হায়নরকপদা মওকাওনয়ে। তাইবং ইগুক গুক্লম্মে। কোয়ৌ নাওবামু চাওরম্নে। অকোয়বদা লৈনা য়েংবদা পোম্বী চেক্লানা পামেল উশাদা তোংলম্নি। ময়ামহুবু মুন্না য়েংহোই, চৎলোকো হায়বগুম চেক্লা তুমিন কায়দোংই গুংমুক মুজানহনা, —"উয়ান চাকতিন্নবনি ইম্নুং সোরা তৈরগা চেক্লা মপাং কায়নগনি করিগী অহুপ ব্লাবগে! মশা ময়েং চাওরবা মালেম মউ অসিদা

পুন্না তোংমিন্নবনি নোংমা শোইদনা ফায়নগনি, ৱারুগন্নু!" হাপ্লবত্তুম চাওবগী পুক্নীংদা ফাওরকই। মখোয় ময়াম্মক মহৈ মহৈ থোক্লরক্লে। চৎথ্রসন্নু কদায় ফাওবা চৎলম্বগে য়েংখিসি!

সেন্নুংকন্থ কেন্নুং য়োৎখরে, পাও পুন্থা সনা কোন্নুংদা তমখরে। মপূগী অচানবা নাইনি ৱারুগন্ন হায়না থেমজিনবিরে। সেন্নুংকম কাবদা মঙাইহৈরি। ফমনাইবা অনৌবগী হৌনবা মপূগী যানবা গোৎনবনা মাগী মথৌ ওইরকপনি। তন্না সনা কোন্নুংদগী পাও চেন্থোকখরে, "তোপ্পা অমসুং তম্বীবু ফানবা": 'কনা অন্নবনা চঙজকনা পীফদে, পীরম্বা থোক্লগনা নিংথৌগী চৈরাক ফংগনি' পাও অদু মৈতৈ লৈবাক শিনখরে। অসোমদা অমুবগী মখাম্ন হৌনবী মতুং ইন্না লোকশিন্নবা হোৎনখরে

## ( ৩ )

অ'সামদা চাত্তবনা মযাং লৈবাক্কা চৎকদবগী খোঙ হেক শানদোকখিবদা চৈংগী নাপোম যৌথ্রবী, লোন্না মথরাও পৃথিবী লাইবকচাওবী তমুবীগী খোমলেন মঙলানচাহুদা তশেং তশেংনা ফ'ওরার। পাম্মু মাগী মপুক্তা এরাল লৈতবী মহাকপু মপুক শেপপ্রা চিংনখি। মতম খুদিংদা মহাক্কী ময়াথং ঙাইজখিবীনি। ঙসিদি মাগী ময়াথং পৌরমদনা পাবি নাওন্না পুক্নুনা চেল্লক্লবদা তমুবীগী মপুক্কীংদা খোইজি থাংলরে। অতুবু মতম্না তাঞ্জা চাখিদবনা মাগী য়াথং ঙাইরুদ্রে; অন্নাম্না চৌংহুম অত্তুদগী মাগী মন্নান ঙাকপিনবা নীজরকই। মপোকসিগী মাগী মশক উররোইজ্রা খল্লুবমক্কদা খোইনা মপুক নৌরক্লে; খায়না মৈশা লাংলবী পুক্কীংনা কাইদোংকম থিজবগুম ফুংশি খুদোল মচাবু চেৎনা মথাদা কোনশিল্লৈ। খন্না খন্না তুমাখবনা খোমলেন মঙলানচাহুদা চাওবগী মশক উৎলরে। অন্নাম্নদা লেপ্পগা মপুরোইবনা য়েংলকই ফুংগুক ফুংজানহুনা। মতম্বাক্কী মচাবু পীয়ু মতাগুম চাওবনা মথুৎ তিংথোন্নকই। মবঙানিগী মরক্তা অচৌবা ঊপাক অমনা থংপগুমস্থ

উরি। অসোম থংবা তোর্ব্বান্দা তমুবীনা তগুক তগুক য়েংলকই—ঈপাক লানবা গুমত্রস্থনা। মথুৎ অনী থাঙ্গৎতুনা পান্মু মাবু কৌরকই মাগী রাদা থগুইদবগুম চাওবনা মমায় লৈহনা চৎখ্রি মহু উরুবদা নীংবা কায়রহনা খোঞ্জেল রাংনা কৌরকই, "লোবীরখো" হায়হনা।

ইখং খংনা মগুকাওনরে; খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লকই। হন্না য়েংখিবদা কন্না অমত্তমু লৈরমদ্রে—হুইনাও মচাহু নত্তনা! তাইবং কাওরে খগুলবদা কপ্পা খংলেপ লেপ্লে। মাহকৈ মরীদা লৈহনা অমুক য়েংলকই, কনাগুম্বনা তাখিরমগদ্রা হায়না। তমুবী মিপাইখরে। হুইনাও মচা অহুমু ইগুক গুকনা হৌগৎলি, কোইয়েং য়েংলকই। তোম্বমু লৈরমদ্রবা অহুদা তমুবীগী মবুক্তা মগুল মগুল থল্লকই, "করিগুমবা সেলুংবগী মীনা ফাহনা পুখরব্রা? ইমা হচাবুমু অমুক ফারখিগদ্রা?" অম্নুম্না খল্লিঙৈ থুদক্তা তোম্বা থুংলরে, মথুক্তা চয়োম অমমু পাররকহ। মুর্মিৎ চায়রবা মতমনি।

"করিগীনো ইচে, নমিৎ ননা তথক তথক য়েংলিবদি?"

"ওস্থোকপা মগু অমা নগুলম্মী—নবাইগী মবুক্তা ইচেমবু চিংনবগুম উরম্মী।

"চিংনগে হায়রবদা ইচেবু মুম্না থগুদবদগী, ঐবু থগুদবদগী ওইবা মগুাই; করিমু চিংনরুগনু।"

"ফরে, চিংনরমগনি হায়হনমু মাগী মনাক্তা হনবা. য়াবা তাঞ্জা থোকত্রে; অমম-অগুান খাইরিবা ঈশ্বরনদি থগুলিগনি। মতম অমদা থগুনরকপা হায়বহ মগুাইরে।"

'রারুবগী কান্নদে; ঐনা চয়োম পুরক্লে। অগুাং অহুগী য়েক্তনা থরদং চাররো। লোক মচা অমা লৈবনি; মী কনামু ভাদবা চীংনি, নশা নউ শেংদোকলুরো।

"কদায়দগী পুরকপা চয়োমনো ?"

"মৈতৈ খুন্দগীনি, শীং চন্নম্বা মৈতৈ মরক্তগীনি। ঐগী অরামন ওইনা পীরকপনি।"

"নহাক্কি চারক্লব্রা ?"

"চারে, ঐগীদি খন্নুম্নু, নোংমা নিনি চাদবনদি শিবা য়ারোই, উহৈ য়াহৈস্নু য়াওরি। চংলো নশা শেংদোকলুরো।"

"চাবা থকপদি লায়বু লাথরি—কদোমদা অমুক চংকদবা ?"

"লুয়াংলোন খূল য়োৌগদবা মুমিং নিনিগী লম্বা য়াংলি, অশম্বা চীং লম্বীদা চংখ্রগা নোংমগী লম্বৌনি হায়, ঐহাক লম্বী খঙলক্রে।"

"অশম্বা লম্বীদা চংপা তারিবরা ?"

"অকোয়বা খিবা য়াবা মতম নত্রে। হৌজিকমক চাবা থকপা লোইরগা চীং অসি লাল্লগা অচৌবা চীংশাং অসি তান্না চংকদবনি।"

"তম্পাক্তা অমুক কুম্বা তারিব্রা ?"

"কুম্নরোই চীংশাং পরেং অসিদা চংখিবা য়ারগনি। চাক থরদং চারসি অঙাং অহূগীদমক।"

তমুবীস্ন মশা-মউ শেংদোকলুগে হায়দুনা চংখ্রে ; তাইহাক লৈরগা অমুক হল্লক্রে। শিদনবা হায়দুনা অফংবা থরছু চারে। চায় হায়বছু মঙাই পুক্নীং লৈতাদবগী হৌনবা চনীং তাবা ওমখিদে। অরেম্বা থরনা হুইনাও অত্থুদা পীজরে।

"য়ারুবগী কান্নদে। নখোয় অনীগীদি নয়াইবক করবনি।"

"হোয়, অহুবু ওম্মোক্না খোইরাংখ্রে—কবুইথুন্দবু চঙজকম পীরমগত্রা ?"

"করিগী পীরমদনি ; ঐসোয়দগীদি মখোয়না হেন্না কৈ। অঙাং অহু ঐ পোগে চংলসি ; মকম অসিদা কুইনা লৈবা কত্তে।

অঙাং পে'খৎলে। মখোয় মরীমক মকম অদুদগী খোঙ-শানখ্রে। লম্বী চৎনা চৎনা রারী শারকই--

"নহাকপুদি খুল্লাকপনা খঙলমগদ্রা?"

"খঙলমগনি ইপা" মঙাইনি হোয়, মতমনদি কুইরবনিনা কাওরমগদ্রা?"

"কয়া কুইরে উনখিদবা?"

"মতম কনা শাংখ্রে - পাজিনা শিদ্রিঙৈ মমাংদগীনি।"

"খুল্লাকপীদি খঙনদ্রা?"

"খঙনৈ মাদি কাওরমগনি হায়বা থাজদে।"

"করিগীনো?"

"মাদিসু ঐগা হৌমিন্নবা মচা নিঙোল অমা লৈ; ঐগা মাঙৈ হায়দুনা ঐবু ওন্থোক্লা মুংশবি। পাজিনা হাও কাবা খুদিংগী ঐগী হাওফি তমলকই।"

"ঈশ্বরগী কৃপা হায়বদুনি; খঙলমদ্রবসু রারী রাখোং লীন-রগা শোয়দনা খঙবিরমগনি। অদুদা অরবা অমদি লৈনে -

"করিনিনা?"

"মৈতৈগা শবুইগা অহানবদা মরূপ শান্নরম্বনি; চীংগী মীচেন অমা মৈতৈ নিংথৌনা লোৎলুই হায়দুনা কবুই নিংথৌনা মংশাং তানবদগী মরি তৎনথ্রবনি"

"অদুদি কমদৌনি?"

"মখোয়নবু য়াবিরবদি করিসু লৈতে। অদুগা ঐগাক্তি খুন মমুং অদুমক্তদা চঙবদি য়াওবা য়াররোই।"

"চীং লৈবাক অদুদা ঐনা ইথন্তা করম লেল্লুগনি?"

"নরাই শিদনবা, পারি চাওবা ঙাইনবা লেল্লুবা হায়বদুনি।"

"নরাইরু ময়াং লৈবাক্তা পুবা হায়বসি শোয়দ্রব্রা?"

"শোহবরে'হই, তাংদা'ংবদি থগুদ্রি। খুৎলৈ থু:গৈত্রবদি সেমু'বগী থোদৌ অঙ্গা চিংনরদুনা ঐ অতুমক লাক্লবনি। ঐনা হনগ্রগা খংলুবা হায়শঙুন।"

'নহক্কু' চংগ্রগা মংগা অমুক উনবা মং খগদ্রা?"

"ঠশ্বদনা করি তমাংলগদনো থগুদে; উনবস্তু য়ই।'

"উনরগদু করি কানগানি? মানা ঐবু থিরকপা ঙমগনি হাবরা থাজদ্রে"

"হোয়, অদুবু ভাবক থোকপা রানিনা তাক্তবদি য়াদে। ঐবুস্থু 'চং-বস্থা য়ই; যানদ্রবদা মসি শেংলোক্কবা য়াদে।"

ঘংগী শানা শানা লংপনা চীংশাং পবেং অদু যৌশিংল্লে। মথ মথং কাখংখিত্তুনা চীংশক পোরক্লে; চীংগী অহংবা নুংাশংনা ঙ্গ ঙ্গ শি শি হৈপাল-নৈপাল পুং ক বসন্ত চগুজকপদা ঙম্ন। যেন্নং লন্নম্মী। যেংবদা পুক্লাং জনবগী মশাক্ক। পীক্রবা লম্বী মচা অতুন। মমা-মচা মখোযবু ওকলম্বগা মান্নখ্রে। পেম্বী চেক্লা ঝানা তবংগুনা ইশৈ শক্লম্মী। অব্রা কোজাই কোকনা ঙভ্রতনি। ভৌইগুম্বম্ন তমুবীগী থম্মোইদা কাগুকবা ঙমখিদে। থাইনা নৈশা লাংলবীনি হকচাংগী পাঙ্গল শোল্লবীনি, চাদ-থকত্রবীনি; অদুগী মথক্তা মিপাইথৌবগী ঙমখৈ লৈত্রবীনি; নিংথিববা মচৌশংগী শকখম অদু উকনগা মংস্থু ঈব্রা চেল্লি, হিকহৈনা কপথ্রে। ভোম্বনা থামলকই—

"হৌজিক কম্না মতম নত্তে চীং লৈবাক যৌবক্লবনি, কনাগুম্বন তাখি উ.ধব. থোক্লদাদি চিংনথিবা য়াই। অসি ঙাক্তনি মীওইবগী পুান্স হায়বসি। পুন্সিনা লোমদ্রি কাওবা অস্থুম মওইরে হায়বা খক লেপ্পা ঙমদে; মীথা পোনবা ঐখোংগীদু নোংমা মতম লাকাখিগনি."

চৎপদি লেপ্তে চীং নাপোম অমগী মথংদা অমা মথং মথং চঙশিনখ্রি; কোয়ৌ মমি শামলক্লে, মেংলবা মঙালনা ঈনুং য়ানুং ফাওজিল্লক্লে। মখোয়না চৎলিবা মফম অহুদি য়াচংবগা মান্নখ্রে। অমুক লেপ্পমদনা চঙশিনখিবনা অকিবগী মশক ফংনা য়াং চাওরবা চীংশাং পরেং য়ৌরক্লে। তমুবীগী মপুক্লীংদা অকিবা পোকখ্রে, তৌইগুম্বস্নুং নীংহল্লবদি তৌখিদে। পায়ি নাওরাস্নু অসাইবা মখৈদি ইশি শিনা তুমলম্বনি, মিকপ থোক্লক্লে; মাংদা খরা চৎলগা গুঙজাও পরেং পরেং থারিবা লংকৈ চৎপশিংগী পোত্থানকম ওইরমাল্লে থেন অমস্নু উরক্লে। মরক মরক্তা নুংশিং মাইরম থোক্পদা ঈশিং ঈচেলগী মখোল তারি—অমুক অমুকস্নু মাংখি। তোম্বনা মফম অহু তাল্লা পরপ পরপ চঙশিল্লকই। থেন অহু হেক য়ৌবদা খা রাংদা লম্বী অনী খাইদোকখ্রে। মখা থংবা লম্বীনা অরাংদগী হেন্না চাওই। চৎনখিদবা লম্বী ওইনস্নু উই। মানা লম্বী হংলকপদা অরাং পাংনা চৎলু হায়রকই। থোকলবা অমা লাক্লগনি অরাং পাংনা চৎলগে খনখ্রে। লৈরম্মীবা লম্বী, থেন অমস্নুং ঈশিং চেস্থরকপগী মখোন তারকপা পুম্নমক অসিনা মী লৈবগী খুদমনি হাযবা খঙলে; অমুক্না হেন্না চিংনরকলে। মফম অসিদা পোত্থাক্তনা স্নমিং তাবা লাইরবস্নু শা-কৈগা থেংনগদ্রা চিংনরে: অস্নম্মক চঙশিনবা তারবস্নু শক খঙনদবা চীংগী মীগা থেংনহুনা পংলা রারগদ্রা?

থেন অহুদা মখোয় মরিমক পোত্থাখিসি হায়নরহুনা অঙাং অহু তমুবীদা শিম্নরম্লগা লম্বীহু অমুক্তং য়েংলুগে হায়না অরাং পাংবা অদোমদা তোম্বনা মথন্তা চৎখৎলকই; অস্নুম অস্নুম চঙশিনগ্রগ: লম্বী অহু য়াম্না চাওনা লৈরম্লে; শোয়দ্রে খুন নকলম্বা তারে। ঐ তৌইগুম্বস্নুং করমবা খুন ওইরমগদগে? খরা অমুক চঙশিল্লে", অরাপ্পদা য়ুম তাবা উরে কয়া চাওদবা খুন্নি। তোম্বনা

মকম অহুদা লেপ্লগা অরাপ্পদা উরিবা খুন অহু মুম্না য়েংলকই। অমুক তন্না মচেমগী নাক্তা লাক্লে। হায়রকই—

"থোইনা লাওনা খুন অমদি উবা ঋংলে করম্বা খুম্নো হায়বদি খণ্ডদে—মকম অসি য়ৌনবা চংলসি হায়ববু করি হায়বগে?"

'ঐদি কনানা খণ্ডগনি, ঐনা খণ্ডবা রা নত্রে।"

থোক্লবা অমা লাক্লনি হায়দুনা মখোয় পুম্নমক মকম অহু তাম্না চংলসি হায়না লেপ্লে। তোম্বনা মাং থাদুনা খুন অদোমদা মমায় ওনথ্রে। মতম অসিমক্তি তারমদাই হুমিংকী অয়োইবা মতাম্না নোংপোক্কী চীংমাইদা থামথ্রে। চীংমুং ওইবনা য়াচংবগা মাম্লনা মৰ্মশিল্লক্লে। খুন অহু য়োগদোয়ক্লে। মীনিন তাবদা থম্মোইদা পীং পীং চোংলকই। মপা খণ্ডনদবা খুম্নি, মরোল লোনবনি; অহুগী মথক্তা মৈতৈ চণ্ডবা য়ারমদবা খুনসু ওইরম্বা য়াম্রি।

ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা নোংচুপ পাংবা অদোমদগী শম পুবী অহল অমা কাখৎলকপা উরে, মৎয়েং চান্নরুবদা মখোয় অহুম্মক ইণ্ডক ণ্ডকনৈ! অহল অহুনা হায়রকই—

"হুপাখোই মৈতৈ নত্রা? করি লম য়োংদবনো?"

তোম্বনা খুম্মী—"ঐখোয় কবুই খুন অমা থিরকপনি।"

"করি খুম্নো?"

করম্বা ওইহরিগদগে হায়বা পাক হেক ঙম্মত্রে। মচেমনা খুম্নকই—

"লুরাংকোন কবুই খুন কৌই হায়।"

"কনাবু থিরকপনো?"

"খুম্লাকপা খুম্লাকপী অনীবু থিরকপনি। খুনগী লৈকমসু খণ্ডদে খুন অহুগী খুম্লাকপীগী মশক্তি খণ্ডই-মতিংসু খণ্ডদে। চহী খরগী মমাংদা ইপাগা মণাই শাম্নরম্মী।"

"খুন অসিস্থ কবুই খুন্নি—ভারিয়ান কৌই। লুব্রাংলোন য়েগদব' য়াম্না রাংসি। লোংমগী লম্বীনি। অহ্ুদি লাইরবুনা মকম অঠুনা মৈতৈ চঙবা য়ারোই।"

"খুন অসিদাদি য়াগত্রা ইমা ?"

"অসিদস্থ য়ারোই। কবুইগা মৈতৈগা মঙাই শান্নখিদ্রে।"

"য়ামদ্রবদা' লুব্রাংলোন ফংদ্রি কাওবদা নহাকীদা থম্বীয়ু। করি হায়বগে ইমা ?"

"ঐহাক্তি লুখ্রাবীনি, ইচা মুপী অমতং লৈজে : মুপাস্থ নত্তনা ঐনা নখোয়বু করম্না থমগনি ?"

"ঐখোয়দি মৈতৈ লৈবাক্তা হনবা ঙম্রোনি। শিবা তারবস্থ নখোয়দি নকমদা শিবনা কৈ।"

"অতু ওইরবস্থ ঐনা নখোয়বু থমবা ঙনলোই।"

"য়ামদ্রবদা ওসিদংদি লেনবা য়ারেইদ্রা ?"

মুন্না খল্লগা অহল অতুনা খুম্নকই—

"ইপা নংদি য়াওবা শুপয়া য়াররোই। নহাক য়াওদ্রবদি ওয়স্থ য়াই।"

"ঐগীদি য়াওদ্রবস্থ য়াই; অতুগা শরি নাগুংনসি ঐগী ইচেমমমা মচা অনীসি মখোয়গী লমথুংকম য়োনবা নংনা শিনবিয়ু।"

"মতু ঐনা ওমগনি নীংদে—অতুমকপু য়েংসি—"

তন্নুবীনা হাম্নকই—

"ইমা নমোমগা পাংথক্তি, চঙজকম লৈত্রবীনি। ঐবু চঙজকম পীদ্রবস্থ লমজ্ঞা তারবা পারি নাওরা অসিমতুদি—"

অহল অতুনা মরক থত্তুনা হায়রকই—

"করে মকম অদিদা লৈবা য়াদ্রে। ঐগী ভুং ইল্লকউ।"

অহল অহুনা মাং থাহুনা লম্বী লৈতবা নাপোম অমরোমদা মরি নাই চৎথিরে। কনা শাংনা চৎলগা অহল অহুনা হায়রকই—

“নখোয় মকম অসিদা—ঐনা লাক্লিবা ফাওবা লৈরম্মু।” হায়রগা চৎখ্রে। মখোয় অহম্মক তুমিন্না মকম অহুদা কনথখরে। রা অমত্তা ঙাংনদে পুমচিক চিকখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা মীয়াম লাকপগী শঙুম তারকই, অহুবু অতোপ্পা লম্বী অমরোমদা চৎখ্রে। য়াচংলকপা মতমদা মখোয়না ঙাইরিবা অহল অহুসু নহা নুবী অমগা য়োৗরক্লে।

“ইপা নহাক চৎখ্রো। নচেমগা অঙাং অসিগা ঐঙোন্দা শিম্মরম্মো ঐনা থোকপা শিনথ্রগে?”

“য়াম্মা করে ইমা। খুদোংথীবা থোকহনবীগনু—”

হায়না হায়না মমিত্তগী মপি শিন্থরকই। মচেন্নু উহল্লোই খল্লম্বনি অহুবু ঙনখিদ্রে। ওন্থোকপনি, মাগীদমক মথ্বাই কৎকে খল্লম্বা, মচেম্মক্কি নীংলবী তমুবীবু অতোপ্পা মীগী মথুক্তা মরাইবক য়েংলুনবা শিন্নবদা মতাখ্রে। তমুবীদি করি ওইগনি!

“ইচে করিমত্তা চিংনগনু খোযুম লাইগী নোংদমনা ঐখোয়বু কনাবগে হাংহুনা থারক্কবনি ইমাসে। চিংনবা লৈতনা মখোয়গী মতুং ইনথরো—ঐস্থ চৎলগে।”

অহল অহুনা—

“অস্সা লৈথোকপা মতম নত্তে; ইপা, নহাক চৎখ্রো—লাকও, ঐগী হকুং লেকও।”

তোম্বনা পায়িগী মমাইদা হম্মা হম্মা চুপলে; মঙ্গল ওইরু হায়হুনা মকোক্তা নহ্থবিরে: মচেন্নু মখোঙ শোক্লা খুকমলে। মচেমনা কোনথৎলি, হায়রকই—“করে চৎলো ইবুংঙো! ইচেম্মা লাল্লক্লবা ওইরবদি অকি অথং লৈতনা নযুম য়োৗবা ভমজক। ইচেমসু

ভাইরুগে মকম অসিদা পারি নাওরা চাওদ্রিকাও—মপাগী খোঙ্গুল লিরুনবা।"

হায়রল্লগা হিকহৈনা কপ্পকই। কোওওমত্রবা অরাবগী মৈচাক্লি, কয়ল্লবু কোওদোক্লসিগে। মহৈ মহৈ য়েংনবা ওননখিদ্রে; অহোয়ননা হিক হৈনা, খোঞ্জেল থোক্লনা কপ্পরকই। তোনখ্রে মীওইবগী মপোক।

তোম্বনা কাল্লররোই হায়ল্লুনা থুনা ম্লাওনা মকম অহুদগী চংথোকখ্রে। তমবীনা মৌপ্‌নানা চংখিবা মায়কৈদা মপি ঈরা চেন্দুনা মুল্লা য়েংহুনা লেপহোরে। অহল ওইরবী মমা শক্লবী অহুম্ন মতৌ অসিদা কপ্পবা ওমখিদ্রে। তমুবীনা শোল্লকই— "ঐগী খোল্লাং মথাক্লা নপাঙ্গল চাওখি হায়বগী ইচেমগী মকমদা লমন শিংগমলিব্রা? হন্নক মপোক লাওোন্দা মপোক থীবী, পাঙ্গল শোনবী ওইবনা নখোয়গী নপাঙ্গ তাংলরে। হয়েংমুক্কী মপোক লাওোন্দা ইচিন ইপ্‌না ওইনা পোকলুসি, নংগী লমন শিংজগে। ম্নারৌগম্ম নচেম্ন।"

হাওবী মমা শক্লবীনা মমোমগী খুজেং পায়হুনা—গঙ্গাই মরক্তা লম্বী চিংলকই। মমাই হেক ওথোকখিবমক্কদা অরাপ্পদগী হন্না য়েংলকই, কপ্পা হৈরক্লবদা মৌপ্‌নানা—

"লাইবক থীরবী? চন্নু লায়রবী! পোকপদগী অরা হকশোক লাংলক্লবী! পোন্দগী-রানা নাথোকলক্লবী। লমদম তান্না চাক্লা-রুবো। ফুংশি-হৈত্রবা লৈবাক অসিদা লৈপদবগী শরুক্তি লমদম তান্না চংশো। চরা নাম্বা চিন্দম লাং, উরু উবা মোনখাংন, নপান্নি চাওনবা য়োকলুরো। নপান্নি পাঙ্গল চাওরগা পলেম লমন শিংলসনু, পথো খোঙ্গুল লিরসনু—চংলোকো মৈতৈ ইমা।"

অম্ননা পাওমেল্লকই। লেপ্লুনা য়েংহৌরে মৌপ্লানা, থাদোকপা ঙমদ্রত্তনা। ঙসিদগী হৌরক্তুনা তমুবী মৈতৈ মরক্তগী মুৎথরে, লোইরী চীংদা ঙংথরে।

তমদ পোমশাংনখিবী শিঙেল লৈনম চাওরম্বী, লৈরাং মীখুৎ চম্বী, পাম্বী নরা ফুকলেদো নমান্নবী মরক্তগী! লোইবী চীংদা শাংপদি অশেংবা নারক ওইবনা চিক্লা শাংচবা ঙমগনি, অশেংবা নুংশিং ফংগনি; লৈরাং কেনবা তৌদনা লৈবাক মরক তৌরম্নু!

# ( ৪ )

নোংযাই চরুক লেপ্লফাও ঙাৰিশান চৈংথৌ শম্ই খুনগী চিদাই অমদদি কৌশু লংনবা মখোল তারি। অমুক অমুকসু কেপ্লি। পাখং কান্দা য়াম্বেকপা থরনা তুম্বা যাদ্রবুনা মৈ য়াংবসু য়াওরি। মরুক মরক্তা অরাম্বদা কময়েন্না খেক্লা কেক্লা খাংলকই। য়ুমদা য়োকপা য়েনবানা খোঙ্খাং য়ৈবগুম ওক্লি ডাইহাক লৈরগা পুমচিক চিকপ্রে, কৌশু কংনবা মখোল তাখিদ্রে। তমাবীবু খুথবা হাওবী অহল থবুগা থমুবীগা তমীদি খৌজিক হাংবা তুমদ্রি।

"ইমা নংদি করি লমদা লৈবনো? নামিংনা করি কৌই? ইপা ইমাগী মমিং তারগা খঙব্রা য়েংসি।"

"ঐহাক নোংখোনধম নিঙোলনি; রাখৈরাকপা লৈকাইনা ইপামনি। ইমিংনা থমুবী কৌই। ঐবু পোকপা ইপানা নোং-খোনবা কাংজে হৈবা, ইমানা লাংলেন-তোম্বী কৌই।"

"রাখৈরাকপা লৈকাইদা ঐগীসু হঙাই লৈরম্মী। চহী কুমজা য়ামপ্রে তমদা কুমাংদবা। মৈতৈ নিংথৌ চৌংশাং-খোম্বনা, নিংথৌ খুতম প্লাদোকখিবা মতুংদা, অনৌবা নিংথৌনা লানমনাখিবনা,

'হা২'ক্কি শেৎচিল্লো। নকোক্তা শম পুরগদবনি। ইমা ইচানা নংবু সুরাংলোন তান্না খিনগনি। খুল্লাকপীগী য়ৌত্রিকাওবদি নতু নামা তেকহল্লোই।"

হাওবী অহল অতুনা মচাম্নুপীবু হৌদোক্লে—মচেন মানবী অদুদা কিরোই কিঙাম হোংহল্লো, তাকপিরে। মখোয় অঙ্গম্বক থৌরাং লোইখবে। হাওবী মনাওনা পারি নাওরা পোবিরে। হুইনাও মচা অতুস্ত কোই-ইন ইল্লি। মখোয় ময়াম্বক মপাল থোরক্লে। তাংলৌ কনা য়ায়া নৈলশিল্লয়ে। থাশি মতুংদনি— অতিয়াগী মকোয়দা থরাম্নিচাকনা তগুপ তবেং ঙাল্লম্মী? খোং-জোমম্নুবীদি থোক্লমদ্রি। অহল অতুনা চীংশাং-কোনবা খোয়ুম লাইন কৌরকই; মযোম শকপী অত্বু ঙাকপি শেন্নবিয়ু হান্না খুক্লমজবক্লে' নুপা মরায় অমা হেল্লবীনি খুত্তা তা পায়রতুনা মাংদা হম যাল্লক্লে। মখি মরি থোক্লগে—মখা পাংবরোমদা, খুনগী চিলাই তমতুনা। উনা উনা খুন 'অতু থাদোক্লয়ে। পীক্লবা লম্বী অমা কংলে। নোংচুপ পাংনা চঙশিনখে—চংনখিত্রবা লম্বী মাল্লি মথং মথং চঙশিনখিতুনা অঙম্বা চীংমাই কারকলে। পুকন্নু' ব্রাবনা মাইথোং খেগুম লাংলবী, পাঙ্গল শোনবী তম্নবীনি—মহাক্কী মরিল তকলকই নোংদম থাবা মপোক্লা। অঙম্বা চীংমাই কংবদা শদো থোংনা কারকই।

"রাগনু ইবেম্মা খরতমক মঙাইরে, অঙম্বা লোইগদবা।"

"কয়া শাংনা চংল্লদবনো ইমা?"

"লম্বীগীদ শাংই অশমবা থিরক্লিবনি, নোংঙানবা মতমদা কংলুবা য়াই।"

হাওবী মনাওনা মচেমগী খুজেং পালোংনৈ। মথং মথং কায়কই। তাংলৌথেংবা অহিংগী লোম্না কোইবা মাশংবনা তপনা খোংদোয় হুল্লকই। অকংবা উনা হুমতুনা নৈমাই খোল্লা শিংপনা

পুক্নীংদা অকিবা পোক্লকই। অরাপ্পদা লময়েন্না ত্তোয়না ত্তোয়না খোংলকই। নহা ওইরিবী হাওবী মনাওনা হৌদোক্লকই—

"কনে? মৈতৈ সনা কোল্লুংদো ওন্থোক্লা কজে হায়দা—য়েংনীংখরেদা!"

"হোয় কজে; চেকপন্না কোয়না খাইদো, থাঙ্গপাং লৈদো। লোইশঙনা কয়া অমানি, শিদ-নাত্রগা উরকনি ইনাওসিদি।"

"অহুপ কক্তবা লমদম অহু থাদোক্লুনা মুঙ্গাইরক্তা করি য়েংগে লাকলিবা?"

"য়েংবা লাকপা নত্তে, লৈরগে লাকপনি নখোয় খ্বাইগী মরক্তা খোয়ুম লাইনা শেম্বনি—নখোয়গী লৈবাক অসম্ব।"

"অহুদি নহাক মৈতৈ ওইররোই হায়ব্রা?"

"মৈতৈ ওইরবসু চীংদা লৈবা য়াইনা।"

"য়াদে, খুন্না য়ারোই।"

অহল অহুনা মরক থংলকই—

"মৈতৈ ওইররোইদোবনি অপঙবী।"

"উম চুম্বী, ওইররোইদোবনি"—তমুবীনা খুম্লকই।

রাত্রী শানা শানা লাকপনা লম্বী কনা তেনশিনখ্রে, লৈমতাক ভুরেল কংখ্রে। অঙন্বা লোইয়ত্থনা লৈতেম মান্নবা চীংচেপ কংলক্লে। অরাবা খরা শেম্নফরে।

"চীং লৈবাক হায়বসিদি অসিনিদো! চৎপগী লোইবা লৈতবা অরাপ্পা ওনবা ঙমদবা!"

চৎনা চৎনা থেন অমা কংলে; খুন য়ৌগদবা নকলক্লে।

"য়ৌরক্লবরা ইমা?"

"রাংলি ইনেম্মা, নকপদি মনকশিল্লকলে। মসিদগীদি শাজৎ হৈয়গদবনি. মৈতৈ মরোল ঙাংবা য়াদ্রে।"

"ঐদি ইমাখোয়গী মরোল্দি খঙদে; কমদোনি ?"
"রা অমদা ঙাংগন্নু নারোল থোক্কে হায়গদবনি। কনাগুম্বনা হংলগস্থ নমিৎ ননা চোইগন্নু, তুমিন্নতা লৈগদবনি।"

হাওবী নহানা হংলকই—
"করিগীনো ইমা ?"

"নংনা খঙ'পোৎ নত্তে ইবেম্মা। নহাকম্থ নচেম্থ মৈতৈনি হায়বা য়াদে; মরোল থোক্কে হায়গদবনি।"

তুমিন লৈনখ্রে; চৎপদি লেপ্লদে। মাংদা লৈরম্বা চীংথুম অহু নাকোইননা থনম্লে; মথং মথং চঙশিনখ্রে। চীংচেপ নাপোম অমগী মথংদা অঙম্বা চীংমাই অমা, অহুগী মথংদা লৈতেম মাম্নবা লম্বী, মথদা থেন অমা অস্থম্না চঙশিনখিহুনা তাইরেনপোকপী কবুই খুন নাকোইনমা থনম্লে। তাংলৌ ফনা লৈশিনখ্রে। মহৈ মহৈ লমজেল তান্নহুম লাকপদা মখোয অহুম্মক হুমাংনা পুমচোৎ চোৎখ্রে। অসাই মখৈ মখোয়গী তুংদা তুনিন্না ইন্নম্বা হুইনাও মচাহু চৎপা ঙমলক্কে—রানা নাহেবা হৌরক্লে। ভমুবীনা পমখৎপিরে। মখোভ অহু পোপথোকলে, ইহং-নাইহং শারে। অতিয়াগী ঙমখৈদা য়েংখৎখিবদা খোংজোমনুবী থোক্লম্লে। মহু উরগা তাঙলৌমতাং কেপ্লকই।

"ঐনা তাক্কবনি। লম্বী অচুম্বা চংলবদি নোংমা হেল্লা চঙগনি। ঐখোয়না অহানবা থেংনখিবা খুন অহু তাইরেনপোকপী কৌই। ঐনা অশম্বা লাকপণী চিঙৈনা য়ৌরক্কনি। লাপত্রে—চীং নাপোম অনীদা মঙাইরকলে।"

"অসাই মখৈ পাগল রারম্মী—পুক্লীং রারক্লে ইমা।"
"করিগী ?"

"করিগুম্বা খুল্লাকপীনা খঙবিরমগ্রবদি ?"

"শোয়দনা খঙলম্বা যাই।"

"চঙকন পাঁত্রবদি কমদোবা ?"

"করিগী পীরোযদবা ? ইং।নস্থ হাযগনি। অহুবু হান্নগী খুল্লাকপা লৈরিংঙগী মতিক লঙানদি লৈখিদ্রে, খরা ব্রানা লেনবা তাই।"

"ঐগীদি অরাবনা নুংঙাইবনি, মহুতস্থ পানজরে"

চীং নাপেম্বা অ। লাম্থোকপে, অমকমক ঙাইরক্নে। নোং ঙানগদবা নকলক্লে। লম্বী চৎপা মঙম শানখিদ্রে। হায়না হায়না মযৌশিল্লক্লে, খুযাগী পান্থং থেংনরে। অহল অতুনা পম্থোং অদোমদা চঙলমল্লা চীংথাং কম্না কাখংলি, খুল্লাকপীগী নুমঙ্গেদা। নুঙ্গাই-রক্তা খুৎশংতুনা চংলি, রা অমত্তা ঙাংনখিদ্রে। য়াম্না ব্রানা মকম অহু লাম্থোক্লবদা লৈতেম মান্নবা লম ফংলে, য়ুম তাবা উরকলে। মাংদা উরিবা য়ুমদোমপোক অমা তমতুনা চঙশল্লকই, তমুবীগী পুক্লীং তথাং তশেংইবা গৌরকলে। য়ুমহু ফংলবদা অহল অতুনা কৌরকই—

"খুল্লাকপী! খুল্লাকপী!"

মখোযগী মরোল্লা খুম্লকই —

"কনানো ?"

"ঐনি থোঙ হাংদোকউ।"

"করিগীনো নংনা অস্থপ ঙম্না……।"

"থবক অমগীনি মী অমা লাকই—নাক্তা থিল্লকপনি।"

থোঙ হাংদোকলক্লে; মখোয় মরিমক ইমুংদা চঙশিনখে।

"কনানো ?"

"মৈতৈনি। মৈতৈ মুপীনি।"

"করিগীনো মৈতৈনা?"

"ননাক্তা নচা শকনা লৈগে লাকলিবনি।"

"করি মরমগী, কনানো?"

"ব্রাহ্মরাকপা লৈকাইদগীনি"—তমুবীদা হায়খ্রে ত'কপিরে।
—তমুবীনা খুল্লাকপীগী মশক উবদা শোয়দ্রে হায়বা খঙলে।

"ঐহাক্লিনে ইমা! তমবীনি। নোংথোনবা কাংজৈহৈবগী মচানি। নহাক্কী নণ্ডাই!"

"নোংথোনবা যাত্রাগী মচা! করিগীনো নহাক্লা অমুপ লাংগা ইমাগীদা লাকপদি? নপাদি কমদোরি?"

"ইমাসু ইপাসু লাইরেবাক তানখ্রে।"

"ওন্থোক্লইদা মপুক ফবনিদা ইতাদো, ইমাসু ইথন্তা মণ্ডাইরে—নতাসু লৈখিদ্রে নপাসু লৈদ্রে।"

আস হায়রগা খুল্লাকপীগী নামিত্তগী মপ লিন্থরকই। হৌখ্রবা মতমগী ব্রাবু ঙসিতা থোকখিবগুম নোনা নীংশিংলকই। মতম কুইনা উন্নখিদ্রবা তমগী মমোম অতুবু মথাদা চেৎনা কোনবিরে।

"চীংদা তোংবী ইমাগী নাক্তা লাকপদি করিগীনো ইবেম্মা?"

"চণ্ডজকম থিরক্লিবনি, থরাই হিংনবা, নণ্ড অপিশক অসিমত্তং তাইবং মীরক তিনবা ঙম্নবা।"

"নোংথোনবা যাত্রা কাংজৈহৈবগী মমোমনা চীংদা মণ্ডাই সৈরি হায়রতুনা থিরক্লিবা। লাইবক কবনি ইমাগী। অতুবু পলেম-ও করিবু হায়রসিগে খুল্লাকপী ঐদি ইমং খুৎনা লাম্বা কংলবীনি। ইচিন

চক্রবীনি। মৈতৈগা ভাই শান্নবস্নু মতম্না য়াখিজ্রে; নহাকপু ঐগী ইনাক্তা করম্না থমলসিগে।"

"মীনাই ওইহুনা মীগী লুখাক চাহুনা পুন্সি লেনগদবগী শরুক্তা চীংদা কাহুনা, নখোয় খ্বাইগী নরক্তা কৈজবনা, ঐগী লাইবক ফবনি খন্দুনা লাকচবনি নমোম্না! ইরোন ইন্নান তাক্লবীনি। ইপূরোইবগা কাযনববীনি, ঐবু চঙজকম পীবিয়ু। তাকপিয়ু ইমা, পামদা কুম্মু কুমজগে চীংদা কাও কাজগে অঙাং অসিগীদমক্তা।"

"করিগীনো নহাকনা নপুরোইববু থাদোকুনা ইমাগীদা লাকপদ?"

"ইপুরোইবস্না ঐহাকস্নু মীগী মীনাইনি। ঐবু পোকপা ইপা ইমানা মতম ফংলকত্রবদা, মীগী মরন তোন্দুনা শিগদবগী মতুক্তা, ঐনা মীনাই ওইবনা কৈ খঙহুনা শিন্নখিবানি। লায়রবা অংংবগী লৈফম লৈতে তাইবংপান অসিদা; ইপুরোইববুস্নু মফম খঙদনা চৎহনবীখরে। ঐখোয়বু লোয়বা অতুগী মপুক্তা নমেস্নু মিংয়েং চঙবগুম উজরকপা কৃইরকলে। ইপুরোইববু অতোপ্পা মফমদা শিন্ন-থোকখ্রগা ঐহাকপু তান্নকপরা চিংনরহুনা, ঐগী ধর্ম্ম ভাকলুনবা অহুগা অঙাং অসমগুং ইপুরোইবগী খুদম ওইনা য়াকুনা, মীনাই ওহনা তাইবংমিকপ থোকহন্নরোই হায়হুনা, নহাক্তী ননাক্তা চঙজফম নীগে লাকচবনি"—মপি চতুম চতুম শিম্নরকই। চীংদা তোংবী মঙাইশিং মরুলুক্তা অর্বা ররীহু তারি।

"ধজদেদা অরাক তুম্বা মীওইবগী শাজৎসে!"

তমুবীদি রা ভাংখদরে। থম্মোই ফুন্না হৌরকপা পুক্লীংগী রাহু াচনবান থোকপা ভমখিজ্রে।

"লায়মদি লুখ্রেদা! নহাকপু করম্না চৎলো হায়সিগে, চৎ-হন্নীংদে হায়হুনস্নু করম্না থম্নসিগে! ঐখোয়গী ইরোন খঙহুনা

ঐখোয়গী মৈনি হায়রক্না যাবোই। খঙলকপা খোল্লে ঐগীদি শিরগদবগী লায়বু লহৌবি নপা নচাগা কাব ওইগবা? মৈতৈ থম্বা হায়বসি করুই ঐখোয়গীদি নামুংনগ্রে, যানাখিদ্রে ”

হাওবী মনাও নুপীনা খুমকই—

“চঙজবক্রবা ইচানুপা অসিবু করম্না লংনগদগে ই.১, নমোম শকনা কোননীয়ু। মৈতৈ অমনা লানথি হাবদুনা মৈতৈ পুম্নমক তাথিকম খোক্লে। মযাম্না যাদ্রবস্তু নংদি নচিন লোংবীনি—লোংনবা লম্বীদি নহাক্না থম্বীগে নীংলবদি অবাযবনি।”

“কম্বী অদু তাকউ ইচেন্দা।”

“খোঙচুই নুবীন হায়যু, নহাক্কী মকোং পাংনবা নীংনাবা হায়কপনি হায়রগা কনানবু থিরক্কদগে? করুই অমত্তসু খোংজাংগা মরু খঙলোই। নহাক্নবু যারবদি মযাম্না কবি হায়গনগে?”

মনাগী ৱাফম অদু তাবগা খুল্লাকপীনা লুপ্পা রথং তোরকই। অমুক হায়রকই ‘চুপ, খোংজাইনুবীনি হায়বা তাদ, অদু মঙাইরে। অদুগা মৈতৈগা হৌনবা শাজৎ চাকচা করম্না ঙাক্কদগা?”

‘মতুংদি ইচানুপা আসিগীনি, মৈরংগ নীংলবনি ”

তনুবী - ‘তুম্ফম অমতং কংলগা লোইরে। ঐনা থোকপা হোৎনজবগে ”

থুল্লবগী—“নহাক্না ঙংগনি ঙ্ম্বরবাদ অদুম ইরে ইবেম্মা। থুন অসিদি যাম্না নিংঙাই চাওবনি; মৈতৈনি হায়বা থরদংতা খঙগ্রবদি পুম্নমক মাঙগনি। ইমাগীদি লাম্দো।”

“মতুংদি ঐনা ঙাকচগনি, ঐখোয়গী য়াইফনবনি।”

“পাম্মু ইদা যাক্লোদো। শিত্রগা উনবকই ইমা ইচা ঐখোয়। অদু চঙোযবে ইমাগী নাক্তা লৈরো। ঐনা চারিমখে চামিম্নবা

লৈত্রগা হেনমিন্নবা হায়দ্রু মতাংদে। ইবুং ঙাইবা অহুশী লমন শিংবা শক্লগে হুন্দকী মপোক্তা।"

"পুকচেল চাওবী ইমা নমোমনা নংগী লমন তোল্লবনি।" ভমুবীনা মমা শকপী খুল্লাকপীবু থুরুমজরে। খুল্লাকপীনা ইরেন কোনথথপিরে। মমিত্তনী মপি তৈথোকপিরে। থোদো অন্নিদা খুল্লাকপীগী মনাওংহুপী অহুস্থ কগুবা ওমথিত্রে।

---

অমুবী মমা মচাবু চীং লৈবাক তাম্না থিল্লুরগা তোম্বা মথন্তা মপুক্লীং অয়াং ওশোইনা মৈতৈ লৈবাকশোমদা মমাই ওনখিল্লমই। রাখলনা ফুম্বংনখি। মহাক্লা মচেমগী মঙেং পাং-লুবদা হোনজ্রবা থবক মথুৎমক্লা পাংথোকখি। মাগী অনীংবা অহুমদি তানবা কংগ্রে—কম্না নীংমনখিরনা, তুংদা কমদৌরকপা হায়বদি খলহোত্রে।

অসোমদা মহাক্লা চীং লৈবাক য়ৌগ্রিঙৈদা মহাকী মন্নুনমী চপ চাবা রারক পীনবগী থৌরাং লোইশ্রবনি। মৈদিঙু নিংথৌ শ্রীযুৎ লাবন্যচন্দ্রগী সনা হাক্তকনি। মপা ইবুংঙো নিংথৌরেন শ্রীযুৎ চীংথংখোম্বা, পাইমা লৌশিং চৈরোইনবা, মথৌনাদা য়োংকী থাইজন পম্নুংদা পৌরোন চান্মা লোল্লবা, অতাওবা শামু লমশাবু অঙেবা শনগুম কাখিবা, খেব চীংগী চীংদোনথক মীনা য়োবা তমনরবা; লাইনা মীবু ঙাইবা লম, অহুগুবা লমদোংদা পুংন্থু তা পামনা থৌশা-জগোই শাখিবা, লাইজ ঊয়েন পুংবুম্থ ইতা লৌখোংনি মনীংবা—সন্না হাক্তকা চীংবুরোই তম্বুরোই পুম্নমক্লা মৈতৈদা

তোঃখনি। কনানসু মহাকপু মশক খঙনরমদো। মহাক মশাক্তনাদি খঙজে, অদুবু হৌজিক্তি মহাকীনি হায়বা কনামত্তা ভেংবান অসিদা লৈথিজ্রে। মসিনি মহাকী তাকলো হায়ববু। অদুমকপু চিংনবনা মথু-ওইনরবা, রায়েন চৈয়াকী মথাদা লৈরবা মৈতৈসা; মহৌশানা মীরোক মীচান কয়বসু শকখঙদবা মহাকপু কয়মা চঙজকম পীগনি। মীগী শাইগং-শায়াদা তাংবা য়াররোই। মর মগা মপোং কাজিজে কনানা মাগীদমক খঙলবা ফাওবদা লেপ্পীগনি? অদুবু তোঙ্বা মশাদি রাশক অমা তোল্লিবনি চাওবগী মকমদা, "মচেম শকপী অদুগী মরাল লৈতে" হায়বা খঙহন্দুনা মাগী চিংনবা কোক-হুনুগে, অদুগী মথক্তা মচেমগী লৈকমসু খঙহল্লুগে, অসিনি। মরম অসিদগী চাওবা কদাই য়োৗথবগে হায়বসি খঙদরা ইয়ামক য়াত্রবনি। অমরোমদা চাওবগী খোজ্ল লীবা তারবদি সেলুংবদা অমসুং সেলুংবগী মনাইশিংগী মরক্তা, সেলুংবনা লোম্না শিয়খিবা মথোয়দা, হুবা নত্তনা অতৈ পাম্বৈ লৈতে। করিনা লৈবাক কোওবা রাকম নত্তবনা। তোঙ্বা মনিং মমাং কক্লে।

অসুম্না তোঙনা শিবসু হেক য়াদা ওহোক্লা বানা মতম লেনখি। মৈতৈ খুল্লক্তা চঙহুনা লৌত্তি শিংউবা লওহনা খুন অমা লোম্না লেকু অমগীদা নোংমা থুং 'মুম্না পুন্দি লেক্কই। কাইন-খলা মুফোল খুল্লক্তা কায়কপদা 'চাওবদি সেলুংবগী নাক্তা লৈব্রে' হায়বা অয়েপ্পা পাও অসি কংলে। চংখিরবদি কনানসু খঙনরমদে। মরাক পুন্দিদা থোকখিবা অবাবা খুদোংখিবগী মরমদা, মরক মরক্তা, লৈপু কয়দা তাংনরম্বা তাই—মহাকা অমসুং অমুবীসা [illegible] কানদনা মাঙথু হায়বগী? মথৌ য়াম্না মীওইবনা কয়া মুইনসু [illegible] [illegible]খিগনি। অদুবু মাগী মপুক্তা লেম্না নৌথু চিংনবা অহুনা, [illegible] [illegible]খিবা অমুবীদু মহাক্তা মাগী মুপী ওইনা পুখ্রক্লা [illegible] মহুত্তং লোয়ল্লাকে খল্লবনি অদুবু লম য়ায়দা লাই

লৈখিল্লে। তাজা তায়হনা লৈবা তাখি। য়ুম্ফালগী থুক ইরজন অমুক লৈবা খায়রোই হায়হনা অয়াম্বা লয়াই থয়াই য়োমদা থোক-শানল্লে। অম্ভুম্বা খা অমল্লোম অমুক হৌজিনখে।

মৈতৈ লৈবাক্তি মহৌশাগা মায়খিল্লে। হয়ান চিংথি হেক্লং-লক্লে। য়েক্লবা পুম্নমক ওম্মা ময়ায় কাংখৎনরক্লে। শ্রীযুৎনা পানবা চহী অনীরোম কারকপা অসিরাইদা নিংথৌ খুত্তম মুমবনা ময়ম ওইহনা মৈতৈ লৈবাক্তা ইংনা পানবা ওমলক্লে। ইকুই কুইদনা মচিন মনাওশিংগী লানহৌদা শ্রীযুৎ লাবন্যচন্দ্রগী পুন্সি লোমখে। শ্রীযুৎ মধুচন্দ্রনা মৈতৈ নিংথৌ ওইখে। শ্রীযুৎনা লৈচিল থোঙনেৎনখ্রবদা মনাই লাল্লোই কয়াম্ভু শমুজি খাইনা চেম্নখে। সেলুংবদি চেনবা নংদনা, মাগী মচা মনাইশিং খরপা লোয়ননা কৈত্তম শণ্ডদা লৈশরে। তোম্বা মাগী অনীংবা অছু পাওবা ওম্মগন্ত্রা খল্লম্বনি অহুবু হৌজিকা হেন্না খুদোংথিখে। লম্বী পুম্নমক থংখে। স্কুশিহৈত্রবা সেলুংবা মাগীদমক হুংশা থিরক্লে। কয়িওম্বা মহাক্লা মাওখিব্রা থোক্লবদি তোম্বা মহাকীম্ভু লম্বী মাওখ্রগনি। তোম্বনা কায়রয়োই হায়হনা য়ুম্ফাল অমুক হয়া কাক্কুনা অনৌবা মৈতৈ নিংথৌগী অচানবা মনাইশিং থিবা হৌরক্লে—মহাকী কায়দোং কংনবা। কায়ন-থংদা নিংথৌগী লাম্লুপ-শঙ পুবা অঙবা অমগীদা মাপী তুংকম কংজখি। তোম্বা কগত্রা থম্মুনা চওজক্লবনি অহুবু কত্তনবা ওনখরে। অঙম্বা অহুনা মাবু থাদোকউ য়াখিল্লে। চহী কয়া অমা অম্নুম্বা অমুক লোয়কই। অহুবু কাওবা ওমখিদে, মহাক্কী য়াশক। শ্রীযুৎ মধুচন্দ্রম্ভু কম্বাল তোংবা চহী মতাম্নোম কারকপদা ময়াম্বুংগী মতুং ইনখরে: য়েক্লবগী শয়োদা মথয়াই মাওখরে। লালহৌ অহিংনা ময়ম ওইচনা সনা কোম্মুং চাইথাবয়কপদা অঙম অথৌ অয়াম্বা বায়ক চৈথা কংখরে। তোংম্ভু কয়াইবা অহুংগী হাক্তকী তাকুনা চহী তরেৎ লোই থাবদা মাওখরে। শ্রীযুৎ চৌরজিৎ মহারাজনা সৈনা কমথাম্নাং কাখরে।

মৈতৈ লৈবাক্তা অহৌবা নিংথৌ মকম তোঙবা শিল্লকপা-শম্মা লৈবাকশা থল্লং মকম চাদবা ওইরবদা, য়েক্লবগী মিংয়েং চঙবা মপানা তাবনি। পাও অসি চাংবুরোই পুম্নমক্তা থুনা য়েনথরবনি। তোঙহ্ নমবা তৌরবদগী কত্তনবা ওনুনা তম লোই থাবদা যাওহনা চংথরে। মাপী মপুক্রৈাংদা নীংথিবা অতৃমদি লুকহনবক হনথিদে। নোংমা নত্রগা নোংমা শোরদনা পাওদুথিগনি থাজারি।

# ( ৬ )

তমগী পোমবী অপিথক পিকনা শাদোন ককথ্রবা, লোইবী থক্তি খণ্ডদ'খুল চেক্লা ওইনা থুংখিবা. কুমওন কয়া লেপ্লক্রে। য়াং চাওরবা চীংজাও, অকিবা ফংলবা ঈপাক অমত্তনস্ত মিকুপ অমা ফাওবা পলহনবা ঙমখিত্রবা মতমগী ঈচেম্নি। লাঙ্গং থৌরবা লাম্নাবা কম্না, যেকনবা পূম্না মাগী থুরাথাদা লৈমাইনহনথ্রবা. মতিক মঙান লৈব্বা মহাক্লস্ত মতম্ব থিংবা ঙমখিদে। মহাক্লা নেংলম্বদা তাহৌবা তে র্ব্বানগী খোঙ্‌লশিং অছু লীছুনা থৌনা কবা কয়াস্থু মথং মথং চৎনগ্রি। কনানা মতমগী লাঙ্গংদা মাইপাকপা ঙমলু-গনি' মীচং শঙ্গল নঙ্ইদবা, য়াবে য়ানা হৌখিবা, লেম্না নাইত্রবা মতমগী ঈচেলনি। তমুবীগী য়ায়বা পুলিস্ক ত্তক্রবা শক খণ্ডনত্রবা চীংলৈবাক অসিদা, অহল ওইরবী খুম্নাকপীগী য়ুথদা অমুক লেম্না ত্তৌরমদনা মথং মথং চৎগ্রি।

অঙকপা পুজি থোঙচৎলি। 'পোকনলগী শক খঙজর ভুবা খুল অসিদা মৈত্তে মুপী অমনা অহুয়া পুজি লেনখিগনি হা— অসি য়াথয়া লাম্বা কংত্রবা য়ালি। ঙসি ফাওবদা চীংগী

অমনি হায়না খুন্ডনরবস্ত মৈতৈগী চৎনবী অমত্তা কায়রক্তে। অহল ওইরবী হাওবীনা মমা মচাবু মমোম্মকা মান্নবা ঙাক শেল্লকই। খুন্ডদ্রে হৌখিবা মপোক লাঙোন্দা করি মরিবু লৈনখিবনো। শক্তিক থবাগুম ঙাল্লবী, থক্তা মচেম শাত্তবী, খাদা মনাও পোমদবী.. খুল্লাকপীগী মমোমা লৈখিদবা মুর্মিত্তগী খুন্ডহৌদনা মাইথোং ময়েং তাপ্রবী খুল্ল'কপী তমগী মমোম কংবদা অন্না' কোঙ্গাই কোল্লক্লে; অতেন অশাং খুনসিদা মখোয়বু বল্লুনবা পুন্সি শাংনা লৈখিগে নীংলক্লে। চাওনা নাওকোল্লবী খাণ্ড থক্তী পলেম্না মমোমগী ম্রিথে খোল্লকই, 'পামহৈবী' হায়না। খুল পুম্নমক্লা পামহৈবী হায়না খুন্ডনরকই।

নাওরা ওইরম্বা লৈশক লৈচু খুন্ডলমদবা, তমদা পোমশাংনরগা, লোইবী চাংদা পলেম মতুং ইনখিবা, পারি তোম্পোকস্ন পান-থংলকপা থাজত্নু মন্তাইরে। নোংমা নোংমগী মপুং মরৈ কাররকই। উনাথক্তা য়াতাহুনা, উরু উরানা মোনথাংনহুনা, চাংগী হৈরাংনা চিন্দম ওই, চীংজুম লাইজনা ইথোলাংবা কোকচহুনা, শঙ্গু লক্তগী চিথহৌরবা চেক্লাগুম নাইতোম চাক্তাহুনা, অঙাং অপিশক ওই-রম্বদগী চহী তরেৎ নিপালগী মতম ওইরক্লে মতিক চাবা খুৎহৈবনা, লৈরাং লৈখোঙ শোমহুনা, লাইজা খিক্লেন পীরখন্দি শিক্তেল লৈহৌ করগদবনি। অহুবু মরৌ লৈবা খোইয়ুম্মা মহাকীদমক কনাহ্ন তম্বীরমল্লে। মাগী হায়বমক্তবু পলেম মমাগা, মবেন শক্লবী চহী চৌশিংনল্লবী খুল্লাকপীগা অনী অসিতা মন্তাইরে। শাদোন কুকথবা চেক্লা ওইবনা কোয়না পাইজহুনা অথাম্মা হৈকোন্দা চাক্তাজরবস্ন চেক্লা মপা ওইখিদে. চানীংবা হৈরাং চাখিদে। চাংদা তোংহুনা, মরোল লোনবা মরক্তা পারি মপুং কাম্লকই। পলেম্মা লোনবা কোলোই. থুন কোৎবা য়াখিদে; 'পারি' হায়না খুন্ড-নরকই। পারি মন্ডু ইনখিবা হৈনাও অহুম্ন ভসি কাওবা হিংলি। শারেপ কাজিক্তে।

খুন অপুম্বা পাম্বিব্ শক শঙনরক্রে—খোংজাই মচানি, খুল্লাকপীগী মঙাইনি হায়না। খুনগী মমায়বশিংনা মাগী মনাক্তা শায়মিয়ঙ্গবগী ভত্তনা লাক্লি। কাংলম হায়ম্ চাক্রিবা অঙাংনিনা মহৌশানা অঙাং ওইবগী মমায়বশিংগা শায়মিয়নীংবা, জিন্না ভোৎননিংবা অহূ থিংবা য়ায়ক্রে। হেক্তিন্না থিংলুম্নবমু খুলগী মমাংদা চিংনবা পোকলকনি। য়ায়বা মঙাং অমনি। খুল্লাকপীনা য়াপ্পা য়ানা হিনাঁও শায়কই, মতত্রু মাঙখিদনবগী অমস্থং মশাদা খুনগী চংনবী অহূ চুখিদনবা।

নোংমা স্তুমিল্লাংয়াইরম অমনি, পূর্ণিমা মতুং নীনি কোনবদনি। থাবল্লা চৌংলেবাক অহূ কিঙৌ কৌবগুম নিংথিরে মেন্না থাগী হৌনবা। নুয়াংলোন লাকপীগী ইমুংদা মত মবেন ফুংনাক য়াংমা য়াংমা কমহুনা য়ায়ী শায়রি—

"ইবেন, ইমা লাকয়বা কয়া য়াংলি ?"

"শীং চনবা চংখিবনি, লাক্লনি—করিগীনো ?"

"চুম্না হংবনি। হন্নেংদি ঐনু শীং চনবা চংকনি, ইমাগী মতুং ইন্নুপনি।"

"অঙাংনা চংপা ঙমপোং নত্তে, ইবেনগী নাক্তা গৈনীংদত্রা ?"

"ইমায়বশিং লোইনা শীং চনবা চংনৈদা ইবেন। ঐনু ঙমগনি।"

"নম্নাগী ঙাংনো। নমানা য়াত্রবদি ইবেন্না নংবু থাবা ঙমদে। ঐনা হায়বা ইত্রবদি নহাক্তা ঐগা য়া ঙাংনরোই।"

অসুম ঙাংনরিঙৈদা অঙাং মন্নাম লাকপগী মীনিল তারক্লে। মপাল্লগী পান্নিগী মন্নায়বা অমনা কৌরকই—"পান্নি মপাম থোরকই, শায়রকসি।" খুল্লাকপীনা মমুংদগী খুম্নকই—"কনা কনানো ?" "ঐখোয়নি খুল্লাকপী। পাম্বিব্ হৌদে শক্লিপনি—কিরল হাবী শাজনদৌরি।"

পাম্মি তুম্মিন্না মপান থোকল্লে, মবেনসু মচুং ইল্লকই।

"ইবেন, ঐ শান্নবা য়াওরোই কুইম্ব য়েংলুগে। ইমা লাক্লগা কৌবিন্নকই।"

"নমা লাক্লগা শাউবগনি। নমা লাক্লগা চংলু ইন্নুথগো।"

"কৈদোগে ইবেন ইমা লাক্লগদি চংহল্লোই।"

"তুম্মিদাংদা করিগী কিবুল চাবী শান্নগদোউম্মিবা?"

মমান্নবা মন্নান্না চিংক্লুনা পুল্লে। মবেন্না হান্নবা যা অহুগী পাউখুম পীরমল্লে। মাপী হুই অহুসু মতুং ইন্নল্লি। থুল্লাকপী মওল মওল খল্লকই; ইমুংদগী মপান থোরক্লে। অয়াম্নগ থুনগী চিথেক্তা অতাং মন্নান্না লাংবা তাম্নি। চৎসি কদাই চংকমুসি কদাই ওৎথোক্লা নীংগুমদে; মতুংবু পংকল কম্না হেক থিংবসু য়াদা, থিংদবসু য়াদ', য়াথনগী পল্লেপকম খত্তখিল্লে। পাম্নিবু পুরক্লবসু য়েংবতদি য়েংলুগে খল্লকই। চেন্থু অমা পায়রহুনা ইমুংদগী মপান থোবক্লে। থুল্লাকপীনা কৈরোই লৈক্যাই কোয়খিদবা মতম শাং-লক্লবনি অহুবু গুসিদি মগুগী হাকন্নবদা ইথোল য়াংমা লাক্লক্লে। অতাং মন্নাম শান্নরিবা মকম অহু তাম্না লাক্লে। অতাং ওইবগী হৌনবা পাম্নিনা হয়াওনা মমান্নবশিংগী মন্নক্তা কোইচেন চেন্দুনা শান্নবা উবদা খাম্বদি লায়রহুনা অহোইননা মপুক নৌরকই। পাম্নিবু কৌহুনা পুরক্লে হায়ববু মগুগী মপুক্লীংদা লুংতাইরোইদৌবহু খল্লুবদা তুম্মিন্না হল্লক্লে।

পাম্নিনা মমান্নবশিংগা য়াম্না হয়াওনা শান্নরি। গুসিনা অহানবা তুম্মিংনি। তুলং-হন্দা চেন্দুনা শান্নবদগী পাম্নিনা ইমুং অতুগী শাক্লোল কাচিন্দা থগা লৈয়ু থরুং অমা থেংলুরে। তুমা মকম অহু তাওথোক্লে। অতাং পুম্নমক শান্নবা লেপল্লে—থরা অগনা কিহুনা চেনখিবসু য়াওরে। পাম্নিদি তুম্মিন্না লেপ্তুনা অহুম থৈরে—

ইমুং অহূগী অঙাং অমমা চেমশিনখিছনা মর্গার্দা তাকলুরে। ইথিং খিনা মপা-মচা ইমুংদগী মপাম থোরক্লে, পান্নি ওঙক ওঙক য়েংলি। য়ুম্বু অহূদি শাউবনা লৃত্তোন কাখয়ে।

"কন্নি থোক্লে অঁসিডি" হায়রুনা পান্নিগী মমায়দা হয়া হয়া খুবাক্লা থাক্লকই—অশাউবদগী অঙাংনি হায়বা য়েংবিখিল্লে। পান্নিনা কপ্পনা "উহৌদ্রুনা থেংখিবনি" হায়না খুন্নকই। "নমিৎ পান্দবরা, মপা মমা মফম থভদবা কদাইদগী অঙাংনো মসিবো, তানহুম থিনসিরা?" ছুপা অহুনা চৈবগা লোয়ননা হয়া হয়া ফুরবদা মাগী মতুং ইন্নকপা হুই অহুনা য়ুপা অহুদা থোং-লাওহনা চেমশিন্নকই; পান্নিগী মমাংদা থমনা লেপখ্রে—লানবা পাগে হায়বগুম। শাওরবা য়ুমু অহু ইমুংদা চঙশিনখ্রে, তা অমা পুহনা অমুক থোকলক্লে, হুই অহুবু হাংতোক্লগে হায়রগী মওংমি। মতৌ অহুদা পান্নিনা মাগী হুই অহুবু কোল্লকই। "ঐগী হুইদা তাইনবিয়ু ঐনা লানবনি ইপা।"[২] কপ্পহুনা হায়রকই। অঙাং অহুনা কন্দুনা নৈরবদা য়ুম্বু অহু পাঙল থোকখিল্লে। চৈরকই— "চৎখ্রো খুন্দাংবোগী মচা। মতুং-মনাও তৌরবদি থঙগনি।" অঙাং পুন্নমক হৌহনা চেন্নখ্রে। পান্নিনা মমান্নবশিংনা চেনখবদা মাগী হুইহু পুহনা মফম থভদনা থোরকই—মমান্নবা অমনা তূমিন্না মথুং পায়হুনা "চৎলসি" হায়না লোমনা চিংবিন্নরে। পান্নিনু কপ্পা কপ্পা মতুং ইন্নকই। ময়ুম য়োরকলবদা কপ্পা তোকলে, মমান্নবা অহুনু চৎখ্রে। কক্নী থোঙ অহু হাংদোক্লুনা ইমুংদা চঙলকই। শাউরবা হুই অহু মখিত্তা ঈ কারক্লুনা থোংজিন য়াংমদা নৈহৌরে। ফুংনাক পান্দা কমহুনা খুল্লোকপীনা মওবু ওাইরম্বী। হয়া য়েংথংখিবদা পান্নিনা ছুর্মিন্না ফুংতক ফুংজানম্না লৈপলম্বা উথদা মথেম্না "কল্লো লাও শাম্নবা লৌইরভা?" হায়না মওবু মথুং পাল্লহুনা চিংশিনবিরে। পান্নিহু

চঙশিল্লকদৈ। মৈগী মৈত্তাগ্না অঙাং অত্নগী মমাইদা তারবদা খুৎকী খুৎকম লৈরম্বা অমসুং মমিং অনীমক পিনা ঈর্বা চেল্লম্বা অহু মবেননা উরুরে। খুল্লাকপী থংপ্রেক খংখরে।

"কৈদৌরে ইবুংঙো কনাগা থৎনরুরে?"

পারি রা অমত্তা ঙাংদনা তুমিল্লা লেপ্তুনা লৈরি।

"শেংনা হায়য়ু কনানা নঙোন্দা ফুরকই?"

"ঐনা লাল্লুহনা ফুরকপনি - মীগী য়ু হৈদোকলুরে।"

"ঐনা নংবু চংথোকত্নু হায়বা য়াদেদো। নমা লাকলগা করি খুমগনি? হায়য়ু, কনানা ফুরকপগে?"

"ইত্তাওগী মপানা—অরাং থংবা য়ুম অহুগী।"

খুল্লাকপী শাউবনা ল্যতোন কাপ্রে, মশা নীকলে। অক-কত্তা খঙথিত্রে মঙ্গীদমক লমন খুমগে নীংলকলে। পারিনা মবেনগী খাং কোল্লহনা হায়রকই—"ইবেন কদাইদা চংকদৌরিবনো?"

"নহাকপু ফুরকপা মীশক থিরুগে?"

"চংকন্নু ইবেন ঐদি ইপা-ইমা মকম খঙদবা মচানি।"

খুল্লাকপীহু মঙ্গী রাহু তারগা মমিত্তা মপি শিন্থরকই।

"কনানা করি হায়রকই?"

"ঐবু মপা মমা মকম খঙদবা মচানি, খুন্দাংবীগী মচানি হায়না চৈহোই। হায়য়ু ইবেন ঐগী ইপা কনানো, ঐগী ইথুব কনানো?" করি খুমসিগে খঙত্রে, খুল্লাকপীহু। হায়রকই—

"মীবু মপা লৈতবা হৌনত্রা? নহাকপু পোকপা মপাদি লাইবকপীবনী ঐখোয় খাইবু হন্দোকলমহুনা ভাইবং মীচাক চাৎবা লোইহে। করিগী নপুক হুৎশিরি? নমাগা ঐগা লৈরি-বনিদি। লৌরিবা অসি নয়মনি, নংগী নথুননি।" খুল্লাকপীনা

করিগীদমক অহুম্না খুমলুরিবনো হায়বা শঙসমদে, মখোজেল নীঙ্কে, মথা তাবা ওমজে। চীংদা ভোংলবহ্ থম্মোয় পানবী ছুপীনি, অম্না অনা নংলবীমি। লুপ্রা ওইরবী, মমোমগী, থাইনা মৈশা লাওবী—নৌনা মমোম শৈশিন কংওেদা, রাবগী চাং থরা হম্বুরগন্রা খঙরমবু ওসিদি মতগী রাহং অহু তারুবদা, অহল ওইরবা পুক্লীংদা নৌনা মৈশা লাংলরে। মহাক্না খুমথিবা পাওখুম অহু থরুবদা মকোক ওাওখো, পুবা ওমথিজে। পারি পুক্লীংদা মবেনগী পাওখুম তাবদা "লাইবক থীরবা মপা লৈতরবা অঙাং অমনি হায়না" খল্লকই। ম্লাংলবা অঙাংগী রাখন্দা, অঙকপা কংলবা চৈনা অমা মিকুপ অহুদা কাওরকই।

পারি মবেনবু থাদোক্লুনা মপাল খোক্লক্লে ; অচিকপা পাম্ব-শুম থোওজিন্দা লেপ্পরে। অহাওবা অতিরাগী ওমখৈদা তুমিন্না ম্লেংলকই। থাজগী মঙান্না চুমথোক্লবা অতিরাগী মকোয়দা মশীং লাকওমজবা থম্নাম্মিচাকশিং অহুবু য়েংলি ; মাগী পুক্লীংগা চানবওম নীংথ্রে। মাবু থীনা চৈথিবা অমম্বং মবেক্না অমুক মপা লৈতে হায়খিবা পুম্নমক অহু ভঙনা তারকই। মমিগুগী মপি শিল্পকই। অঙাং ওইরবা থম্মোয়দা থাইম্ময় মৈচাক খঙহন্নে।

অহল ওইরবী থুম্নাকপা অমুক হন্না রাখল লাকপদা মঙনা মনাক্না লৈরমজবদা কিংনা মপাজোমদা খোক্লকই। পারিগী মতৌ উরুবদা লৈবা ওমখিজে। মগুগীদমক লমন থুমগে ন্নীংলক্লে। অহুম্না মাল্লা অমুক চঙশিন, তুদা অমুক হন্দোক, থুম্নাকপী পুক্লীংদা পোক্লেপকম খঙব্রিওে চৈরক্তা পামহৈবীমু হক্লে—শীরজন কোকথোং পুক্লহুনা। মম্নাজবী পুম্নমক মাগী মাগী মরাইম্না চংখো। মহাকন্থ মযুক্লোমবা চঙলক্লে, থোঙজিম মপান্দা পারিনা তুমিন্না লেজবহ উরুরে।

"ইবুংঙো ইমা নাক্রে। হৈ-রা পুরক্‌ই ইমানা, নাকও ইমুংদা চঙলসি।" মচাগী খুজেং পাক্লহনা পুশিনবিরক্‌ই। পোৎরোম থারে। খুল্লাকপীগী মনাক্তা চঙলক্রে, মৈগী মৈঙাল্দা মচাগী মমায়দা মক্তিং মতিং পোল্লহ উরে। ইঙক-ঙকখ্রে; অশাউবনা মাং-ওইনখ্রে; মমিত্তা ঈরা চেল্লহনা অহল ওইবী খুল্লাকপীদা অল্পা হায়রকই—

"ঐনা করি লানথিহনা অপঙবা অঙাং অসিদা তাইনরিবনো? নহাক্কী নাক্তা চঙজকম নিয়ে হায়রহনা অগুপ লাকচখিবা হৌনজ্রা?" —মচাবু মথাদা কোনশিল্লে; হিক-হৈনা কপ্লক্রে। খুল্লাকপী করি হায়না পাঙখুম পীগনি?

"ইমা! কারিগী ইবেন্দা চৈরুরি। ইবেন্না নত্তে, ঐনা মীগী মু হৈদোকসুবদগী মীনা ফুরকপনি।"

মচাগী হুনা লুত্তোন শাৎলবী পামহৈবীনি। পলেম শরা নাওকোল্লকপী খুল্লাকপীনি হায়বা কাওবা কাওথোকলুরে। প্নারিগী মপাও তাবদা তয়াং-তশোইরবী মহাক্লা অহল অহগী য়কমদা খুরুমজরকই।

"ইমা ঐমা লানখ্রে ঐবু ঙাকপিয়ু।"

অনীমক কোমহনা কপমিল্লরে। খুল্লাকপীনা পারিবু মতম্বাক্তা পমলহনা মগুগী মিগুগী শিক্সরকপা পিহু তৈথোকপিরে। পলেম অমা ওইরক্লনা পামহৈবীগী মৈচাক্ত মঙোন্দসু কাওরুরি।

পারিমু চিংনবা অমসুং অকিবনা থল্লবা মীচৈ অহু হৌজিক কাওবা তারি। ভোইগুবস্‌সুং মমাদা হোজোকে খনখিজে, ছুমিন লৈরে। পীগহৈবী ইমুং অক্সা লৈবা ওমজহনা মপান থোরক্রে। মৈত্তে পৈবাক ওন্দুনা হিক-হৈনা অমুকসু কপদি। কুমায় কয়াগী

মমাংদা হৌঙ্কবা অরাবা য়ারী অহু ঙসিংতা নৌনা থোক্লবগুম নীংখ্রে। মথন্তা অঙাওবীগুম শোয়কই—

"মীওইনা পোকপগী মুংঙাইবা হায়বছু অসিয়ন। মতু শোনবা মীবু ভুহৎপা হায়বা অসি মকম মতম খুদিংমক্তা হোংবা মরৈখিত্রবোই !"

হৈনম-লৈনম্মা চুয়বা, চীংগী অইংবা মুংশিংনা, পামহৈবীগী মশাদা অথৌবা ভেনগা মায়খ্রে। খোঞ্জেল থোক্লা কপ্পবসু কনাগুম্বনা তাখিগনি কিবনে, থম্মোয় পানা চেক্লক্লিবা পিগী ঈচেলবুসু থিংবা ঙমদবনে, অঙাওবী ওইরে লমলানবী মহাক্তি।

খুল্লাকপীনা মগুবু ইরেন কমহল্লগা, পামহৈবীবু ইমুংদা কৌশিংনবিরুরে। পাম্নিসু থোদোক অতুদা চাগনি থক্কনি হায়বা নীংশিংখিত্রে। ইনশিল্লুবা য়াওদনা কমুংদা মথন্তা চণ্ডখ্রে। কল্লাংগী অহোবদা চণ্ডলকপা থাবলগী মঙালনা যোল্লাংথক্তা তাররি। পাম্নিনা মছু য়েংছুনা অসাইগী চৈখিবা খোঞ্জেল অহু হন্না হন্না নীংশিংলি। পামহৈবী অমসুং খুল্লাকপী অনীমক য়া অমত্তা ঙানখিত্রে, ফুঙ্গাগী মৈদি মৈরি থোক্লা ইঙাং-ঙাংনা চাকলি। য়ুমগী অহোবদা চণ্ডলকপা কৌজেং হায়রৌনা অরগুবা মৈঙাম্দা কোইপাই পাইরি, মৈন্নুংদা চোংশন্দুনা মথায় থাবসু য়াওরি, পামহৈবীসু মচাগী নাক্তা চণ্ডখ্রে, খুল্লাকপীদি মথন্তা কমহৌরি।

ঙাইহাক লৈরগা মপান্দা মী লাকপগী শউম তারকপদা খুল্লাকপীনা "কনানো" হায়না হংলকই।

মপান্দগী খ্‌ল্লকই—"ঐনি অবোক।"

"চণ্ডলকউ থোঙ লোন্দবনি। কন্নিগীনো নংনা অসুপ থেঙবদা ?"

"ঐহু পামদা কুমলুই হৌজিক্তা মরাকই। পাম্নিবু ফুন্নিথরে হায়না নঙনা তম্বী। হন্জে লাকপনি।"

"হোয়, অঙাং মরাম শান্নবজগী য়ু থকং অমা হৈদোক্লমুই হায়। পাম্নিবু ফুবিম্নক্লে। ইমাস্থ মম্নম থিক্লসিন্না নীংলম্নিব্বনি। ওন্থোক্লা থোইম্নাংঙ্গ্রে—অহল মতম ওইরকপা অসিদা।"

"অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ খন্নদি খঙহনবা চুম্মী। প্রানা পংলাক লাকচবা য়াবরা? মম্নম থিবা চুম্মী। ঐনা নীংবদি মহাকস্থ লাকপা য়াই। য়ুগী মমল তান্নবা য়াই। ঐখোম্ননা হান্না চংলুবনা হেম্না কৈ।"

"অত্তুনি ঐনা খল্লিবস্থ। নখোম্ননা খঙলিবহু মঙাই ম্নমা মচাসি ইপ্রানা ঐগীদা থাম্নকপনিদো। নখোয় থাম্ন লৈ হায়ন্থনা ইনেম্না থম্বনিদো।"

"হৌজিক্তি মতম থেঙক্রে, হয়েং নোং তান্নগা হংলুবনা কংনি। ঐস্থ চংলগে হয়েং অমুক লাকে।"

"করে হল্লো। হয়েং হংলুবা হাঙ্গবহু মঙাইরে।"

হাওবা চংখন্নে। খূন্নাকপী থোঙ] তাশিল্লে; কমুংদা চঙক্রে তৌইগুম্বস্থং তুম্বদি য়াখিল্লে।

( ৭ )

অরাং থংবা খুন্দোনগী, য়ুমদোমপোক অতুগী হাত্তবা মতৈ মনাওস্থ অহিং চুপ্পা রা তাম্লরি। নোংজাল্লগা য়ুগী মমল থোক্লসি লেপ্লখ্রে। নোংঙানবা ঙাইবা ওন্নমদে, খুল্লাকপীস্থ অতুমঙাই। চিংখৈ কিন্থপ হেক হল্লকপগা খুল্লাকপীনা খুঞ্জা অতুগী য়ুমদা চংখিত্নুনা মহাকপু হৌদোকল্লুরে। খুল্লাকপীনা কৌরকপা তাবদা হাওবীনা থোঙ হাংদোক্লে।

"ওরাং হুমিদাংরাই পারিনা নহাক্কী লৈরু খরুং অমা হৈদোকল্লুরে হায়।"

"চুম্মী খুল্লাকপী।"

"অঙাংনিদো! অতুবু নহাক্না ফুবি চৈবিরক্লে হায়। পারিগী মমাই অতু খুৎকম ঙাক্তা ঙাইরে। অঙাং অতু কপ্পনা লাক্লে। ঐগীদি ইশুনিদো নহাক্না খঙলিবা অতুমঙাই।"

"ঐনা পংকন কল্লা ফুরুবা নত্তে লাকপী।"

"ফুবতুস্থ তোক্লো শাওনীংবগী মরাইননি, পুক্লীংদা থোইনা রারোদে। অতুদা খুঞ্জা, পীক্লবা অঙাং অতুদা, মপা মমা মশক খঙদবা, খুন্দাংবা হায়না চৈবিরকই হায়।"

"চৈক্লরে খুল্লাকপী অশেংবনি। হায়নি হায়রোই খঙখিদ্রে।"

"অহুনি খুঙ্গা ইপ্‌াগী নাক্তগী লাকপনিদো—ঐগীদা লৈরগা মুংঙাইগনি হায়হুনা। পীক্লবা অঙাং অহুদা অহুম হায়না চৈগ-দবগী মহুত্তা ঐঙোন্দা চৈরম্নবদি পুক্নীং য়াম্না মুংঙাইরমগদবনি। মমাগী মবুক্তা ঐবু কাওবা মুংঙাইরম্লোই খল্লুবদা ঐগী ইপুক অসি ওন্থোক্লা খোয়রাংগ্রে। লমলানবী অসিবু খম্বা ঙমলোইদোরি।"

"করি রানো খুল্লাকপী? মহুগীদমক অহুক হাক্লা রারোবা হৌনদে। অহুগা খূল্লাকপী, রা অমত্তংগা তাকঙ, পামহৈবী অসিবু কনানো, করিগীদমক মকম অসিদা লাকপনো?"

হুংকম খোক্তবা রাফম হুংলকপদা খুল্লাকপী চিংনদবা ঙমখিদ্রে।

খুনদবা রাদবদগী য়াম্না চেকশিন্না খুম্নকই—

"খোংজাইস্নুবী অসি ইপ্‌ানা থাম্নকপনি-ঐগী ইতেং পাংনবা। খূল পুম্বা খঙলিবহু মঙাই। নহুক্লা পামহৈবীবু করি চিংনবা লৈবগে—হায়যু ঐঙোন্দা?"

"চিংনবগী রা নত্তে চুন্না খঙনীংহুনা হংবনি।"

"অহল ওইরে হায়হুনা করেম্নগনু। নহালমখৈ লৈরক্লি খূল খঙনা।"

অশাওবনা হেল্লকই, মুংশাথীবা মরক্তা। মন্নৌ লৈবা রাহংনি, মতিক চাবা পাওখুম নল্লবরা অমুকন্থু চিংনরকই।

"লাকপীনা অরেম্বদা শাওগ্রে, ঐদি চুম্নতা খঙনীংহুনা হংবনি। শাজং, ফজবী, রাঙাং ফজবী পামহৈবীনি হায়বা ঐখোয়ন্থু খঙই। 'ফজমনবা অহুদা হংবনি।"

"করে খুঙ্গা য়াংলৈ মমল হায়রু—ইগুনা হৈদোক্নম্বা। নংগী নপোৎ মাঙবা য়াদে।"

"মমল পীত্রবস্তু য়াগনি, মতুগী থোইনা থিরুগনু।"

"করি বানো থিদবা য়াদে, নংগীদি নপোৎ মাঙলিবনি।"

"মমলগী হায়রবদি শন্দং অমনস্তু মপা ওইদে; অদুবু লাকপীনা খন্দুনা পীবিয়ু, অদু অদা থিজরোই।"

"করে অদুমক পীগনি।"

অসি হ'য়ররগা লাকপী মকম অদুদগী থোরক্লে। ওসিগী থোকলিবা থৌদোক অদুদা অহল ওইরবী খুল্লাকপী চিংনবা অমস্তং নীংঙমদবনা লৈবা ঙমলক্তে; লাকপী মখ্ৎমক্লা মমোমগী লাং থাক্লুবগুম থোকখ্রবরা? ময়ুমদা হনবগী মহুত্তা মচা শক্লা নাওয়োকখিবা ময়ানিপাগী য়ুমদা তায়রগে চৎলে। লাইরবা খুঙ্গনি মতম লৈবা খুদিংদা লাকপীবু কাওরমদে, মাগা হাকপান্নরবী লাকপীগী মমোস্তু নীংশিংদুনা খুল্লাকপী লাকপা উবদা ইমুংদগী চেস্তোকলকই।

"করিগীনো অবোক। মহাকদা চৎলুরব্রা"

"হল্লকলিবা অসিনি; ইমুংদা চঙসি, নহাক্কা তায়গদবা য়া য়াম্না লৈরে।"

অনীমক ইমুংদা চঙমিন্নখ্রে; খুল্লাকপীবু কমহল্লে।

"করি য়াগীনো?"

"হায়সি কদাই, হায়নুসি কদাই, ঐহাক য়াম্না চিংনরে।"

"করিগীনো অদুপ চিংনরিবা? করি হায়রকপগে?"

"ওয়াংগী য়াফম্ অদুনি। পারিনা হৈদোক্লুবা য়ুগীদমক য়াকোংবা তারি—শন্দং অমথক।"

"হাকমল্লিদনা মহাকস্তু, য়ু খক্লং অমগীদমক শন্দং অমা তানবদি।"

"নহাক হৌজিকমক, ঐগী ইখুন তাম্না চৎপা তারে—ইপ্ৰাগী নাক্তা।"

"করিগীনো ?"

"শন্দং অমা পুরক্কবা য়াদে ; খৌবুম মচা অহুমস্থু থারকই হায়রুগদবনি।"

"অতুপ খোইরাংলিবা করিগীনো ? লাকপী পুক্লীংদা রা লোৎপ্রা—ঐহাকপু কাওবা থাজদব্রা ?"

"নহাকপু চিংনবা নত্তে। লাকপী ঐগীদি ইরানংনি ; পুকচেল কত্রবা থুগ্না অহুনা পামহৈবীবু কনানো থিহৌব্রি। ইপ্ৰাগী নাক্তা মমা মচাসি থাগ্রগে নীংলি ইনেমনা।"

"করিগীদমক অতুপ কিরিবনো ? মহাক্লা হায়গে মখে হায়রজসনু।"

থুম্লাকপী মপুক্তা লৈবা ওমলক্কে ময়াল লৈবগী হৌনবা ; হাওবা মণ্ডাইহুবু থাজরবুমক্তদা মাবু ময়াল নংহল্লোই নীংবদগী থুম্লাকপীনা পামহৈবী মমা মচা কনানো হায়বা তাকখিত্রে।

"নহাক্তা ঐবু চিংনরম্বা য়াই ; লাকপী ময়াল লৈত্রা হায়না অহুবু চিংনরবস্থু অহু মণ্ডাইরে মখেৎনা থগুলকনি থুম্লাকপীগী ময়ান করিনো হায়বা ! ঐনা হায়রিবা অসিতা চৎলুখো।"

"অহুগীদমক্তি করিস্থু চিংকগনু। পামহৈবীবু থিল্লুবা তায়বস্থু ঐখোয় থার লৈরি। ঐখোয়মক লৈনা লৈনা নৌপ্ৰাগী মকমদা য়াকৎপা হৌনদে। রা কোংগদবা শন্দুস্থু ঐহাকী লৈ। অহুগীদমক ওইরবদি থুম্লাকপী নথুত্তা শিন্নগে।"

"হন্দকী য়াকম অসিদা কনাগাস্থু মতেং লৌনীংদে, ঐহাকীদি ইরানংনি মহাকী মচা মনাইনি—ইপ্ৰানা খোকপা শিন্নকসনু।"

"চৎপদি চৎলুগে। নহাকপু লাকচখিবা, অসিদি লোৎপা পামদবনি ঐহাক্তি।"

খুল্লাকপীনা মহাক্কী মঙক্তা শিন্নিবা নোংথৈ্র পরেংদু ময়া-মুপাদা শিন্নরকই।

"ইপ্ৰাগীদা চৎলগা নোংথৈ্র পরেং অসি পীরুচো। মুপা অহমগা, লোম্বনরকউ; শন্দং অমগা শূরকউ। থিনবা য়াদ্রে হৌজিকমক চৎলুরো।"

"ফরে অতু মঙাইরে" হাওবা পুক্নীংদা ইমুং কুংভাইতনা লৈহৌরে। খুল্লাকপীমু চৎখ্রে।

পারুহৈবীনা পামদা চৎকদবগী শেম-শারি; পারিনা মাগী হুইগা শান্নমিন্নরি। খুল্লাকপী লাকপা উরবদা মবেনগী নাক্তা চেন্থোক্লকই।

"ইবেন কদাই চৎলুই?"

"ইশুগী লমন খুম্বা চৎসুবনি।"

"ঐনা লাল্লগা মীঙোন্দা করিগী তাইনরুরি?"

"খঙদহুনা হৈদোক্লুবনি, করিগী ইশুনা লানগনি।"

খুল্লাকপী ইমুংদা চঙখ্রে; পামহৈবীদা হায়রকই—

"নঙোন্দা তমদবা য়াদ্রে ইবেম্মা। হাওবা মরো লৈরম্রে। নহাক্কী পোককম শাৎকম থিরকই। চেকশিন্দবা য়াদ্রেকো।"

"করমনো 'হাদ ইমা?'" ইকিং কিংনা হংলকই।

"মিপায়গম্মু, ইমানা পুম্নমক শিরগনি। ঐগীদি হায়গ্রবনি, নগাক্তীদমক লেপগ্রবনি, লৈরোন চনগে চনসম্মু, পামদা হুঙ্গেকে হঙ্গেকসম্মু। ঐনা য়াবা হায়ববু, ইমা ইচা ঐখোয় কাইনগদ্রা অসিতনি।"

"কদাইদা অমুক চৎপা তাব্রবা?"

"হাওবা মপুক্তা নহাকপু অতুগা পারিবু কনানো হায়না অহোয়া পেথনা হংহৌরি। ঐগা খংনতুনা লাক্লবনি। ওসি নোংমা নীনিসি শীং চনবা চংপা য়াত্রি। ইপ্‌াগী নাক্তা পাও থাগ্রে। মহাকীদা নমা নচাবু থাগে নীংলি। ইমাগীদা লৈবগা অক্সানি; কব্বিন্থ চিংনগনু।" "ঐগোন্দদি অক্সানি। অতুবু ইমা, ঐনা চংপা তারগনা নগাকীনা অমুক কমদৌবা?"

"কৈদৌগবনো; লাকপা মানা অয়োইবা মিকপ তানখিবা মকম অসিদা ঐগী ইমং শেমগনি—শিরবস্থ অতুমঙাই!"

"কব্বি খুন্দা লৈবনো ইপা ঙাইবা অতুবু? মৈতৈগী ঙাই ওইরমতুনা অরেম্বদা রাতুনতা তোক্লগদ্রনে ইমা?"

"মৈতৈগী মঙাই ওইরম্মী; চীংশাংখোম্বা সনা হাক্তকা লোইথাকম ওইরম্বনি। নোংচুপ থংবা চীংশাং অসোমদনি। ঐগী ইপাম খুন্নি; খৌবুম চীং কৌই। চিংনরবা কাংবুনিনা কৈদৌন্নংদা মৈতৈনা খোংদাররোই। মতুগীদমক চিংননীংঙাই লৈতে। ঐনা পাও থাগ্রবনি।"

পারিদি রারী শাবদু তারমদে। অঙাং ওইবগী হৌনবা ঙাইহাক পুক্লীংদা রাই চিল্লবস্থ কাওবা মঙম্মী। অতুবু মাবু পোকপী মমাদি লাম্বোকপা মঙমখিদ্রে; কল্ল-কল্ল শাংবা খোংলমগুম মতমনা হৌখিবগা লোইননা নৌনা অরাবা হাপ্লকই। খুল্লাকপী নাক্তা লৈতুনা অরা-কোলাই লেল্লগদ্রা খল্লম্বনি। মরৌ চাওবা খোয়ুমনদি অরা' পোথাগ তমলমদে। কুইর কুইর চাওরকই. খাইনা মৈচাক অতুস্থ—মহ কল্লবা, থংপিনবা, লৈত্রবা লম্মেগুম। পারি মাবু য়োকপনে কোয়না চিক্লাক থিবনে, চহীনা অঙাং ওইহৌরে চেংলৌ শকক্ষম. হোংগ্রে, চীংদা তোংবী ওইরক্রে, মৈতৈম্নুপী মহাক্লা।

---

## ( ৮ )

ভন্নি চনখ্রে, ময়াগী পাওদি ভসি ফাওবা তাখিদ্রে। কন্নি খুদোংথীবা থোক্লবনো চিংনরকই। য়াচংবা মতুংদনি। পান্নিদু ঙসিদ ওন্তা তুমখ্রে, মহৌশাগুম্না মমাম্নবগী মরক্তা শান্নবা য়াওখিদ্রে। পামহৈবীসু মপান্দা হরুচিক লাংলি। চীংগী মুংশিংনা অরাং পা না লিন্নি-লিন্নি ভমলি। পামহৈবীনা নহা ওইন্নিঙৈগী হৌখিবা পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক নীংশিংলকই—নীংশিংলূংগা মমিত্তা মপি শিন্থরকই, মপুক্নীং নৈতাবা ফংখিদে। চীংদা তোংতুনা অন্তম্মক মাওঙ্গগদ্রা খল্লকই! ইমুংদা খুম্নাকপীসু মতোমতা ফমলি—মুংশুক-মুংজা-তুনা; মুংশিংনা ভম্নকপদা অকংবা উনা-শিংনানা জ্বাই জ্বাই পাইথোক্লকপা তারগা অমুক অমুক মঙফাওনৈ। পামহৈবী চঙলক্লে। খুম্নাকপীনা হংলকই—

"নবুং লাকপা উদেকো?"

"লাক্লে।"

"মম্নাম অহুগা লোইনরকপা তারে, ঐদি মাবু হান্না লাকহন্নীংবনি। চংলমদাইদসু হায়হৌদ্রে।"

"লম্বা লমখাংদা পন্দুনা লৈরোইকো ?"

"লৈবোই. অদুগুম্বা মী নত্তে।"

"মৈতৈগা কবুইগা মরি তৎনখিবসি কৈদৌবদগীনো ইমা ?"

"খুল অসিমক্তদি নত্তে ওইনা লোংদা মানী মুপী হাত্তোক্লগা চেনখিবা মুপা অমা, মৈতৈ নিংথৌগী কোন্নুংদা লোৎলুবগীনি, ইকুই কুইদ্রি। নখোয়দি তাদ্রা ?"

"ঐমক্তি তাজদ্রি, মৈতৈ নিংথৌনা খন্তনা খন্তনা লোৎলম্বা ?"

"খঙলবদি কদাইদগীবু লোৎলমগবনো ! অদুবু মুপা অদু মৈতৈগী মেশব অমগাদা লৈবদ কাইনথংদা শঙনবকপনি ! কবুইনা পীয়ু হায়রবদা মেপুর তহুনা পীবদ্ খিদে। অসোমদসু শিরিবা মুপী অদুগ মমা মপানা পীয়ু তকাশিল্লকুবদা যাদ্রহুনা মৈতৈ নিংথৌগা নীংঙাই শাংদাংনখি। থৌদোক অসিদগী কবুইশিংনা মরম্মাই ওইনা মৈতৈবু থার্জখদ। মম্ম হায়ববু অসিতনি ?"

"মৈতৈনা করিগুম্বা চঙজকম থিরক্লবসু চঙজকম পীখিদ্রব্রা ?"

"পীরিগুমসি হায়না খুল খুদিংগী খুল্লাকপশিং মরাম নিংথৌ মরাম তিংহুনা লেপ্পাখি। য়ানীংদবা কয়াসু য়াওখি ; অদুবু মৈতৈনসু রাসি তাবদগী চৈংদা অমুক কারকখিদ্রে।"

"করিগুম্বা মৈতৈনা লৈরম্বা থোক্লবদি ?"

"মরম চাদ্রবদি শিবা নত্তনা করিসু লৈতে, চীংগী অতোপ্পা রারক অমা লৈতে। অমুক্তা তেল্লা লুবদি মহাকপু চঙজকম পীরম্বা অহুনি। শালানগী মওংদা খুঙম ঙাইনহুনা লৈরবনি হায়বা রাই।"

তাগ্না অসিদা লাকপী মপুক্তা চিংনখিবা হাওবহু মুগী মমল থৌপে হায়হুনা লাকপীগীদা লাক্লি। ইমুংদা শারম্বা রারীচ তাবদা য়েনখারোমদা লৈশিন্দুনা তুমিল্লা তাক্লি।

"অদুদি ইমা রাসিদি য়াম্না লুরি, করিগুম্বা ঐবু মৈতৈনি হায়বা খঙথবদি ইমাগীদি য়াম্না লুগদৌরি।"

"ঐগীদি ইশানা খঙনা লেপথবনি, হোংবা যাদ্রবনি। নমা নচাগীনি ঐনা রারিবা!"

"লাযববী, ইরোল ইরাল তাক্রবী, সনঙ্গা শান্না শুইববী ঐনা নহক্কী লমনবু করম শিংগদগে ইমা।"

পাও তাবিবা হাওবা মথন্তবু থাজবা ঙমখিদ্রে। শোইদ্রে হায়বা খঙলদুনা রা অমত্তা ঙাংলমদনা মকম অদুদগী থোক্লক্লে। থূদক অদুমক্তদা পাম্বিগী হুইনা য়াম্না কিংনা খোংলকই। হুইনা তান্না তান্না খোংলবদা করিগুম্বা মযা লান্দ্রা চিংনদুনা কাকপী মপান থোক্লকই; থাবনগী মঙান্দা কনাগুম্বা অমনা চেলসিবদু উরুবদা থুল্লাকপী মপুক্তা চিংনবা পোকথে - মখোয়না ঙাংনরিবা রাদু তাথত্রা হায়না। ইমুংদা চঙলক্লে, পামহৈবীদা শনশিন্দুনা হায়রগই—

"ঐখোয়না ঙাংনখিবা রাদু কনাগুম্ব অমনা তাখিরম্বা তারে।" মমা মচা অনীমক ইকিং কিংনৈ। পামহৈবীনা পাবিবু কমুংদগী চিংখংলুরে। মনঙন্দা থোংগৎলে। কদাইদা চৎকদবনো হায়দুনা মমিং না তথক তথক্লে পাকপীনা অমুক হায়রকই—

"করিনো ঐদি নহাকপু হুপীমক ওইরবসু রাখল চাওবীনি থল্লম্বনি!"

"মকম খঙদ্রে ইমা! ঐগী রাখলনা লাম্বা কংদ্রে।"

"ঐহাক লৈরি করিসু কিঙ্গৎকসু। নপুক্লীং তপথখো চৎপা তারবসু ঐনা থিনগনি।"

মমাগী নাক্তা চঙশিল্লকই মথাদগী মচা শৎখিদৌগুম। মিপাই-থীরবী কনা লৈত্রবী মৈতৈ হুপীনি, হুংশাথীবনা মশা

পুম্বা চেং থৈবগুমগ্রে, লেপ্পা ভমখিদ্রে। লাকপীনা কোনশিন-বিরকই।

"থিল্লবদা ওসি অহিং শোইদনা ইপ্‌াগী মী লাকনি। নখোয়বু করিমতা শোক্তনবা ঐনা শিনগনি। লাও, অঙাং অতু খাবিয়খো।"

পারি মমিং নোইরতুনা হংলকই—

"কদাইদা চৎকদৌরিবনো ইমা?"

লাকপীনা খুমই—"নপুগী য়ুমদনি।"

"করিগী?"

"নহাক্কী নপাং থিবা।"

"ঐহাক ইপাং পামজদে, ইবেনগীদা লৈজগে।"

"ইবেনসু চৎকনি।"

"অসিদা লৈবদি কৈদৌরে?"

"ইবেন্না লৈনীংব্রবা।"

"অতু ওইরবদি ঐসু লৈনীংদে। হৌজিকমক চৎলগদ্রা?"

মপান্দগী তুই অতুনা অমুকসু খোংলকই, মতু ত্যবদা মমা মচা অনীমক মমিং চানরকই, ময়াম লাকপা মখোল তারক্রে। খোঙ হাংদে কলক্রে, হাওবা ময়া চঙলক্রে।

"ময়াম লাক্রে।"

"মতম চপ চারে, ঐখোয়না নীংলম্বমক থোক্রে। ইবেম্মা নমা নচা শেম শারো। অমতুদি পুরক্লব্রা?"

"মপান্দা লৈরে।"

হাওবা পাখং অমসু চঙলক্রে; হায়র

"ইপান্না মুংশাথীবনা লৈবা ভমহৌদে। লাকপী নহাকপুসু লাকও হায়হৌই, ঐখোয়গা চৎমিন্নরসি।"

"ঐহাকস্থ চৎকনি গাইরেমনং। ঙসিদি ঐহাক লৈহৌখিবা তারি। নচেমগা চৎমিন্নরন্মু।"

"কনানো ?"

"ঐগী ইঙাইনি অকুপ্পা রা কোন্না হায়রগে ?"

"হৌজিকমক চংপা তারিব্রা ?"

"হৌজিকমক্লি।"

পাও চংপা হাওবা ময়া অহু পুক্নীং মুংশিরন্মী-খুল্লাকপীগী মতৌদা। করিগীনো হায়বস্থ হায়দোকখিদে। লাকপীনা হায়রকই,

"ইপা! নংনা শনসি লৌশিল্লু ; হয়েং নোংঙাল্লগা খুগা ছুগী মকমদা পীরুসি—থুগী মমল ওইনা। পামহৈবী! নমা নচা লোইরব্রা ?"

"লোইরে ইমা।"

খুল্লাকপীনা চৈশু পায়রুনা মরি মরি থোক্লরক্লে। রানা লাক্লবা চারকথক্লক্ত্ৰবা হাওবা অহুমন্থু ইঙক ঙকথ্রে। অহুবু গোই মাই হাম্নমা পাওদানবদি ঙনখিদে। লাকপীনা চিংহুনা খুলগী লম্বী-রোমদা থোকলক্লে, হায়রকই—

"ইমোমশকপী নহাকপু, পঙবা মাত্রেদো ইমা! ইপাগীদা চৎলগা নংগী অশেংবা মান্নীহু অমত্তা চিথদনা তমলুচো, নপুক্তা চিংনরুগন্নু।"

গাইরেমনংনা হংলকই—

"করি পাওনো হায়হুনা খুল্লাকপনা চিংনহৌই ; মরম পুম্বা শেংদোক্লগা ঐনা অমুক তমলুবা তারি।"

লাকপীনা গাইরেমনংগী খুজেং পায়হুনা লমকৈ অমদা পুখোয়কই, পামহৈবীগা লোইননা। অতৈ ময়ামহু খৈদোক্লুনা থনগ্লে।

"য়াম্না লুবা ব্লানি। নচেম অসি মৈতৈনি, ঐগী ইঙাইনি। মথৌ পাঙবা ঙমত্রত্থনা ঐগীদা লাকপনি। মীগী মীনাই ওই-রম্বনি। মফম অসিদা থম্লগাদ খুলগী ইরাং হৌগদৌব্রি, ঐনা মুপী ওইবনা! ইপাগী মনাক যৌরগা, খুল্লাকপীনা পীরকপা খুদোল্লি ভম্মু, ইমোম্মর্কান হায়রকচো। পামহৈবীগী কব্রিগুম্বা মতু নাম্ম তেকপা তাব্রবা লাকপী ঐগী পুন্সি লোংরবনি হায়ম্মু। মমিংনা পামহৈবী কৌবনি—খোংজাক্লম্লবীনি হায়না ঐনা লোম্না থম্বনি। মৈতৈগী হৌনবী অনস্তা কায়হনবা য়াদে হাযগদবনি"

"কব্রিনো ইনেম, মৈতৈবু করম্না ঐখোযগী নাক্তা থমগনি?"

"ঐনা হুংলক্লনি নীংলমবনি ব্লাকম অদু। মৈতৈ ওইরগা কব্রি কাযবগে? খুল লৈবাক্তা লেপনখি হায়রবগী মথক্লবনি—মৈতৈ অমনা লানগ্রগা মৈতৈ পুম্নমকপু মরাল পীবা হৌনত্রা? করিস্থ লৈত্রবা মৈতৈ মুপী অসিগা মচা অপিশক অসিগা অনী অসিদা তাইনব্রগা ঐখোয়গী অশাউবা হেক্তা কোক্কদবা? কবুইস্থ মৈতৈগী মপান তাংবা নত্তনা কনাদনো তাঙগদবা মৈতৈপীস্থ অদুমঙাই। অদুস্থ তোকলো, চঙজরক্লবা মীবু চঙজকম পীবা হৌনবনি। ঐগী ইপাদা হায়য়ু ব্লাকম অসি শোয়দনা য়ারক্কনি।"

মনেমগী ব্লাতু তারগা মথা তাপা পাওহংবা ঙমত্রে।

"অমা ওইরবস্থ অমা ওইরবস্থ খুল্লাকপগী মফমদা ইনেমগী রা অসিমক তমলুবা হায়বত্থনি।"

"তম্বদা নত্তে, নশামকস্থ ঐগী রা অসি পাঙথোক্লবা হোৎন-গদবনি। অদুগা কাওগমু নচেমগা মমা মচাসি নংগী নথুত্তা শিম্নরবনি। করিগুম্বা অমতা থোকহনবা য়াদে।"

"করে, অদু মঙাইরে।"

অসি হায়রগা খুল্লাকপীনা অমুক লপী তাক্লক্রে, ময়াম্বক মরি মরি চৎনখ্রে। খম্না চৎলগা খুনগী থেন য়ৌরবদা লাকপীনা

পামহৈবী মমা মচাবু কোনবীরে, মমিত্তা মপী ঈয়া চেন্নহুনা পাওমেল্লকই—

"ইমোম শক্লবী, য়ারুগমু খোয়ুম লাইনা তম্বনি! ইপ্‌াগী নাক্তা য়ৌরগা তপ্না ইংনা পাল্লুচো। ঐনা মুপী ওইবনা নমা নচাবু কোনবা ওমখিদ্রে। লোইবী চীংনা খওসন্নু, ঐগী ইপ্‌া মহাক্না নমা নচাগী নকমদা অকায়বা অমতং চৎলবা লাকপী শরুক ওইরগে। ইবেনগী ইবুংঙো নমা নচা চৎলম্মু ইবেনসু লাকনি।"

পামহৈবী য়াহৈসি তারগা কপ্তবা ওমখিদে। মমা শক্লবী হাওবী অহল অহুবু করমনবু থাসিগে। মত্তংলাংগীদমক্তা খুনগা মায়োক য়ারবী, কুমজা কয়া অমা মাপীদমক য়াপ্রবী. অহল ওইরবী মহাক্নি। পান্নিনা অঙাং ওইবগী হৌনবা অহুম্না হংলকই—

"নহাক কৈদৌঙৈ লাকনি?"

"কুইরোই - নমানা হায়বা ইল্লম্মু, অতোপ্পগা খক তিন্নরমগনু।"

থায়না মৈশা লাংতুনতা শক্লবী লাকপীনা অশাই মখৈ থাওলকই অহুবু থাওবা ওমখিজে হিকহৈনা কপ্পকই।

"চৎলো চংলো খেওলে। নৌপ্‌াগা লোয়নগ্নো।"

"করে ইমা। তোল্লবী নচানা হন্দকী মপোক্তা নহাকী লমন শিংবা ওমগনি নীংদরে, ঐগী ইয়াল ওাকপিয়ু।'

অসি হায়হুনা পামহৈবীনা অহল অহুবু খুরুমজরে। খুল্লাক-পীনা কোনখৎপীয়গা 'চৎলো' হায়না শিন্নরক্লে। লেঙুনা নৈহৌন্নি হায়বা মওায়রে মথরাইদি চৎপ্রে, মমোমগী মনাক্তা। খুল্লাকপী মাপীদি মমোম অনী সুপ্রে মাওপ্রিবা।

---

# ( ৯ )

অথুক যেন্দামাংদা খুল্লাকপীনা ময়াগা লোয়ননা য়াকোং শন পুত্থনা লাক্লে। অত্থবু হাওবা খুঙ্গা অত্থদি লৈরমত্রে। তাঙ্গা অসিমক্তদা খুনগী পুংজাও থিনবা তারক্লে। খুল্লাকপী মপুক্তা করিনো হায়না চিংনরকই।

খুল্লাকপী—"করিগী পুংখোম্লো, শাবাও লানবাও চেন-বগুম।"

ময়া—"শোইদ্রে, ঐনা চিংনবমক থোক্লে। পামহৈবী মমা মচা মহাকথক্কী ওইবা তাই।"

"করিগী?"

"হাওবা মপুক্তা চিংনথিবা অত্থ শোয়দনমক খুল্লাকপদা তারুলম্বা তারে।"

মতম অসিমক্তদা হাওবা অমা থুংলরে। খুল্লাকপীবু খুনগী মীয়ামা কৌরি হায়না তাক্লরে। য়া অমতা তাংনদনা লাকপী চৎত্রে। হাওবা ময়ানা য়াকোংশন পুত্থনা মথুমলোমদা হলহৌরে, শন থম্মুখিগে নীংত্থনা।

লুরাংলোন খুল্লাকপগী য়ুমদা খুঙ্গা পুম্বা মশীং সুনা তিল্লকলে। খুনগী খমদোং রাইতোং পুম্নমক্না লাকপীবু তব্বাম তব্বাম কৌশিল্লি।

খুল্লাকপী—"ঐবু কৌববু করিগীনো? শাবাও লানবাও চেনবগুম খুনগী পুংজাও থিনবনা করি মরমগীনো?"

খুল্লাকপা—"অতৈ করিগীসু নত্তে। লাকপী ইচে, নহাক্কীদা লৈরিবা পামহৈবী মমা মচা মৈতৈনি হায়রবসি চুমব্রা?"

"নত্তে লাকপা। কনানা করি হায়রবগে?"

"খুঙ্গা অসিনা লাকপীগা পামহৈবীগা রারী শাবা তারমাল্লে। অচুম্বা ওইরবদি তাকপীয়ু।"

"নত্তে হায়রিবা অসিনি লাকপা। নাম্মতনা পংহাথ লায়বা রা থাজগনু। মাগী য়াংলৈ খরুং অমা হৈদোকলুরে পারিনা. মচুগী মমলসু ঐনা পীগে লাওলবনি, শন্দং অমথক। অচু ফাওবদা পেল্লচুনা ওইদবা ভাক হায়জিল্লবা রা ওইরে।"

খুল্লাকপীগী রাচু তাবদা মরৌ লৈবা খুঙ্গা অচুনা খুম্নকই—

"হায়জিনবা নত্তে লাকপী। অহল অতপ ওইরবী নহাক্না করিগী ওইদবা ভাংবগে? লৈবাক মাওবা য়াবা রাকসু থুপলিবা করিগীনো?"

লাকপী—"ঐগীদি হায়রিবা অসিনি, লেওব্রবনি।"

খুল্লাকপনা লাকপীগী মরীল খঙসচুনা হায়রকই—

"পামহৈবী কৌরকউ। মাগী মরাসু ভাসি।"

লাকপী—"ঐনা পীবা ঙম্মরোই। মমা মচামক চংখ্রে।"

"কদাইদা! কৈদৌদৈ?"

"মকম কৈদনো তাকলমল্লে, ওসি অমুক অওনবদা মমা মচামক লৈরমল্লে।"

"করি রানো ইচে ? নহাক্কীদা লৈবনি, নহাক্না খঙদনা কনানা খঙকম থোকপগে ?"

"খঙকম থোক্লবস্থ খঙহৌদ্রবদি কমদৌনি লাকপা ? ঐনা হায়রিবা অসিনি. পামহৈবী মৈতৈ নত্তে ; ওইরম্লবস্থ হৌজিক্তি নত্রে ! মৈতৈ ওইরগা ঐগী নাক্তা করম্না লৈফম থোকপগে ?"

"লাকপীনা খুনগী মাঙননবা তৌরমগনি হায়বদি নীংদে, অদুবু পামহৈবীনা ইখঙ-খঙহৌদনা মাঙখিবা অসিমদি চিংনদবা ওমদে। চংলো কনা-কনানো. পামহৈবী মতুং ইল্লু. কংনবা ত ল্লু, করিগুম্বা কংবা থোক্লবদি মতু নাম্ম তেকহনগন্নু, ঐগী মাঙদা পুরকউ।"

খুনগী লেং থোকপা নহা মঙা-তরা চোংথোক্লকই, মখোয় চংকে হায়দুনা ; মখোয়দুগী মরক্তা লাকপীগী ময়াম্থ য়াওরকই। মথুক্তা খুংলাই পায়থ্রে, শাফি লানফি শেংথ্রে, খুনদগী মপাল থোকথ্রে মৈতৈ মুপী তানগদবগী।

লাকপা - "ইচে নগাক্তি খুলগী ইপা-ইমা শকপীনি। লাকপা হাক্তক্তা থোকখিবনি. নহাক্না হেন্না খঙলিবদুনি। মৈতৈমকপু থম্বদি লাকপী হাকমল্লবনি।"

লাকপী -"ঐনা খঙবদি মরোল-মরাল তাক্লবীনি অসিদনি। মৈতৈনি হায়বগী মরমদা ঐহাক থিরুদে।"

খুঙা পুম্নমক মুংবং মুংশা য়াইথ্রে। পামহৈবী হায়বীদো কনা'নত্তদা লাল্লমদে ; লাকপী মহাকম্ভ খুনগী কনবতা হোৎনরকপনি। উহৌ তাহৌবা য়াওদ্রবদা কনা'মত্তনা থাজদে। অদুবু খঙহৌদনা লৈরমদ্রবা অতুদা চিংনদবস্থ ওমখিদ্রে। লাকপী মথক্তা মাগী থোয়াং অতু তপাহৌরব্রা খম্নকই। চোইরবা মতম অসিদা লৈখিদ্রবা খুল্লাকপবু নীংশিংলক্লে। লাংতরুনা হায়রকই—

পামহৈবীগী মপাওহ্। মচি-মচিদা লোম্না রা তান্নরকই—করিনো হায়রুনা, খরনা শা লানমক লাক্কদৌগুম কিনরি। অমনা অমুক হৌদোরকই—

"ফংত্রবদি কনদৌবা?"

"অহুনি লু'রবা। কনাবু মরাল পীগনি লমলানবা অহুগী-দমক?"

"লাকপী মহাক্কী মরান্নি। মহাকপু খন্বা পামলক্করে"

"মাগী মরাল করি লৈ? খঙলহুনা শম্লে। তাক্লমদনা চৎল্লে, করম্না মরাল পীগনি?"

"হায়বতা মানা থাজবা য়াদে মরম চাত্রবদি।"

"মাগী পাওখুম তাদ্রিবৈদা মৈতৈনি হায়বগী রাকম মুন্না থিভম থোকপনি।"

'অহুবু করিগী পামহৈবীবু পোৎপগে?'

"লোৎপা নত্তে, লোম্না চংখিবনি।"

অসুম্না খৎনরকপসু য়াওহই মখোয়গী মরক্তা। খরনা লাকপীগী মীচংদা, খরনা অমগীদা অসুম্না য়েংনরক্ম মহৈ মহৈ।

লাকপনা হংলকই—

"করে ইচে ওইরসমু। খুঞ্জাসিগীদা পীগদবা লমশন অহুদি কৈদগীনো?"

"ঐনা লৈরুবনি।"

"করি খুন্দগীনো?"

"মোংজ্রাংদগীনি। ওরাং পুরকপনি।"

"কনানা লৌরুবনো?"

"মখোয়না পুরকপনি।"

"করম্না পুবকপনো, কনানা শন লৈগে হাযরুবনো?"

"ঐহাক্না পাও চেনবনি মখোযগী খুনগী মীদা। মতম কুইগ্রে, হায়খিবা! ঐনা লোইগে হাযনা চেনবনি।"

লাকপা মখা তাখিদ্রে। মপুক্নীংদা অমুক্তা হেন্না চিংনদবা শুমলক্কে। তশেংনমক মরান সীরুনবগী পাঙ্গলসু লৈখিদে। চৈরক অসিদা পাও চৎখিবা খুনগী পাখং নযাম হন্নবক্লে; "কংদে" হায়না তম্নরে। অমুক্তা হেন্না ওক্লগ্রে।

"কবন্না লম্বীদা চৎখিহুনা কংদ্রিবনো মহাকপু?"

"মহুদি খণ্ডদ্রে। খিবা হৌনবমখৈ খিরে, লোক তাই কুমহুনা অন্নাংবা চীং কাহুনা, লম্বী মতুং ইন্দুনা।"

"মুপীসিগী মতুংদা কনাগুম্বগী শরো অমা যাওবা তাই। মথনতগী রাখল্না অস্সুম শুমগনি থাজদে। শোয়দ্রে মৈতৈগী মী ওইবা তারে।"

লাকপী মপুক হরাওখি, পাও অহু তাবদা। মখা তাথরকই লাকপনা—

"লাকপী, ওন্থোক্লা চিংনরে। থৌদোক অসি হাকমনগ্রে।
"খুনগী রানি, অসিনা কৈ হায়বহু ময়াম্মা খন্নবীয়ু।"
"খুনগী রাদা থোকপদি লাকপী নরাল লৈরে হায়না নীংই।"
"অহু মশাই লাকপা ঐনা হায়বনা যাবা নত্তে।"
"নসিগী মতিক চাবদি লাকপী ওন্থোক্লা চাওগ্রে।"
"ঐগী ইরান লৈরবদি অহুমশাই লাকপা।"

"করে খুন লৈবাকসু তাবীয়ু। পামহৈবী লোংগ্রে হায়বা মশানা তারে। মৈতৈ ওইরমদবা ওইসনু। লাকপীগী মরান লৈবসু

শেংলবনি। অত্থমকপু ঐখোয় খু ইগী মপী মপা শক্লবীনি, অহল অসিবু অকনবা চৈৱাক পীনিংদে। লাকপীবু খুন্দপী তাম্বোকপনা অমাংবা ওইবা তাই। মৱাম্না করি হায়বগে?"

কনামক্তা পাওখুম পীবা উৱখিদ্রে। লাকপীগী মৱাম্ অত্থু মঙাই। ঙাইশেনগা ওইবনে, লাকপী মৱাল লৈ হায়বস্থ খঙবনে, ৱা ঙাংবা উমখিদে।

লাকপীনা হায়ৱকই—

"অত্থমক্তি ঙাকউ লাকপা! ইপুরোইবনা অরোইবা য়াহিপ তানখিবা, চনোম সমং শেমখিবা, খুন অসিদগী তাম্বোকপগী মহত্তা ঐবু লৈরোন চনবীয়ু। লাকপা নকান্দা পুন্সিচুপ্পা ননাই ওইয়ু হায়ৱবস্থ ওইজগে—ঐবু থাজত্রবস্থ।"

"চৈকুম-শঙ্ক লৈতে ঐখোয়গীদি; ইচেনা খঙলিবত্থনি।"

"অত্থ ওইৱবস্থ ঐবু লৈরোল চনবীয়ু।"

"অত্থস্থ ঐখোয় পামদে। লাকপী খুন থাবা তাই, অসিনি ঐখোয়না পাম্বা।"

লাকপী মপুক্তা মঙল মঙল খল্লকই, মথক্তা মাঙঙ্গাসিৱা হায়ত্থনা। অত্থবু কৌৱকই মমোম মানবী অত্থনা খুলাম তোইনা অৱাপ্পদগী, ঙাক্লেংবা হায়না। থাঙজু থক্তা উৱখিবা মৈতৈ চস্থ অত্থনা মাগী থৱাই হকচাংবু পুল্লৱে। তনৌ তনৌৱিবা পারিগী মশক কাওবা ঙমলক্তে, অমৱোমদা নীংশিংলকই, লাকপা মপা মচাবু। অত্থবু চেৎনা ফাখি মাগী পুক্লীংত্থ, চীংদা তোংবীনি চীংগুম কনপ্রসন্থ হায়বগুম। খুন মমাংদা করিগী কপকনি! মাগী করি ৱাৎপঙ্গে, ৱাৎকে নীংত্থনা ৱাৎখিবতনি। লাকপী খুলহোংবদা তাংগ্রে। খুঙ্গা পুম্বা কাইনৱক্লে। লাকপী মথক্তা মঙাইহৌৱে।

খুল্লাকপী মকম খঙত্রবুনা ময়ুম হাল্লা হল্লক্লে। ইমুংদা চঙখ্রে। য়ুমগী অকোয়বদা য়েংলকই। নহা ওইরিঙৈ মতমদগী লাকপগী নাক্তা লৈরক্লবী মহাক্নি। ঙসি কাওবা হোৎলকত্রি য়ুম অতুদগী। লাকপী মমং ওইগে নীংলকপনি। য়েংলুবা খুদিংদা চৌখিবা পুন্সিগী রা পুম্বা অময়মতা ওইনা নী শিংহনবগুম থোকখ্রে, পুম্বা ঙমখিদ্রে। অদুবু যাত্রবনিনা থাবা তাখি, খুন অদু ; মৌপাগী মনাক্তা চৎপদা মতাংখ্রে। থিন্দনা হাওবা মযা লাক্লে।

"অবোক কৈদৌঙৈ চৎপা তারি ?"

"ঙসিদি মতম চাদ্রে, হয়েংমক চৎকে ইপাগীদা।"

"অদু মঙাইরে লাকপী। অহল মতম ওইবদ ওস্থোকপা হায়বদু ওইহল্লে। ঐনা নংবু থিনগনি, নৌপাগীদা য়ৌনবা।"

'নহক্না ইমোমগী অতোপ্পা শায়োন্নি নীংছনা নহাকপু উরগা অবোক্কী ইপুক কায়ম্বনি। ইনেমবু কাউগনু। নহাক্না থিদ্রবসু চৎপদি যাই অত্তাকপু হযেং লাকউ।"

"থিন্দবা য়াত্রা ?"

"অদুগা অসিমগা শিল্লরমগে, ঐগী য়ুমসি নঙোন্দা পীবমগে। নফুগী অরোইবা যাহিপ তানখিবনিদো। খুল্লাকপীগী অহিংবা মশাদনি খুননা পামদবা, মথল্লাই য়াওদ্রব'দ করিস্থ চিংননিংঙাই লৈতে। ঐনা পুন্সি লোইরবদা মকম অসিদা য়ৌহল্লকে ; অদু কাওবদি নহাক্না শেমজিন শাজিন্দুনা মাঙহনগনু হায়ববু করি হায়বগে ?"

'অদুমক পাংজগে অবোক।"

অনীমক পুক্নীং চম্লখি, অরাবা কোকনখি। হয়েংদগীদি খুল্লাকপীবু সুরাংলোনদা উবা ফংলরোই ; মপাম খুনদা চৎপ্রগনি।

নিংথৌগী ৱারক নংলকছুনা শুগ্ন, লোইদা কুমখিবা তোম্বা চহী লরুক চুপ্পা লোইকুমলুরবদগী অমুক হন্না লৌখৎপীরক্লে। মৈতৈ সনা লৈবাক্তি ওান ফাওবা অইংবা লৈরমদে। শ্রীযুৎ চৌরজিৎ মহারাজনা নিংথৌ ওইরিঙেমক্তদা মনাও ইবুঙো মারজিৎনা নিংথৌ খুভম মুনগদবগী লাক্লরকই। তোম্বনা শুগ্নদা লৈথ্রিঙৈ অসিদা অমুক ফনা যাম্না হোৎলম্লে! মহাকপু কনানসু থিরকখিদ্রে। মহাক্না অহানবমক্তদা সেলুংবগী খোঙ্গুল লীরকই। কোন্থুংগুম পাল্লম্বা সেলুংবনি অদুবু হৌজিক্ত তেক্ল কায়রবা য়ুমতা নওাই-রমলে। অস্নুপ কুইনা ফংগে তাল্লকপা তোম্বগী মপূকী ৱাহ্ব অরেম্বদা মাঙবা তাগ্রবরা খঙদ্রে। ইনৌ নৌনা সেলুংবগী খোঙ্গুল লীরকপদা সেলুংবসু কৈশুমশঙদগী থাদোকাপরবা মতুংদা মনাও ইবুঙো মারজিৎকী লালহৌদা য়াওরুই হায়রবগীদমক ওবেং খাওদা নমতুনা অওাং শুল্হনখিবা লাল্লোইশিংগী মরক্তা য়াওগ্রে হায়বা খঙলক্লে। তোম্বনা মহাকপু মশক খঙলম্লরোই নংলতুনা অমম্ভুং অতোপ্পা পাম্বে উদ্রতুনা সেলুংবী অতোম্বীগী মনাক্তা চত্তুনা চাওবগী মফম হংলুম্লে। তোম্ববু মশক খঙলমদ্রে। মপাল ফরিঙৈ মতমদা

মনাই ওইরম্বা মুপা অমনি নীংদুনা, মপুরোইবনা চাওববু ময়াং লৈবাক্তা মমল লৌদুনা য়োনখিবনি তাকপিরক্লে।

চাওবগী মকম খঙলবদা তোম্বনা ঙাপ্রুম চীংজিল্লোংদা চংখিদুনা জিরিবাম কংগ্রে। মৈতৈ তাবা মকমশিংদা কোইচং চংলবা তুংদা মহাক্না কংগে তাল্লকপদু কংবা ঙমদ্রদুনা অমুক য়েংলুগে চংগ্রে, লক্ষ্মীপুরদা।

লক্ষ্মীপুর য়ৌরবদা মৈতৈ মচা খরা অমুক থেংনখি : মখোয় অদুদি অয়াম্বনা অরা লানগারকপদা চেল্লকপা অদুগা নিংথৌ শেম্বা য়াওরুবদগী মাইথীরদুনা লাকপনা অয়াম্বনি। মহাক্না খিরিবা অদুমদি কংখা লৈখিদ্রে। খরনা অঙাওবরা হায়দুনা চৈরকপসু য়াওখি। অওইবমকসু অঙাওবগা পাংখক ওইরবনি। মৈতৈ লৈবাক্নদুম হেন্না করমলে; চাকম ভূমকম, নোংমতা য়োনা নিংথি মুংঙাইনা লেল্লুনবা মকম লৈবমদ্রে। চাকনিবা কয়ানি অদুবু কনানসু য়েংনদে, অতনবা থবক শুনীংদবনি হায়দুনা। শেলগী মগুণ ওন্থোক্না রাংনা লৈরমলে; শেল নৈত্রবদা করিগুম্বা অমত্তা পাংবা ঙমলমদ্রে; শেল লৈরবদা ঙমদবা থবক লৈরমদ্রে। অশিবা পোক্লে, মকম অদুদা চাওথনা হিংদুনা লৈরমগনি হায়বা থাজখিদ্রে। মীয়ংশি খঙনদ্রবা ওন্থোকপা মকম ওইরম্লে। মীনম হানম্বগী ঙমখৈ লৈরমদ্রে. চাকনি ফিনিবা মীঁ কাওবা টকায়দুনা তোল্লগদ্রা হায়রবদু অকবা থবকুম চংনরম্মী। অসিমক্তনা ওইরে, শিবা তারবা কাওবদা হন্না য়েংনদ্রিবা। তোম্বসু পাম্বে লৈত্রদুনা থবক থানা থিরক্লে। মমৈথংদা উ-শিং য়ানবগী থবক্তা য়াওদুনা মতম কয়া অমসু লেল্লক্লে।

নোংমদি ময়াং মুপা অমনা মহাকপু তরাম তরাম ওকপিদুনা মহাক্কী অরাম্বা মতো অদুদা অঙম্বা মতেং পাংখিগে য়াবিরক্লে;

ভাওদুনা কৈরবা তোম্বদা মহাক্না পামলিবদু কংনবা হোৎনবদা মতেং পাংবীগে হায়ববদা অক-কত্ত খঙখিদ্রে। নুপা অদুনা তোম্ববু মাসিমপুর কৌবা মকম অমদা মৈতৈ থবকশুবা য়াম্না লৈখ্রি অমসুং মহাক্না কন্নিশুম্বা মকম অদুদা চংনীংলবদি মহাক্কী মীগা চৎমিন্নবা য়াগনি অমসুং মহাক্না থবক শুবা য়াওরবদি চৎবা লকপগী কন্নিসু রানীংরাই লৈতে হায়না তাকপীবকই। অসুম্না থানরদুদা তোম্বনা নুপা অদুগীদা থুংগ্রে, মাসিমপুর তাম্না চংলগে লৈপত্রে।

নোংমা অমুক য়েন্দা মাংদা নাংবু অনা লাকলে, মাগা খোঙবু শুইমিন্নগনি হায়না। তোম্বগী মরুপ অদুনা অতোপ্পা নুপা অমদা অমুক শিন্নবিরক্রে; অনীমক হুরাংলিন্নে। অসুম্না লংকপনা মুনিৎ চাইদক্রবদা মাসিমপুর থুংগ্রে। মাসিমপুর য়ৌরগা অমুক নোংপোক পাংনা চঙশিল্লে। মৈতৈ লৈরম্বা থেংনবাক্ক। মশাক্ক অমত্তসু খঙনদে। মকম অদু য়ৌরগা মহাক্না চৎনীংবা চৎপা যারমদ্রে। মাবু লোয়নরকপা নুপা অদুনা মাবু কোই-ইন ইল্লি। তোম্বনা হায়রকই—

"মাসিমপুর হায়রবদু য়ৌরবা নত্রা?"

"য়ৌরে।"

"অদুওইরবদি এরনা য়ৌগে নীংবো মকমদু য়ৌরে। মহাক্না কদাই য়ৌদবনো?"

"এসু মকম অসিদা লাকপনি নখোয়গী লৈকম তাক্লগে এগী ইতুং ইল্লকউ।"

"ঐদি মী অমা থিরুগে লাকপনি. লৈক্ষমগী খোইনা থিরকচু"

"ময়ামগা তোৎনবা য়াদে ঐপোয়গী কংবু ভসিঙ্গী মকম অমা তোঙাম্না লৈ। মদুদা লৈগদবনি।"

“করিগীনো !”

“ময়াম পুন্নমক অসি কাংবু কাংবু নাইবিবা অসিনি, অযমগ্নি

“অতু ওইরবস্তু ঐগীদি থবক পাম্বা নত্তে।”

“থবক শুগে লাক্লগা থবক পামদবা যাত্রা? অস্থপ য়াম্বা শেল তিংখ্রিবা অসিদি কনানা নংগীদমক কুপথংপিগনি? নহাক্কী অস্তমনস্থু লক্ষ্মীনপুবদা লৈহোবা মুপা অতুনা লৌহৌরবনি। নহাক চৎপা যাররোই।”

“এদি পৈশা অমত্তস্থু ফংদে। ঐনা থুবক শুরগা মহাক্না কমদৌনা অস্তমন লৌহৌরিবনো?”

“অতুদ ঐনা খঙকম থোক্তে; মহাক্কী মীনি হায়হুনা লৌহৌরবনি। ঐগীদ শেল মাঙবা য়াদে।”

ওইজবা শামবা মীওইবগী শাজং অতুদা অওম্পা অকিম্বা পোক্লকই। মুপা অহগী মীনা তোম্ববু পুমকোই কোইশল্লি। হৌজিক্তা লৌশিং তারকই—মহাকপু করিগীদমক মুপা অতুনা চেংনা চান্না লোইনখিবগে হায়বা। মকম মতম খুদিংমক্তা মী ওইবগী কাবাম চাওবা মীনম্বগী চাং অত খেন্নবা লৈরমত্রে। নৈতৈ লৈবাকমক্তুগীস্থু চেন্না অকিবা শাজং লৈবমলে। তোম্বনা কান্ন-ররোই খল্লগনা হায়রকই,

“যান্না ফরে অত মঙহৈবে। অতুগা ঐগী মী অসিমতংদি খিরমদবা হয়ানক যাত্রবনি। নহাক ঐহাক চঙহুনা খিমিন্নরুসি।”

‘কদাইদা লৈরমগনি?’.

“মতুস্থ অংেপ্পা খঙদে।”

“অতুদি কমদৌনা খিগনি?”

"মকম অসিরাইদা মৈতৈনা লৈবা মকমদা চৎ-চত্নুনা থিবা তারে।"

চিংভনা অহল অমা থেংনরে। তোম্বনা হংই,

"তাদা! মৈতৈ নত্রা?"

"মানি।"

"মকম অসিদা মৈতৈ কয়া যাম্না লৈরি?"

"পংথাম যামনলক্তে; শিখিবনা যামত্রে।"

"চাওবা হায়বা অমা খঙবিব্রা?"

"চাওবা কৌবা অনী অহুম লৈরম্মী, লোইনা শিথ্রে অমাদি লৈরি।"

"কদাইদ্রাইদনো?"

"খাঙপোক অসিদনি?"—খৎনা থিন্দুনা তাকই।

তেম্বা মাগীকে অদোমদা তকিং তকিং লাক্লে; মৈতৈ মুপা অতুনা খামই। হায়রকই—

"মনাক্তা চঙলুনু মশাদা লায়থুং পাল্লবনি। শিরম্ব-মকপু যাই।"

তোম্বা অমুক থুম্মমদনা অতমক চঙশিনথ্রে। মপুক্রীদা মুংশা থিবা পোক্লকই। খাংপোকশঙ অতু য়োংক্লবদা নাহেবা মখোল তারক্লে। চিংনবগী লোইননা থোঙ হাংদোক্লে; মমুংদা চঙলকই। অহানবা উবদা মুপা অতু অমুপকী মতিক ফিভম কাযরম্লে; মশক খঙবা ঙমখিদ্রে। মতম কুইনা হৌগত্রবগী হৌনবা মশা অতু ওন্থোক্লা মোৎলম্লে। মনাক নকশিল্লবা কাওবদা মশানা মশাবু থাজবা ঙমখিদ্রে। অনাবা অতু মমিৎ অনী-মক উইশিল্লম্মী। তোম্বনা হংলকই—

"অহল, নমিং পাংথোকউ. ঐবু শক খঙব্রা অমুক্তা য়েংউ" অনাবা অহনা কৱিস্ত খুমলক্লবদা মগা নোমহনা হন্না হন্না হৌদোক্লরি, তপ্না তপ্না মমিং অনীমক পাংথোক্লকই। তেম্ববু মুন্না য়েংই।

"ঐহাক তোম্বনি। ঐবু কাউবব্রা?" খঙই হায়বগুম মঙ্ক হাইরকই।

অনাবা অতুগী নাক্তা কমথরে! চাওবাদ শরুগী পোল্লং ওইরম্লে।

"ঐহাক নহাকপু থিবল্লিবনি হৌচ পাং তংগে হায়দুনা।" পাওথুম অমত্তা পীরকখিদে, মিত্তমা য়েংলকই; তৌইগুম্বস্নুং লাংতক্লবদা পুক্নীংগী রাকমহু মায়থোংদা কাওরি।

"অঙাং অপশক অহ পুহনা কবুই খুন্দা চংগ্রে. ঐনা থিল্লম্নি।"

কাওহনবা রাকমহু ঙসি অমুক নোনা ভাবা কংলে। মহাক্লা তোম্ববু চিংনাখি—ভম কযামা ঙসি কাওবস্নু চিংনরকই। মকম খঙদনা মাঙব্রগী নমা মচাগী রাহু তাবদা চওবগী মপুক্তা মথা তানা তানীংলম্মী। তৌইগুম্বস্নুং মহু তাকদুনা কব্বি কাম্নখিগনি। মমিত্তা ঈৱা চেল্লদুনা তোম্ববু য়েংলি। রাদি ঙাংবা ঙমখিদ্রে।

"ঐনা রাশক্লম্মী, নঙোন্দা পাওসি খঙহনগে হায়না। ঐবু চিংনগম্নু ঐহাকপু পীশক পীক্লা নোংথোনদনা য়োকপিরকপনি— ঐদি মখোযগী লমন তাল্লি।"

চাওবদি রা অমক্তুস্ত ঙংবা ঙমখিদ্রে। মাগী কংলবা মমিং অমী-মক্তা ইঙা থাগী ঈচাওগুম পিগী ঈচেল্লা ঈতোবকই। মহাক্তী মশাদা খঙতৌদনা ঙংঙাইবা পোকখিবগুম উরকই। মায়থোং মকা লাম্নলকই। তৌইগুম্বস্নুং মহাক্তী মপুক্ত চিংনখিবা রাকম অহৌঙি

কোৎগ্রবরা খঙত্রে, মনিং উইশিনখ্রে। তোম্বনা কৌরকই মশা নোমজুনা, তৌইশুম্বস্নং মমিং পাংলকখিত্রে। পাও অদুতা ঙাই-রমত্রা অম্মপ কূইবাস? কৌবা তাখিত্রে। তোম্বা ইঙক ঙক্লা মবাইবু কোল্লি। মশা হৈংখ্রে। মাগী পুন্সিগী অয়োইবা যাত্তিপ তানগ্রমল্লে। হৈনৈতে ইপা! য়ানা খঙনম্নবোই—চংপা ঙমদ্রনা? মাগীদমক য়াহৌববী তমুবীবু, মতোমতা তাহৌরবা পারিবু থাদোক-লমজুনা, লনদম তাম্ন চংখ্রে, মপোকসিমগী লোইখ্রে। লৈবাক্ক মাম্মনা খাঙবা কনগ্রবা, অশাওবা খঙখিত্রবা মুপা অদু ঙসি ইংনা তপ্না তাইবংপান অসি থাদোকখ্রে।

খীবূম চৌংগী কবূই খূননি। পামহৈবী মমা মচানা খূল্লাকপগী নাক্তা অকি-অখং লৈতনা পুন্সি কোঙ্গাই লেল্লকই। মখোয়গীদমক মরান নংগ্রবী খূল্লাকপীস্থ মকম অহুদা লাক্লে। পারিস্থ নোংম-নোংমগী মপুং-মরৈ ফারাক্ল, মমাগী মতেং পাংবা ভমলক্লে। পারিগী শাজত্তা রাঙাংদা খূন পুন্নমক্তা মাবূ চান্না লুনা তৌরি।

পারিনা মকম অসিদা হেক থুংলবদগী ভসি কাওবদা খূল্লাকপগী মমোমগা লোয়নরকই, হৌমিন কামিন্নবা ওইবদগী অমস্থং নমানা অতোপ্পগা তিন্নহল্লক্রবদগী। ভাকপ-তিকপীরুবা য়াওদনা অনী অহু নক্লরকই-নক্লবদগী। চীংদা মাহুনা শিঙেল চরোং হেকমিন্নে; লোক্তা কুমহুনা চেংহী শম্বাল লাংশিন্নে। অভাং ওইরিঙৈ অহুদদি খোইনা কোইনরমদে, অহুবু মপুং মরৈ কাংক্লদা পারি চংনিং অনীমক লোঙ্গা লোনথুপ্পরক্লে। পারিনা অস্থম অস্থম চাওশিল্লক্রবা অহুদা মমাগী পুক্লীংদা চিংনবা পোম্বি—চীংদা তোংহনা অরেম্বদা মাঙপ্রগদরা হায়না। পুন্সি কোঙ্গাই লেল্লকপনি অনীংবা অমগী মথা পোন্দুনা—মপুরোইবগা উন্নরকথিগনি, অসিনি। মতমদি

নোংম-নোংমগী হৌজিমখিবনা হাল্লি করিগুম্বদা অমত্তা পাংহৌদে। করি করিগুম্বদা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ মকম হোংবগী অমম্ভং শা-লান থোকপগী পাউ তাবা ফংখি। মপুক্লীংদা হেন্না মুংশা থিখি। অরাবা শক্লোন পুক্রে—রাহুনভা লাক্লব মহাক্লা। পাখং য়াং-য়াং ফারক্লবা পারিবুস্থ মতবাক্তা থোমলাং মইয়োক্লরিবা নাওরাগুম খনাখি, মমা ওইবগী হৌনবা! মাগী পুক্লীংগী অপাম্বহ্ ফংনবা মচাবু ইনশিনবা গুমখিদে। পারিদি করিস্থ খণ্ডি। মাগী হায়বমক্তবু মপা লৈতবা মচানি হায়বসিনা মপুক্লীংদা অহনবা অমদি পোক্লমই।

চংনিংগুম তনাল তনাল্লি চন্তাখাল্লি হায়হুনা পারি পোকপী মমানা খুল্লাকপগী অমত্তা ভাইবী মমোম্বু মানা লাকপা। হুনত্তগী "চংনিংখোম্বী" কৌরকই। মমাম্বনীশিনা "চংনিং" হায়না নিঙ্গ নৈ। চংনিংগীস্থ মধা লৈরমদে, নৌনা মমাগা কায়নখি। অয়াম্বা মতমদা মমা শক্লা পামহৈবীনা কোল্লমই। পারি চংনিং অনৌবক অস্নুম্না লোয়নরকই। চীংদা শাৎপী সৈরাংনি অহুবু শাক নিং-থিজবদা মমাম্নবী হৌমিন কামিম্নবী মভাশংগী মরক্তা চংনিংগী মপা লৈরমদে। মচাম্নুপা পোকপী পলেমশিংগী মিহৌনকম্নি, মমোম পোকপীশিংগীস্থ নিতানকম ওইরকই। কোয়দানৈ হায়রে গুমদবা, শাংই হায়সি হায়ডমদনা, মুরা মগা মপুং ফারবী মাইথোংনি; মুরবা মিৎম্না অনীনা য়ারৌ মাগী মিত্তানি, পীক্লা নামবী পিগুম্না থোইরংনকমগা নুংনি। পাখ ওইবনা উরগা পাইমা লৌশিং তাইওম্নে। কোহ কোই ভারকপী শম্নাংনা মাইথোং থম্বালবু হেম্না মপুং ফাহল্লি। কনাগুম্বগী মপুক্তা শক্লোনবু পুম্না চিংনহল্লি। মচা তারবা নাপ্প অনীনা শাইনোম্না নৌরবী মাইথোংবু কোরৌ মৈশা লম্বনি কিবনা হাইনা হুমনা থজারি; মুম্নাগী মাইথোং অপানবী শংলুদনা মুম্নবী অপিকপী শমক্রনা

অমুক মতেং পাংলকই। ৎেৎ থংবা খজাইদা, অমুথা শগল্লাং মরক্তা, অরোৎ অকোং শান্নবি। মল্লাল লৈত্রবী নিংস্না অনীনা খুনগী পাখং কনাবু লোম্না কৌবগুম চিংনহল্লি--খঙদ্রে কনাগী মিহৌলাংবু থাকপনো! ভ্রাং-ভ্রানবী চিনবাম্না খোইরুম ন্যোক-চবা, পাখং ওইবা কনাবু নুংশি রাখল পোকহল্লি; পীকতক তাবী ওকশমদা অণ্ডাংবা চারিক্কা লৈতেংবা, শকী মপান তাংবনি। কুচুনা পুলৈ কুচুনি। থোইনম্নু রাংদে, চুংকিরান চারবী চংনিংনি। তোঙ্গানবা পাখা কাংবুনা, তোঙ্গাননা উরকই, ফুলৈনবা প স্বনা, ফুলৈননা উই। মথোং-কংরকপা মতাংনি, পোমশাংবী থম্ল-বাল্গুম হকচাং কয়াৎ খুদিংদা নৌনা ইত্থন কাওরকই। হেদোই হের'ও ক'রবী, মনিং ভম্বী থাজিল্লা; অনৌবা নোংগী মরক্তা শাম্নব্বা থাজত্থ মওইরে। থবাক্কী ওমখৈ খুদিংদা থাজ মঙাল কাওরকই, মঙাল অহুনা য়ৈবদা নিঙোল ওক্কা থোংলিবা, লিকথাং চারিক পরেংত্থ লিকলাংগুম নিংথিরে। লুভুং তাবা য়েংলুরে পুক্নিং ইরাং মংহৌনে। মালংবা তাম্বাদা লৈনা জগোই শাম্বিবী লুভুং তাবী শম্নাংনা কংকাল লিলহা মওংনি, অউবা কনাগী পুক্নাংদা কল্লক্কবা ওমহনদে। পীক্না চেংবী খ্বাংদানি, খ্বাংবু ভাল্লৌ ওইরিবী মপুং কারবী, লুভুং তাব্রকপী ওমখৈনা, থোংথাং খুদিংদা ঈথক ঈপোম নাইরকই। খ্বাংদা থোংবা চরৈনা ঈথক ঈপোমত্থ খোমলকই। তরু তহেন কজবী তাথরকপা খুযোমনে, তয়ালগুম নিংথিবী চিন্দুম্বা খুন্নংনে, চংনিং মাগী মশাদা অরাৎপা কৌবা লৈরমদে। মহৌশা খুৎশেম্না অকুৎ অতোং নাইহল্লবী নিঙোলগী হকচাং কল্লাংনি। খুৎনা মেত্তুমা শেক্বগুম চাং মাম্লনা ইল্লকই— চরৈ মাগী মরুমদা। নিঙোল মাবু উরগা অউবা মীপুম খুদিংগী কল্লকনকম ওইরকই। উনালক্তা লোৎচবী লৈরাংনি! পারিম্বু মূ-না-মূনা য়েংজবনা অম্না পোথাজম্বিবীনি!

চংন্নিংনী পুক্লীংদা পাবিনু ভুসি ফাওবা, লাইরবা, মপা লৈত্রবা, হাওসা পাথং অমনি হায়না খড়সকই। পাদিস্থ অতয়া থঙ্গে। মথোং কাবকপা পাবিগী পুক্লীংদা মুংশিবনা ব্রাখল অমা লোন্না লাক্লে অমস্তুং চংনিংবু খাদোকপা ঙমখিদে। মতম্না চংশিল্লকপগা লোয়ননা পুক্লীং-ব্রাহু চাওরকই: অমনা অমগী মতুং ইন্নরক্লে। লৌমিন কামিন্নবী থুগ্না অমত্তনা চংনিংগী পুক্লীং খঙখিদে। লোন্না থুপ্না চাওবকই—পাবিগী ব্রাখলহু, মুবাগী পুক্লীং লৈ-কেন্দা।

খৌবুম চীংথক্কা, থুনগী অল্লাং থংবা চিথেক্কা থুত্রাকপগী য়ুমনি: মতুগী অল্লাংদা পামহৈবী মমা মচানীনি। থুল্লাকপগী ব্রাথংনা অতোপ্পা থুগ্না অমত্তা মফম অতুদা ঙসি ফাওবা চঙলুদে। য়ুম অসিগী অল্লাংদা অমস্তুং নোংচুপ থংবদা অংম্বা লমহাং লৈশ্রি, পুক্লীং হুনবগী মশক্লি। মুনিদাংব্রাই মতমনি, কোন্নো মৈশা কোকথ্রবদা নামিবা খোংদাররে। পান্নিনা অল্লাং থংবা চীং অদোমদগী মথুত্তা উথম্বাল অমা পায়রহুনা অহাংবা অদোমদা লাক্লে। মফম অতুদা ফমহুনা মহোশাগী ফজবহু য়েংলি। মফম অতুদগী নোংপোক্কা পীকতক ভৌবা পুখ্রি মচা অমা অমস্তুং শেংচ বগুম নিংথিরবা লৈহাও লৈব্রেন মপান অমগা উবা ফংই। থুল্লাকপগী ইথোন্নংনি। মতমনা ব্রাব্রকখিবনা অঙাং ওইব্রি-ভৈদগী শান্নমিব্রকপা পুখ্রি মনাগ তান্না পান্নি চঙবা ঙমখিদ্রে; চঙবদি চঙনীংই। মরাল লৈরবা পুক্লীংনা মহোশাগুম ভুরব্রিংবা ঙমখিদবনি, অহুবু চংনিংবু উনীংবগী ঈথৌলাংবা অমা পোক-লকই। মতুগী প্রেমানন্দি পাথং থুত্তা পায়ব্রিবা চীংগী উ-থম্বাল অসিনি। মথা পাংনা য়েংলকপদা হৈনৌ পাম্বী পরেংনা খঙ-হৌদনা মিংব্লেং থংলি; অমুকহু উব্রা মরাম পব্লেং পব্লেং

লৈখ্রি। ডাইহাক লৈরগা চংনিংস্থ পুল অমা পায়রম্নুনা পুম্রি অদোমদা থোকলক্লে।

পম্মৌ মায়োক লৈকোন্দা নাইতোম শাংপী শিঙেলনি; থক্তা মচেম, খাদা মনাও তমত্রবীনি। মাবু পোকপী মমানা চীংলাইবক্কী তম্ফাগুম মুম্না মদোম থমলমই। চীংদা তোংবী ওইরবস্থ শাং চনবা খঙজিদ্রি, লৌউ শিংউবা হৈজদ্রি। পম্মৌ লৈকোন্দা লৈহাও লৈপান্দগী লৈরাং চরোং খুঙ্গবনা মুরাগী মথৌ ওইরকই। পম্মৌ মঙাই করিডৈ, মৈত খুংহৈবা কোন-শঙদগী পুরথিবা, খুজি নাচিনা মুরাগী খুজেং পাংলোইনৈ। মুমিদাংরাই ওইরকপদা মথোৎকারকপী চংনিংগী পুকীং মুংওল্ল; পুম্রি মপান য়ৌরবদা খুত্তা পায়রকপা চফুতু পুখ্রিপান্দা থনয়ে। লৈহাও লৈরেন মখোঙ তান্না চঙলক্লে। শিঙেল লৈখোঙদগী মুম্না মাগী তম্নম্বা লৈরাং চরোং খুল্লগা লৈহাও লৈপান্মা য়েংলহুনা শিঙেল চংনিংনা অস্মুম্না হায়রকই—

“হচেম শক্লবী লৈপাল-ও! লাইবককৈদকো নম্বাকসে। শামাম্নবী উরীগুম তাংজনিঙাই লৈতে হায়বগী থম্মীংঙাই লৈ-ঙেদো! লোইবী চাদি খোইরাবা, লৈরাং লৈতি পাম্বনা শিঙেল নাক্তা পাইরক্কনি। নিঙোল ঐগী পুন্সিগুম কমহোং নাইবস্থ ওইরোইদো; পম্মৌ লৈকোল মমুংয়াই, লৈরাং পুন্সি লোম্ব-ক্কাও, ননীঙ তৌনা শাংকনি! নংগী পুন্সি অসিবু কল্লকইদা ননাওনা!”

মতৌ অসি পারিনা অরাপ্পদগী য়েংলি। পেল্লকত্রহুনা মনাক নকপা শম্বল মরুমদা চঙশিল্লক্লে। চংনিংগী ম্রাহৈশিংছু তারুরি। পাংজদবী চংনিংদি লৈহাও লৈখোঙদগী শিঙেল চরোং খুনবতদা চেৎনা পুল্লকপা শম্বুনছু থোকত্রবঙম উরে। হিকথহুনা নম্বয়াংদা

তারকই। মুতুং তাবা চংনিংগী শাবান্দু হেক উরুবদা পাবি পুক্লীং তুজুংখি। লক্ল-চাওবা মালংবনা কম্না হুমলুম্নগা মালং শউম লাংবদা খাঙবা ঙম্নোই নীংদুনা চংনিং মাবু কোনবগুম তপ্পা খোঙদোই হুম্নকই। মালং শউম লাংবদা নাপ্প অনীগী শমজোইনা লুতুং তম্না রাইরকই; নিঙোল ওইবী চংনিংবু মোগী শিংদা থারকই। কোম্নৌ মানা শঙবনে- মালংবনা লোকপনে, চংনিংগী মাঙ-থং থম্বালহু হান্নদগী হেল্লকই। পারিগী মমিত্তা খোঁবুম চীংবু কোল্লিবী লাইরেম্বীনা লেপলবগুম উরকই। মথোংংারকপী চংনিংস্ত্র মশাদা রাইচিন খমজ্রিল্লি। অপাবী হাওকিনা শানৌগী লেংপাক্তা হিকথরি। অঙাওবীগুম লেংরান কিহু তাশিল্লে, মুরাগী খাংদা থোংলক্লে। নিংথিজখ্রে চংনিংগী শাবান্দু। কুমদাবী হাওকি মরুনদা লোম্না থুপ্পা তাংজবী মশাগী নিংথিবা পুম্বনা ফুদোংলবা সনাগুম মশেক এঙাল ফাওরক্লি! চংখোল্লবী লুতুং শমলাংহু অমুক পরৈ লাকশিল্লে. শেঙেস চরোং অমসু অমুক শমজিদা থেংচিল্লে; শানৌনা লেপলিদা ফিরেপনে, শেৎ-চারিবা মওংনে, ওন্থোক্না পক্চনে। 'অস্নুম্না হাংহাক লেপ্পম্নগা পুত্রি মন্নুংদা কুমথখ্রে। পন্থোনা শংবা শারংদি ঙসি কাংবা হোংখিদ্রে। মপু মরৈ ফারবী চংনিংবু পুবা ঙমদা খাংলকই।

পারিনা কুম্মৈ য়েংলম্বদগী চংনিংবু উথিজ্রবদা কল্লকপগুন লক্লগ নীংলহুনা চংনংগী মাইকৈ লাকুনা তেপ্পাক অমা লংলকই। অংসামদা, চংনিংনা ঈশিং শোকুনা পুন অহু থাজং-লকপগা চান্নরুহুনা পুন অহুদা পাল্লুরে। চংনিং খংদ্রেক খই; মথুক্তগী চফুহু তা খবা খঙহৌদে। খান্না মথক্তা খাদরবদা পুন-শিবক্লবা চফুহু মচেং-মচেং তাখ্রে। পারিদি খঙজ্রি, উররোই হায়হুনা লক্ষাং অদোমদা চেন্থোরকই। চংনিংনা য়েংথোক্লকপগা

অমুকনা লক্লরকই পাম্বিনা। পাম্বিনা পাম্বম্বিবা শিঙেল লৈছ্ উবদা চংনিং খাঙবা ওমত্রবগুম মাইকৈ অদোমদা লাক্লে। হায়রকই—

"ওহোক্লা কজথ্রেদা, কদাইদগীনো?"

"কদাইদগী ওইগদগে, লৈরাংগী হৌনশানি. অরাপ্পা চীঙ্গোন্দা লোম্না পোমশাংনরম্মী। নহাকীদমক হেক্লকপানি।"

"লৈরাং লৈপান্দগী শিঙেলসিবু হেঁক্লকপা হাওবী ঐদি ওহোক্লা খোইরাংথ্রে।"

"ঐনা পুরকপা অসিদম্না।"

"লৈরাংসিংগী পুক্সিগা, নিঙোল ওইবী ঐগী পুক্সিগা, করিম্নু খেম্নদে খল্লুবদা! শিঙেলসিবু হেক্লুনা ঐগীদমক পুবীরক্লে— লাইবক ফবনি। লৈরাং অসিবু লৌরগা পুক্সিচুপ্পা কমজগে। অহুবু শিঙেল'সিবু পামজবা চীংগী খোইরাবা মহ্যাক্তি খাৎনা মৈশা লাংহৌরগনি। পাঙজদবী লৈরাংনা খোইম্নু মাগী খাকচরকপা পুক্সিন্নু অরেম্বদা তারেদো! অসি মতাই নিঙোল হায়মুসি। শিঙেল মাবু হেক্লুরবনু মথন্তা কেমহুনা মাঙজপনি।"

চংনিংনা লৈরাং চয়োং লৌশিল্লি; শিঙেল লৈশক য়েংলগা মপুক্লোং নোরকই। পাম্বিনা অমুক হায়রকই—

"নিঙোল পুক্লোংনা তাবা ওইরম্লবদি অমুক খমীওঙাই লৈজবনি।"

পাম্বিনা শানৌগী পুকচেল খওলবনু খতাপমদবা পাহুনা অমুক লক্লরি অমহুং চংনিংগী মতৌনু য়েংলগা হ্রাওজরি। ওহোকপা নুপা ওইবগী পুকচেলনি! চংনিংদি অপঙবীনি, পাম্বিগী বা অহুম চিংনরহুনা অমুকনা হায়জরকই—

"ঐগী লাইবক্তা করি খোক্লগদগে হায়বদি খণ্ডদে। অতুগা ঐবু পুকচেল লেপ্তবগুম লৌবদি লৌগনু ইবুং!"

"য়াংলবা নিঙোলগী পুক্লীংবু করম্না থাজগবনো?"

"করম্না য়াংই হায়রিবা?"

"অতুবুদি অশেংবা খণ্ডগনি, মহাক্কী নমিৎ অনীতু য়েংলগা।"

অপণ্ডবী চংনিংনা য়েংউ হায়বগুম ইকাই ইকি থাত্নুনা মাইথোং থাজৎলকই। পারিনা মশানৌগী লৌথুপ-লৌকোই লৈতবত্নু উবদা মথন্তনা মথন্তবু ব্রারৌদবা ওয়াক্তে। নিঙোলগী পুক্লীংদা থাঙৈমকশেংনা মুংঙাইবমত্রমাল্লে—মিৎমা অনীমক তরুং ঈপাল-লাংলম্রে। পারিনা মতু হেক উরুবদা মিপাইবগা লোইননা—

"ঐদি চুম্নতা লরুবনি। করিগী নমিত্তা ঈরা চেল্লি অপণ্ডবী?"

পারিনা মহাক্কী ফিজিন্না চংনিংগী মমিক্তগী শিন্থরকপা মশিত্নু তৈথোকপিরে। নিঙোলগী অতিংবা পুক্লীংদা পারি মাবু কয়া লুনা খনথিবগে খল্লুবমত্তদা পেনত্রত্নুনা শানৌগী মাইথোং থম্বালবু লৈহী চুপ্পগুম চুপ্লকই, মাগী মিৎনা। চংনিংদি মতু ওকপা ঙম-জথিদে, মমিৎ উঈশিনত্রে; মকোক ঙাওথে। শানৌগী খোঙকম শোইরুরে। নর্মম লৈতনা মুংশা ফুইনা হোল্লকই; ইথং থংনা অমুক হন্দোক্লকই। পারিনা হায়রকই—

"অতুবু চংনিং নংনা হায়বগুম তংদা করি খোক্লদগে হায়বা কনানম্ব, লেপ্পা ঙম্মোই।"

চংনিং মঙকাওনরে। কংগে নীংনা ত্তানবত্নু কংত্রিত্তৈদা মুংঙাইনৈ অতানবা ফৌরদা কংনীংবা য়াওই, কংনীংবা অদুদা মুংঙাইনৈ। চংনিংনা পারিগী বাত্নু তারগা অমুক পুক্লীং হল্লি অমুকম্ব মাংদা চঙশিল্লি। লৌশিং তাররুবা অত্নুদা ইকাইবা

থুংলরে, মাইথোং পুবা ওমজ্রহুনা খোঙবী-লৈমাই-তক অরাপ্পদা মিংথেংং লোংলকই।

মতম অসিমক্তদা পামহৈবীস্থ পুখ্রি অদোমদা ঈশিং শোক্লদবগী লাক্লি। পুখ্রিগী খারাদা তারিবা অকায়বা পুনহু উরগা কনাগী পুম্নো হায়না লৈ-হুনা য়েংলকই। খারাদা কুমথত্রে। ঈশিং শোক্লগা পুখ্রি মপান কাগে লৈথোরকপদা অহাঙবা মকম অদোমদা, শম্বল মরুমদা পারি চংনিং অনীনা লেপ্লম্বহু উরুরে। মখোয় অনীনদি উদে। পামহৈবীনা মহৌশাগুম কৌগে ঙীংলবস্থ কৌবা ওমখিত্রে। মওল-মওল খল্লুরগা চংলগে হায়হুনা লম্বীরোমদা মমাই গুল্লক্লে। মহৌশাগা মায়দবা মচাগী শাজং উবদা মমা ওইবী মাগী মপুক্তা চিংনদবা ওমখিত্রে। ইথোল চিথেক য়ৌত্রে, অমুকস্থ হৃদ্মা য়েংলকই; মখোয় অনীমক উখিত্রে। চৌংদা লাবী চংনিংবু মমা শরু নাওকোল্লকপনি মহাক্লা। অমরোমদা মমা-মচা অনীবু খুল্লাকপনা যোক-থাক্তুনা অকি-অখং খঙহন্দনা ওসি কাওবা থম্বীরক্লি। রাখলনা লংগুম পুনত্রে। অপাম-ঙ্গুশি কৌবনা পারি চংনিং অনীবু কিশি পরৈ লাক্লম্বা থোক্লবদি মমা ওইবী মহাক্লা করম্না থোক্কান—পারিনা মৈতৈনি, চংনিংনা লম্নানবীনি। পম্মৌ লমন তোল্লিবা পারিনি, রাখল অসিমক্তনা পামহৈবীনা ওসি কাওবা হিংহুনা লৈবা ওমজরিবনি। মহাক্লা য়ারবস্থ চংনবীনদি য়ারম্নোই, অনাসিগী লৈপুনবু।

মমানা উখি হায়বা পারি চংনিংদি খঙত্রি। পারিনা হায়রকই—

"হয়েংদি চৌংদা কারুসি, চৌংগী লৈরাং হেকলুসি, করি হায়বগে?"

"ইপাগী রা তাত্রবদি চংপা ওম্নোই।"

"কম্বিগী ?"

"মহোশা অঙাং ওইরিবৈদদি পঙচৎ চৎলম্মী। অত্বু হৌজিক্তি য়াত্রে।"

"করি হায়না হঙনি ?"

"নহাকা লৈ-থিবা চৎলুগে হায়সিঙাইদনা।"

"মাঙলে মাঙলে, ঐবু পল্লুবা য়াদে।"

"কম্বিগী, হুরানবা চৎপস্ু নত্তনা ?" নোঙ্গছুনা হায়রকই। পারিদি মুংশাখিগ্রে।

"হুরানবা নত্রবস্ ঐবু পনবিগস্ু!"

"অত্থুদি করম্না লৈ থিবা চৎকে হায়গনি ? ঐদি মুপীমচ'নি; কনাগা চৎকনি হংলগা করি হায়না খুমগনি ?"

"নমান্নবীশিংগনি হায়্য়ুদনা।"

"অহল ওইবা ইপাদা মীনম্বা ওন্নোই, খঙলকপা থোক্লবদি—ইঃ ঐ ওমজয়োই।"

"ঐগা চৎকনি শোয়দনা হায়বা ওমগত্রা ?"

"কম্বিগী ওমদনি। নহাক ওমলোইদব্রা ?"

"ঐদি ইকাইবো। ইমানা হংলগা অত্থুম্না খুপ্পা ওমলোইবো।"

"অত্থু ওইরগা ঐনা হায়বিনি, হায়বিয়ুরা ?"

"হায়রস্ু চংনিং, তোক্তা-তোক্রসি।"

"তোকপা য়াদে। ঐনা হৌবস্ নত্তনা নহাক্না হৌবমখে হৌরগা! তোকপা য়াদে!"

"অওই'নি চংনিং!"

"ঐস্ু হায়রিবাসনি অওইবনি।"

"ফরে। ঐনা থোকপা ঙাংনরক্লরগে।"

"ইশাদা তারক্লমজবদি নহাক্না চৎমিল্লবা ঙম্মোই। ইমানা খঙলক্লগা করি খুমগনি? ঐগা চৎমিম্নে হায়না শাওগজ্রনে?"

"শাওদি শাওরোই।"

"অদুদি করিগীমো?"

"ঐনা হায়জবা ঙম্মোইদবা।"

"অদুবু ঐ হায়বিগে হায়রি সিনি।"

অসুম্না হায়নরিঙৈ চংনিংখোম্বীগী ইতা গাইনেম্নে মাইকৈ অদোমদা লাক্লে। মবানীবু উরহুনা অরাপ্পদগী কৌরকই—

"চংনিং ইতা, খুল্লাকপা ইপানা নংবু থিহোবনি।"

পারিনা রা অমত্তা ঙাংলমদনা চৎথিগে হায়না মমাই লৈখোরকই। চংনিংনা চৎখিগুম্ব খামলকই,

"করিগী চংকদোরিবনো? ইপাগী মিং পল্লকপদা করবা? অদু ওইরেকো।

পারি "কিবগী নাত্তে ইকাইবা। খুল্লাকপনা শাওরম্মগা চৎলম্মি।"

ইতা গাইনেম্না নক্কাক লাকপা যাম্না ফরে। হয়েংদু ঐখোয় চীংখাদৈ থিবা চংকনি। নহাক্কু চৎলুম্মি।

পারি ইকুপগনা ?

ঐনা খাওগুম্ব লেপচরি।

অদু ওইরবদি ঐসু চৎকনি।

চংনিংনা পারিদা হয়েং খৌবিবকে ...... তাম্না চেনখ্রে। পারি ইউক্ক ... লৈপাহৌরে

কোবৌ খোঙদোই হুল্লমদাই বোবাক খোংনুংদগী হৌরকপা ওইনামলোং চীংজিন্দা চাওরুবা, মালংবদি নৌরক্লে—খৌবুম চীংমাই অসোমদা। উনা উনা হাওরৈ নোংপোক মৈরাপ্লি। তাংলৌচুপ্পা য়ারেকপা খোংইমু নহা যাকাইরে। চীংকুপ্ত-মান্নুঙদগী চেক্লা শঙ্গু পাইরক্লে, কোরৌ মাবু ওকপগুম। য়ুমদা য়োকপী পোম্বীনা চেক্লা মপাং উরগা শঙ্গুলক্তা শিন্নীংবনা পোম্বী মখেই থিংলকই। হৈকোন-লৈকোন পৃংমক হৈবাং-লৈরাংনা হৈতেংলে। হাওবী তেম্পোকপী চংনিংখোম্বীসু য়াকাইরে। পুক্লীং মপান তাংজপীনি, পারিগা চীংদা কাকুগনি খল্লুসমক্তদা পাঙগদবা মথৌ অপুম্বা মরম্মাই লোইজখিবগা য়ান্নরে। ওরাংদি লিংজেল কনা হায়রম্মী- পম্বৌদা তাক্লমগনি হায়না: অহুবু ওমজ্রে ওসিদি মতমহু শইরক্লবদা। চত্তবসু য়াদে চৎনীংই, ওমুক্তা চাত্রবগুম; অকা-অপুম্নরে, চৎপা ওমজ্রে। কবি নত্তবা য়াহুদা মুংশা থিরকই। কোরৌনা য়াংনা কারক্লগা চংনিং হেম্না য়ারকই, মতম শোয়রগজ্রা নীংবদগী। পম্বৌকাদা চঙলকই তাকলুগে হায়না। পাঙ্গলশোনবা মঙোম্দা ইকাইবা কৌবনা কিজি পায়হুনা য়াম্নরে, তাকপা

ঙমজে। খনবমখৈ খল্লগা মতা গাইনেয়ে কৌরুখিগে নীংথুনা মন্নমদগী থোক্লক্লে। ঙরাং হায়নখিবা মতুংইন্না গাইনেয়ে মতাম্সু য়ৌরক্লে। চংনিংনা মতাবু কংজরবদা অসুম্না হায়রকই—

"নহাক লাকপা য়াম্না ফরে; ইপাগী মকমদা পাওহংবা ঙমজে ঐহাক্তি!"

"করিগীনো ইতা?"

"ঐনা তাকপা ঙমজদ্রবা, চৎলুগে হায়বদো।"

"করিগী, য়ারক্লোইদ্রা?"

"অদুসু খঙদ্রি। নহাক্না অমুক্তা হায়নবিয়ু, য়ারক্কা!"

"ঐনা হেন্না কিজরে নহাক্না নতৌসিদি।"

"করিসু হায়রক্লোই ইকাইথুনা ঙমজদবনি। অমুক্তা হায়বিয়ু কৈদৌগে!"

গাইনেয়েনা ভাইহাক খল্লগা হায়রকই—

"ঐবু হোরেল লৈরাং থুনবা য়াংহল্লোইদ্রা? অদুবু ওইরবদি হায়বিগে।"

"নহাক্না হায়বতা য়াজগে হায়দা হায়বিয়ু।"

গাইনেয়ে মতাবু য়েংলগা নোক্লকই। মতাগী মতৌ উরগা হান্নদগী হেন্না নুংশিথ্রে। ফরে য়াবিরথুনা, খুল্লাকপগী কাদা চঙলকই। চংনিংনা লোন্না মপাগী মপাও ভারি। মতানা হায়জরকই—

"পন্থৌ ভাইবা—ও, ভারিব্রা খুল্লাকপা? ঙসিদি ঐখোয় চীংদা কক্লগে, লৈরাং থিবা!"

খুল্লাকপনা হংলকই—"কনাগা চৎকদবা?"

চংনিংনা মথন্তা শোত্তরকই—"য়ারকউমা—খোইয়ুমু-ও

মতানা খুমই—"পাম্নি ইবুংগনি।"

"চংলু চংলু কুইনদি কৈথোক্লকনু।"

পাইনেম্নে নোকনা থোরক্লে। চংনিংখোম্বীনা মতাবা কোল্লি. কোন্দুনা চুপচৈ' য়াদি অমত্তা ভাংনদে। মতানা মতৌ অতুদা খিক খিক নোক্লকই; চংনিংনা মতাগী মচিল মেনশিল্লি। সুম্মাং য়োরক্লে। অনীমক পরপ পরপ খোঁকমিন্নরকই। পুম্ব্রি মপান য়োরবদা চংনিংনা মতাবু অমুক খায়ে; হায়রকই—

"শোয়রে ইতা, ওয়াংদি নবুংত্থ ঐনা হোরকে হায়রম্মী—কমদৌনি?"

"মানা খোকপা লাকচগনিদা, নিপানিদনা?"

"মাও ঐদোনা ইকাই খিগল্লিনে; হোরুত্রবদি লাকনি থাজদে!"

"অতু দ নহাক কৌরুয়ো। ঐহাক 'সিদা ভাইরমগে'.

"নহাক য়াওত্রবদি য়ারক্লোই—নিপা মওং অমনি।"

"অতু ওইরবদি চংলুরসি।"

পারিগী ময়ুমলোমদা মখোয় অনীমক চংগ্রে, য়োংশাক্লে চংনিং খোঙ থাংবা ওয়ক্তে; পারিগী য়ুমদা চঙখিদবা কুইথ্রে

চংনিং—"ইতা. ঐবু মাগীদা চঙহনগনুবা?—নহাক্না খন্না হৌবিক, করি হায়বগে?"

"নংনা হৌগে হায়রম্লগা ঐনা করম তৌকনি? ঐদা য়াও জয়রোই, নখোয় অনী চংলুরো!"

"য়াওদবা য়াদে। করিম্ হায়রকদোবা নত্তেয়ে, ঐনা হায়রকপনি হায়য়ু।"

"নহাক্না হায়বদি কৈদোই?"

"নহাকসি লাইনা ফজদে। ইমা পানহৈবীবু ইকাইহনা ভৌবনি।"

"ঐবুদি ইকাইগনু হায়রিবা, খংনরম্রা?"
"খংনরগবু চংমিন্নসি হৌগদ্রা অঙাওবী?"
"চঙবাদি চঙমিন্নসি, ঐহাক হায়বিগে।"

অনীমক চঙলক্লে। পারি অনীত্থবু হেক উবদা খংপ্রেক খংখে, 'লাক্রেদনা সিদে,' মথন্তা শোল্লি, উশিন্নখিদ্রে। কৌবা লাকপা ঙমখিদ্রে; চেনখ সিন্নহুম নীংলকই। পানহৈবী মমানা চংনিংবু উবদা ভন্নাম ভন্নাম কৌশিনবি—

"চংনিং, গাইনেমনৈ, করিগীনো নবানীনা অস্থক ঙম্না; খুল্লাকপনা করি হায়রকই?"

চংনিংনা মতাদা খুজিন্না শিকই, মতানা খুমই—

"ইবুংবু হৌগে লাকপনি।"
"করিগীনো?"

"ইতাগা ঐখোয় অনীবু চীংদা লৈ থিবা পূবিগে হায়রম্মী। অন্থগীনি।"—মতাদা চুম্মন্না হায়না ওনশিল্লকই। পানহৈবীনা হংলকই—

"করি চীংদা চংকদবা?"
"ঐখোয়দি খঙদে ইবুংনা খঙলিগনি।"
পারি লৈকম খঙদে। মমানা হংলকই—

"পারি ! গাইনেমনৈনা হ'যরিবসি তাব্রা ?"

"ঐনা হৌবা নত্তে চ'ঙিংননি।"—ইচাও চাওনা চেল্লকই, মমাবু ইকাইখিবদগী।

"চংলুরোদনা—মীদি লাক্লে।"

পারি শীং খায়বা তোকুনা ইমুংদা চঙশিনখ্রে। ঈশিং মনম চুরবা ওবোং অমা ইল্লহুনা অমুক থোরক্লে। মমাদস্থু তাকলমদে—মুপীমচা অনীদুগা লোয়নখ্রে। পামহৈবীনা য়েংকৌই, অহুমহুবু। মাগী কংলবা থম্মোইদা তাকলুদনা লাকচবা মুংশি ইহুন কাওরকই। খঙহৌদনা মপি শিন্থরকই। পারিবু খাম্বা ওমহৌদ্রে; অহাঙবা লম্বী ভারক্লবদা চংনিংনা হায়রকই—

"অহু ওইরেকো মুপা মান্দেদা। নহাক্লা হৌবমথৈ হৌরগা ঐঙোন্দা করিগী তাইশিল্লি ?"

"ঐদি চংলমুসি হায়বনি নখোয়না পুবিয় মহাযদো !"

'মুংঙাইরেদা ! অগাবনা তারগা নোক্কনি, অঙবনা ইকাই হায়বহুনি। অহুম্নকা হায়জনু !"

"ওসিস্থ নখোয়না হৌররিবা'সিদি !"

"অহুনবু হাযবনি। ঐস্থ চংনীংদ্রবনি অস্থম্না হায়রমগনি খনবদা। হায়জিল্লুক্লবগী ময়াক্লবনি।"

"শাওস্থ চংনিং, ঐনা লাল্লবনি, ইমাগী মাংদা ইকাইবদগী ব্বা শোয়প্রবনি।'

"পুক্নীং য়াম্না মুংশি, মুপা ওইবনা অহুন্না লৈখোকপা হৌনদে !"

পারি মুংশাথিগ্রে, মহাক্লা লাল্লুবা ওইবদগী। চংনিং মরাহৈ মথৈদা শাওজবনি, পাখংগী মশক উক্লবদা মপুক্নীং কাওরবা

ঙমখিদে। মথোর অহুম্মক তুমিন তুমিন· লৈনথ্রে। লমখাই অমা য়ৌরক্রে। পীক্লবা লম্বা অমনা লোক চাওয়োমদা চৎথ্রি— অতোপ্পা অমনা অতোওবা চীংমাই তমখ্রি। চীংমাই তম্বা অদোমদা পারীনা লম্বী চীংলকই। লম্বীগী নাক—য়েৎ অনীদা চীংগী লৈরাং করানা মূ-না মূনাং. য়েংলকই। মালংবস্থু মতুং ইল্লক্লি, লৈরাং হেকপা রাওরূপে হায়বগী মতানি। পারিনা হায়রকই—

"করি লৈ খিরুনি?"

চংনি -"ঐখোয়দি খঙদে; নহাক্লা লুপানি। নহাকী নতুং ইল্লকপনি।"

"ওরাং ঐনা চীংদগী উ-থম্বাল অমা পুরকপদা মওল মওল খনবত্থ নীংশীংউকো!"

"নহাক্লা হেলক্লবস্থু করাবু কুইনা শাৎপা ঙমগদগে?

মথস্তা কেমত্থনা মাঙজবা হারবত্থনি।"

"অত্থগীদমক য়াক্লবনি ঐগাক্লা, নিঙোলগী পুন্সিগা করিস্থু খেন্নদে খল্লুত্থনা।"

"নহাক্তি নপান কবীনি, ইপানা খুনবুনি! শিঙেল নদোম শাৎপীনি. লৈরাং অপানবীনি; লৈরাংমক ওইরবস্থু তাংজমিংঙাই লৈতে নহাকীদি!"

"মত্থনা অঊবগীনি; কুম্মে য়েংবগী রাগিন্দথা।"

"কুম্মেগী নত্তে, অশেংবনি।—ওসি ঐগা লোয়ননা চীংদা চৎকদবনি হায়বা খুল্লাকপনা খঙহৌব্রা?"

"খঙহৌই, ইঙানা তাকলম্বনি।"

"নহাক্লা তাকপদি কৈদৌই?"

"নহাক্লা অসাই ইমাদা চেনবদো!"

"হোয়! লাকপগীদি লাক্রে, অমুক হনখিগদবসি ওইরে ঐনা কিরিবদি।"

"কল্লিগীনো ইমানা শাওরমগত্রা!"

"শাওদি শাওরোই, ঐনা ইকাইজবা!"

"চংনিংনা নমতুনা পুবনি হেক হায়য়ু—ঐহু য়াওররোই।"

"নংহু হোরেল লাকপমা হংলগা ঐনা পুবনি হায়না খুমগত্রা?"

"খুমদবদি অওইবা বাবু!"

"অহুম্না খুম্নবদি ঐহাক নখোয়দা লাকপা ওয়রোই মহুদা।"

"লাক্লবহু কৈ, ঐনা লাকপা হায়বহুদি। কল্লি হায়বগে ইতা?"

অপওবী মতাদা তাইনরকই; মতানা খুমই—

"চওহনত্রবদি কমদৌনি?"

"নমতুনা চওগনি। পামহৈবী ইমাদা ইবুংনা কৌই হায়না তাল্লগা হেক লোইরে।"

অনী অহুপী মরক্তা পাল্লি নাইতোম তারকই। ভশেংনা মুংগা থিম্রে। চংনিংনা অমুক হায়রকই—

"মৈতৈ লৈবাক হায়বহু কজে হায়দা, খুম্নাকপী ইনেয়া; নহাক য়াম্নী অমা অয়ত্রা?

"কল্লি য়ারী?"

"খম্বা খোইবীগী-মোইরাং হায়বা অহুপী। ওয়োক্তা মুংশিত্রেবো! খম্বহু য়াম্না ল্যারে হায়। মহাক্তা মুংশিল্লকবা খোইবী হায়বীহু নিংথৌগী মচানি হায়; খুমলো ওয়োক্তা য়াশ্রে খোইবী হায়বী অহুপী।"

"মুপাতনা রাজবা হৌনৈ মুপীগী।"

"খোইবানা অমুক হেন্না রাঁশ্রে, অতুগী হায়রুরবদি। করি-গীদ্র রারোট; মুপাদি মশা পানবা উচেকনি, মুপীনা পোন্দা রোকপীনি।

"চেক্না চেকশিল্লরগা মুপীদি মমা মপাগী মতুংইল্লি মুপানা লেপ্তুনা লৈহৌবী মীতাবা।"

'মুপা অতুগী মরমচৎনা ওহারান, মুপাবু অপগুবান হায়রুনা মরান পীশিল্লিবা। অতুবুদি খওনরকনিদনা—করি হায়'গে ইতা

গাহ্নমনে খুমকুম খঙ্গ্রতুনা মতাদা মুন্না য়েংই। চীংমাই অমা ফংলে। মকম অতু ওহোক্লা নিংথিকৈ। শজিবু থাগী মাকমৈনি মাকচিন্দা শাংগী লৈরাংশু তসি ফাওবা মপাংলি। লৈছো করী চীংক্রাক্কা লৈপাল কয়ানা অম-মম, অনী-নী চোংবা চোংমক হৌরিনক্কা থয়াল লৈরাংনা কোরো তেমশিংনরকই —লৈরাংগী লৈনমা মাইকৈ মরী থংখ্রে। লৈগী পাম্বা খোইমুনা চংলী লৈনম কংরুক্কা চংকম পাইকম খণ্ডখিত্রে। চীংগী উরেনা কয়া, অমনি—পুন্নাময় মুণ্ড অমকাও শিঙেল হাওবা লৈরমদে। লৈশক খওনবা শিঙেল কয়া অমনি—মেলৈ লৈস্না নোংজুমপাল, কাবৈক্ক, য়েকমলে—শমজিরৈ ওইবদা শিঙেল নাচোম শেমজ্রবস্থ মশানা নাচোম ওইরবী লৈরাংগী মথল মথম্লি; শিঙেল লৈশক লৈচু অমত্তা ভিন্নদে? কাওবা লৈকোল শেম্বনা মচন চানা-চানা থাকিবগুম নিংথিজেল। মকম অতুগী অবাং পাম্বদা য়াঙ্গংলবী জীশিং চাইবা অমনা লোকচপ-তরা চাইথক্কনি; কোঙৌ মাইরোক ওতুবনা ত্রিকাং পরেংমা চোইনা ভারকপাহ মতাইখে। চীংগী চীং-মাইগা ওইবনে, মুশনিগী লাংবজে, মুক্রীং হনবগী মলকনি।

মকম অহু য়ৌরবদা শিঙেল মানবী চংনিংসু লৈরাঙক্তা। তিন্নীংলে চৎপা ঙমহ্রে। মতাদা হায়জরকই—

"ইভা! মকম অসিদা পোখাখিসি, শিঙেল লৈনম পূবা মালং খঙ্গোন ওকখিসি! কারি হায়বগে?"

"করে ইভা! পাারি ইবুং, ঙাইহাক পেখাখিসিনে!"

"অসুক কজবা মকমসিদি ঐদি ঊবু উজ্জ্বি; শিঙেল লৈরাংনা থম্না শাৎপনে, যেংবগী পেন্নি নীংদ্রে; লৈরাং লৈশক খন্নু শিঙেল চরোং হেকপীকগে।" পারিনা হায়রকই।

গাইনেমৈ—"ঐখোয়সু য়াওজগে ঙাইহাক্তং পোখাবগা।"

চংনিং—"লৈদি লায়বু লায়রি, ঈশিং চাইবী অস য়েংউ, ঈচেল থৎপ্রবদা শাওনা চাইথরক্লিবসি লৈখা তম্না!"

গাইনেমনৈ—"পাঙ্গল কবগী হৌনবনি ইভা।"

পাবি—"ঐহাক তাওজং হৈরাং থিরুগে। নখোয় অনী কন্নমখো।"

চংনিং—"কন্না লাপ্না চৎকদবনো, নতুং ইল্লকে ঐখোয়সু?"

"কোরৌ নৈশা লালগা হুমাং লৈরিক শোগনি; অসিদা কমহুনা লৈরম্মু।"

হায়রম্লগা পারি নোংচুপ পাংনা কাখ্রে। চীংগী খেন্দা হৌবা নাওইদোং লাবগী শাহৌনি, নোংশা শাদনি। পাখং তুংয়ান ভাবনা খোইবু নৌবা মওংনি। মহুবু উরুবদা অমুক্তা উক্রিবগুম চংমংখোম্বী হৌগংলে লোম্না য়েংক্লরকই। কজপ্রে পাখংগী লুতুং ভাবহু! তাথরকপা খ্বাংদানা খুদাপ লাকপা য়াগদোবগুম উই; কফু কৈককনদোগুম্বা ফৈরু অনীনি, তাথরকপা খুবোম্না লংচাক মওং মানবনি। পারিগী ভৌরুনবা কুচুনা কোরৌ

মশেক লোকপদা তম্ভাং তম্ভাং উরক্রে। মশাবী মাবু য়েংলগা নিঙোল ওইবী চংনিংনা অরাম্নদগী মিত্তারকই—'পাখং. নাক্তা য়োঙবা কংলবদি পোকপগী মহৈ য়াম্নগন্ত্রা' খল্লকই। অরাবা কাওখ্রে, মিংলু নাপোম অনীদা পিনা পুমথুম-থুমখ্রে। নিঙোল থরাইনা পাম্নি নাক্তা চংখ্রে, পাম্নিনা মিংরেং কারল লানখ্রবদা চংনিংনা হুম্না য়েংখোল্লকই। শিঙেল লৈরাংনা পুময়োম য়োম্নবা লৈহৌ কবী উ-থম্বাল অমনা নিঙোলগী মিংরেং থংলবদা, পাম্নিনা নিঙোলগীদমক তমখিবা শিঙেল লৈনিকো খল্লুরে; শানৌ পুক্লীং পেনখ্রবোই—শেংকাত্তনা ইশৈ অমা শুংলকই—

"উ থম্বাল, উ থম্বাল!
চৌংগী মাওরা উ-থম্বাল।
লৈরাং নত্ত—তাবু য়েংলগা
পামেন উরোং মানবা লৈ।
পাখং ওইবনা চিল্লগা
মুরাই পুক্লীং মুংওন'লৈ।
শিঙেল ইত্তা—ও, লৈল্লুংশি।
নিঙোল ইত্তা শাম্নসিনে,
হো নংগা ঐগা ওয়সি
পাম্মু মকা য়ৌনসি—
হা—য়ৌনশি, হা—য়ৌনশি।"

পাইনেমনৈনা মত্তাগী ইশৈস্থ তারুরগা নোল্লকই; চংনিং মঙকাওনৈ। মত্তানা হায়রকই—

"পাম্নি ইবুংসে ঐদি ওম্বোল্লা মুংশিজখ্রে। মপূক মপাওনা করিবা!"

চংনিংনা মত্তাগী য়াহু তারগা ইঙেন হেক পোল্লি, মাগী পুক্লীংগা চানরুই। মত্তাদা হংলকই—

"নহাকস্থ অমুম খনত্রা ইতা।"

"ঐদস্থ নত্তে, থুল অপুম্বনি। পারি ইবুংবু মুংশিদবা য়াওদে; লুখৌনদি তাখি নহাকা লোন্দিমে হায়হনা!"

"পিশক পিন্নিউদগী লোয়নরকপনি। ঐগা লোন্দিমে হায়হনা শাওরিবোইরেকো, মবুক কত্তবা হায়বত্তনি; শাওগে মখৈ শাওজসম্থ।"

"ঐনা তাকে নীংলকপা কুইরবনি ঐমা হায় হায়বদ্রি য়াদে, মহাক্কি য়ায়া শাওরিবনি—পারিবু।"

ওসি অহানবা ওইনা য়াসি তাবদা চংনিংগী মপুক্তা অকিবা পোক্লকই। মহাক্লা চিংনরকপা কুইরবনি, য়াকচীং হয়াওবা হাকতক্কী। মরো চাওবা লুখৌনি, মহাক্লা চংনিংবু পামজৈ হায়বসি খুল পুম্নমক্লা খওনরিবনি অহুগী মথক্তা খুম্নাকপনস্থ লুখৌবু চান্নি—মরমদি খওদে।

পারি হল্লকলে, নিওোলগীদমক তাওজিং হৈরাং কয়া পুরকই। চংনিংগী পুক্লৗংদা খওহৌদনা অয়াবা চিংনবগী ইহুন অমা লাকখিবা অহুনা মাইখোং খম্বালদা মমি তাগ্রে—পাম্মু মওংলংগীনি। পারিনা হংলকই—

"নীংজিং মাংজিংনবগুম উববু নবগুনিতা ওাইবদা কিরমলব্রা?"

"অহুগী নত্তে ঐনা কিবদি।"

"করিগীনো?"

"নহাকপু লুখৌনা শাওই হায়বা তাবদগী!"

"মদুা ঐবু শাওরিকদি করিগী? ঐদি করিস্থ লাজুনো মওোন্দদি।"

"ঐগী লোনদিন্নে হায়রুনা !"

"মতুগীদমক করিগী অতুপ চিংনরি, নহাকী রা মঙাই।"

"মহাক্কা শাওই হায়রগা করিগী ঐগী রা ভাইরিবা !"

"অশেংবনি চংনিং - ঐহাক্তি খুন্দাংলবনি, ইপাসু লৈত্রবা। ঐদি নহাকী য়াইকবা পামই। ঐগী ইশাকথকী নংগী পুন্সিদা করিগুম্বা অমত্তা থোকহন্নীংদে ! ঐনা রাজবনা হেন্না কৈ।"

"নহাক্কা লেপ্পরোই হায়রবদি খঙত্রে—ঐগীদি অরেপ্পনি পুন্সি অলিমগী।"

"ঐগী ইরাইবক কবনি।"

পারিনা নিঙোল মতা অনীদা তাওজিং হৈরাং পীরকই। গাইনেমনৈনা হায়রকই—

"ইবুং হৈদি লায়বু লায়রি—লৈরাং চরোং হেকপিয়ুবা, ঐখোয় অনীগী !"

"করি লৈরাং হেকউগে? শিঙেল লৈশক ভরেপো খঙিদা শাৎলিবা। নপুক্লীংনা তাবা খল্লু।"

"লৈহাও লৈরেন হেকপিয়ু—ওস্থোক্লা কজপ্রে লৈচুসে।"

"ঐ রা'মদি হায়রিগে, লৈহাও লৈরেন চিনবসি নীংবা থুংদে হায়বনিকো।"

পারিনা লরুরকই। চংনিংনা রান্থু তাবদা খংপ্রেক খংই; হংলকই—

"কনানা হায়রিবা?"

"অহনশিংনা হায়নে; ঐন্নু মুন্নদি খঙদে।"

"কনাগী অহল্লো, ঐখোয়দি অন্তুপা কুইবসি তাজত্রি।

"থুম্নাকপীনস্থ হায়।"

"অওইবরনে—হোরেন হন্জেকো ?"

"হৃংউ থাজব্রগা, ঐনা হায়বনি হায়য়ু।"

"হায়গনি। করিগুম্বা ওইরমলবদি প'থং শরুক ওইয়ু। ঐদি নীংবাকায়বা ঙমজরোই।"

ইঙাও ঙাওনা হায়রকই নোক্লহুনা। চুমনা লরুব্বনি পারিদি। অদুবু নীঙবা থুংদে হায়রুরগা মাগী শরুক ওইয়ু হায়রকপদা পারি থংগ্রেক থংগ্রে। চংনিংসু হায়দোক্লরগা নীংশিংলকই—মানা হায়থ্রিবদু করিনো হায়বা।

পারিনা হায়রকই—

"নহাক্না অমুক ওহুম্বা হায়ত্রবসু ঐদি মপোকসিমগী লাইবক থিহুনা লাক্লবনি। ঐনবু নীংবা থুংবা হৌনব্রা ?"

চংনিং পারিগী মাহু তারগা থোইরাং থোইশাওরে। মারক থৌবাওদবী লমকেং লমহাইবীনি থন্দুনা মপুক্নীং মুংশিগ্রবরা চিংনরকই। অদুগীসু লায়রদুনা পারিনা মনীঙ থুংদবা থেক্লবদি মহাকীসু মাঙজবনি। অদুবু মহাক মশাগী নীংবা কাইবগী মাদি থোইনবু থম্লুব্রে—পরিগীদমক্তি কাইহন্নীংদে। অসিনি মানা অদুপ কুইবা তাম্নক্লিবসি। অদুবু ঙসিদি ইমায় লায়না হায়দোক্লরে। মুংশিবা কৌবগা শকথঙনরুরবা শাবী-শানৌ অনীনি — মতম পূম্নমক্তা পুক্নীং মুংশি নীংঙাই, মুংশাথিনীংঙাইতা মওইগ্রে। করি নত্তবা অমগীসু মরু কংনা মথৈরে, পুক্নীং মানিংঙাই মওইনৈ ; থম্লো হায়রবসু থনবিদে। মুংশি কৌবা লমছুদি ইতোপ জোপ্পা ভাইবং লোনচং কারনকম অমনি। ফজবা ঙাকনা ফজরমজে। চংনিংনা অমুক হায়রকই—

"ঐ লানথ্রে ইবুং, নীংবাকারবা কৌবদো ঐগী শরুক ওইজগে ; নহাকী নতুং ইনবতদি ঙমজগে।"

—মথত্তা অমুক য়ায়কচয়কই! চংনিংগী বাহু তায়গা পারিনা মানা লানগ্রবয়া অমৃকস্থ খল্লকই—করি নত্তবদা মানা য়া য়ামহক্লে নীংশিংলকই। কায়রয়োট হায়হুমা মাঙদা উয়িবা লৈহাও মখোঙ তায়া চঙশিল্লকই—লৈয়াং চয়োং হেকপিরংগে হায়হুনা উথক য়োখ্রে; নিঙোলনা লৈবা মাইকৈদা লৈয়াং চয়োং থাদয়কই। ওহোকপনি, চংনিংনা পামজবা লৈহাও-লৈয়েন্নি, অদুবু ঙসিদি শিঙেল চয়োংহু উয়গা হেক চিনবা ঙমদ্রে। পাইনেমনৈ মতানা শিঙেল চয়োং থুল্লকই—"অসিনা হেল্লি অহুনা হেল্লি" হায়হুনা। পারি কুমথয়ক্লে শিঙেল লৈগী লৈউদা তাংজয়দ্বা কাকলৈ চয়োং অমস্থ নিঙোল অনীগী হেক্লকই। মহাক্লা পাওয়োন থারুবনা চংনিং পুক্লীংদা খোইয়াংগ্রে থন্দুনা পাখং খুংনা কাকলৈ চয়োংহু শানৌগী খুত্তা পীবিয়ে। লৈহাও চয়োং অমস্থ নিঙোলগী নাপ্পদা চিনবিয়ে। চংনিং মপুক হুক্ঙাইজে. নীংবা থুংত্রবস্থ তোকলসহু থজখি। অহুম ওইনমক চিংনবা অহুদি কোকঙমখিদ্রে—"লৈহাও লৈয়েন চিন্নগা নীংবা থুংদে' হায়বহু। হোয়েল য়ুম য়োয়গা থুম্রাকপীদা হুংলুগে নীংলকই।

হুমিং চায়রক্লে অহুবু পারি চংনিংদি খোশাখিদে। অঙাং ওইরিঙৈ হাক্তক্তা মখোয় অনী অস্থয়া শায়খি। কুইগ্রে শায়মিন্ন-খিদবা, কনানস্থ খিংবদি নত্তে। পোন্দা য়োকলুবী চেক্লানা মালং অতিয়া কংবগুম নিঙোল পুক্লীংদা কাওগ্রে; অয়াবা কোঙ্গাই কাওরুকই। চীংগী চীংমাই অতেস্বহু মহৌশা য়োখিদবা লমহু মঙাইরে, থাদোক্লুনা চংকে ঙমদ্রে। শিঙেল লৈশক অমা উক্লয়ে খোইবু নোই নিঙোলগী, লৈয়াং লৈকা থুদিংদা লৈহী পাম্বনা লাংতক্লুরবা খোংমুগী পুকথেম-নাওথেমখোন তায়গস্থ য়েংনীংবনা লাংতকনৈ, লৈশাং কায়বী লৈয়াংগী লৈকাদা খোইমুনা কাইদোংবা

উরগন্নু পুক্লীং তনিক্ল তনিরকই। শিঙেল লৈগী লৈরোংখেন লৈরাং মানবী চংনিংসু শিঙেলু লৈরক তিন্নকই।

গাইনেমনৈ মন্তানা হোৌদোক্লকই—

"মতম'সি কনা থেঙলে ইতা। য়ৌবদা মমলগনি। চংলসিনে ঐখোয়বু!"

"হোয় ইতা চংলসি। ঐখোয়গীদি ঐখোয়গী ওইরে। নবুংঙাইবসি চৈবিরমলগনি, ঐখোয় ইহাকথকী।"

পারিনা খুমলকই—

"ঐঙোন্দা তাইশিন্দুনা কায়রোই। হুন্দছুনা তোকনিকো। অছুম্ব ঐননি হাঁয়বিগনিদো নখোয়না। ওসি ঐহাক্লা ইথত্তা নখোয় অনীগা লাকপসি ঐনা অশোয়বতা তারগনি।"

গাইনেমনৈ—"অছুগী নত্তে ইবুং। মতম থেঙজিল্লক্লে; চংপনা করে।"

মহে-মহে শেম-শাল্লরকই। মখোয় অছুম্বক খুল তল্লক্লে। সুমিদাংল্লাই ওইরক্লে। সুমিৎনা চীংয়া থাংলক্লে। লাপন্না চাক্তারবা চেক্লাশিংনা মছুম তম্না পাইনল্লক্লি। মথং মথং চংলকই—মহৌশাগী ক্কবছু য়েংছুন্না। পারি চংনিং অনীগী মপুক্তা ওসাই ওাংনথিবা রাক্কছু নৌনা অম্লক নীংশিংলকই, হায়দি হায়দোক্লখিদে। অছুমছুগী মরক্তা অমত্তা ওায়রে চুবালিবা। অসুমনা লাকপনা চীংগী অওঙ্বা লোইরক্লে, খুনগী শীং চনকম্ রৌশিল্লক্লে, মকম অছুদা মাংদা শীংজন কোকুথোং থারছুনা ছুমাং হুন্দোক্লম্বা লুথৌবু উরক্লে। অচংবা মীগী য়া ওাংনগছু হায়বছুমক খোকুলে। মছুম অছুনা হুরাও হুরাওনা লাকমিল্লবছু মহাক্লসু উরকই। লুথৌগী মপুক্তা চংনিংবু খমবনবদগী শাওরম্বা কুইরবনি; ওসিছু অমুক পারি চংনিং হুরাও তরামনা লাকুমিল্লবছু ঠিকদা লুথৌগী

পুক্লীংদা হেন্না মুংঙাইখিদে, অদুবু চংনিংগী মমাংদদি মুই মায়েক-পন্থ মঙাইরে। মখিন পুঙনরক্লা শামামকা মশেংগি, থৌবুম, খুনগা চাওমিন্নরকপনি। পাম্নিবুম্ হন্জোইরকুই অতুবু মুংশি, মুংওনগী কমকপা মাখম্না মৈরি থোকখে, মচু লোৎপা হোৎনবদা মমিং অনীমক কোরি শঙবহু মঙাইরে। চংনিংস্নু লুখোবু উবদা তুং-মাং য়েংই। লুখোনা শেম শাম্নহুনা কৌম্নকই—

"পোখায়খো চংনিংখোম্বী, মাম্না মান্না উরে. তম্না চয়োম চায়খো, ইমানা পীরকপা!"

চংনিংদি থোইনা থৌশারুদে, খুমদবা মাদবগী খুমলকুই—

"ওসিদি থেঙদ্রে—ঐখোয় চৎলমলগে।"

মখোয় অহুম্নক পরপ পরপ চৎখ্রি। পাম্নিনা চংনিংগী পাওখুম তাম্নগা মপুক্লীং মুংঙাইতবগুম তৌই। লুখোনা কৌরক্লবদা মানস্নু কৌরুদ্রে। "ওম্মোই হায়রগা হেকমক লোইরে করিগী কোইথরুবনো" খল্লি মপুক্তা। চংনিংনা মাদহুনা চৎপ্রবদা লুখোদি মখোয়দো থিংদ্রে; পাম্নিবুহুম হেন্না মুংঙাইরক্রে। অহুমহুবু য়েংহুনা মখুৎ মশা থেকহৌই; মমানা পীরকপা চয়োমহু নোই-হুৎলি। অকংবা উশা অমনা মনাক্তা হৌরম্বা লৈম্নাং কয়া'মা কুদেক্রে। চংনিংনা কিবদগী তুংহন্না য়েংই, পাম্নিনা চংনিংগী মতৌচু হুম্নান্দুনা অমুক য়েংই, মাদি ঙাংনদে। পাম্নি মপুক্তা ওসিদি অয়োইবা মা ঙাংনমগে লুইথ্রে, চংনিংস্নু পাম্নিগী মপুক খঙগে লেপ্লে। খম্না চঙশিল্লগা অতেম্বা লম কংলে; খুল নকশিল্লক্রে। মকম অহু য়োরবদা গাইনেমনৈনা মতাদা হায়রকই—

"ইতা ঐহাক শমজিনহৌরগে। ইবুং ঐহাক লৈহৌরগে।"

পাম্নি চংনিং অনীনা কয়ে হায়না মাবীরক্রে। গাইনেমনৈ চৎপ্রহুনা মখোয় অনীতা ওাইহৌরবদা পাম্নিনা হংলকই—

"চংনিং! ওসিদি অশেংবা অমা হায়রম্মু, নহাক্তি ঐগী পূকচেল খওলবনি, ঐগী ইত্থু ইমবা ওমগত্রা?

"ঐস্থ মহু হংনীংহনা লৈরম্মিবনি। ইবুংস্থ হায়মু ঐবু থাকোকপিরোই হায়না!"

মথুং অনী পায়নরকই; মমিং মরীমক চানরকই। চংনিং চুমনা লেমা ওয়ক্তে, মায়থোং লৈদা লুকখ্রে। পাথং খুংকী মমি তাবদা নিঙোলগী পুক্লীং তনিক তনিকই—হকচাং কয়াং কাওখ্রে।

পারি—"ঐদি নহাকপু ভাইহনা লৈপনি মুমিং থানা থোক-লি'মখৈ। পিতং-পাতংপনি খন্দুনা শামায়বা মমাংদা চাং তাহনগম্নু নহাক্না!",

চংনিং—"ঐস্থ লেপখ্রবনি। ঐনা করি হায়রগা থাজগনি?"

অসি হায়রুরগা অঙ্গাং নাওয়াওম মপি শিম্বরকই। পারিনা অমুক হায়রকই—

"করে, চংনিং। করিগীদমক ঐনা নংবু থাজরোইদগে? নহাক্না লেমা অহুগুম ঐস্থ লেপ্পুনা লৈরিবনি।"

পারি চংনিং অনীমক চীংগী লৈপাক চিক্লরে। অমনা অমগী লেপ্পসি রাশক রাঙৈরখরে

পাল্লিবু চংনিংনা হৌরক্তনা চীংদা লৈ থিগনি চংঙ্গবদা পামহৈ-বীগী মপুক্লীংদা মওল মওল থলহৌই। চংনিংখোম্বীগী মতৌ উরগা অমুকস্থু পুংপেন পেনথি—হায়গে নীংলম্বা পুম্বা পুকমুংদা মাওথি। মথত্তা ময়ুমদা লৈহৌরবদা অমুকস্থ খল্লক্রে রাকম অস্থু। গুরাংদগী হৌতুনা রাকম অসি মমা শকপী হাওবীদা তাল্লকপে খল্লম্বনি। হায়ক্লরগা করি থোকদগে অমুকস্থু কিরকলে। খল্লু খল্লরগা অরাবতা ওইরকই। গুসিদি পারিগী মকমদা মহাক কনানো হায়বা খণ্ডহল্লগে নীংলকই। মপাবু মীনাইনি করম হায়রিসিগে, মস্থু হায়ক্লরগা অণ্ডাং ওইবা পুক্লীংদা য়ায়মক হনগ্র-পত্রা, অমুকস্থু খল্লকই। হায়দবদি য়াত্রে, মীনাইগী মচাগা ওইশিল্লে, অমুকস্থু চীংদা তাংলরে, চংনবীনগা য়াত্রবদি মাওবা তারে নীংবদগী।

থুমিৎ ময়ুম চঙ্গবদা পামহৈবীনা ইমুংদা ফুংনাক মপান্দা ফমলত্তুনা মচাবু ওাইরি। লিরি লিরি চাকলিবা মৈরিস্থু য়েংলগা অণ্ডাওবীগুম মতম লেপ্পি। গুাইহাক লৈরগা পারিনা থোও হাংদোক্লক্রে, মমাবু কৌরকই—

"ইমা ঐ লাক্লে। মাই-মিৎ তাথোকলুখিগে চাক খিরম্মো।"

মপান্দা অমুক থোকপ্রে, লাম্না তাই ইশৈ ওংবগুম; পারি হয়াও হয়াওনা উই। মচাগী মতৌ অহুদা পামহৈবীহু হেক লাকপগা হায়গে নীংলম্বা রাকম অহু হায়বা ঙমখিব্রে। মপুং মরৈ কায়রুবা, অপাম মুংশি কৌবগা খুৎ-শয়রুবা পারিনি; মতাং অসিদা মহাকপু করম্না লমজিংসিগে খনবদা মুপী ওইবী মাগী রাখল পুম্বা লংলা লংজিন পুনপ্রে। পারি অমুক চঙলকুনা ইচাও চাওনা চাকলুক'পান্দা ফমলয়ে। মমানা ইহৌ হয়াওদবা উবদা অহুম্না হংলকই—

"ইমা কৈদৌরে, কনানা করি হায়রবগে?"

"হয়কমমজ্রবা অহুদা থবাই রাক্রে ইমাদি। থেঙনা চৎমরি ইবুংঙো। করি লম য়োরুই নথোয়দি?"

"খুনগী শীং চনকম অহুদগী থরা কাখৎলুরে। ঈশিং চাইবী রেললুবনি। চংনিংনা চৎসি য়াদহুনা থেঙখ্রিবনি।"

"নংনা খঙলিবহু মঙাই, চংনিংদি খুনবুগী মচানিদো, ইমা ইচাদি মীচমনি, লাইবকসু থিরবা! মীগী মিৎয়েং চঙলকনি! মুংশো খিব্রেদা ইমাদি!"

"হয়েং মথৈ চৎলরোই, মান্না হৌরুরসু; ঙসাইসু চৎলম-লোইদৌবনি, ইম্মানা চৎলু হায়বগী চৎপনি।"

পারিনা মমাদা তাইশিন্নক?; মীনম্বা ঙাংবা তমলক্লে—মপুক্কীং লোৎপা হোৎনবদা।

"অঙাং ওইরিঙৈ মতম নক্রেদো: ইম্মানা নতুং ইনবা য়াক্রেদো। হৈনাই হনাইদবা ঐখোয়নি: য়াম্না চেকশিনগদবনি।"

"হায়রু ইমা কৈদৌরবক্লে? খুম্নাক্পনা চৈরম্না; কনান্না করি হায়বগে?"

"খুন্নোকপাদি পম্মৌ শক্লবনি, করিস্থ হায়রমদে, কুনাস্থ করিস্থ হায়রমদে, ইমানা মুংশা থিজবনি!"

পারিনা মমাগী রাছ্‌ থাজবা ওমন্নিজে অহোংনছ্‌ম মপুক্নীং মরাং মরাংই। ওসাই মানা চংনিংঙোস্নীদা লক্নখিবা নীংবা থুংদে হায়রিবছ্‌ থোক্লগঙ্রা থক্লকই: অয়া চাবা খোইজংখিজ্রে, চপ চপ লেপ্লে। মাপী পুক্নীংগী রাছ্‌ মমাদস্থ হায়দোক্লসিরা নীংলকই! মুংশি মাগা শকথওনক্লবগী হৌজিক্তা চৈনা কাওয়কই। পামহৈবীনা মতম কুইনা লোংলক্লবা মপুক্নী রাছ্‌ হায়দোক্লপে লেপ্লে।

"ওসিদ ইমাগী রাসি তাও। মতম অস্নুক কুইবসি লোংলকপনি: হৌজিক্তি মতম চাক্লে, নহাক নপাজল চাওয়ে, ইমাগী নীংবসি থুংহল্লু।"

"হায়য়ু ইমা করি রানো?"

"নহাল মখৈ হায়দোক্লবনি ঐখোয় মৈতৈনি।"

পারি চখোম থাদৈ—ইওক ওকনা, য়েংই, মমাদা

"ঐখোয়বো?"

"উন ঐখোয় মৈতৈনি। মৈতৈ লৈবাক্তগী লাকপনি, খুন্দাংলবনি। নহাক্না নপাজল লৈত্রিডৈ অহুদা ইমানা তাক্লবনি। হৌজিকস্থ কোংবা য়াত্রি পাজগদবা নথো য়ায়া লৈরি—নংবু পোকপা পম্মৌবু কংনবা।"

পারিনা মমাগী মপাও অছ্‌ তারগা অছুডৈ মুক্নাংলোন খুন্দা মহাক্না মীগী য়ু হৈদোকলুবদা ফু চৈথিরা হৌজিক্তা থোক্লবগুম উবক্লে। মাগী থম্মোইদা মুংওইবা অরাবনা থুংশয়না ওলকই। অকিবা রাখলগী মৈওান্দা পুয়মতু অমুকস্থ চিক-মাংনত্রি। মমিত্ত ইরা চেন্নহনা হংলকই—

"ঐগী ইপা লৈরিবা। হায়রু ইমা ঐখোয়না করিগী অসিদা লাকপনো?"

"ঐখোয় মীনাই ওইরম্বনি—ইনাক কৈরাকখ্রনবা, মৈতৈ নিংথৌগী অগানবা মনাই 'শেলুংবা' অমগী। নহাক্কা পিশক পিক-লিডেদা নংবু পোকপা নপাবু মকম খণ্ডনা থাদোকখিবা তারবদা ইমানা নংবু চীং লৈবাক্তা লোম্না পুম্বকপনি, নপাগী লমন শিংবা ওম্নবা, ঐগী ধর্ম ওারবা। হিংলিগদ্রা খণ্ডম্রে নংবু পোকপা পম্ৰোহ্। ইমা ইচা ঐখোয়গী কনা লৈত্রবা মতমদা ইমাগী খোম্লাং মখাক থকখিবা ইপ্রা শক্কবা তোম্বা হায়বা অমনা ইমা ইচাবু থিল্লকপনি—খুল্লাকপী নবেনগী নাক্তা। মতম্না য়াথিজবনা পুল্লি খোওথাং খুদিংদা মাগী ময়াথং য়াওদনা করিগুম্বা অমত্তা পাওবা ওমলক্কবী ইমানা মকম অসিদা লাক্লমদাইদ: মাগী ময়াথং থওইরমত্রব্বনি। 'সিগীদমক খনবদা অনা লোয়রেদো ইমাদি। য়ানা নাম্বোকলক্লবনি ইনাকখ্রনবা মাগী কত্রবা য়াথলগী লাংদগী। ইমানা পাঙ্গল শোনবনা নংবু পোকপা পম্বোত্থ করি লমদা লৈরম-গদগে থিরুবা ওমত্রে, লৈবাক কোংনা থিগদবহ্ মীনাইনি হায়না ইমা ইচাবু ফাথিগত্রা চিংনৈদো।"

মতম কুইনা য়োল্লক্লবা য়াকম অহ্ ওসিদি হায়দোক্তবা ওম্নখিত্রে। মখা অমুক তাথবা ওমত্রহুনা তুমিন্না লৈগ্রে। পারিস্থ মমাগী য়াহ্ তারগা মুশা ফুইনা হোল্লকই, ইখও খওহোদনা মমিত্তগী মপি শিন্থরকই। অমুকসু মপুক্লীং চাওরকই মপা লৈরি তাবদা। পারিনা হংলকই—

"তাকপিয়ু ইমা—ঐগী করি শিম্বানো?"

মমানা হায়রকই—

"শিম্বা হায়ববু ঐখোয়না মকম অসিদা লৈরিবা অসিম্থ লোম্না লৈরিবনি। কিত্তম অসিদা মীগী মিৎয়েং চওহনবা য়াদে। ইমা ইচা

ঐখোয়দি মীনাইনি, ওহোল্লা নেমগ্রবা। চংনিংখোম্বীদি খৌবুম খুলগী নিংথৌগী মচানিদো—নহাক্লা হেন্না খঙলিবহ্ন মঙাই, ঐখোয়না কনা হোৎনহ্নুনস্থ মহাক্কা মান্নবা ইত্তিক নৎতে। ইমাগী পুক্নীংদা ওহোল্লা চিংনগ্রে, চংনিংবু ঐখোয়না কনা পামজহুনস্থ মহাকপু ফংবা ওমগনি নীংদে। ঋাকম অসি খুল্লাকপা মপানা তারক্লগা ইমা ইচাগীস্থ কত্তবা ওইবা য়াই। ইমাগী নীংবা অসি থুঙজিনৈদা লমখাংদা মাঙবা তারবা ইমানা করি অমুক হায়নি! অহুগী মথক্তা পোককম শাৎকম মৈতৈ লৈবাক্তা হুল্লগা খোয়্যাং লমন শিংনিংলিদো ইমানা। ওসিগী দি ওসিগী ওইগ্রে মতুং মনাওদি চংনিংগা পওলোই লোইনগন্ন"

পম্মৌ মশক্ খঙজিবা, খঙদবদা নত্তনা পম্মৌ লৈত্রে খল্লম্নবা পারিনি। পম্মৌ মনাক য়ৌনীংবনা লৈবা ওয়ক্তে। অহুবু কদাইদা? ওসিগী য়াচংলকপনক্তদা নিঙোলগী মকমদা মাগীদমক্ লেপ্রবনি হায়ব্রম্মী, মালেম্ লৈমাই চিক্তনা! ঋাকম অসিমস্থ নীংশিংদবা ওমখিত্রে মঙ-হা ওইরক্লে! নোংলৈ মুংশিং মরক্তা তেরা মফোন পাইবগুম্ ঋাখল পুন্নমক নোংদোন তম্না পাইখৎলি, মায়কৈ লেপ্পা ওমখিত্রে। অমুক লৈমাইদা তারকপগুম পলেম মশক উরক্লে।

পারিনা হুম্বনা খল্লগা মমাগী মকমদা হায়রকই:—

"ইমা! অহুদি ঐবু পোকপা ইপাবু মকম কদাইদা কংগনি?"

"থিরুনবা ঙাইরকপনি। মৈতৈ লৈবাক্তা লৈরমগনি থাজত্রে।"

"হৌজিকস্থ ঙাইখিবা তারিত্রা? করি অমুক লৈরি ইমা?"

"ইমা ইচাবু থিনবিরকপা তোম্বনা থিরক্তা খল্লম্বনি! অহুবু থাজত্রে, ঐখোয়গী লৈকমস্থ খঙলমলোই। নপাবু কংনবা থিরুবা তারবস্থ ইমা ইচাতনা তুপ্পা য়াত্রিবা ঋাকমনি—খুল্লাকপগী মম্মা তাদনা।"

"খুল্লাকপগী য়াদি করিগী ?"

"মহাকী য়া য়াওব্রবদি নহাকস্থ অভাংনি কয়য়া চীংলৈবাক অমি থাদোকুনা নপাগী যোঙ্গুল লিরগনি। মতম অতুদা তাখি ইমানা—নংবু পোকপা পম্মৌবু ময়াং লৈবাক্তা পুথিগনি হায়না ; অরেপ্পমক খওব্রবস্থ মকম অতুদা থিরুদবা য়াব্রবনি। নহাক্তনা খির-রবস্থ কংলোই, শক খওনদবনা।"

"অস্থু ওইরবস্থু পুকহং পাওহংনতুনা থিবা য়াই, ময়াং লৈবাক তাল্লা চস্তুনা।"

"চংপা তারবস্থ নতোমতা চংপা য়াদে ইমাস্থ য়াওগদবনি।"

"অতুদি ইমা ! থিনবগী কান্নবা লৈতে ; খুল্লাকপগা তান্নবীয় ; হুমিং লেপ্পা য়ারে।'

"অতুনি ইমানা খল্লম্লিবা ; পম্মৌ শকনা নাওকোল্লকপা খুললাকপদা, মাগী মচেম্ লাকপীদা তান্নরুগে। নংস্থ পাজল চাও-রেজো নহাকপুস্থ খওহন্নীংই ইমানা।"

"ফরে ইমা ওসিমক চংপীরু অরেপ্পা অমা খওনবা।"

পারি অসি হায়রগা মপান থোক্লকই, পানথংলবপা থাজনা অতিয়া মকোয়দা চিক্লা থোক্লি, নোমজোন পুমশেং শেংব্রে ; নোং লৈখিব্রে। পারিনা মমাগী য়াস্ত নীংশিংলুরগা পুক্লীং লায়াক থায়রকই, চংনিং মাগী থনবদা সুং-পান ওল্লক্রে। পন্দেম্ য়ানা কনব্রবরা ? থোইনা অমুক কনব্রে, সুর্শি মাগী য়াথল্লা। অমনা অমুক ওম, অমনা অমুক ওর্ম, থম্মোয় মৈহুম চুথরে। ইথঙ খও-হৌদনা মমিতঙী মপি চহুম-চহুম শিন্দ্রকলে।

অসোমদা পামহৈবী মমাহ্ য়ানা হায়দোকলুরবা মাগী পুজি

য়াম্বীহ্ খল্লুরগা কণ্ডবা ওমখিদে। অমুকন্থ য়াথ্রে, পাম্রি মাগীদমক। খল্লকই—করিবু খল্লিগদগে মচাগী মবুক্তা। মচাগী য়া মতুংইন্না লাকপী মওাইগীদা চৎকে নীংলহনা থোঙ হাংদোক্লে · পাম্রিদা তাকলম্লগা মথন্তা চৎখ্রে।

চংনিংথোম্বীন্থ মমুম হেক য়োবগা মপাদা তাক্লম্লগা চাবা থকপা চণ্ডদনা মনেমগী মকমদা পাম্রিনা হায়খিবা লৈহাও লৈরেনগী বাহ্ হংলূগে হায়না লাক্লি। অহল ওইবগী হৌনবা লাকপীহ্ কম্মুংদা হিরি কোনজরখনি। চংনিংনা হৌদোকপীক্লরে।

“ইনেম লুল্লাংলোন খূল্লাকপী ঐ য়া অমা হঙ্গে লাকপনি।”

“করিনো হায়্রু—?”

“লৈহাও লৈরেন চিল্লগা নীংবা থুংদে হায়বা চুমত্রা?”

“কনানা হায়রিবা? অহায়বা অহুদা হংলূদনা।”

“তাকপীয়ু য়াত্রে অচৎহ খওলবদি তাকপীয়ু ঐবু ওঙ্গোক্লা মুংওাইত্রে।”

“কনানবু হায়বগে অহ্ হাল্লা তাকখো? মহ্ খওলগা তাকপিগে।”

ইকাইবদগী চংনিংনা বাহ্ হেক হায়দোকপা ওমত্রে! হায়ত্রে য়া মাওগদৌরি, তোক্লসিন্না অমুক খল্লি; হায়রকই—“পাম্রি ইবুংননি!”

“মাদি কৈদৌহ্না হায়রিবা?” অমুকন্থ হংলকই। চংনিংদি য়ান্না হেকমক মুংওাইখিত্রে। অরেম্বদগী হংলূরে খল্লকই।

“ঐনা লৈহাও লৈরেন পামজবা অহুনা হায়রম্বনি।”

“মন্না লৌরুহ্ লক্লরিবজি।”

“শোয়জবরা?”

“শোয়জবনি।”

চংনিং মথন্ন অমুক তায়মদনা ভুমিন্না চেম্বাকখে; খুল্লাকপীনা

ঙাইখো থামই; তাখিত্রে। চৈরক অসিদা পামহৈৰীন্ন য়োরক্রে।

"তুমত্রিবরা লাকপী?"

"কনানো? পামহৈবীরা?

"মানি ইমা।"

"করিগীনো?"

"রা অমা তান্নগে লাকপনি।"

"করি রানো?"

"নগুম্নুপা অসি মপুং মরৈ কারকলেদো। ওসি চংনিংগা চীংদা লৈথিমিন্নরুই। অনী'সিগী মরক্তা মহৌশাগা মান্নবা লিচিং অমা পোকপগুম উরে। অহুদা ঐনা পারিদা মাগী রান্নী তম্নুরে। ঐ লৈবা য়াদ্রে, মপাবু থিরুসি তকপদা।"

"চংনিংহ্ন হৌজিক্তা লারুম্মী। লৈহাও লৈরেন চিন্নগা নীংবা থুংদে হায়বিরে হায় পারিনা। ঐহ্ন খঙমলিবনি।"

"অহুনি ইমা! ঐগীদি ওম্মোকপা মতাং হায়বহ্ন ওইরে। নহাক্না হেন্না খঙলিবহুনি, পারি মৈতৈনি, মপাগী লমন তোক্লিবনি।"

"মপাগী মতুং ইনববু মহাক্না ভমগত্রা?"

"মতোমতন্না চৎপদি ওইররোই; উম্নরবহ্ন খঙলরোই। ঐহ্ন য়াওনা চৎলুগে নীংলি।"

"মৈতৈ লৈবাক য়োংগে হায়ত্রা?"

"নত্তে,, ময়াং লৈবাক্তা। মকম অহুদা পুথি হায় নচাদো।"

"হুমিং তমলত্রা?"

"তমজি, নহাকা তান্নরুগে লাকপনি।"

"শুন্নাকপগা তাম্মরগা থোক্লনি। হয়েং নোংঙান্নগা তান্নসি।"

মত্তম চায়রক্রে, পাক্লি মপাজল চাওরক্রে। অহুগা পাক্লিনা চৎপমক তারবদি চংনিংখোম্বীদি ভাওরনিদকো!"

"অহনিদ্রে ইমা! ঐবু মকম খঙব্রে। নৌরবা পাক্লিগী পুক্লীংদা ঐনা কাইহৌরকম্ম খোকপ্রে; লোৎপস্থ য়াব্রে।"

"হোর চীংদা তাবী মহাক্না করম্না পাক্লিবু কংগনি?"

"অহম্না ভাকপীগম্থ; ঐখোয়গী ইয়াইবকুম কবনি মখোয়গী নপান নস্তনা ইমা ইচানা ওসি কাওবা কম্লম্না হিংগনি।"

"পাক্লি চংনিং অনীনা লৌন লৈনবা হায়বদি ইওই ওইবা য়াব্রবা য়ানি। খুল্লাকপগী অনম্বা ওইবী চংনিংনি; কৈদৌরুদস্থ খুল্লাকপনা পাক্লিগী নাক্তা চংনিংবু থাবা ওমংনি নীংদে, পাক্লিবুস্থ পোককম শাংকম খ্যাদোকুনা করম্না চংনিংগীদমক ঐখোয়গী নাক্তা থামগনি। চংনিংদা য়া অসি খঙহনবা তারে।"

"ভাকপীরুস্থ, য়াম্না য়ারগনি"

"য়াই হায়হুনস্থ ভাক্তবা য়াব্রা? পাক্লিদি মথৌ পাওব্রি।"

"ঐদি হায়বা ওমজরোই; তুরাল্লংগী ইচাগী পুক্লীংদা অশাবা মৈথু চুবদো, ঐদি য়েংবা ওমজরোই।"

"লোম্না চংকে হায়ব্রা অহু ওইরবদি?"

"মহুন্থ পামদে।"

"করে। য়াকম য়সি খুল্লাকপগা তান্নদনদ্রি ঐহনা লোইবা ওমব্রে। চংনিংগীদমক্তি খোইনা য়ারুগস্থ। পাক্লিবু থামজিনু মহাক্না! মখোংক্লারকপা মতাংনি মহুৌশাওম্না পংথা থাদোকপা য়াব্রে।"

লারুপীগী মুম্না অসুম্না ভাংনল্লিইও চৈরক্তা চংনিংদি মাগী লৈহাও লৈপাল মনাক য়োব্রে। পুক্লীংনা য়াই শংবনে হাওবী নহাদো ফুংভাইরগী ওমথৈ লৈথব্রে। পাক্লিবু কৌথোক্লগা লরুপে

খল্লকই। চংনিংনা লৈহাও লৈরেন মপান্দু চেৎনা কোল্লে হায়রকই—

"চান্নবী ইতারোই, ইচেমসু শক্লবী নহাক্কি। ননাওগী নীংবা থূজগে। পাল্লি মঙোন্দা কংগ্রবনি ঐগী থরাই হকচাংসি নহাকসু খঙবিহো।"

অসি হায়রমলগা চংনিংখোম্বীনা থেংলবা অহিং অক্সা অঙাওবীগুম পাল্লিগী মমমলোমদা চৎগ্রে। লাইনা কুবগুম পাল্লিসু অহাংবা গুমাংদা, কোইচৎ চঙুনা মমাবু ঙাইরম্মি। মহাক মশাগী মথৌ পাংলুরগা চংনিংবু মহাক্কী ওইনা থমজগে নীংলকই। রাকম অসি মমাদমক হায়রসিন্না হায়নসু খল্লকই—অদুবু খুল্লাকপগী মবানা কমদৌবা? অরেপ্পা অমা খঙদ্রবখে চংনিংগী মকমদা রাকম অসি হায়দোকখিরোই লেপ্লে। অসুম্না মুংনাংলিঙৈ তাঙ্গা অসিমক্তদা চংনিংখোম্বী য়ৌরক্লে। মতম ইচা চাদনা মহাক্না লাকপদু উবদা ইঙক ঙকনা হংলকই—

"করিগীনো চংনিং?"

"নহাক্না ঐবু অরেম্বক্রা মীমাং কমহুল্লে; মদুগী লমন শিংগে লাকপনি।"

"করি লানথ্রবা ঐহাকনা?"

"করি ওইনি লৈহাও লৈরেন চিঙ্গা নীংবা থুদে হায়বদুনি। ইনেম লাকপীদা হংঙুরে।"

"ঐনা চুমনা লক্লগা—অদুসু হংলুরবোইরে নহাক্কি?"

"হংদবা য়াত্রা-পুক্লীং অদুক খোইরাংবা রাবু? লাও য়েংলুসি ঐগী লৈহাও লৈপানদু; লৈরাং চরোং হেকলুসি।"

মখুৎ পারদুনা চিংলে, পাল্লি লৈহোবা ঙমজে; নিঙোলগী মতুং ইল্লকই। লৈহাও লৈখোঙ য়োগ্লে। চংনিংনা হায়রকই—

"কজত্রা য়েংউ ঐগী লৈহাও লৈপাক্লগী। মনাওগীদমক লুমিং খুদিংগী লৈরোং চরোং তমলক্লই। ওসিনু তম্বীরি। লৈরাং পাম্বী অসিনু ঐগী পুক্নীং খঙলবনি।"

"করিগী?"

"ঐনা নংবু কয়া লুনা নীংবগে হায়রগী

"চংনিং-"

"করিনো হায়য়ু।"

"ঐবু লাংতকনহল্লগনু। ঐ লাল্লবনি।"

"করিগী?"

"রা অসি নহাক্না খুল্লাকপীদা করিপী তাকলুবগে? এখোয় অনীবু করি হায়না খল্লমগনি?"

"লাকপী ইনৈমদি মপুক ফবীনি; করি হায়গনি হায়বগে? নহাকা নপুক্নীং য়াম্না লাংতক্নননা উরে; ইমানা ঐগা লোয়নৈন হায়রুনা শাওরব্রা?"

"শাওদে; অহুবু ওসিদি ওহোক্না লুরবা শিন্থা অমা পীরক্নে।"

মমাগী রা লৌদনা হায়দোক্লোই খল্লম্বনি চংনিংদা। লুনা থমজবী মহাক্না হন্না হন্না পাওহংলক্লবদা পারি থাংবা ওমত্রহুনা ইখঙ খঙহৌদনা রাকম অহু হায়দোক্লবগা অমুক তুমিন লৈখ্রে। চংনিংনা হন্না হন্না হংলকই।

"ঐঙোন্দা তাকপা য়াদবা রারা, হায়য়ু ইবুং করিনো?— ঐনা পাওবা ওমগদবা ওইরবদি নচনগী থবাই কংলমগে।"

"নহাক্না পাওবা ওম্বা রানু নত্তে," ঐগী ইথৌনি পুন্সিগী রানি, পাওদবা য়াত্রবা।"

"ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী; থূলগী ইপাংশিংদা হংউ।"

"চংনিংগী পুক্লীংদি থঙলব্রা?"

"করিগী? মপাগী য়ানি।"

"করে থুম্লাকপনা য়ায়রবদি নংগী য়াইকবনি; করিম্ চিংনগনু।"

অস্রুক কুইবা চৌংগী নিঙোল অহনা মহাকীদমক ঙাইজরকপা, মহাকীদমক থাকচল্লকপা অপুম্বা ঙসি মিকুপতা অয়েম্বা ওইহনখ্রে। ম্মুংশি মাবু থাহনা পলেম মন্না ইল্লগে খনগ্রবোই। মপুক্লীং পিকথগ্রবন্না, মপোক তিন্নদে নীংহনা।

---

পারি চংনিংগী বা লোম্না য়েন্নকই পামহৈবীদা, খুন্নাকপীদা, চংনিং পোকপী খুন্নাকপদা, চংনিংগী মতা গাইনেমনৈদা অহৃগা অমুকস্ম লুথোদা। পুন্নমক মুংঙাইখিদে; খেন্নবদি ময়াওই। পারি চংনিং অনীস্ম মহোৌশাগুম লোয়নখিত্রে। মতমনা রারকখি। খুন্নাকপী পামহৈবীগী মন্না তাবদগী থোইনা খোইরাং খোইশাওখি। অমুকস্ম চংনিংগী খনবদা পামহৈবীবু মুংঙাইতে অমুকস্ম মহাকপু তাকপিরুই—চংনবীগী খনবদা। মথোয়গী মরমদগা তাংলয়ে মুপী ওইবীগা ওইশিল্লে, মথোনগা পাওত্রিবনে পামহৈবীবুস্ম শাওবা ওন্নমন্দে। খুন্নাকপগা তান্নখিগে নীংলক্লে।

কোরোৌহনবনা লৌচি কোইরকপা তাঙ্গানি; খুনগী মী অয়াম্বা উরুম রারুমদা পোখানরি। কালেন থাগী থায়াইনি, নোং-খেন্না কোরোংগী মৈশা কনবা মতমনি। খুন্নাকপীনা মৌপ্‌াগী তান্না লাক্লে। মতম্বু উবদা খুন্নাকপনা হন্নাও হন্নাও কৌশিল্লি।

খুন্নাকপী—"চংনিং লৈব্রা?"
"লৈতে ইচে।"

"অদুদি য়াম্না করে, য়া অমা তাম্নগে লাকপনি।"

"করি য়ানো?"

"পামহৈবীগী য়ানি। পারি মপাঙ্গল চাওরক্রে—মপাগা খোঙ্গুল লীনীংলে। অদুদা চংনিংগী খনবদা পামহৈবীসি মখোঙ খাংবা ঙমদ্রে। অওইবমকস্তু পারি চংনিংগী মরক্তা লৈনরিবা লিচিং অসি মহৌশাগা মান্নদ্রে, মখোৎ কায়কপা মতাংগী হৌনবা।"

"করিগী?"

"অনী অসিগী মরক্তা করিগুম্বা লৌনা লৈনাসি শিঙনরগ্রা হায়না!"

"মদুদি ওইবা যাদেনা ইচে। ঐগী চংনিংদি মথক্তা ঙাইবীনি পারিগী মকমদা পীথোকপ্রবদি মৈতৈ লৈবাক্তা চংগ্রগনি, অদুগা মথক্তা লুপলাকপগী মকমদা ঐদি ইচিন পুখগ্রে, চংনিংবু মাগী মচাদা পীগনি হায়না!"

"অদুগীদি লায়রবুনা পারি মৈতৈনি. ঐখোয়না কবুইনি, মৈতৈনস্তু যারম্মোই. ঐখোয়গীস্তু হৌনদে।"

"চুম্মী ইচেম; মখোয়বু চংলো হায়রসি।"

"মখোয়না হেম্না চংনীংলে। অদুবু চংনিংগী মপুক্তা য়ায়ৌগদ্রা?"

"করিগী? পারিগীদমক্তা! ঐগী ইচাম্নুপীনবো।"

"শাওখিগন্ত, নহা অঙাং হায়বসিদি করিস্তু খঙবা নত্তে; চংনিং মমা লৈজদেদো. কেখোক মৌখোক্না য়োকপ্রেদো ঐখোয়না। মহাক্না মথন্নাই মুংঙাইত্রগা নহাক্না য়েংবা ঙমলোইদো; খুনগী মমাংদস্তু চোপ্পা য়াকমনি। য়াকম অসি কোংবা স্থপয়া য়াদ্র- বনি। ঐনা পাম্বদি লুপলাকপগী মচাদা পীবগী পীবা লুহোংগ্রসি, ঙসি হয়েংগী মঙ্গলদা।"

"মহুনা চুমগদ্রা লাকপী?"
"ঐদি মশিনা কপন্না নীরই।"
"য়াম্না করে শহুমক শিল্লগে।"
"থিনবা য়াদ্রে—অহু ওইরবদি।"

অসুম্না হ'য়রমলগা লাকপী চৎখ্রে। খুল্লাকপা মপুক্কাংদা মচাগীদমক য়াদবা ওমলক্তে। পোকপদগী হৌহুনা পলেম মশক খঙদ্রবীনি। পলেম পম্থৌ শক্তুনা নাওকোল্লকপনি মহাক্না। ওসি লাকপীগী য়াহু তাবদা পুক্নীং মচি থুদিংদা খাম্বী মৈরাই কল্লকই। মমোম পুক্নীং ইন্দুনা পারিদা পীবা থোক্কে ওমই হায়বা থোক্কদৌরি, নত্রে মমোমদা মৈচাক হাপকদৌরি। য়াখে খুল্লাকপহু য়াসি খমবদা। থোক্লবা অমা লাক্লসনু চঙজরকলবা মীদা অরাবা হাপকদবগী শরুক্তি মমোম মঙোন্দা হ্‌পকে খল্লকই। লাকপী মচেমগী য়া ইন্দুনা লুপলাকপী কৌহুনা য়া তাম্নখ্রে; লুহোংবগী মুমিৎ লেপ্নখ্রে।

চংনিং থাজখ্রে হায়বগী পাওনা শম্মৈগুম শন্দোকলকই, খুল শিন থুংনা। পামহৈবী মমা মচাসু পাও অসি কংলে। পারি য়াবনা মাইথোং লাংশিনখি। মহাক্না নীংলম্বা পুন্নমক অরেম্বা তাখ্রে। কারিগীদমক অসুপ থুনা লুহোংনবগী থৌরাং লোই-থিবনো খনকম থোকখিদে। হৌজিক য়াকম অসি অমুক পুথোক-শুম্নগা করি কান্নগ'ন? করি অমুক হায়গনি, চংনিংবু কাওবা কিরকই। অমরোমদা চংনিংগী য়াইফনবগীদমক্তি শন্দুনা মশা মথন্তনা মশাবু য়ারকচে। পামহৈবীনা অমুক হেন্না য়াখে। চংনিংগী মৈচাক্কে, পারিগী মৈচাক্কে অনীনা তুনা চাকখি—মশা ওইবী মঙোন্দা; মহাকনা থোকহল্লবরা ততনা খল্লক্কে? পারি মপান থোকখিদ্রে, কনানসু মশক উথিদ্রে। লুহোংবা অত্ত য়েংবা ওমগনি

নীংত্রহ্না চৎলসি হায়না মমাদা তকপা হৌরক্রে। নুংহোংবদী রা তারবদা পামহৈরোনা কয়ম্না থাদোক্নুনা হেক চৎকনি? মখোয়না য়োক থাক্নুনা মপা মমা শক্নুনা নাওকোল্লকপনি। নুংহোংবা অদুতদি য়াওখিগে লেপ্লে। অদুবু মহুনা মচাগী মকমদা মৈচাক হাপকনি হায়বদি খঙখিত্রে।

চংনিংদি করি ওইগনি! পন্থৌ য়াথংবু থিংবস্থু মতিক ওইদা মহৌশাগুম্না পারিবুস্থু উখিদা, নিঙোলগী মকমদা মকম্ ইখঙ খঙহৌদনা পাও অদু 'লাক্লবদা 'লুনাইদবী ওইহুনা য়াংদৌলেদা চোংজবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় লৈখিদ্রে। মমাদং লৈরম্লবস্থু খরা মকম্নগনি। চঙজনাংঙাই অমত্তা লৈত্রবীনি। খুল্লাকপী মকাদা চত্তুনা মাগী মপুকী বাহ্ পাওদমলুসিন্না অমুকস্থু খল্লকই; অদুবু পলেম শকনা নাওকোল্লকপা মপানা রারৌখিগদ্রা? ঙমগে নীংনা ইল্লকপা পুক্নীংগী রানি, তাকপদদি তাকল্লগে নীংলহুনা য়াচংবা মতম ঙাইরকই। নীংবাকায়রবী চংনিংনা মতম অদু ঙাইঙনদনা ঙাইজরি।

য়াচংলক্রে। চংনিংখোম্বী মনেমগী তান্না লাক্রে। লাকপী মনেমস্থু মথত্তা লৈমাই থত্তা লৈই কারন চিংহুনা চংনিংখোম্বাগী-দমক খল্লম্বনি। মমৌনা য়োরকপগা চানরুরে।

"লাকপী ইনেম, ঐহাক্কি চংনিংনি।"

"করিগীনো চঙলকউ লাও।"

"রা'মত্তা হায়গে লাকপনি।"

"করিনো হায়য়ু।"

পাক-হেক হায়দোকপা ঙমদ্রে। মনেমনা অমুক হায়রকই—

"হায়য়ু চংনিং, ঐস্থু নত্তোন্দা তাকে খল্লম্বনি।"

মনেমগী য়াহ্ন ভাবদা অকিবা কোল্লকই ; ইকাইবা কাওন্নকই হায়ন্নকই—

"হন্দকী য়াকম অসিবু ঐবু য়াম্না চিংনরে।"

"চিংনরুগনু ইবেম্মা! নহাকী য়াইকনবনি—পাম্নিগী য়াইকনবনি।"

"অহুদি ইপানা ঐগী পুক্লীং খণ্ডলব্রা?"

"খণ্ডলবনি, নহাক্তি খণ্ডলিরোই, পারি মৈতৈ মচানি।"

"করম্নো ইনেম?" মুংশা ফুইনা হোন্নকই।

"নহাক্কা অভাং ওইরিবৈ মৈতৈ লৈবাক্তগী মমানা পুহনা চেল্লকপনি, মপা লৈরি ; মহাকী মথৌ পাওত্রি। মপা থিরুবা ভারি।"

"পারি ইবুংনা ঐবু মীনমলিবা!"

"মহাক্কা মীনম্বা নত্তে, মহাকসু খণ্ডলমদবনি। মাগী য়া ভাক্তসু নত্তে, মৈতৈগী চৎনবীনা নবভানি লৌনা লৈনবা য়াদে, পারিবু ইনথোক্লমগনি নহাকথক্কী। কবুই ঐখোয়গীসু নাম্মুংবা য়ানিদো ইবেম্মা। মহুমসু তোক্লো। নহাক্তি নপাগী অমম্বা ভাইবীনি। নহাকপু করম্না পারিগী মথুম্বা শিন্নথোক্তুনা মৈতৈ লৈবাক তাম্না পুহনথিগনি।"

"ঐদি করম্না পুক্তি লেনগনি? পারি ইবুংনা য়াসি তারবা কাওবদা করিগুম্বা অমত্তসু পাওথোকনবা হোৎনবিত্রে। ঐদি মহাক্কা য়াশকনথিবা লৈ। মাদি মুপানিনা কাওথিবা য়াই। লাকপী ইনেম, নাম্মুংবা হায়বসিবু ইকোকমক কোকপা য়াত্রবরা?"

"য়াদে; করিগী অত্থপ য়ানা খল্লুরি? নোংমা নোংমগী মকম্নকনি—লুপলাকপগী মচাসু থোইনা বাত্তেনা?"

"লুরাংলোন লাকপবু কাওবা ঙমব্রনে নহাকন্না?"

খুল্লাকপী খংপ্রেক খংই, চংনিংগী রাঙাংহু তাবদা খঙহৌদনা মপুক নৌরকই।

"ঐহাক চৎলগে, ঐগী মীচং লৈবা হোনদ্রে।"

হায়রল্লগা থোকখ্রে; লাকপীনা খামই; য়াদহনা চৎখ্রে। লাকপী মনেমস্ু চংনিংগী রাহু তাবদা অঙাং নাওরাঙম মথন্তা কপহৌরি। চংনিং চৎনা চৎনা পারিবু নীংশিংলকই। অশাওবনা মাংওইনরকই; অপংবী মহাকপু করিগীদমক মীনম্বনো খল্লকই। মহুক্তং শেংদোকনীংলকই, তানবা কংলরোই খল্লহনা। মতাগী নাক্তা চত্তুনা পারিবু কৌথোকহনসিন্না অমুকস্ু খল্লি—অহুবু কাম্নদ্রে নীংখ্রে। অমুকস্ু খল্লকই অসিনা ওইরে পারি মশক-লোংখিবা। অহোইননা রারৌখ্রে। ময়ুম য়ৌরক্লবদা তরা লেংথৈনহনা কম্মুংদা চঙখ্রে! মীয়ান রাখল খনবদা মল্লুং থিংলবী চংনিংবু কাংথক অহুনা পূবা ঙমখিদ্রে। পাম্বে লৈত্রবী নিঙোম্লি কপালি মথন্তা। অহিং শোয়বা তুম্বা য়াখিদে। তাংলৌ থেংলক্লবা মতাংদা মথন্তা লৈবা ঙয়ক্কহনা মপান্দা থোক্লকই। লুংশি খায়না রাখলনা অঙাওবী ওইরবী চংনিংনা চান্নবী লৈহাও মনাক তান্না লাক্লে। মতারোই পুক্লীং খঙবনা, ঙসিদি কাম্নদ্রে খনখ্র-মান্নে, য়েংহৈদ্রবা থৌদৌনি—লৈরাং লৈপান্দগী শিঙেল পুম্নমক লৈরাং লৈখেংদা উফুল য়াওন্নরম্লে। কপ্পা কপ্পা মতাগী নাক্তা চঙলক্রে: তলা মউচু কোল্লহনা হিকহৈনা হায়রকই,

"খোহনৌ ইতা চান্নবী! ইচেম শক্লবী লৈপান—ও! ননাওগী পুক্লীং খঙবনা শিঙেল লৈপান্দা লৈরাং মখাক থবজবোই! কোরৌ মশীং য়াম্লক্কয়েনে ননাওনা নংগী কাইদা লাকদবা। মীনম্বা লাংদা থুরুবনা খাইনা মৈশা লাংলবীনি। মুপা ওইবগী

পূকচেলবু করি নত্তবদা থাজরুরে ; পুক্লীং কংলুরে মঙোন্দা ইথঙ্গা খ্বাজগে হায়রুনী। ইশানা থাকচবী লাংনা ঐবু ঙসি পুন্নরে।" —কপ্পা মখে কপ্পরুগা লৈপান মউ অহু মাঙহল্লগা মাগী পুক্লীং রাবা কোকত্রা মঙল মঙল থল্লকই। মতোমতা পাঙহই ; মাঙহল্লগে লেপখে। "করে, মহাকমা অনুমক লৈ-হোবা থোক্লবদি তাইবং মমাংদা চংনিংনা পাল্লিবু অরেম্বদা সুংশিথি হায়বা অমা মতম কুইম্নগীদমক লৈহোয়রগনি। ঙসি ঐগী থম্মোই-দকা মৈহোবা শিঙেল নংসু য়াঙ্গবনি। সুংশি লৈকোল অদি ইথুংমক্লা মাঙহল্লগে, য়ারোগনুকো।"

—অঙাওবী চংনিং কপ্পকই ; লৈহাও লৈপানসু হাই-না হুম-না থাঙলি। কপ্পা মখে কপ্পগা চংনিংনা ময়ুম লোমদা পরপ পরপ চংখে।

পান্নিসু সুংশি রাথল কাওদবা মীশক নত্তে। মহাক্না চংনিংবু থাঙ্গেশেংনা সুংশিজে। অহুবু চংনিংগী য়াইক্নবা খনবদা সুংশি মাবু থাবা তাথিবনি। নোংমা ফানা উনদবদা কুমলাং কয়ানি থল্লবমক্তদা, মতমনা তাঙ্গানা চংনিংবু উরুহুনা করি কান্নগনি য়ৌং-হুনা মপান থোক্লক্তবনি। মহাকী মপুক্তা কাহুনা লৈরক্লিবা য়াকমশিং অহু হায়দোক্লুনা চংনিংগী মকনদা ঙাকপিয়ু হান্নগা নীক্লগে থল্লস্বনি। মহুত্ত হায়গদবদা অকিবা পোক্লে। ঙসি তাঙ্গা অসিদা মহাকসু ইমুংদগী মপান থোরক্লে। চংনিংনা পাম-জবী লৈহাও লৈরেন য়েংলুথিগে লাক্লে।

অসোমদা চংনিংখোম্বীসু ময়ুমদগী শীংজং অমা পাররহুনা অমুক হল্লক্লে। পান্নিনা অয়াঙ্গদগী থোদৌ অহু উরকপমক্তদা মহাকী মপুক্তা চংনিংবুতা থল্লম্বা অহুদা পংউ উরবরা চিংনরি! চংনিংনা লৈপাল অহু কোল্লগা কপ্পক্লবদা হাওবী নিঙোলনি হায়বা

খুদংনরক্নে। অদুগাওবী ওইরুবী চংনিংনা কয় কয়দুনা শীংজংনা লৈপাক অহু য়াম্নরকপদা থাম্মুগে হায়দুনা মায়কৈ অদোমদা চেন-শিন্নরক্নে. চংনিংগী মথৃক্তগী শীংজংদু মুক্নে, মথুং কায়ে, হায়রকই,

"করিনো চংনিং, হৌনদে?"

"করিগী হৌনরিবা। ঐবু থাদোকউ!"

"ওাইখো, নংমা চেংনা থমজবী লৈহাও লৈপাম্নি। লৈয়াং লৈপাক য়াম্হোক্নরবদি শিঙেল চরোং ফংলরোই।"

"মহৃগী মতম লোইখ্রে। শিঙেল অরেম্বা তারে; লৈয়াং লৈপাক থম্নরোই. ঐবু থাদোকউ।"

"লোয়াইদবী লৈয়াং লৈপাকনি, মহাক্না করি লানগ্রবগে?"

"লাম্নবদু 'লাম্রবদু· শিঙেল লৈপাক অসিমক্তা থম্নরোই।"

পারিনা কাম্নরোই খঙলদুনা চংনিংবু খুজেং পায়দুনা অহাংবা লম্পাক অদোমদা পুথোক্নকুনা তিঙোইথক্তা কমহল্লে; চংনিংদি চেং থৈবগুম নীক্নি। পারিনা হায়রকই—

"তপথখো চংনিং, করিগী মশা নীক্নি? ঐনা হায়রিবা অসি তাখো।"

"ঐহাক পুম্নমক খঙলে।"

"ঐহাক মৈতৈনি হায়বা খঙলব্রা?"

"খঙলে, ঐস্ন করুইনুবীনি। অহু ওইরবদু ঐহি মাপক-খবনি; নহাক্না মুপানি; নহাক্না ঐবু দুংশিল্লিরবদি ঐনা অনুপ য়াজরগাইহৌবনি।"

"নহাকী নকমদা ঐনা লাম্নবনি।"

"করিগী লাম্নগনি; ঐনা লাম্নবনি। চংনিংনা অপগবী ওইদুনা লাম্নবনি। ঐনা মমলদু কনাগুম্না য়াম্না খিন্নোইদুনা লাম্নবনি।"

"ঐনা মীনম্বা নত্তে চংনিং, ঐহাক নহাকমখৈ খঙলমদে, ইমান্না হায়রগতা খঙবনি।"

"করিমতা হায়জদে, নহাক্তি খঙলক্রবনিন। থাদোকপা ওম-লরিগনি। ঐহাক্না ওমজদবনি, ঐস্থ ওম্নবা হোৎনরিবনি।"

"ঐহাক্না, নংবু থাদোকপা নত্তে চংনিং।"

"খঙদ্রিবৈদা খঙদ্রবস্থ খঙলবদি থাদোকদবনি ; নুপা ওইবনা মত্থ ওমদবা হৌনদে।"

"ঐহাক্না লাইবকথীবদগী থোকখ্রবনি রা অসি, নহাকনা অতোপ্পা ওাইদা চৎপা তাব়বদা ঐগী পাঙ্গল করিনে ? ঐহাক্তি থুন্দাংবনি নথোয়গী নরুম থুপলবনি। মতমন্না য়াদ্রদ্থনা ঐনা নহাকপু থাবা তারবনি।"

চংনিং পারিগী রা অত্থ তারগা মহাক্না থাজরম্বা পুম্বা মিকুপ্তা মাঙখ্রে। পারিনা মহাকপু থাদোকপিয়োইদ্রা নীংজরম-বনি, অত্থগী মথক্তা মহাকা অমুক্তং উন্নরবদি রাকম অত্থ হায়জগে খল্লম্বনি অত্থবু মহাক্না ইরায় লায়না চংনিংবু থাদোকপা তারে হায়রক্লবদা নিঙোলগী মপুক্তা অশাওবনা ওমলকই, মমিত্তা ঈরা চেল্লত্থনা অস্থম্না হায়রকই—

"য়াম্না করে, মত্থমক্না মতিক চাবনি। ঐস্থ থৌবুম খুল্লাক-পগী মচানুপীনি ; কবুহ নিঙোল্লি! নহাক্না নশানা রাশকথ্রবা মতম্দা ঐবু থাদোকপা ওমগদরা লৈরবদি করিগী ঐগী ইনাক্তা লাক্লিবনো ? ঐহাক অসি থাজথ্রবী নিঙোল্লি। নহাকা রা অমক ওাংমনীওাই করিস্থ লৈতে।"

পারিগী নাক্তগী মযুমলোমদা চৎখ্রে। পারিস্থ চংনিংগী রাহ্থ তাবদা মপুক্লীদা অঙকপা কংলবা চৈনাখোল অমা কাওরকই। চংনিংবু থাম্বা ওমহৌখ্রে ; মথক্তা ওায়হৌরবদা রাহৈশিংত্থ হুম্না হুম্না

তারকই। মশাগী মথৌ মশানা পাওবা ঙমজ্রবা, মুপা ওইনা পোক্লগা মুপাগী খোদাং ভোল্লবা, মীনম্বা হৈরবা মীশক অমনি হায়না খঙ্গরকই। মথন্তা শোল্লকই—

"করে চংনিং! লাইবকথীরবা ঐগী পূন্সি অসি নহাক্কীদমক কৎলমলগে। ঐবু অমুক ৱারোগন্নু।"

পানথৎলকপা থাজনা চংনিংগী ল হোংবা য়েংগদবগী তাল্লক্লি। থাবলনা ফিঙৌ কৌবত্থু মঙাইরে। নীংবাকায়রবী শাবী-শানৌ অনীনা অরাপ্পদগী পাওমেন্নরকই—"ৱারোগন্নুকো" হান্নবা। তাবা ঙমাখত্রে থাজনা পাওরোনত্থ, নোংচুপ হান্নম তমলকই। অহাঙবা মফম অতুদা পারি লেপতুনা লৈহোরে।

নিঙোল পুক্লীং খঙদবী, খোঙচৎ কাইদবী মতম্না চংমিংগী লূহোংগদবা সুমিৎতু তাইবং মাংদা পুরকলি। খূল অপুম্বা ইরাং হোৎপ্রে। করিগী হৌরোই; খুল্লাকপা হায়রে খুনগী নিংথৌনি, লূপল্লাকপসু নিংথৌগী ওমথংনি—অনীসিনা মঙাই শাম্নহুনা মপারি মমোম অনীগী পুন্সি কিশি কিপদৌরিবনি। খুলগী মাইরেং ঙাকনি, কুম্মৈ হয়াওগনি। অছুবু লাকপা মাগী পুক্লীংদা থোইনা রাখি মমোমগীদমক খল্লূবদা। অয়েংবগা থবক পাঙগদবগা অনীনি; অনী অছুগী ঈচেল তিম্নদে; হৌরককমসু থু্ংলুকমসু মাম্নবা ওমলোই। পম্থোগী শিঙেল ভস্কানি। পলেমগী মহুৎশিন্দুনা মপাবু থৌগল্লকপী নিঙোল চংনিংনি। মানা চৎখিবগা লাকপগীদি লোইরবনি। অময়োমদা মমোমগী পুক্লীং খঙনা খঙনা পাঙবা ওম্বম্না য়েংগে তাল্লকপনি। মচাগী মনীং থুংলরোইদ্রা থনবদা পোথা হৈথাকম খঙখিদে। অছুবু মতমদি ঙাইখো য়াবিদে। চংনিংগী লূহোংগলবা হল্লেনি।

সুমিদাং অছু খুল পুম্বা ইয়াও লাঙপ্রে। খুল্লাকপী, পান-বৈবীনচিংবী খুলগী সুপী নহা পুম্নমক লাকপগীদা তিম্নরে। পারিদি-

অঙাওবগুম কোয়চৎ চৎলি। পুক্লীং মচি খুদিংদা লমজ'ও খোল্লা চাক্লকই—নিংথোল মাগী খনবদা। মরান লৈজত্রবী চ'নিংবু অরেমবদা মওং লাংগী কাহল্লে, মুংশি-হৈতেদা খল্লক্লে! পম্মৌ লৈরি লৈত্রগুম্বা, লমজা শারা তারবা মাগী পুসনি. চ'নিংনা চৎথ্রবা করম্না পুন্সি লেনগনি খনকম থোকশিত্রে! খৌবু' চীংহু থাহ্না চেনখ্রসিন্না নীংলকই। নীংবা কায়রবা পারিং পুক্লীংদা হৌখিবা পুন্সিদা থোকখিবা পুথা নৌহৌনা নীংশিংলকই।

মুমিদাংগী শরুক অয়াম্বা হৌত্রে: চংনিংস্ন লৈবা ওমখিত্রে। মাগী পুক্লীংদা পামহৈবীনা শিন্দুনা থোক্হন্নবনি অ'সতা মখল্লি। থোইনা মুংশাইখিত্রে। শত্রুগী মথক্তা পা'নিনা মঙাকপু মরান পীখিল্লা অতুকস্ন খল্লকই। খল্লু লুরগা পা'রি মাবু উরকই, পুক্লীং মচি খুদিংদা! অমুকস্ন নংশিংলকই—মশাবী মাবু হায়-হৈদবা হায়রুনা চৈ থাংলব্রে; হৈকারবা পীত্রে। নীংওমদবগী মৈশা লাংত্রে, পারিবু করিগীদমক অতুপ থীনা চৈরুবনো? মহাক্না মরান্নবক থীরগা করিগীদমক মীওোন্দা তাইনরুবগে? কপ্পনা শিন্না ওইরকই। কম্মুংদা হিপচৈ হায়বত্থু মঙায়রে চংনিংগী থবাই হকচাংদি নোংলৈ মুংশিংনা পুবগুম লমথুংকম লৈখিত্রে। মরক মরক্তা থবক নোমলীবী শহুন লমনশিংনা রারী শাস্নরকপত্থু তারগা অমুক অমুক মথক্তবু নীংশিংজৈ। মতম অসিমক্তদা গাইনেমনৈনা চিংহুনা খুলগী মতাশিং লাক্লে। ইমুংদা চওহ্না চংনিংবু হৌদোক্লে, মপান্দা পুথোকপিরক্লে। মাঙাল ম্নোরবদা চংনিংনা হংলকই-

"করিগীনো ঐবু কৌথোক্লরিবা?"

"ইতা! মস্নামনা মহাকপু লৈশাকান্দা পুরগা নংগী রারী শাগনি হায়রি।"

"ঐবু পুরগা করি কায়গনি?"

"ঐস্থ খণ্ডই অহুবু ইতা, খুলগী নমান্নবী ঙাকনি ন্যাক্রিয়সি। নহাক্তি খুল্লাকপগী মচানি, মুপী ভুইরবস্থ ঐখোয়গীদি লুচিংবীনি। নহাক্কা চত্রবদি ঐখোয়না কনাগী মতুং ইনহোৌগনি ? ঙাইহাক্কং মচংলুসি।"

"অহুনা চুমব্রা ইতা ?"

"উম অহুনা চুমই।"

য়ানীংত্রবস্থ মতাগী রাতু তাবদা চংনিং চত্তবা ঙমত্রে। গাইনেমনৈনা চিংহুনা চংনিংবু ইকোই কোইশিল্লে। থৌবুম খুলগী লৈশাকাল তান্না মরান্না পূবক্লে। পান্নি মশু-লাংগী অঙাওবী ওইববী মতাদি থন্নাথক্কী লাইজগুম পুক্নীং ভনিক ভনিক খাগুজরিবীনি। পারি পামেল মতোন্দা শিঙেল মানা তাংজক্কই। কনাগুম্বগী থৌইনাশন্না পামেল উশা থাগ্রবদা শিঙেল লৈমাইদা তাগ্রবীনি। মহুগীদমক থনবদা অপানবী মাইথোং থাজত্ত পুক্নম তাওজিং হৈয়াংগুম পোমথা হৈথানয়বীনি। লোম্না থম্বা ওইবদগী গাইনেমনৈ নত্তনা মতান্নোই অমত্তনস্থ নিঙোল পুক্নীং থঙথিল্লে। অময়োমদা খুলগী মতাশিং অহুদি চংনিংবু লক্লগে, লক্লহুনা নোকমিন্নগে খল্লরনি; কনানা থামজুগমি ? মতান্নোই অমনা হান্নরকই—

"লাইবককবী ইতা! হয়েংমথৈদি লুথৌ ইবুংগী মনাক্তা নংগী নপাল থান্নগনি। ঐখোয়বু কাওরগদ্রা ?"

"লুথৌ নাক্তা য়োঁৱগা ঐখোয়না করি কৌগনি ? ইমান্নবীনি হায়হুনা ইতা কৌরস্থ রারেয়ানিদো ইবুংগী মুপী ওইরবুনিন্না!"

মহুচেন্নবা রাঙাংনি হান্নবা কনাজস্থ থঙনীদে। মতাশিংগী রাসি তান্নগা হেম্না মপুক হুংঙাইথিত্রে! তাবা ঙমথিন্রে। মানবা মিত্তা ঙমজবী, পারি মতুং ইন্নৌংবা, মিত্রা থকাদ অনীদা

মূইবা হৌবা নোংঙাম্না পিগী পল্লেং শিন্থরকই। য়েংহৈব্রবা মতৌনি। পুক্লীং কায়দোং থিবগুম পাওখুম পীবা ঙমত্রুনা গাইনেমনৈ মতাবু চেংনা কোঙ্গরকই। খোইনৌ মতা ময়াম্না লেমলৈ ঙাঙাল্লকপগুম লাইঙ্গা ঈমুং নৈরবদা চংনিংখোম্বী মহাক্তি চঙকম লৌখিদ্রে। গাইনেমনৈস্থ মতাগী মতৌ উবদা কপ্তবা ঙমখিদ্রে।

"কপ্পগম্থ ইতা। নহাকী নতৌ অসি য়েংবা ঙমদ্রেগবা নতানা।" থেমজিন্নকই মতাবু; অনীমক কপমিন্নৈ। হাঞ্চ-দোকপা য়াদবা ওইবদগী গাইনেমনৈস্থ মথা তাবা ঙমখিদে। অমনা অমুক ওকলকই—

"ঙসি মঙাইরে পম্থৌ মাগী রাগদবা হয়েং মথৈদি লম-লানবা ওইরগনি খুম্লাকপা ইপাবু। লাইবকফৈদকো লুথৌ ইবুংসে।"

রাঙাং খুদিং তারুরগা চংনিং খাঙবা ঙমলক্রে। কান্নরল্লোই হায়ন্থনা ময়াম অহুগী মকমদা চংনিংনা হাম্লরকই—

"ইতাশা। কাওনগম্থসি। চংনিং ঐদি লাইবক থীরবীনি। নখোয়বু কিজবদগী ইশা ঙমদা-ঙমদা লাকপনি। ঙসি অসি পোথারল্লগে। খুল লাম্না চংকদবা নত্তে চাম্মরক উম্নরকখিগনি। নখোয়না য়াজবদি চংপা ঙমলোইদৌরে ঐহাক্তি।"

অতৈগী রা অমুক ঙাইরমদনা গাইনেমনৈনা খুম্নকই—

"করে ইতা। চংলো পোথারল্লো।"

ময়াম পুম্নমক য়াবিরক্লে। "থিল্লুসি" হায়নরক্লে তৌইগুম্বসুং চংনিংনা য়াখিদ্রে।

"মম্লমক য়ারী শাবিহোখো। ঐহাক ইথত্তা চংচখিবা য়াগনি।"

অসুম্না হায়নরক্নুনা চংনিংখোম্বী থোরক্লে। মতাশিন্না য়েংলহৌই; খরা অমনা নোকহৌবসু য়াওই। গাইনেমমৈ মতানা খৌরাংনা য়েংহৌই। লম্বী চৎনা চৎনা মতাশিংনা লক্পখিবা মাহৈশিংসু তারকই। অদুগা লোয়ননা পারিবু নীংশিংলক্লে; নীংশিংবদা নত্তুনা নিঙোলগী মনাক্তা লাক্লবগুম উরক্লে, অমুকসু চৎখ্রি লৈহাও লৈরেন মনাক্তা। মযুমদা চৎলিবনি হায়না লাকচবনি, অদুবু চংনিংদি পুখ্রি মপান য়ৌরয়ে। হন্না য়েংখৎলকপদা লৈহাও লৈপান উরে মাংদা করি থোকখিবগে হায়বা পুমকাও কাওখ্রে। শিঙেল লৈথোং তান্না চেনশিনখ্রে, তন্না মউসু চেংনা কোল্লদুনা হিকহৈনা কপ্লকই। ওন্থোকপনি, নিঙোল খুৎনা কোম্লুবদা লৈহাও লৈপান্দু অশিৎ অরাম্বা মতমদা, মালং খোঙলোই কথানা, মালেম কাওনা ছুম্পপদা মুংশিৎ শাফু কংলবগী হৌনবা পংমেল মউ নীংপগুম চংনিংগী থম্মোয়নুংদা শিংলিবা নোংলৈ মুংশিংকী শউমসু হলা মউদা কাওখ্রে। শিঙেল লৈপান নীকখ্রে। নিঙোল খুৎনা, মনা য়ানখিবা থাংকম অদুসু থেনজরে; পুম্নমক অমুক নৌখ্রে মাগী অরাবদু। করিগীদমক মরাল লৈত্রবী শিঙেল লৈপান অদুদা তাইমরুবনো? অহোইনদুম পারি মঙোন্দা অপঙবী মগাক্তা চেংথাংখিবা পুন্নমক ইনৌ মৌনা তারক্লে। হৌজিকমক চত্তুনা মাবু ঙাকপীয় হায়জরুসিরা হায়বা কাওখা থন্নকলে, অদুসু ওইথোক্তবনি। খাঙবা ওন্নক্রদুনা মথক্তা শোনজরকই—

"ঐগী থম্মোয় মৈচাকসি, করম্বা লোকচাও কুম্লগা ইংগদগে ঐহাকপু। থোয়্নম-ও মীনম্বা, পাজল শানবী ঐহাকপু ওথোক্লা মারো তমথ্রবোই! মতম চুপ্পা নীংজরুই; অপঙবী ঐহাক্লা। মাথল থেংনদংগ ঐহাক্নে। ইশায়ফুগী লৈমলৈগুম মাগী মথুং চনখ্রে, ঐগী থৱাইগ হুকচাংসে! অরেম্বদা কংলুরবোই কবুইমুবী ঐহাক্লা!"

লৈরাং হায়বা জাত্তুন্না মপাল কব্রিঙৈ মতমদা, খোইমু মাবু কৌজরকই। খোইমু শউম লাংবদা শিঙেলগী লৈরিক শামক্লে। খোইমু মানা নৈবদা লৈরাংগী পুক্তি ককশিল্লে। লৈরাংনা কম-হুনা মাঙলমদাই খোইমু মশক উখিল্লে। মচুমতনা মরম-ওইহুনা মমুং মতম চাদনা শিঙেল লৈখোক্তগী ক্লিস্থরে। মরম্নদি মতম কুইনা নীংজরকপা মহাক্কীনি হায়না থমজরকপা মী অহুনা মাবু খোঁওইবিত্ত্রবদা খাঙহুনা লৈবা হায়বসি ওইখোক্তবনি। মহৈনা নোলবা পামেন্না তাওক্সিং হৈরাংবু কু-হো লাইদা কৎলগা হৈরাং, অরেম্বা ওইররোই মুংঙাইজরম্বা, পামজবা মশাগী মহৈনা মশাগী য়েক্লবা ওইহুনা তলা মত্তবু চিংথেক্লবদা কুহী কুম্বান্দোং কংশিন্দুনা মাঙজবগুম চংনিংখোম্বীমু মশানা মশাগী য়েক্লবা ওইরকলে। মথক্তা মাঙজগে খল্লক্লে। নিঙোলগী পুকমুং মৈচাকপু কয়মবু কোঙদোক্লসিগে! লমজ ওখোম্না চাক্লকপা থংপিনবা লৈত্রবা লম্মৈমক মওইরে; চংবী-লারাক খায়বগুম থম্মোই লাইমুম কাই-রকলে। চংনিং খাঙবা ঙমত্রহুনা মতারোই লৈহ্নাও লৈপান্দা অমুক ওনশিল্লক্ল; হায়রকই—

"চিন্নাইদবী ইতারোই! নংতা মঙাইয়ে ঐগীদমক লেপ-লিবা! মহাকমু তাইবং মীগুম্না লেংহৈবা ওইরম্নবদি নতাগীদমক লেপ্নিরমগনি খাজদে। লেঙকত্রবী নহাকপু অপঙবা নতানা মপাল য়ানগে নীংলুরে। ব্রাগৌগমুকো নতাবু!"

কপকই, চংনিং হিকহৈবা। পন্থৌ ক্লোকপা মপাদু নীং-শিংলকই, পন্থৌ মাগী শজিক্লি-থবানি! পন্থৌ লমন শিংক্লিবী মহাক্লি। অরাপ্পদগী কৌজরকই-

"পন্থৌ-অপোকপা-ও। নুমোম্না লাইবক থাবনা, নহাক্কী বরুন শিংরা ঙমগনি নীংদুরে। পুকমুং মৈমক্ত থাজরসে পুরা ক্লমল্লে। ঐহাক্তি। পন্থৌ মথং অহুবু কয়ম ঙাকলু হায়রবল্লে!"

লৈহাও লৈপানদা অসাই মথৌ ভ্রমরাজ কৌবী চেক্লাগী তুমিন্না লেংলমই। তুমিন লৈবা ওয়ক্তুনা খোজেল য়াংনা খোংলকই। অতকপামি নীংবা কায়রবা পুক্নীংগী য়া হায়রবসি। মঙোল মাই-ঙবা চেক্লাগী খোজেল অহুবু চংনিংগী মর্কমদা কপাওবা অমমা ভাংলকপগুম অপ্পমবা তারকই—

"কারি য়ানোদা অগংবী? নংগী পারিনা য়েক্লবে চংনবীদা পাউখোংলে, পলেম 'মাদা তাইশিল্লে। পহৌগী অমত্তা ভাইরবী, হ্লদবী সিনা অয়োইবনি, ইপাগী য়াথং ওাক্লম্মু।"

চংনিং পুমওক ওকখ্রে। তুং-মাং য়েংই, কনাম্মু উদে। অমুকম্মু অন্নয়া তারকই—

"নুংশি খঙদে পারিদি, কাওখোকলোগবা মহাকপু নখৌ পাংগে হায়রবদি; হল্লোগবা চংনিং-ও!"

"পুক্নীং লৈরি মথৌদি ওমগনি নীংদরে।"

খুমজে চংনিংনা। মনাকোং অনীমক মেনশিল্লকই। অহুবু পুক্নীং য়ানি তাদকদে। চংনিংনা অমুকম্মু হায়রকই—

"পারিনা কররম্না ঐবু নুংশিবীদে তাকপিরি, মহাকী মরান কররি লৈ? ঐহাকনা ইশাগীতা থিরুরে। পারি ইবুংবু ইকায়বা পীক্লরেনে ঐহাকনা।"

"অহুদি পহৌ য়াথং ইরয়োই হায়ব্রা? লখী লৈরে অসীদি পুক্নবা কহ্রক।"

"পহৌ য়াথং হিকতোকপা নচ্চাগী মপুংকানা ঙাকপা অয়োইব্রা হায়রবনি। ঐনা মরম অইহুনা পুথমত্রবা মরান অমা ঐবু পোকপা পহৌবু লওশিনহনবা লোকদোরি! ইশাগী ইয়াব লোংপদা অতোপ্পা মুপা অহুমম্মু মাগী মপুক শেপ্রবী মুপী ওইহুনা

মুপা ওইবগী লীচুত্তা মকায়বা অমত্তু ওইহনগনি। মশিংনি ঐনা কিয়িবা।"

নীংবা কায়রবী চেক্লাগী পাওয়োন অথিয়ে। চংনিংদু মরুক ওংলয়োই নীংথমাচে। অঙাওবী ওইরবী চংনিংনা চেকলা মপাও তায়গা পায়িবু শানৌগী নাত্তা লায়রবতুম উবরে। অঙাং নাওয়া ওইচে পায়ি মাগা শকখঙনখি—পায়ি পামেল মুখেল্লা শিঙেল চংনিং চাউয়কখি, লোইবী চীংদা কাহুনা শিঙেল লৈয়াং হেকমিয়ে, জাওজিং হৈয়াং খুনমিয়ে; খৌবুম লোক্তা কুমহুনা চেংহী শম্বাল লাংমিয়ে। পাম্মু মতুং লাংগী পম্মৌ তমগে লেপ-চখি। পাখংনাক্তা থুংজগে 'সিনা লাইনীং ওইজখি। অহবু শিঙেল অয়েম্বা ওইরে। ইমুং তৈনা তাম্লগদি নিঙোল মীখুং চনগ্রগনি, চংনিং লৈকম খঙলক্তে। মতাংসিমত্তদা পায়িবু উবগুম তৌই হুংগুক হুংজানহুনা। পাখংনা অগুম্না হায়রকই—

"চংগ্রাসিবা চংনিং চীং লৈবাক থাহুনা। ঐস্থু পলেম ওম্রগে নিঙোল মংগীদমক্তা। মকম'হুদা য়ৌয়গা নংবু লোম্না থুমজগে পাখং ঐগী ইনাক্তা, মীগী মীশৌ তাদনা।"

চংনিং হয়াও হয়াও ইন্লকই—খোমলেন মঙদা চংপগুম—

"ঐগী ইতুং ইম্নকউ, লাইজা পুম্নি তমহুনা! ইমুংবুংদা চঙলগা মৈচাক মুংগ্রা য়েংলুসি।"

"অপংবী চংজিংবু মায়ৌরমত্রে ইমুংনা। লৈহাও লৈপান্দা তাক্লমখিগে—ঐবু তাইবিয়মখো।"

থুমৈ চংনিংনা। লৈহাও লৈপান্দা তনশিনজরে। হায়রকই—

"চংলগেকো ইতায়োই; তসি মখৈ নবুংগী মতুং ইনগ্রগে, লৈয়াং চয়োং অমত্তং পীনৌগবা নতাদা। লাইয়বী চংনিং ঐগীদি কংনিংঙাই কয়িত্থু লৈজহে। চায়িক পয়েং অসিমতং শিঙেল খোঙদা তমলমগে।"

'অসি হায়রবহুনা মঙক্তগী চাঁরিক পরেং লোঁথোক্লে ; লৈহাঙ লৈখোঙদা থমজরে। মতায়োই শিঙেল পান্বীনা মকুম মথা নত্তনা লোৎচয়ক্লবা শিঙেল চরোং অমত্তং মতাগীদমক থাদরকই। চংনিংনা লৈত্থ খুঙংলে, নোক্লহনা হায়রকই—

"গ্নংশিদকো চান্নবী, নতাগী লৈরং থাক্লম্বোই। পারি নবুংনা নংগী নপান চিঙ্গা নীংবা, থুংদে হ্‌য়খিদো— অত্থবু ঐগীদি থুংলেদো। নবুং নাক্তা য়োৎগে, চংলম্নগে ইতায়োই!"

তাইবং পুম্বা কাওখ্রে। মাগীদমক য়াহৌবা পম্মৌ 'পোকপা কাওরক্লে। পাবিনা শানোগী খুজেং পাঙোইনৈ। লাইজা মুংদা কুমথখ্রে। যেংবা ঙমদ্রবী লৈহাও লৈপান্দু কিবনা মশা নীক্লে। লোন্নাইদবী ওইবনা মতাবু থাম্বা ঙমহৌদ্রে। ঈকং থাগী পুশ্রিনি —চৌংগী ঈচুম য়াবনা লাইজ কংবা নাইদবি নিঙোলগী শঙম লাংবদা লাইজা ঈমায থাই·ক্লে, লৎনবা ঙয়খিদ্রে। মমোম শকপী চংনিংবু চেংনা কোনবীরক্লে। নোংপোক অতিয়া মকোয়দা চিক্লা থোকপী শজিক্লা অমূক থাঙবা ঙম্রহনা থুনা য়াংনা লোৎখ্রে। অরাবা থাঙবদা ঈপাক্লা মরান লৈত্রবা চাংজৌদা ঈর্থক ঈপোম্না ঈথিক্লে।

অরাং পোম্বী লিক্লানা শিঙেল লৈকা তমলক্লে। মালংবদো য়ামিরা লিক্লা লোকে কায়কলে। পাম্ম মঙং লাংগা অরা হক-শোক লাংখ্রবী, পাম্ম মাগী থাকচয়কপী নিঙোল থরাই হকচাংদা, অইংবা খোঙদাখ্রে। লৈহাও লৈপান্দু লেঙখিদ্রে—মথুক্তা মখোই শ্লিংহৌরে। চৌংলাইবকী তম্ফা, চংনিংখোম্বী লাইজ ঈরোনমুংদা লিরখ

অহিংগী শরুক কয়ামরুম য়াখলনা ফুমুংমরুবা পারি অহিং মমৈ তাম্নকপদা উইয়োল উইয়োল য়াতারুই। মাপী খোমলেন মংলান্দা খৌবুম চীংজাও নাপোমদা মশানৌ চংনিংনা নিংথিনা শেৎ-চায়রুনা হয়াও হয়াও চৎলম্বা উরকই। মহাক্না কৌবা তারমদে। তাঙা অসিমক্তদা মুপী খোল্লেল অমনা অয়াম্নদগী লাউরকই—

"খৌবুম ইঙাই মচা-ও!
নংদি তুমিন লৈথোক্লি!
ইমোম লাংঙেন চংনিংদি,
লোইবী ঈচুম লাংহোয়ে,
থীল্লে ইমোম খামহোরু— !"

ইথং থংনা মঙকাওনরে। মিকপ হেক তাম্নকপগা ওইথংবা পাম্বোম মরুদা অমুক্তং চোংই—থংপ্রেক থংই। অমুক খোল্লেল অমা তারকই—

"নমা নচা ভূমব্রা?"

পারিনা খুমই, "ইবেন নত্রা, করিনো?"

"পারি, নমা হৌদোকউ, চংনিং থিবা খওত্রে?"

পারি কোকচাওবী কাপ্রে— মশা পুম্বা ভুজুলে। মমাগী নাক্তা চওহনা মশা নোম'না তক্সিং তক্সিং হৌদোকলুরে—

"ইমা। লাকপী ইবেমা চংনিং থিবা খওত্রে হায়রি।"

পামহৈবী মমাস্থ ইক্সি-শিংনা যাকারম্রে। মা অমত্তা গুংলমদনা থোঙ তাম্না লাক্লে, থোঙ হাংদোক্লে। লাকপীদি লৈ-রমত্রে। মচাদা অমুক তাক্লমদনা মুংশা থীবগা লোয়নমা অহুমক চেনখ্রে। পারিস্থ চেম্বোক্লকই—মাগী শারেপ কারবা হুইহুই মাগী মতুং ইল্লকই। চংকম খওত্রহনা লৈহাও লৈরেন মথোঙ তাম্না চেল্লকই। চংনিং মাঙখ্রে হায়বা পাউনা নোঙাল্লমদাইগী ইচিক হুনবা মরক্তা খূল অপুম্বা পূমলাং লাংলম্রে। লুপলাক-পগী মচা লুথৌনা পাও অহু তাবদা পারিগী শরৌনি খল্লহনা লুখুমদগী তা শংলে, লমন খুমগে নীংলক্লে।

পারিস্থ লৈহাও মথোঙ য়ৌরক্লে; চংনিংদি লৈরমত্রে। মকম অনিদা নওনা চানিংগী চংকম লৈতে, মকম কৈদা চংত্রবনো খল্লকই। লোয়াইদবী লৈহাও লৈপান্না মতাগী মপাও তাক্লে নীংজল্লই অহুবু লোয়াইদবীনি মহাক্তি। তোল্লিদা, শিঙেল লৈপান ওইনা পোকলুবা! পারিনা মকম খওত্রহনা লৈপান অহুদা হংলুগে হায়বগুম পয়প পয়প চওশিল্লকই; শিঙেল লৈ-খোঙদা থমলম্বা চারিক পরেংহু থোকনরে—চংনিংগীনি হায়বা খওলবদা কোয়রে লৈহনা য়েংলকই। লাইজনা ঈমাই চোল্লবা পুত্রিদা ঈথক ঈপোম নাইরম্বা, লাইজথকী কংজানা পুল্লপ পুল্লপ তাউরম্বা উরুবদা মণ্ড-গী পাওহু নীংশিংলকই—পুত্রি মহুংদা চোংথত্রে, কোরথি থিরকই। লাইজা ঈরোমুংদা মথোং কারকপী চংনিংনা ইশাং শাংনা তারম্বহু থোকনরে। পারিনা মুংশা থীবগা

লেপ্লমনা নিঙোলবু পুম্বি-পান্দা থৃৎলৈ খুমা পুখৎলে। মীওয়া শিংবা পারিগী হুইনা মী কৌবগুম অরাক-ডমা থোংলকই।

পান্নি থৌদো অহুদা থাজবা ওমত্ত্রহুনা অঙাওবরুম্না মশানৌবু চেৎনা কোন, হম্না হম্না কৌরকই ; ডোইগুম্বসুং চংনিংদি প্নাউখুম অমুক পীরকখিত্রে। তামপ্লকত্রবদা নিঙোলবু কৈবম্বরে, লৈহাও মুখাও অন্না পুশিল্লক্লে ; শিঙেল নাকতা পুশিল্লগা অরারা কোকত্রা থম্নুরে। কয়া কুইরবা থঙহৌত্রে। গাইনেমনৈনা চিং-লহুনা খুল্লাকপা, মচেম খুল্লাকপী, পামহৈবীনচিংবসু মকম অহুদা য়োরক্লে। থৌদো অহু উরুবদা ময়াম্মক চঙহুনা চংনিংবু লাই-কম্লরকই। খুল্লাকপা মপাদি অঙাওবমক ওইরে ; মমোমগী নাক্তা চঙলকউ হায়বা য়াখিত্রে, মা ঙাংখিত্রে। গাইনেমনৈ মতাবু কোম্লহুনা হিকহৈনা কম্লকই। পামহৈবীনা কাম্লরমোই হায়হুনা খুলগী অহৈ অশিং পুম্নমক তাকলুরে ; পুম্নমক য়োনরক্লে। পান্নি ইকাই ঐকি থাহুনা চংনিংবু থাদোকপা মরৈখিত্রে। কানমখৈ কপলুরগা লাপ্পা চৎখ্রবী চংনিংগী থম্নাইবু লোননা কৌজরকই—

> “লমদম কয়া তামগ্রে হম্নকখোবা চংনিং-ও।
> পম্বো পোকপা লৈহৌরি কাওরত্রা নহাকপু,
> শিনবাংত্রিবা ঐহাক্কি ঐগী শিম্বা কোক্লুগে,
> নিঙোল নুংশীদমক্তা, ঐগী থাশেক তাক্লমগে,
> নুংনা চৎপা তারবা থোবাংলুরেরু ঐহাক্কি,
> লাইখোগবা চংনিং-ও, হম্নকখোও পুককরী।”

একমাই শোন্না কৌরকপা পানিগী মপাও তাকনা থাগনা চংজরবী চংনিংগী থম্নাইহু লেপ্পে—চৎপা ওমত্রে। পুম্নমক কাও-রম্নবনি, পান্নি মতুং ইন্নবনি নীংহুনা। পান্নিনা থাম্না কৌরকবদা

তুংদা লৈহৌরে খঙলক্লে। পহৌ-পোকপা থারকপদা, অমুক মপাবু নীংশিংই। মমায় ওল্লক্লে। মনেম খুল্লাকপী, মমা 'খল্লবী পান্মহৈবী মতারোই পাইনেমনৈনচিংবা খুলগী মীয়াম্না হল্লা হল্লা কৌল্লরবদা চংনিং হল্লা চেল্লকই। কবুই অমাইবা অমাইবীনা শিবমক্তি শিররোইদ্রা খল্লরকই। মখোয়গী ময়াথং ইন্দুনা পারিনা চংনিংবু কৈবল্লহুনা খুল্লাকপগী মযুমলোমদা পুরক্লে। চংনিং-খোম্বীদি খোম্নেন তুমখুন হুনবগা. পাঙথকনি লফু লৈউ তাবগুম তারি। মপুং ফারবী মাইথোংনা মকশিল্লি হায়বা মখে মঙাই —হায়গুম শকাহল্লি। পারি মতু উক্লরগা য়েংঙনখিদ্রে! খুল্লাকপা অহল্লা অঙাওবগী পান্দমগুম লাকপী মচেমদা, পামহৈবীদা, পারিদা অমুক অমুক হুংই; ওস্থোক্পা থৌদোক্লি।

নোংঙাল্লমদাই লিক্লানা মালেম লৈমাই তমলক্লে। 'মুবা মাইখুম হাংলমদাই—চাল্লবী লৈহাও লৈপান্দু তেংথা নাওই কপ্পকই; লেংকদবী লৈপাল্লি। চংনিং নাক্তা চত্তুনা পাওহংজবা ওমত্রবী মাল্লংক্ম মকাদা নিঙোল মপাও হংল্লরি। চংনিংনা অকিবনা লোয়ননা ভাইখিবা হুমিত্তু ওসিনি—ওসি অসি লান্দুনা চংখিগে খনবদগী তাইবং খুন থাগে হোৎনরুবনি। পুমওন ওল্লগ্রে। লুহোংগদবা নিঙোলনা য়ামক্ক তাহুনা লৈরি। হুংঙাইবগী মহুত্তা অরাবা শকলোন পুগ্রে। থৌরাং পুম্বা লোপলে—লুহোংবা য়েথোকপদা তাগ্রে। লেপ্পা লৈত্ররা মতমদি হৌজিক কাওবা মচৎলি। কোরৌ মমি তাররক্লে; চীং লৈবাক অহবুম চামথোক্লে। মতম অসিমক্তদা চংনিং মমিৎ পাংলক্লে। পারি মপুক্তা হরাওবা হুংঙাইবনা খুৎশল্লনা চঙলকই—"থাগ্গা চৎলুরবী নিঙোল্লা মানা কৌবা তাহন্না হনবিরক্লে" খল্লুরে। পুম্নমক অরাবা শেমকরে। পাইনেমনৈ মতানা মিৎলু নাপোম অনীদা মশি ক্রীল্লা চেল্লহুনা মতাবু ওক্লকই—

"চংনিং ইতা। মকম কৈদা চৎলুরে ?"

চংনিং পাওখুম পীবা ওমখিদে, মতাবু চিংনা লেংলে। ৱানা হৃদক্রবীনি !

নিঙোল চংনিংনা মিকপ থোক্লক্লবদা পুন্নমক অদা পোথানৈ। খুল্লাকপা মপুক্তা হৌজিক্তা চৈনা কাওরকই, মমোম্বু মহাক্কী মথুংমক্লা অবা নৈশা লাংহন্নুরে খল্লকই ; মচাগী নাক্তা চঙলক্রে ; হায়রকই—

"ইপাগী চংনিং অপঙবী, ইপাবু করিগী অসুপ রাহনবগে মহাকনা।"

মপাগী রাহ তারগা চংনিং মপুক নৌরকই, কাম্রবা পুজিতু মপাগীদমক কৎলম্নগে নীংলকই। অহূবু পারি মশক উরকপদা মাঙলেদকো খল্লকই। পারিসু ইনৌ নৌনা নীংশিংলকই—মাগী চংনিংদি মীগীদমক তমথ্রবীনি ! লৈবা ওমখিক্রে। পামহৈবী মনাসু লাকপী মবেনসু থোদোক অহূ করিগীনো হায়বা খঙলবসু কনামত্তা হৌদোক্লবা ওমখিদে। পারি চংনিংবু অমুক তাক্লমদনা মবঙানীমক চৎখ্রে। লাকপা খুনবুনা চংনিং লাইকম্নবা অমাইবদা মংনা চাওনা পীরকই, চৌংগী শন্দং অমথক।

চংনিংগী অনা লাইখাই তারবদা লাইনেমবৈ মতাম্নু চৎখ্রে ; চংনিং মনাক্তা পারি মথক্তা মঙাইরে। পারিনা হায়রকই—

"অমুমা নশা নথক্তা মাঙজগে হোৎনবা হৌনদবনি। নংনা মাঙবা তারবদি কনাগী অমাঙবনো, নংব পোকপা লাকপনা কাম্না পুজি লেনগনি ?"

"ঐনা লাল্লবনি ইবুং।"

"ঐবু থারোগনু। ঐবু লাম্না লৌগনু ঐহাক্না নঙোন্না করিগুম্বা অমত্তং থোংদোকনীংঙ্গমনি। অহূবু মতম হেনদ্রে।"

খুনগী মুপী নহাশিংনা উরহুনা "লুখৌনা মী হাৎলে" হায়না লাওনরক্রে। অতাবা অউবশিংনা মাইকৈ অদোমদা চেনশিন্নরক্রে। পাল্লি য়েংবা ওমত্রহুনা হুইগী মশাদা পাল্লিবা তা অহু শঙোক্রে—খুকউ শৌহুনা থুদেক্রে। হুই অহুবু চেজেৎ কোক্লে, মতম্বাক্তা পরথৎলে। মশা পুম্বা ঈহং নাইহং শারে। মতম কুইনা মখোয়গী মতুং ইল্লক্লবা, মখোয়গী থায়াত্তগী পাথক্লকপনা মাগী মপুক থল্লকপা, মতম পুম্নমক্তা মাবু ওাকশেল্লকপা হুই'হুনা পাম্নিবু চিং-না য়েং-লক্লগা মাগী মতমবাক্তা মথক্লাই থাগ্রে। পাম্নি মখোই থীৎগ্রে, লুখৌবু তাল্লুপে নীংলহুনা ময়ুমলোমদা অশিবা হুইহু পমহুনা চৎগ্রে। পামহৈবী মমানা চেল্লকপদা থেংনরে। শিরবা হুইহু কোলহুনা অঙাওবীগুম কপ্পকই—

"মাঙলেদনা ইমা ইচাদি! নহাক' কৈদি হাম্মহুনা পাম্নি অমী ওন্নি থাক্ননি ঐহাকনা! নহাকস্তু ইমা ইচাবু থাজোক্লগে হাপ্লক্লক্রা!"

পাও অসি থুল' পুম্বা শিমখুংনা শন্দোক্লকই। খুল্লাকপগী মপুক্তা লুখৌবু মাউক ওকপা ল্লাইকে লেপ্লে। চংনিংস্তু পাম্নিগীদমক মুংশা খীমনা কৈবা ওমথিক্রে। পামহৈবীমা অকিখঙা লোয়ননা মচাগী মপুক থাম্নহুনা ময়ুম তাম্না পুখিক্রে



# ১৭

নুমাংলোন খুল্লাকপীনা থৌদোক পুম্নমকসি থল্লুরগা অদুগুম্বু নুমাংলোন খুন্দা পামহৈবী মমা মচাগী মহাকথক্কী থোকখিবা থৌদোক্তু অমুক নৌনা নৈংশিংলকই। মহৌ চাওবা নুংথোলমা পাম্বিবু কনানো হায়বা .গুসি কাওবা থগুত্রি," খুজা পুম্নমকস্তু অদু মগাই। খুল্লাকপনা য়াই হায়দুনস্তু থৌদোক অদু অমুক থোক্লক্-হনদুবনা পুম্নমক্কী অকবনি থল্লক্লে। পামহৈবী মমা মচাবু গুসিমক চংহনখিবনা করগত্রা নৌংদুনা মযোম শকপী পামহৈবীগী মকমল্লা তাম্লক্লগে লাক্লে। লাকপী মমাবু উবদা পামহৈবী তথক তথক্লে। করি ওইবা থোক্লবনো চিংনরক্লে।

পামহৈবী—"ইমা! করম্বা অমুক?"

"গুসিগী থৌদোক অসি ইমাদি ওস্থোক্লা চিংনরে। নহাক্লা থগুলিবদু মগাই, মহৌ লৈবা নুংথৌনি। অদুগী মথক্তা গুসি চংনিংনা মশা মথন্তা শিজগে হোৎনরম্বা অসিগুম্বা থৌদোসি হন্দকী অসিনা অহানবনি, চাংলৈবাক ঐথোয়গীদি।"

"চুমই ইমা! ইহাকথকী থোককনবা ওাক্তা থোক্লরে।"

"লাইবকখীবগী হৌনশানি। নমা নচানা পাল্লিগী ম্নাঙপ্রক্না মপাবু থিরুখিনি হায়রবস্থ থিহৌরবনা কল্লগন্ত্রা খল্লি ইমাদি।"

"চৎনিংগী ফিতম অসিদা মাবু করম্না থাদোক্লসিগে।"

মাগী কল্লিস্থ খল্ল মু, অঙাংনি, নোংমা নোংমগী মকরকনি। থোকপ্রবা থবক অস্থুগীদমক ন্নারুবস্থ কান্নদে। ইমানা পান্নদি নমা নচা নখোয় ভসিমক চৎহৌবনা কগন্ত্রা নীংই।"

"খুল্লাকপগী ন্নাদি তারব্রা?"

"মহাক্তি করিস্থ হায়রক্লোই, অখোয়গী ন্না অঙাই; নখোয়না চৎলগে হায়রবদি ইমানা ওম্না শিনগনি।"

হায়নরিঙে তাঙ্গা অসিমক্তগী খুল্লাকপা অমস্থং পাইয়েম নংস্থ পামহৈবীগীদা লাক্লে—লুখৌনা কল্লিগীদমক পাল্লিবু শিঙনবগে হায়বস্থ থগে লাকপনি। খুল্লাকপী মচেঙ্গু উল্লবদা লাকপনা হংলকই—

"কল্লি ন্নাগীনো লাকপী ইচেম?"

"ন্না অমা তায়গে লাকপনি। নংগী নাক্তস্থ ল্যাকে খল্লস্থনি। পাল্লি মমা মচা অনীমক চৎহনখিবনা কল্লগন্ত্রা?"

"মখোয়গী ন্নানি।"

"মখোয়গীদি কল্লি হায়গনি? ঐখোয়না শিমখিবা নত্তনা মখোয়গী কনাস্থ লৈতে। থোজোক অসি হাকমক্লে—অমুক কল্লি থোক্লকপগে চিংনরে।"

"চিংমনিংঙাই কল্লিস্থ লৈতে মখোয়না পাঙ্খু শিল্লু?"

"মল্লৌ লৈবা লুখৌনি; মহাক কদাই চৎপ্রবা খঙজে মস্তুংদা পাল্লিগী মকমদা অমুকস্থ শিঙনরবা ন্নাল্লি। মস্তুংস্থ ভোক্লো, পাল্লি মমা মচা মৈতৈনিদো—মখোস্থ পাঙজিবা। মখোয়গী

মথৌ পাঙজরুবনা ঐথোয়গীস্থ অকবনি। ওসিমক চৎহনগ্রগে খল্লি ইচেয়া।"

পাঁমহৈবীনা হায়রকই—

"ইমানা হায়রিবা অসিনা পুন্নমকী অকবনি, ইমা ইগাগীস্থ ইপাখোয়গীস্থ।"

"করে, অদুদি গাইরেমনং নুহারা থাজরা খুজ্জা অহম থিরুরো, নচেম মমা মচাবু থিল্লনবা জিরি কাওবা।"

গাইরেমনং চৎখ্রে; খুল্লাকপনা হংগে খল্লকপা রাকমছু হংলুহনা কায়ত্রে খল্লকই। পারি মমা মচানা তেক্তা কায়দনা মখোয়গী লমথুংকম তাপ্পথিবনা করুগত্রা নীংলকই। মহৈ মহৈ য়ানরহনা চৎননবগী শেম-শাল্লখ্রে। খৌবুম খুল শিনথুংনা পারি মমা মচা চৎখ্রগনি হায়বা পাওনা অয়াংবা ক্লংশিংকুম শন্দোক্লকই; চংনিংস্থ পাও অসি ভারমই মথন্তা কপচবা নত্তনা নিঙোলগী পান্দে লৈখিদে। অসোমদস্থ গাইরেমনংগা থানা খুজ্জা মরীমক য়োরক্লে; পারি মমা মচাস্থ শেমশাবা লোইখ্রে। চহী কুমওন কয়া খৌবুম চীংদা তাংলকপনি। খৌবুম খুজ্জা অমা ওইনা পারি চাওরকপনি, অদুগী মথক্তা মশানো চংনিংনা পাখংগী থরাইনি খল্লকপনি। ওসি ইখত্ত খণ্ডহৌদনা খৌবুম খুল থাদোকপা ভারবদা অত্তকপা কংলবা থায়নবগী চৈনাখোল অমা কাওরকই অদুবু অরেম্বনি। মগাক্তি লমলানবনি মকম অদুদগী চৎখিবনস্থ মহাকী অকবনি। চংনিংনা অতোপ্পগী মকমদা চৎথবা মছু করম রেংগনি! অদুম ওইনমক লৈখোঙ চেংথ্রবা মহাকী পুন্নীং লৈকোলগী শীঙেল লৈপাল মউবু কুক্তোকপদি ওইখোকতবনি। চংনিংবু উরুহনা করি কায়গনি খল্লকই।

মহৈ মহৈ শেম শান্নরক্লবদা পামহৈবী মমানা চংনিংগী মনাক্তা তাক্লুগে চংলুই, অহুবু উনবা কংত্রে, মকম কৈদা চংথ বনো খঙত্রে। মপুক্লাং তন্নাং তশোইনা মন্নুমদা হল্লক্লে। খুল্লাকপা মপানা হান্নরকই৹

"চংলয়ো নমা নচামক! ঐদি চীংদা তোংবনি নখোয়গী করিস্নু তম্বা ঙমদে। ঐগী হায়ববু ঐগী ইচা গাইরেমনংগা মখোয় মরীনা নমা নচাবু জিরি কাওবা থিনবিগনি। শোয়দা ঙামদনা নখোয়গী লমথুংকম য়োজক্ল।"

পামহৈবী মমা মচানা খুল্লাকপগী মকমদা খুরুমজরে।

"ইমা ইচানা লানখিবা পুম্বা য়ারোবিগন্নু লাকপা, নখোয়গী লমন তোল্লবা ঐখোয়নি।"—খুল্লাকপনা কোনখংপিরে। অমুকন্নু মমা শক্লা নাওকোল্লকপী খুল্লাকপীগী মকমদা খুরুমজরে। অহল মতম ওইরক্লবী লাকপীনি. খঙহোদনা পাঙল ময়েং তান্নকই, পামহৈবী চংগ্রগনি। মিংলু নাপোম অনীদা পিগী ঈশা চেল্লকই; কপ্তুবা ঙমখিত্রে। পামহৈবী মমা মচাবু কোনখংপিরে, হান্নরকই—

"করিগী কপলি অপঙবী? মুমিং অসি ঙাইরকপা নত্রা ঐখোয়না? পারি, য়াজরক্লবী নমানি, ইবেম্মা নমাগী মতুং ইনবা ঙমত্রে! চংলো নখো পাওঙ্রো!"

পান্নিনা মবেনগী মকমদা মতুমক পাংজগে খুমই। হিক হৈনা কপক্লে। পুম্নমক কপমিন্নরকই। কোয়োহমবনা য়াখোং লোল-লকপা মতম্নি। খোবুম চীংজাওদি মুশিং মুশা লেপগ্রবগুম উরকই। কম্না মখৈ কপমিন্নরগা খুল্লাকপনা মাং থাহনা পারি মমা মচা অমম্নং গাইরেমনংনচিংবা পুম্নমক খোবুম তম্পাক-লোমদা খোঙশাল্লকই। খুনগী মুপী মহা পুম্নমক্লা পারি মমা মচাবু য়েংনহৌই। খুনগী লম্বী কংলক্লে; মাংদা খোবুম তম্পাক

উররে। মকম অসি য়ৌতরুবদা. খুল্লাকপা অমদুং মচেম্, লাকপী, অনীগ্রক্লা অমুক হুমা মমা মচা অনীবু চংগ্লো হান্না ভাক-পিরে। পামহৈবী মমা মচানা মথোয়গী মকমদা খুরুমজরে। খোবুম তম্পাক তমথ্রে। থেন্ অমা কংলে। মকম অসিদা চংনিং অমসুং মতা পাইনেম্নৈ অনীগ্রক লৈরমলে। পামহৈবী মমা মচাবু উরবকুপদা চংনিং লৈবা ওমখিল্লে। মমিৎ অনীমক পিনা. পুমথুম থুম মতাবু কোয়া থাওলি। চংনিংবু উরবদা পামহৈবীনা হায়রকই—

"ইমাগী ইবেম্মা ঐখোয়বু য়ারেগৌপয় ! নহাকী নকমদা লান-খিবা পুম্বা পূকথা লিনথা থানগনুসি! চণ্ডলকউ ইবাগী নাক্তা, অয়োইরা ওইনা নহাকপু অমুক্তা কোনগে লাও !"

চংপা হৈজ্রবা নাওরাওম মমা শক্রবী অত্তুগী নাক্তা তপ্না তপ্না চণ্ডলকই। পামহৈবী মমানা কোনশিনবি। চংনিংনা কপ্না কপ্না হায়রকই—

"নহাকী লমন তোল্লবী ঐহাক্রি ! পারি ইবুং, ইমাগী মনীং থুংহনবিয়ুকো নহাক্না !"

"করে চংনিং, নহাক্না ন্নয়াথং অসিনা ঐগী পাঙ্গল ওইকপ্নে।"

পুন্সি কোজ্ঞাই খুদিংদা চংনিংগী মকমদা মারুমীতুনত্ম লাক্লবা পারিনি। ওসিগী হুমিহুনী চংনিংগী মশক উররোই থঙ্গবদা পাখংগী পুক্লী মচি প্লদিয়া লমজাও খোয়া চারুকই পাই-নেমনৈ মতানা পাখং নাক্তা চণ্ডলুরে; মবুংগী থুত্তা চারিক পক্লে মমা লাক্লরে। লোয়া হায়রকই—"ইতানা পীবনি" হায়না, অমুক্ত কোনা হায়রকই—

"পারি ইবুং নচনগী খুদোঙ্গ, লম চংপদা য়েংবিয়্র।"

পারিনা চংনিংমক্রি হায়না লোশিনকে। মহে মহেবা জ্যাংকা তুমথিজ্রে। উচেক-রায়া কাওবা তুমিন ছুমিন লৈনখ্রে। থাম্বা

য়াত্রবা মতমদি অস্নমক চৎলি। চংনিং মপুক্তা খেঙগ্রগনি খল্লক্রে। মমা শকপী পামহৈবীদা অস্নম্না হান্নরকই—

"করে ইমা! ঐনা লম-লানবী ওইবনা নতুং ইনবা ঙমদ্রে। পান্নি ইবুং চৎলো কা!"

পুকমেন পাউমেন্নহনা মহৈ মহৈ কান্নরক্রে। চংনিং অঙাওবাগী পান্দমঙম লেপ্পুনা ল্লেংহৌরি। নিঙোলগী পুক্লীংনা পাখং মতুং ইন্নুরি-মশানা লেপ্পুনা লৈহৌরে। অস্নম চঙ-শিনখিহনা খৌবুম তম্পাক-য়ৌশিনখ্রে; পান্নি অয়োইবা ওইনা অমুক্তং হন্না য়েংলকই, নিঙোল চংনিংনা হৌজিক কাওবা লেপ্নবা উবদা খোঙ থাংবা থোকখিদ্রে। চংনিংদি লেংবা মরৈখিদ্রে। মিৎয়েং য়াংমা 'লানগ্নবদা' মথন্তা শৌঞ্জরকই—

"খৌবুম লোইবী ইমা! পান্নি ইবুং ঙাইববু, ইমা শকপী পামহৈবীবু অশোয়-অঙাম য়াওদনা নংনা ঙাকপি শেনবিয়ু! মহাক্না রাগদবা শরক্তু চংনিং ঐঙোন্দা পীবিয়ু।"

পাখং মতুং ইন্নীংবী চংনিংনি। মতম অস্নপ কুইবা ঙাই-রকপা মাগী পান্নিনা চৎগ্নবদা লৈমাইথক্তা লুনাইদবী ওইহনা য়াংদো লৈদা চোংহৌরে। পান্নি চংনিংগী পুন্সিহু ঙসিমখৈ কান্নবগী অয়েম্বা মৈচাকথাক ওইহনা তোকহৌরে।

---

কালেনগী লোইরমদাই ওইররসু শুক্রবা চৌংগী লম্বীদি কোয়ে মৈশা অত্থূপ হাকনা লাংথিদে। থুম্বা হাও-রম্বীনা অরোং অকোং শায়বগুম থেক্লা কোইনা চংখি। কয়ি কয়িগুম্বদা লম্বী থিকম থত্তদনা মাঙথিবসু য়াওরি। চহী কুমচুপ্পা মুংশা লাংদবন অয়াম্বনি। ময়ক ময়ক্তা হৈয়াং মপানগী মনম্মা থুমহৎলবা মালং বনা অমুক উ-থম্বাল, লৈহাও লৈয়েম্মচিংবগী লৈনথু হুরুরি নোংমদোনগী শেংলবা মুংশিংনি— অহোইনা হৈনম লৈনম্মা চুম থোক্রে। লংকৈ চৎপা কনাগী অমা কোঙ্গাই কোকনুংতাইনি তৌইগুম্বসুং লম্বী থোং নিংথিনা লৈত্রিবা তোংজৈ ময়িন লম্বীনি কাবগী লোইবা নাইদবা কুম্বগীসু চাং লেপ্তবা চৌং লম্বোম্রি তিন-কাং কনবা মতমগা ওইবনে-য়াবগী পথ্থে লৈথিত্রে। পামহৈবী মমা মচানা অসুম্মা মথং মথং ইয়ং তুয়েল, মোংজ্রাং, হুংবা, মকু তুয়েলনচিংবা লাম্হোকথিহনা অমুকসু ওইনামলোং, বোয়াক তুয়েল, কম্বিরোল, শিবিরোং হেন্দোয়কই। অসুম্মা হুমিং মত্তানি পোথা পোথা লাক্লগা জিয়ি উমুং তায়কই। পুন্নি কোজাই পুন্নীং হকচাং তুনা য়ায়ক্লবী পামহৈবী মমাদি হকচাং

কান্নাংকী অৱাবা অচু মাইয়োক য়াবা ঙমাখিদ্রে। বোয়াক তুম্নেল ফংলকপদগী হোনা গাইরেমনং অমত্তু খোবুম খুজা অহুম অহুগী মতেংনা অমুক পো অমুক থা তৌদুনা লাক্লবনি। জিরি উম্নুং ফংলকপদা পামহৈবী অনা লোয়রকই, খঙহোদনা হকচাংগী মৱোং তাপ্রে, মানা নীংলিবদু তানবা ঙমগনি নীংদ্রে। গাইরেমনংনে চিংবা খোবুম খুপ্লোমদা হলহোরে। হৌজিক পামহৈবী মমা মচাঙমক ঙাইরক্লে। পারিনা য়াম্না ৱানা মমাবু পুরক্তুনা জিরি তারক্লে।

জিরি ফংলবদা চহী কয়াগী মতুংদা অহানবা ওইনা মৈতৈ মচা উবা ফংজরে। মফম অহুগী মৈতৈ পুম্নমক ইরাং লাংলম্মি—কনাসু পারি মমা মচানা তাল্লকলিরা হায়ম অচু খঙনরমদে। ৱারী য়াতাই শান্নরুবদগী লক্ষ্মীপুরয়োমদা চৎলু তাকপিরম্মা মফম অদোমদা অমুক লাক্লে। মফম অসি য়োৱকপা মতমদদি পামহৈবী মমাদি থাংঙমক শেংনা অনা শজ্ৱে ঃ হকচাং কান্নাংকী মৱোং তাথরকপদা নত্তনা মপুক্লীং কাওবা পিকখ্রে। পারিনা মীগী থবক থানা লঙহুনা য়াম্না ৱানা চান-থক্লবা তান্ন-তান্ন চন্না হেনবগী মশীং খঙখিদ্রে। মসিমক্তনসু হকচাংগী পাজল মৱোং তাপ্রবনি। খোবুম খুল নৌনা নীংশিংলকই। লক্ষ্মীপুর য়োৱবদা মফম অহুগী মৈতৈশিংনা মমা মচাবু হয়াও হয়াও ওকপিরম্মি।

নোংমা হুমিদাংৱাই অমদনি, পারিগী মমানা নোংমা নোংমগী শোজিল্লকপা, মতৌ অচনা নুংশা থীরদুনা তঙ-তাবা য়ুমথুংরুম অমত্তং ফংব্রা খিরকই। লম্বীদা মৈতৈ অহল অমনা মাগীদা থুংজো তাকপিরদুনা মহাকী তান্না চৎলে। অহল অদুনা হংলকই—

"নমা নচানা মফম অসিদা লাকপদি কন্নিপীনো ইকুজো?"

"কনাগুম্বা অমা খিরকপনি।"

"কনানো মশক মমিং হায়য়ু; ঐমু মকম অসিদা লৈরকপা রুউররুনি?"

"চাওবা কোই; য়ুম্বাললগৗনি, হাওবম লৈকাইবগীনি।"

"চহী কয়া কুইরে চৎখিবা?"

"চহি কুনগী নকয়া ওইরে।"

"অত্তদি ঐনা খুঙলরোই। অহল অমা লৈ, মহাক্কি খুঙ-ভুগা য়াই।"

"কয়া লাপ্পা লৈবনো?"

"ইনক নকপনি, কৈরোই লৈকাইনি। ঐহাক কৌরগে।"

অসি হায়রগা নিপাছু চৎরে। পামহৈবীনা পাওছু আরগা খঙনীংবনা লেপকই; অমুকন্থু মপুক্কী তন্নিক তন্নিকই, মুংশা মুইরকই। য়ায়া রানা হোরেককে লাকে পাগ্রিনা পেঙহনা কয়ে। মমানা হায়রকই—

"ইমানা নীংলিবসি তানবা ওমপনি মীংত্রে।"

"করিম্থু মুংশাবীগম্থু ইমা নহানমথৈ য়ারবগী চৈনাখোয়ি।"

"ইমানা লৈত্রবদা নহাক কয়মা লৈহোৗগনি, য়াখে ইমাদি! মতম পূম্মক্কা খুমাকপবু, হাওবী নবেনবু, চংনিবু কাওগম্থু—মখোয়গী লমন তোঙ্গবনি ইমা ইচানা। ইমাদি ওহোক্কা নীঙ-চমরে, চংনিংগী থনবদা। ইমাবু য়ারোগম্থু—।"

পামহৈবী অসি হায়রগা মমিগুগী মপি শিম্থরকই। পাম্ভুরিদি মমানা হায়রিবা অদু করিনো হায়বা লাম্বা কংখিদে, মমানা অমুকন্থু হায়রকই—

"ইমা-লৈবাক মৈতৈ লৈবাকপু কাওগম্থু ইবুংঙো! নংগুমবা মীনাই কয়া লৈহোৗরিবা অতুগী অরাবা কৌরবা হোৎনরকউ,

মতুনা ইমাগী লমন শিংবা ওইয়ু! ইমানা লাল্লক্কবা ওইরবদি মমা লৈবাকীদমক নথরাই কৎপা ওমজো। ইমানা নংগী নীনীং খুদ্রেনবা ওমলমজ্রে, ঐনা লানথ্রে নঙোন্দা, চংনিংদা।"

"ইমা কল্লগম্ব—কল্লগা নশা শোম্বগনি, কল্লা মতম নত্রে।"

পামহৈবীদি কপুবা ওমখিজ্রে, মাগী কংলবা চাইরুং অনীমক থম্মোয় পানা হৌরকপা পিগী ঈচেল্লা লৈতেংলে। মমাগী মতৌদু উরগা পারি মুৎশাথীয়রকই। চৈরক অসিদা য়ুম্বু অতুন্থ অহল অমগা য়ৌরক্লে। অহল অতুনা হায়রকই—

"ইবেম্মা নহাকপু চাওবগী?"

"মানি, ঐহাক মাগী মুপীনি।"

"ঐবুদি খঙলিব্রা? ঐহাক সেমুংবগীদা লৈরম্বা য়াইমা হায়রবতুনি। মকম অসিদা চাওবগা লোরমমা লাকমিল্লবনি।"

"তাদা মহাকী লৈকম কৈদমো?"

মুপা শক্ত মরু লুকল্লে—পাক চেক খুম্বা ওমজ্রে। পামহৈবী-তম্মুবীনা মহু উরগা চিংনবমা লৈবা ওমজন্থনা অয়ুকন্থ থজনকই—

"অদা মহাকী লৈকমবু—!"

"মমা মচানা লাকপনা থিনজ্রে, চাওবদি মখোয়ন্থ ঙাইবা ওমলমজ্রে।"

তমুবী মুঙনা শাবা মীহু মঙাইরে, মমিৎ-মনা কুপখিজ্রে। হায়রকম থোক্কবা চৈনাখোন অমা কাওরকই; মালেমথক অসি মথক মশা ওমজ্রে। মুলগী অহৌবদা কুম তমখিজ্রে, নোংজু পাম্বাদা নোং চুখিজ্রে, পুর্ণিমা মুমিজ্ঞা থামমলে, অয়ুক মুংখিল, মুমিদাং অমমবনা পুমকুপ কুপলে, খাম্বিগী অহিং ঙাক ওইরে! তাইবং পুম্বা মীকপ মীয়াওখোল্লা থল্লে। চহা কুয়াং চুপা চৈদা অরুলুরে, মীতৈ মুপী মহাক্লা চীদা তোংবী ওইরুরে!

পুন্নমক নীংজবা অমগী মরুমদা তাংজখিবনি। অদুবু পুন্নমক মাঙখিরম্লে। পুক্নীং মরুম থুগলম্বা তলা মউ তুখিরমলে, তাংজবী মানা কয়া কুইনা লেপখিগনি! তমুবী কপকম খঙখিদ্রে, মমিং উখিদ্রে, মনা য়েংশিনদ্রে। পুবা ঙমদনা হৌরকপা ঈচাও অদুদা পুক্নীং হকচাং পুম্বা পুমলুপ লুপলে। চাদ-থক্তবগী অরাবনা হকচাংগী পান্জল ময়েং তাপ্লবীনি। পাও অদু তাক্সিঙৈমক্তদা চিংনবনা লৈবা ঙমজবীনি। খোবুম চীং থাদোক্নুনা হেক লাকপা মুমিত্তগী অনা লোয়শ্রবী মহাক্নি। চাওবা লৈখিদ্রে তাবদা রা অমকাওবা ঙাংলমদনা মচাগী মতম্বাক্তা লফু লৈউ তাবঙম তাদ্রে। পারিনা মমাবু ইকিং কিংনা কোনখৎলি, হন্না হন্না কৌরকই তাখিদ্রে। অহল অনী অদুগা মখোয় অহম্মক চংনা লাই-কন্নরকই। পারি মকম খঙত্রদুনা মমাবু কোল্লদুনা হন্না হন্না কৌরকই। অদুবু মাগীদমক রাররবী মাগী হায়ববু মহাক্তা মঙাই-রবী মমাদি মহাক্না কৌবদু তাখিদ্রে। অদুম্না লাইকন্নরকপনা য়াচংলক্লে। কোরৌ মমি শামখিবগুম তমুবীগী পুক্সি খোঙচৎ শামলক্লে— মশা ই'গ্রে অমুক হন্না হল্লকনি থাজদ্রে।

য়ুম্বু অদুনা মমিত্তা ঈরা চেল্লদুনা পারিবু খেমজিনবীরকই—
"কৌরুরগনু ইবুংঙো, ইমাগী অরোইবা খোঙচৎনি!"

পারিনা ওন-থোইনা কপলকপদু উবদা অতোপ্পা অহল অদুমক্তু কপ্পবা ঙমখিদ্রে, হায়রকই—

"ইবুংঙো নংবু পোকপা অহল অদুগী অরোইবা য়াহিপকমদু থুরোদা তোম্বা হারবা অমনা শিন্নরমই। নোংম্না চাকচামাংগী লম্বীনি। মকম অদুদা ইমাগী অরোইবা হকচাং অসি পুন্দিসি। মীওইবা হায়বদিদি অসি ঙাক্নি।"

অহল অনী অদুনা পারিবু খেমজিনবীরকই। মতম অদুগ কুইবা মাগীদমক অরা মৈচাক পুররবী মমানা ওসি ইখঙ খঙহৌদনা

মহাকপু থাদোকপীরম্নবদা পারি অৱাবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। অতু-মকপু চৎপ্ৰবী মমানা তাল্লম্বা, কংদহ্না তোকপ্রবনি—মপাগী অরোইবা য়াহিপকম অতু তান্না চত্তুনা মমাবু পোৎলোইরুবনা চুমত্রা খল্লহ্না মহাক শেম-শাদ্রে। য়াচংলকপা মতুংদনি, মখোয় অহুম্মক মাসিমপুররোমদা খোঙশাল্লকই। লম্বীদা বাসকান্তি, শ্রিবারনচিংবা খুম্রাওশিং মথং মথং লাম্বোকখিহ্না মাসিমপুর কংগ্রে। তাংলৌ মতাং কনা য়াম্না লৈশিল্লক্লে। অমুক নোংচুপ পাংনা চত্তশিনখিহ্না অহাংবা অতেম্বা লম অমা কংলে। মাইকৈ মরীমক শোঙলবা উমুং-য়াম্নুং ঙাক্তনি। মী তারম্বগী করিগুম্বা খুদম অমত্তা উরমদে। লম্পাক মচা অসিগী থা-নোংপোক থংবা চিথেক্তা মপান মউ করবা হৈনৌ পাম্বী অমা মথক্তা ভূমিন লেপ্পগুম উরি। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরক্লে। য়াইমনা হৌদোক্লকই—

"য়েংউ হৈনৌ মপাল অসে ন'বু পোকপা নপাগী থোং-কমদা থাখিবনি। লাও, মকম অসিদা ইমাগী অরোইবা য়াহিপকম শেমুলুসি।"

পারিনা কপ্প কপ্পহ্না মমাগী মথরাই য়াওদ্ৰবা, শেংলবা হৃকচাংহু হৈপ'ল অহুগী মখোঙ তান্না পুশিন্নে, হৈখোংদা থারে। হায়রকই—

"পাঙদ্ৰবা নচানা লাইবকথীবনা নংগী ননীং থুঙহনবা ঙমখিদ্রে। হিংলিঙৈগী মতমদা তানবা কংখিদ্ৰবা ইপাবু লাই-রৈবাক্তা কংবীরু।"

নোংঙাল্লমদাইগা ওইবনে মকম অহু পুমচিক চিকদ্রে। নোংজু পাম্বাগী হৌনবা অতিয়া মকোইদা নোংগী মপৈ মপৈনা অহাংবা লৈতনা শন্দোরকলি। মহৌশা কৌবীসু মুংগুক মুংজানবহু মঙাইরে।

পম্বৌ মশক খণ্ডহোৌদবা পাম্নিনি, হৈপাল মণ্ড অহুবু কোম্লহুনা "অণ্ডাং নাওম্নাগুম খোঁজেল খোক্লা কম্নক্লে! "খোঁজেল "অহু মাইকৈ মম্নীদা তাওথোকখ্রে। "পাম্নিনা "অণ্ডাওবগুম কপালিডৈ চৈম্নক্তা অহল অনী অহুনা পূম্নমক শেমশাম্নে। নোংপোক মাম্নথূম হাংলমদাই চৌখে কীহুপ হুল্লক্লে; চহি কুমলাং মশীং "খণ্ডদনা ম্নাজগ্রবী মমাবু অম্নোইবা ওইনা পাম্নিনা থুক্নমজম্নে। "অহল অনী অহুগী মম্না ইন্দুনা অশেম্বা শাংগী মথক্তা মমাবু থাজচ্চম্নে। ম্নেংওইননা তম্নেংলক হম্না কৌম্নম্নে; খুয়া লুখুম মৈ চুম্নক্লে। "শাংকন অহুদগী থোক্লকপা মৈখুনা নোংমদোল তম্না কাথংলি; মাগীদমক ম্নাগ্রবী মমানি! হম্না হম্না কৌম্নকই অহুবু অম্নেম্বনি!

নহানম্নথৈ ক্লোক্লকপা পুক্নীং মম্নোল্দু ঙসিদি কংশিন্দুনা মাঙলে। পুন্সি চুম্না অম্না হকশোক লাংগ্রবী, থাম্নমা মৈচাক থাংবদা লুথোং চাকওইনগ্রবী মুংঙাইবা কৌবা খণ্ডখিদ্রবী, ঙসিদি অম্না কোজাই-কোকখ্রে, মীনাইগী মপোক লোইখ্রে। মীচং কনবনা অচুম্বা শকপা, পাজল লৈত্রববু নোইহংপিম্নবা, লাম্নম্ন অনংববু অণ্ডাওবা শীবা, মালেম্ন থূজংদগী থাপ্পা চংখ্রে লাইম্নবী! পাম্নি তোম্পোক থাদোকপিম্নমলে লমকাংনবা তাইবংদা!

মুমিদাংনি, নোংনা মীকপ মীরাওবগুম চুরি। লক্ষ্মীপুরদা পারি মমা মচাবু য়ুমথুংকম পীখিবা ইমুং অতুদনি। অহল অহুগা পারিগা চাবা থকপা লোইরহুনা ফুংনাক রাংমা রাংমদা কমহুনা রারী শানরি।

অহল—"ইমাগী পাওগদবা মথৌ পূম্নমক লোইরে; মৈতৈ লৈবাক্তা অমুক চৎলরোই হায়রা?"

"মৈতৈ লৈবাক্তা চৎলুহুনা করি কায়রগনি, অহুবু ইমানদি ইমা লৈবাকীদমক নথরাই কচো হায়রমই!"

"চুমই ইমানা হায়বা। ইমালৈবাকপু হেনবা লৈত্রে। খুরা রা অমা হায়গে!"

"তাকপীয়ু করিনো?"

"হৌজিক মৈতৈ লৈবাক শূত্তারে। অরানা মৈতৈ লৈবাক লোইচনরে। মৈতৈ নিংথৌ শ্রীযুৎ মারজিৎপু মায়থিবা পীহুনা মৈতৈ পূম্নমক অরাগী মথুত্তা মীনাই ওইহোরে। শ্রীযুৎস্তু মকম

অসিদা চেল্লকুনা লৈররে। অরাগী মখুত্তগী ইমালৈবাকপু কল্লুন-বগীদমক গম্ভীরসিং নরসিংহ মচিন মনাওনা মৈতৈ লাম্মী শেমগৎলি। নহাক্না ইমাগী ময়াথং ওাকে হায়রবদি হন্দকী অসি ওষোক্না খুদোংচাবা মতাংনি।”

“লম্বী অহু তাকপিয় খুন্না।”

“লম্বী হায়ববু নখোয়না লৈরুবা খোবুম খুন্দা নমা নচাবু মৈতৈনি হায়বা খণ্ডহোত্রা! ঐখোয়না তাবদি তোংজৈ মরিন্দা তারিবা চীংমীশিংনা মৈতৈবু শাওই হায়।’

“ঐখোয়বু মৈতৈনি হায়বা খণ্ডহোবা হায়ববু খুল্লাকপগা মচেমগা অতুগা খুল্লাকপগী মচান্নুপী—”

“করি ভোরে, হায়য়ু কনানো?”

“চথনিংখোম্বীসু খণ্ডই; খুল্লাকপগী মনাওগী মচা গাইরেমনংসু খণ্ডলম্বা য়াই।”

“অহু ওইরবদি নহাক্না মৈতৈগীদমক মখোয়গী মতেং কংনবা হোৎনরু; করি হায়রবগে।”

“অহুবু খুন্না ঐদি খোবুম খুন্দা অমুক চংনীংত্রে। মফম অতুদগী ঐহাক মায়থীহুনা লাক্লবনি।”

“কনাদগী, করিগী?”

পারি পাক হেক খুম্বা ওমদে; অহস অতুনা অমুকস্থ হংলকই—

“হায়য়ু ইবুংঙো করম্না মায়থীরকপনো?”

“খুল্লাকপগী মচান্নুপী চংনিংগী মথুত্তা!”

“করি মরমগী?”

“মাগা ঐগা অতাং ওইরিক্লৈলগী লোয়নরকই। ঐহাক ইশানক মৈতৈনি হায়বা খণ্ডলমদে। ইম্নানা ঐবু মৈতৈনি মাগা

লোয়নরুগনু থিংথি, মতম অছুদা ঐগী ইপাবু থিরুথিগনি খঙহল-লম্মী। ঐগা লোনদিরৈ হায়দুনা চংনিংবু ইথঙ খঙহৌদনা থাজ-খিবগুম তৌথি ! নত্তে খুরা, ঐহাক লাগ্নী ওইনা য়াওজগে; খৌবুমদা চৎহনবিগনু।"

" লুহোংপ্রবরা ?"

"হোংলম্বা য়ারে। লুহোংগদবা মুমিত্তা চংনিংনা মথন্তা শিজগে হোৎনরম্বদগী লুহোংবা য়ৌথোকথিবনি। ঐ চংনিংদা লাল্লুরে; ঐহাক—।"

"চুমই নংনা লাল্লুরে। চংনিংনা মথন্তা মাওজগে হোৎনবদু নহাকথকৌনি নত্রা ?"

"মানি খুরা; ঐবু য়ারৌপ্রে।"

"নহাক্না চংনিংগা লোনদিন্নৈ হায়রগা চংনিংবু থাজখিবা অদুনদি খুল্লাকপা মপানন্থু য়াফম অদু খঙলম্বা তাই। ইমানা করিগী থিংখিবনো ?"

"চংনিংদি খুল্লাকপগী মচানি ঐখোয়না মীনাইনি হায়রম্মী।"

"চংনিংগা জাৎ তিন্নদে হায়বগী ওইরমগত্রা নীংই। মসিননি ঐখোয়না ওসি ইম'ম্নবগী মরক্তা অস্থুপ হম্বরিবা। ইমানদি শোয়দনা চংনিংবু পামজরম্বা তাই। করিগুম্বা নহাক্না চংনিংবু তানবা ফংলবদি ইমাগী লমন কোক্কদৌরি।"

পারি মমানা হায়রম্বা কয়া নীংশিংলক্রে। হৃলকই, "করমনা ?"

"নহাক্না মীনাইনি অতোনবনি, চংনিংনা খুল্লাকপগী মচানি অহেনবনি। অতোনবনা অহেনববু পামজবা মহৌশানি। অদুননি ইমানন্থু পাম্নম্বা তাই হায়রুরিবা। অদুবু মহাকপু লৌরুরগা নখোয়গী নখো পাওবা ওমলোইত্রা হায়না নীংলম্বা য়াই।"

পাম্নি খঙকাওনয়ে। মশিনা অচুম্বা নীংলকই।

"অচু ওইরবসু ইমানা য়ারমদে।"

"য়াদবা নত্তে পাম্নি। মতুসু তোক্লো নহাক্লা ইমাগী য়াথ ঙাকে হায়রবদি চংনিংবু তাল্লগ্রবসু খোবুমবুদি তানবা তাই। নহাক্লা খুল্লাকপগী মকমদা মৈতৈগী মতেং পাংবীয়ু হায়রকদবা য়াত্রবনি।"

"ঐহাক চংনিংগা অমুক উন্নবা ঙমলয়োই।"

"অতোপ্পা অমদা লুহোংলগনি, অহুম্না?"

পাম্নি বাহু তারগা মপুক্লীং পুমনো নৌরকই। মশিন্না ঈরা চেল্লক্লে। অহল অহুনা অমুক হায়রকই—

"নত্তে পাম্নি, নহাক লাক্লেগা চংনিং লুহোংদমদবা ওইসনু মৈতৈনা মায়পাকদবা লৈরবনি। থীনবা য়াদ্রে। মৈতৈসু চাংমীশিং অসি নত্তনা মীরক তিনবা ঙমলোই. চাংমীশিং অসি সুর্নি। মৈতৈনা লাল্ল মদগী মখোয়মা শাঙখিবনি। চংনিংবু নহাক্লা কংজয়রদি খোবুম খুলসু নংগী ওইগনি, মৈতৈগী ওইগনি। মখোয়না চঙকম লৈত্রবদা চাংদা তাংলুম্নি, খক কাউকদে। মখোয়গী মকমদা নমা নচানা লমন তোল্লবনি। ইমাগী লমন কোক্কে হায়রবাদ চংনিংগী মনীং থুংহল্লু।"

পাম্নি বা ঙাংবা ঙমদ্রে। মমাগী বা নীংশিংলকই। চংনিংবুসু নীংশিংলকই; অমুকসু সুংশা থিরকই, চংনিং লুহোং লল্লগদা হায়না। অসুম্না সুংনাংলিঙে অম্নিদা মপান্দা মী লাকপা তারকই। কৌরকই—

"মখোয়বু ভুমলল্লা?"

অহল অহুনা খুমই—"ভুমজি তাদা, চঙবিরকউ।"

য়াইমা চঙলক্লে।

"করিগীনো তাদা অস্থপ থেঙনা ?"

"য়া অমা তাক্লমগে লাকপনি। ঐহাক হয়েং তেখাওরোম্বদা চৎপা তায়ে, মৈতৈ লাম্মী খোম্বা। ঐনা চৎথ্রিবৈদা অসোমগী থবক নংনা পুহৌবা তারি।"

"করে তাদা। পারিস্থ খৌবুম খুন্দা চৎলুবা তারি, খৌবুমগী চীংমীশিংদা হায়জবা।"

"খৌবুম'গা চীংমীশিংনবু য়াবিরক্লবদি ওহ্মোক্লা লাইবককবনি।"

"পারিনা তাম্লুরবদি শোয়দনা কংগত্রা নীংই। খৌবুম খুল্লাকপনা মমা মচাবু লোম্না থম্বিরকপনি। অহুগী মথক্তা খুল্লাকপগী মচান্নুপী চংনিংবুস্থ মনীং থুংহনদবা য়াত্রবনি।"

"মহুদি চীংমীশিংগা নকশিন্নধা মশানা তায়বনি। অাং তিন্নদে হায়হুনা করিগুম্বদা নপুক্লীং পিকথরুগনু। ঐখোয়না পাঙগে তাল্লিবা থবক অসিনা মখোয়গী মতেংদগী পাঙথোকপা ওয়বদি পুম্নমক্লা ঙাকপিরমগনি—"শা-লানদা অহুগা অপাম-মুংশিগী ময়ীদা অথীবা খক লৈতে," হায়নৈ। অহুগীস্থ মথক্তা চীংমীশিং অসিগা ঐখোয়গা নক্লদবা ইয়া য়াত্রবনি। অনী অসিনা নক্লন্ত্রিমথৈ অনীমক মীয়ক তিনবা ঙমলোই। অরাদস্থ নত্তে, কনামক্তনা ঐখোয়বু, মখোয়বু লাকচবা মতিক নত্তে। পারি, মসি নহাক্নী ওহ্মোক্লা অচৌবা থৌদাং অমনি। নহাক্লা লম অসোমদা তানশিন্নম্নবদি তুংদা লাকদবা মৈতৈনা অমস্থং চীংমীশিংনা নহাকী লমন তোল্লগদবনি।"

পারি মথক্তা লম্বী থিবা লাক্লরি। পিশক পিক্লিবৈদগী মমাগা লোয়নহুনা চীংদা লেল্লকপা অরা-মুংঙাই মতাং থুদিংমক অমমমতা ওইনা নীংশিংলকই। পম্বোবু তানবা কংত্রবস্থ পলেম মমাদং ঙসি ফাওবা লৈবিরম্লবদি পারি মাগী লমজিং কংজরমগদবনি।

অমুক খল্লকই, মখোয় মীনাইনি, মুরম অসিগী মাবু পোকপা মপানা কয়াগী মতিক য়াখিবা, মমা ওইবী পামহেবীনা কয়া য়ানা পুন্সি লোমখিবা। ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা মীনাই ওইরুগদবা মৈতৈবু কনবদা মাগী অণ্ডম্বা মতেং পাংবনা চুমগত্রা নীংলকই। অসিগা লোয়ন-লোয়ননা মমানা তাক্লম্বা তোম্ববু নীংশিংলক্রে; হংলকই—

"খুরা ইপাগী অয়োইবা য়াহিপকম তাক্লম্বা তোম্বা হায়বহু কদাইদা চংখ্রে?"

"মহাকসু মীনাই ওইনা মকম অসিদা মতম কয়া লেপ্লম্লে। নখোয়বু থিরুগনি হোংনরম্বনি, অদুবু মৈতৈবু অরানা লোই-চনখ্রে তাবদা মৈতৈগী মতেং পাংলুখিনি চংখ্রি, মৈতৈ মচা খরগা লোয়ননা। মরা মপাও তাখিত্রে লৈরিগত্রা হিংলিগত্রা খণ্ডত্রে।"

পারিগী মপুক্তা তোম্বগী মপুন্সি মমা মচাগীদমক মাণ্ড-প্রবনি, মহাক্না চংখিবা লম্বী মতুংইনবনা য়ামত্রবদা মহাকী লমন শিংবা থোকত্রা খল্লকই। অাংলো মতাং কনা য়াম্না লৈশিল্লক্রে। য়াইমাসু মাগী শিন্নগদবা লোইরক্লনা চংখ্রে; অহল অচুগা পারিগা অনীসু মাগী মাগী তুক্ষম্নদা চণ্ডনখ্রে। অদুবু পারিদি য়াখল্লনা ফুম্বংন্নখিবনা অহিং কোঙাই তুম্না য়াখিদে।

---

খৌবুম খুলগী খুল্লাকপগী মচেম লুব্রাংল্লোন খুল্লাকপীনা লৈখিত্রবদা খৌবুম খুলদু অরা শক্লোন পুথ্রে। মহাক্না শিত্রিবৈগে মমাংদা খুল্লাকপা মৌপ্‌াগী মকমদা মাগী মথরাই য়াওব্রবা হকচাংদু লুব্রাংলোন খুন্দা পুবিদুনা মপুরোইবা লাকপ্না অরোইবা য়াহিপখিবা মফমদা লৈরোন চনবিয়ু শিন্নজরম্বনি। মচেমগী ময়াথং পাওজনবগী-দমক গাইরেমনং অমস্থং খুঙ্গা হাওবশিংনা মচেম্বু থিল্লুনবা চৎহনখিবা ওসিগা থানা মুমিৎ নীনী কারক্লে। লাকপগী অমত্তা ওাইবী চংনিংখোম্বীদি করিবু ওইগনি! মমা শক্ন নাওকোল্লকপী-লমলানবী পামহৈবী চৎত্রে, মাগী মরুমদা থুপচরম্বা পারিনা মাবু থাদোকপিরম্লে। মথোয়না চৎখিবা মুমিত্তগী পম্থোগী ফৌগৈদগী ফৌশিং থাহনা মুমিৎ পাজখি; মহুনা মাগী পোত্থাক্রম ওইজরকই। চংনিং পুক্লীং থঙরী খুল্লাকপী মনেম্নি; মমৌগী মতৌ য়েংবমতদা থাঙবা ওমত্রহনা অনা লোয়্রব্রনি। লাকপী মহাক লৈবনা অস্থপ কুইবা চংনিং পুক্লীংদা কায়দোং ফংজখিবনি। অওইবমকস্ন লাকপী মাগী লৌশিংনা নোংমা নোংমগী লুত্থাংবা য়েথোক্লনা, লাকপনি, য়ারবদি চংনিংগী মপুক ওল্লকসনু হায়না। অত্থগুম্বী লাকপী চৎল্লে।

হৌজিক মাগীদমক লেপ্লিবা হায়ববু গাইনেমনৈ মতাদা মঙাইরে। য়াখল খসিমক্তনা থম্মাল মানবী চংনিং মুণ্ডক মুনা কাহৎলে; তনান তনানবী শম্নাংনা চরাং কোকফা মওইরে।

গাইরেমনংনা চিংহুনা লুরাংলোন লাকপীবু লুরাংলোন খুল তান্না থিল্লুনবা চৎথ্রিঙৈ অসিদা লুথোগী অপাম্বা খোরাংবহ্ থোদোংলক্লে, ঙাইঙমখিত্রে। নহান মথেদি মাগী অপাম্বহ্ মঙম শাল্লক্কে, লাকপী মাবু কিবদগী। মুমিদাংরাইনি, কোরো মমি শাম্নরবদা লুথোনা খুল্লাকপগী তাম্না লাক্লে। খুল্লাকপনা লুথোবু উবদা অস্থুম্না হংলকই—

“পারি লুথো নহাকস্থু চৎলুগেন্না লুরাংলোন খুন্দা?”

“অহুগী নত্তে ঐনা লাকপাদ।”

“করিগীনো অহুদি, হায়য়ু ইপাদা?”

“খুল্লাকপনা চংনিংবু পীবা মঙম শাংলক্লে। কয়া কুইনা ঙাইখো হায়বগে?”

“কয়াবু কুইগদগে ইপা! নহাকস্থু উম্নিবহ্ মঙাই, লাকপী লৈত্রে, মতম থন্না ঙাইদবা য়াত্রি।”

“লাকপী লৈরিঙৈদস্থু লৈরি মহায়বা-লৈত্রে, লৈত্রে মহায়বা। নরো তৌগম্থু খুল্লাকপা, ঙসি হয়েংগী মমুংদা চংনিংবু পীরো।”

“করি য়ানো ইচেম শিখিবদা মঙাইরি, নহাকস্থু য়াবা য়াওগত্রা হায়রগা মতম অসিদা চংনিংবু তাল্লকপদি হাকমল্লি। খুল্লাকপা ইচিন হোংলোই। চংনিং নংগী ওইগনি।”

“শিবনা হানগদৌরি য়াসি। অরেপ্পা অমা হায়রো—য়াত্রগা য়াদবগী থোকপা।”

"নহাক নপা লৈতবনি হায়বা ঐহাক খঙই। নপাগী মকমদা ঐগী ইচিল পুখগ্রবনি। অতোপ্পা অমা ওইরবদি চংনিং নঙোন্দা পীকম থোক্রবনি।"

"কল্লিগী?"

"মচু হংহুনা কায়দে। ঐহাক হোংলোই।"

"মরম তাকউ; লৌত্রবসু ভোকনি।"

"মরম হায়ববু নহাক্না পাল্লিবু হাৎকে থৌরাংলুবা অহুনি।"

"অচুগী ওইরে; মরাইবক ফবগী হিংহৌবনি হৌজিকসু লৈরবদি হাৎখিনি লেম্না তোক্লোই।"

"পারিদি ঐগী ইচাগা পাংখল্লি। নঙোন্দা কল্লিসু লানখিত্রি। মহাক নৎলমত্রবদি চংনিং হিংলমখিগদ্রা?"

"অচু ওইরগা নহান্না পাল্লিদা পীথোকখিবদি কৈদৌই?"

"উম অহুমকসু মারমহই অচুবু ইচিন পুখখিবনা ফানগ্রে।"

"অচুদি ঐবু লাকপনা লক্লমলিবোইরে। ফরে চংনিংবু ওসি হয়েংমক পীগদ্রা হায়মু।"

"মচু য়াত্রি শোয়দনা পীগনি।"

"অচুদি ঐনা ওয়গা চংনিংবু পুবা তারে।"

খুল্লাকপচু অসাইমখে শাওরমদে। লুখৌনা কা হেন্না ঙাংলকপা তাবদা অশাওবা পোক্লক্লে।

"ন্না ঙাংবদা অন্নাক তমগসু লুখৌ। ঐহাক খুল্লাকপনি, চংনিংগী মপানি। অহল ওইরে হায়চুনা নমজা হাজানগসু।"

"ঐদি হায়রিবা অসিনি।"

হায়রম্নগা লুখৌ খুল্লাকপগী মাঙোন্দা কন হেক চোংখৎলকই। চংনিংঙি ইমুংদা লৈরম্মদে। মনেম লাকপীনা লৈরম্বা য়ুমদোমপোক অতুদা গাইনেমনৈগা লোয়ননা চৎখিবদগী হল্লক্লি। মতম অসিমক্তদা লুরাংলোন লাকপীবু থিল্লুবা হাওবা পুম্নমক থুল মন্থং চঙনরক্লে। লুখৌনা মাঙোল কাখত্তুনা ইমুংলোমদা চঙশিল্লক্লবদা খুল্লাকপনা চৈরকই—

"হাই অপঙবা অঙাং! অমুক্তং হন্থনা খনখো নহাক্না শিঙনরিবসি কনানো?"

"কনা ওই'নি মচিন চত্রবা খৌবুমগী খুল্লাকপনি।"

গাইরেমনংনা যৌরকপগা চানক্লরে। লুখৌনা খুল্লাকপবু চৈরকলতু ভাবদা অশাওবগা লোয়ননা হায়রকই—

"লুখৌ, কনাবুনো নংনা চৈরিবতু?"

লুখৌ খংপ্রেক খংই—খোঙ হাংদোকে তৌরম্নবনি। মমাই ওল্লক্লে; গাইরেমনংবু উবদা মঙোন্দা ওনশিল্লক্লে। হায়রকই —

"কনাবু ওই'নি খুল্লাকপবুনি।"

গাইরেমনংনা লুখৌ তমনা রা অমত্তা ভাংদনা ফুজিল্লক্লে খুল্লাকপনা খামলকই—

"ভাইখো গাইরেম! অপঙবা অঙাংনি। অতোপ্পা নক্রেদো নচনগী মপুরোইবা ওইগদৌরিবনি।"

"অসিগুম্বা মচোং মপাক নাইদবা নিপা অসিদা ইচন পীবা হৌনদে। ঐবু খামগন্থু!"

"মতু য়াত্রি ইপানা ইচিন পুম্মকরে।"

"খুল্লাকপনা য়াম্না নাওল্লাংহল্লে।"

লুথৌ—"করে গাইরেমনং নংনা অহু কাওবা নীংলবদি নহাক্কী চাং য়েংনবা তারে! নহাক্কা ওয়্নগা ঐবু হাংলু, ঐনা ওয়্নগী নহাকপু হাংলগা চংনিংবু লৌগে। হয়েংগী সুমিত্তা নখুৎচাবা খুৎলাই পায়রকউ খৌবুম তম্পাক্তা উন্নসি।"

অসি হায়রয়গা লুথৌ মাঙোলদগী কুমথরক্লে। গাইরেমনংনা খুম্নকই—

"ঐস্ত্র মতুনা পামলে। নহাক্কা অতুক য়াম্না উশিংলোইদোবা লৈরবদি চাং য়েংথোক্নবনা হেন্না করে। খৌবুম খুজা অমত্তা পাও অসি তাহনগম্র। নহাক্কা ঐগতা উন্নসি।"

খুল্লাকপা—"অপঙবা অঙাং, নহাক্কা লাল্লে হায়জগেদি হায়রহুনা শিঙনবা শাখি। লাল্লে হায়জরখো!"

লুথৌনা পাওখুম পীরমদনা চংথ্রবদা গাইরেমনং মপা মচা য়েংহুনা লৈহৌরে। খুল্লাকপনা গাইরেমনংবু য়াম্না মুন্না খঙই, কৈদৌয়ুংদস্ত্র মানা নীংথ্রবা অহু তোকউ য়ারোই হায়বা। অহুমকপু মচাগী সপুক কাবনা চুমগত্রা নীংহুনা অমুকস্ত্র হায়রকই—

"ইপাগী গাইরেম! অমুক্তং খন্থৎখো। লুথৌ নচনগী মপু-রোইবা ওইগদৌরিবনি। নহাক্কু মহাক্কু কৈদৌয়ুংদস্ত্র পাবা য়ারোই। অপঙবা অঙাংগী ছোনবা শিঙনজবনি। শাওখিগনু ইবু ঙো!"

"ঐদস্ত্র নত্তে নহাকপু কাওবা শিঙনরবা মী অসিদা করয়া ইচন পীগদৌরি? কৈ অহুমস্ত্র তোক্লো; চংনিংখোম্বীগী মরা হংখিগে; মহাক্কা য়ারম্নবদি লুথৌবু শিঙনরোই। করিগুম্না য়ারমত্রবা ঐদি লেম্না তোক্লোই; মঙোন্দা ইচন পীরোই। খুল্লাকপনা ঐগী হরা তাবিরোই হায়রবদি খঙত্রে। ইচন্না য়াত্রবদি পীবা চুমদে।"

খুল্লাকপা য়া ভাংকম খণ্ডে। চংনিংদা হংবমক থোক্লবদি মহাক্লা কৈদৌন্নুংদস্থ লুথোবু য়ানীংই হায়রকপা ওইথোক্কবনি। য়ায়রোই খণ্ডলহ্না—

"করে গাইরেম পোথাক্লরো মুমিৎ তাপদৌরে। নচন লাক্লগা নংগীদা থারকে।"

গাইরেমনংস্থ খুল্লাকপগী মরা তারগা ময়ুমলোমদা হনশ্রে। মুমিৎ ময়ুম চঙশ্রে। নোংজু পাম্বানি, মকুম মথাগী হৌনবা নোং পুবা মুংশিংনা থৌবুম চী খাং কারক্রে। ইথণ্ড খণ্ডহৌনা নোং চুবা হৌরক্রে। চংনিংখোম্বীস্থ মনেমগী য়ুমদা কপ্পমথৈ কপ্পগা ময়ুমলোমদা হুরক্রে। মনেম্মা লৈখিত্রবদা চংনিং অঙাওবী ওইরবীনি। ময়ুমদা চঙগদবা কাওবা অকিবা পোক্রে। পারি মবুং ঙাইববু ঙসি কাওবা কাওঙমখিদে। মতম্না অত্থ্না শাংদোক্লক্লিবা মথৈ চংনিংগী মপুক তম্নাং তশোরশ্রে; কান্নরোই হায়বা খণ্ডলবমক্তদা মাগী পুক্লীং লমদোন্দগী পারিগী য়াখল চংলো কৌবা য়াখিত্রে। করি নত্তবদা অপঙবী মহাক্লা মুমিৎ খুদিং কৌশীং থারকই। অঙনবা অয়ুকপু উক্লরে পারি মাবু নীংশিংই, মুমিদাংরাই ওইরক্লে পাখং মাবু কাউঙমখিদে। হৈরাং অমা উক্লরে, লৈরাং অমা মকংলে, পাম্মু মশক উরবগুম মনীংলুই। য়াশ্রে চংনিংখোম্বী, মৈচাকখাকনদৌগুম মায়থোং মকশিনশ্রে; চাদ-থক্তবনা শক্লগী পোল্লাংছ্ মঙাইরে। পুক্লীং লাইনা চাওরক্লে; করম্বা মুমিৎ-থাদা অরাবসি কোকবা খণ্ডে। চংনিংনা ময়ুম য়ৌরক্লহ্না ইমুংদা চঙশিল্লক্লবদা অহল ওইরবা লাকপনা মুংগুক-মুংজাননা কম্মবহ্ উক্লরে। য়া-য়ান অমত্তা ঙাংলমদনা মাগী কাদা চঙশিল্লি; খুল্লাকপনা হায়রকই -

"কৈদা চংলুই ইবেম্মা?"

"ইনেম লাকপীগী য়ুমদা !"

"মশা লৈত্রবা য়ুমতুদা করি কান্নবনো ! ইপা রা হায়গে নহাক্কী খনবদা ইপাগী পুন্সি ককশিনগদৌরি । ইপাগী রাবসি কোকহল্লু ।"

চংনিং তুমিন্না লেপ্প্‌না লৈরে ।

"ওসি মুমিদাংরাই লুখৌহ্ন ইপাগীদা লাক্লম্মী । পাইরেমনং নবুংগা উন্নখ্রে । নহাক্কী নরমগী শাগুনহুনা অনী অসি হুরেংগী অয়ূক অগুনবদা চাইনগনি লেপ্পখ্রে । নহাক্না খণ্ডলিবহ্ন মগাই নম্বু ইপানা লুখৌদা পীখোকখ্রেদো ; পাইরেমনংসু নবুংনিদো অনীমক ইপাদদি চপ মান্নে । খৌদোক অসি খোকহল্লীংদে ইপানা । নহাক্না খান্নবদি য়াগনি ।"

"করম্না খামগদবা ?"

"নবুংনা নংগী নপুক খণ্ডগে হায়রম্মী । অতুনা নবুংগীদা চৎলগা নহাকপু ইপানা লুখৌদা পীবা অসি নপুক্লীংদা য়ানীংদবা লৈতে হায়রক্লবদি ইপাগী ইচিন পুখবা তারে ! অহল ওইরবা মতমসিদা ইপাগী ইচিন পুখনীংদে ইবেম্মা ।"

চংনিং লেপ্প-লেপ্প মগু মগুলকই । পুক্লীং কাইদোং ফংখিদ্রে । চৎখ্রবা পান্নিবু লাকখিগনি হায়বগুম থাবা ইগুম গুম্মক্তে । মপাগী রাহ্ন তাবদা মাগী রাশক কান্নবা তারবোই নীংলকই । মমিত্তা ঈন্না চেন্নকলে । মপাবু নীংবা কায়হনবসু চংনিং মপা ওইরক্রে । শোল্লবী নিঙোলগী পুক্লীংদা কল্লবা রাখল অনী মরীনা চিংনবা হৌরক্রে । খনবমথৈ খল্লগা মমল য়াওব্রবা থরাই হকচাংহ্ন থমলুহনা কায়খ্রে—লুখৌগী মকমদা শিন্নখোঙলগা মপাগী রাশক ঙাকলম্বনা ফম্বা নীংহুনা অসুম্না হায়রকই,

"ফরে অহুমক হায়রক্লগে ।"

হায়দোকখ্রবা মতুংদা পাবি মাগী মফমদা কচ্চবম্বা থরাই হুফচাংহ্নু ওসিদি অরেম্বা ওইনা মাঙলেদকো খল্লুবদা কবুইরুবী মহাক্তি খাঙকম খঙখিদ্রে।

"চৎলো অদু ওইরবদি নবুংগী মফমদা তাকহোক।"

চংনিং মপাল্গী রা মতুংইন্না মপান থোকলকলে। নোংনা লিরি লিরি চুরি, সুংশিংহ্ন শিংশি। মরক মরক্তা নোংথাং কুপ্পকই। চংনিংদি মুঙনা শাবা মীহু মঙাইরে। মাংশোক উথোকতেন্দা ঙারহুনা কপ্প-কপ্পহুনা পারি মাবু কৌবকই -

"মাঙজবেদো ননাওদি পারি ইবুং ঙাইবা-ও !
ওসি কৌবা মু'মিত্তা হায়ফল্বা হায়রনি,
পাখং নংগী নকাদা রাইথুংজবা কৌবদো,
হন্দক মপোকসিন্দদি মঙবু ওইনা তোক্লেদো !
সুংশি নংগী নকাদা য়ৌবা ওমদা তোক্ল'স্ন,
পুন্সি কংকে খল্লবা ওমলোইদৌরে ননাওনা,
হৈযেং মপোক লাংঙোন্দা নংগী কাইদা থুঙলগা,
ঐগী রাশক ঙাকচগে রারৌবি'স্নু ননাওবু।

মবুংগী নাক্তা চৎলুখিগে থোক্লকলে। মঙদা চৎপহু মঙাইরে। নোংমদোন লাইজ খিকলেরে, মুরা মিংকী পিরাংনে নিঙোল চংনিং পুমলুপ লুপ্লে। খাইনা মৈশা লাংলবীনি, থম্মোই কোন্দা চাকলিবা লমজাও খোনবা মৈচাক্তি নোংমদোন লাইজা গিক্লেম্না মুৎপা কৌবা মঙমদে। গাইরেমনংগী মযুম য়ৌরক্লহুনা মাঙোল কাখৎলে; খোঙজিনপান্দা লেপ্লহুনা অমুক কপলুরে। কপ্পা খোঙ্গেল তারকপদা গাইরেমনংনা কৌরকই—

"কনানো চঙলকউ !"

চংনিংখোম্বী চঙলক্লে। গাইরেমনং মপূক্তা মচম্না কপলম্বা উবদা অমুক হংলুবগী কান্নদ্রে খল্লকই। অতুমকপু চংনিংনা খুমলকপতু তানীংলতুনা অম্বুম্না হংলকই—

"করিগী কপালি ইবুং লৈরি ; খোবুম খুন্না নাকপাক তারবস্থু ইচনগীদমক থন্নাই থারমগে। হায়য়ু লুখোগী নাক্তা নহাক লৈবা ঙমগদ্রা ?"

চংনিং খুম্বদা মতাঞ্রে, নিঙোলগী মতৌ অসিবু করম্নবু য়েংলসিগে!

"ঐহাক ইপাগী ময়াথং ঙাকচগে ইবুং।"

"খুল্লাকপগী নত্তে নহাক নণাগীনি। ঐঙোন্দা মীনমগন্নু শেংনা হায়য়ু! খুল্লাকপগী ব্লা নত্তে ঐনা পাম্বদি।"

'ইপাগী ব্লানি, ঐহাক মতুনক পাঙলগে লেপ্লে।"

"করে তোক্লো। করিগুম্বা ঐহাক্লা নহাকমক্তা পোকনিম্নবা ওইরম্নবদি নহাক্লা ঐবু মীনম্লোই। নহাক্লা লোৎলবস্থু ঐ খঙই, নহাক লুখোবু য়ানীংদে।"

"ঐ মীনম্বা নত্তে. ঐগী গুপুকথোক পাঙবা ঙম্বা ব্লাকম ওইদ্রে, নচনবু শাওগন্নু। লুখোবু কিন্নবস্থু কিবা য়াদ্রে।"

"অতুনি ঐনা পাম্বা। রাশকলিবা অসিনি, ঐহাক কনাগী ব্লা তারোই। ঙমলগা ঐবু হাৎপ্রসন্নু, ঐনা ঙমলগা মহাকপু হাৎলগা ইচনগী থৌদাং কোক্লমগে। লাকপগী মকমদা ব্লাকম অসি হায়রুগন্নু। চৎলো চৎলো ; ব্লারুগন্নু!"

মবুংগী ব্লাতু তারগা চংনিং মুংশাথীঞ্রে। গাইরেমনংদি মীনম্বা ঙাংবা মীশক নত্তে, হায়বগা তুম্নগা চপমান্নে। মপানা হায়হৌবগা ওন্ন-তৈনঞ্রে।

"ইবুং লুখোদি নচনবু কংগ্রবা ইপাগী মঙাইনি।"

"নহাক্না কনা হায়রক্নসু ঐ য়াম্বোই, ঐগী লেপথ্রবা য়াশকনি।"

চংনিংবু মপান্দা থিনদোকপিয়রক্লে; মথা তানা মবুংগী মফমদা হায়জগদবা কিয়রক্না খুল্লাকপা মপাগী মফমদা তাক্লপে চৎখ্রে।

---

নোংয়াই চবুক লোনগ্রবদা খৌবুম কুবুই খুন্দু পুমচিক চিকখ্রে। নোং তাবা লেপখ্রে, তৌইগুম্বসুং নিংথৌ লৈবাক্তি নোংগী চীংতুম চীংতুম্না অহাংবা লৈতনা কুপ্লি, থরাম্নিচাক কাওবা মশক উথিত্রে। য়াওন মশিং শুরবা য়েনবানা তাংলৌ মতাং তাল্লকই। নোংঙানগদবা পংলাপ লাপত্রে। খৌবুম খুলগী লুপ-লাকপগী মচা লুথৌসু মথুত্তা তা পায়রতুনা ময়ুমদগী থোক্লক্লে। খৌবুম তম্পাক তমতুনা থুনা য়াংনা চংখ্রি। অসোমদা খুল্লাকপসু তুম্বা য়ারমদে। চংনিংগী মপাও তাবদগী গাইরেমনংবু থিরুরে, অতুবু থিবা ফংত্রে। নোংঙান্দ্রিবৈঙদা খৌবুম তম্পাক্তা চত্তুনা খামহৌরুগে খল্লি। চংনিংসু অতুমঙাই: মবুংগী মকমদা লুথৌবু নীরুবনা ফগদ্রা নত্রগা থোক্লবা অমা ঙাইগদ্রা খল্লি। অতুবু গাইরেমনং মবুংনা লুথৌগী মথুত্তা মাঙবা তারবদি কনাগী মাঙজবনো খল্লুবদা মথত্তা ফুক ফুক হৌগংলি। ঙাইহাক লৈরগা খুল্লাকপা লৈবা ঙম্লক্রতুনা ইমুংদগী থোরক্লে, চংনিংদসু তাকলমদে, খৌবুম তম্পাক তমতুনা পরপ পরপ লাক্লে। মম্বা চিকমাংনরকলবদা

খুল্লাকপা খৌবুম তম্পাক ফংলে। কনামত্তস্‌ লৈরমত্রবদা মফম খঙত্রত্তনা মহাকস্‌ মচি অমদা নাথৈত্তনা লৈখ্রে। কুইদে গাইরেমনং য়ৌরকলে। মচাবু উবদা খুল্লাকপনা কৌরকই—

"গাইরেমনং! অসোমদা লাকউ, ইপা নংবু ঙাইরম্বনি, ঙরাং মুমিদাংদগী খিরকপনি ইপানা, কৈদা চৎলুরে?"

' পাম য়েংলুই ইপা।"

"লুথৌ লাকলরোই মহাক্না থারম্বা মতম হেল্লে।"

"অত্ত ওইরবস্‌ ঙাইহাক মঙাইখিসি।"

"অপঙবা অঙাংনি, নন্নাংজত্তনা পঙগাই হাযবনি শাউকরগন্নু নখা থাবা থোকই।"

"মাগী নবা অম্নদি মতাখিসি"

চংনিংস্‌ মপানা চৎপ্ৰবদা মবুংনা হাযখিবা তম্পাক অসোমদা লাকলি। কনাস্‌ উত্রবদা মহাকস্‌ নাথৈত্তনা লৈখ্রে। মপুন্নী দা মশুংলাংগী খৌবুমদা ইরাং থোকহনবিগন্নু নীজরকয়। কোরৌ মমিদি তারক্লে অত্তবু লুথৌদি লাকপা মরৈখিদ্রে। খুল্লাকপনা মচাবু খেমাজন্নকই—

"পারি গাইরেম, চৎসি লুথৌ লাক্লরোই, চেল্লবা মীবু তানবা হৌনদে।"

"অত্তবু ঐনা চিংনবা অমা লে। লুথৌ মরৌ লৈবনি, মোং-জ্রোংদা মপা মপন থোকপা য়াম্না লৈরি; মফম অত্তদা মাগী মজেং নীবা চৎলমগত্রা নীংই। মসিমত্তং খঙদবা য়াদে।"

"চুন্নই নংন্না হায়রা। অত্তদি কমদৌসিগে?"

"খৌবুম খুন লৈহ্নি, চিংমগন্নু।"

মপা মচা অনীমক লুথোবু ঙাইখিবনা কগত্রা থল্লরকই। কোয়ৌ নাওবা চাওয়ক্লে। মতম অসিমক্তদা পারিস্‌ লক্ষ্মীপুরদগী খোঙশাল্লকহনা ইরং ভুরেল য়াংমদগী অমুক হন্না য়েংবুমলোমদা চঙশিল্লক্লি। অমুক য়েন্দামাংদগী লাকপনি, খোবুম চীংশাং কংলক্লে। অসুম চঙশিল্লকপনা মাংদা থেন অমা উরে, মক্‌ম্, অসিদা নিপা অমা ফম্লিবত্ উর'ক্লে। খোবুম খুন্না নকশিল্লক্লিবা মথৈ পারি পুক্লীংদা চিংনবনা খোঙ থাংবা থোকখিদ্রে, মশাদা হুম্মাং লৈরিক কায়রকই, চংনিংগীদমক শল্লুবদা হনগ্রশিন্না থল্লকই। অরাপ্পদা ফম্লিবা নিপা অহুদা চংনিংগী মপাও হংলুগে নীংলহনা চেন্না চেন্না লাক্লি। মনাক নকশিগ্রকলবদা লুথোনি হায়বা খঙলক্লে! লুথোম্ন পারি তম্না চঙশিল্লকই; মবানীমগ মাইয়োক্নরবদা নোক্লহনা হংলকই

"নংগা অমুক অসোমদা লাকলিবদি চংনিংগী মনাক্তরা?"

পারিনা খুন্না নংদ্রিঙৈদা অমুকস্থ হায়রকই—

"নহাকপু ঙাইহৌরিবনি মপা মচা অনীমক্তা, চৎলু চৎলু।"

মমিৎ অনীমক কোরি শংবগুম ঙাংলবা লুথোগী করেম্নবা মীনোক্ত উরগা পারি থম্মোই শোক্তা মুংঙাইতে; শোয়দ্রে চংনিং লুহোংলম্বা তারে থল্লকই। অহুবু অশাওবত্ ঙমগে নীংহনা লুথোবু য়েংনা হায়রকই—

"কৈদনো ইতাওদি?"

"নহাকপু ঙাইরম্বনি।"

"ঐহাক লাকনি হায়বা নংদি কয়ম খঙই?"

"খঙজিদনা ঐস্থু—অহুনা ঙাইরম্লিবনি।"

"নংদি ঐবু কাওদ্রিরোইদ্রে ইতাও?"

"করিগী কাওগনি? মহাক্কী নকোক লৌরগা ইপা ইপুগী ঈয়াংকে ঙাইরকপা কুইরেনা ঐহাক্তি।"

"হায়েহৈদে ইতাও মহু হায়'নু।"

"নংস্থ খুৎলাইদি য়াওজরিদনা, মুপী পাম্বা মুপাদি খুৎলাই থাবা হৌনদে; ঙসিদি চাং য়েংনবা তারে।" —হ্বা মখা তাখিদে মাগী তাহু চিঙলহুনা পারিরোমদা ফজিল্লক্রে। পারিদি শেম শাহৌদে। লুথৌনা মাবু ঙমশিল্লকপা উরবদা পাম্বা কৈজিং হৌবগুম অশাওবনা মশা নীকলে, ময়া চিকলে। মাস্থ তা চিঙলকলে, হায়রকই—

"ঐস্থ লমন খুমগে ঙাইরকপা কুইরবনি!"

পারি লুথৌ অনীমক অহাঙবা থেন অহুদা উরু—রু লৈন-রকলে। শামান লেংমাল্লবা মথোৎ কারকপা মখোয় অনীনি। অমনা খৌবুম লুপলাকপগী মচানি, অমনা খৌবুমগী খুল্লাকপনা মচামাক্সি নাওকোল্লকপনি। অনীমক শাফ-লানফা হৈবা ঙাক্লি। তাগী খৌশারোল্লা মশা পুম্বা পুময়োম য়োম্লয়ে। তাজিন অনী থেনরক্ষপদা নোংথাংগুম মৈরি থোকলি। ফুইনা হোল্লকপা মুংশা শোরনা মৈ পুবগা মাম্লয়ে। মচুম তারবা শামু লমশা অনীনা অয়োম হাকল্লবদা য়াথিল্লবহু মঙাইরে। উচেক রায়া খোংখিদ্রে; মুংশিৎ-মুংশা লেপখ্রে। কোরৌ মৈশানগা য়াকপনে, লমন খুম্লীংবগী মৈচাক্লা থম্মোয় খোল্লা চাকপনে, পারি লুথৌ অনীমক হুম্মাং লৈরিক কানরে- ঙৌইগুম্বস্থং চয়ে কিওক্লখিদ্রে। ঙরাং মুমিদাং চুখিবা নোংনা চৌংগী লৈঙাং তারবা উফুলহু থরা মখৈ মফারম্বনি অহুবু অনীমক্লা কাওনা-থিল্লরকপদা উফুল্লা পুমম মমখ্রে। য়েত্তা, ওইদা মাং তুংদা, থক-খার্দা, অহোবা কৌবা লৈনখিদ্রে। লুথৌ মাগীদি করিগুম্বা রাখল অমদগী মথুৎচাবা খুৎলাই পায়রকই—

পান্নিগীদি অছু নত্তে অকংবা অমা পায়হুনা লাকপনি। অমনা অমবু ওমগে মীংনা কাওনা থিন্নরকপা, ওাক্লরকপদা ইখণ্ড-খণ্ড-হৌদনা পান্নিনা পায়রিবা তাগী তাখোক ময়াই চপচানা তেক্লে। পান্নি পাম্বোম হিকথবগা মান্নগ্রে—তৌইগুম্বন্নং অকিবা পোকখিদে, নাচুংখিদে ; মতু উবদা লুথৌনা নোক্লহুনা হায়রকই –

"শিন্নমদাই য়ৌন্ন কাওবদা হায়জগে নীংদ্রি। নংবু ঈন্নাংনগে নীংলকপা ওসিদি শোইদ্রবনি ?"

মহাক্লা শোয়দনমক ওম্লগনি নীংলুবদগী ময়ায় কান্নকই। হৈতন্নুংদবা লুথৌ নত্তে অছুবু মাগী মাওলমদাই ন্নাখলনা ময়াই কান্নিওে চৈন্নক্তা খন্নদং কোমথোকখিবগুম উখি। অহাওবা অসিদা পান্নিনা মাগী অত্তেকপা তাজিন য়াওবা তাখোক্তু কৈনা চিও-লহুনা, মপাঙল ফুক্লা লুথৌ তম্লা চোংশিল্লক্লে। ফিহুপ নাইহৌদ্রবা লুথৌ পান্নিনা অম্নম্লা চোংশিল্লকনি নীংলমদে, মাগী খোওকম শোয়খ্রে, অনীমক শাগোম্নহুনা লৈমাইথক্তা তুমিন্নরে। পান্নিনা লুথৌবু স্নুপকা ফারে ; খুংলাই য়াওন্নি হায়বা মখৈতা মণ্ডাইরে —থাবা য়ানদ্রে। পান্নিনা লুথৌবু নমথুন্নবদা লুথৌ মশাগী খুংলাইনা মথবাক্তা কৈন্নরে ; মপাঙল থোকখিদ্রে। য়ান্নবদি পান্নিবু অমুক্তং লংথোক্লে খল্লহুনা তাগী তাখোক্তা মথুং লোন-শিল্লকই, চৈন্নক অসিদা পান্নিনা মাগী অতেকপা তা অহুনা লুথৌগী নাকথংদা তাজিন থুম্লা য়ৈশিল্লক্লে। চৈনাখোল ফংলবা লু-থৌ ওন-থোইনা খাওলকই। পান্নি চোংথোক্লুনা লেপই লুথৌস্নু মাগী তাহু পায়হুনা হৌগংকে লাক্লে অছুবু ওমখিদ্রে, অমুক লৈমান্নথক্তা তুথগ্রে। মকম অছু ঈওাং পাক্তরে। পান্নি অমুকস্নু লুথৌ তম্লা চোংশিল্লকই, তৌইগুম্বন্নং লৌশিং তান্নক্লে, মাগী খুংলাইনা শোক্লবনি হায়বা। মপুক্তা মাগী শিগ্রবা হুইগী লমন শিংলে খল্লকই। অছুবু মানা তৌরুন্নিবহু করিনো অমুকস্নু

খল্লকই—লুথৌদি চংনিংগীদমক তমগ্রবনি, চংনিংগী মপুরোইবমকস্থ ওইরম্বা য়াবনি।

মহোশানা মরাইবক থীজ্জনতা লাক্লবা, মাগীদমক হন্না য়েং-খিবদা কনাস্থ লৈজদ্রবা অতুগী মথক্তা লুম্লবা শিক্ষা অমা মকোক-থক্তা থাঙ্গত্তুনা লাক্লবা পারিনি। মহাক্না তৌরুরিবা অতু করিনো হায়না হংনাহংগা খনবা হৌরক্লে। লুথৌগী মতৌ উক্লবদস্থ পারি মপুক্লীংদা হায়দোকপা ওমত্রবা চৈনা অমা কাওরকই। মক্কম খওত্রক্তুনা মাগী মনাক্তা চওশিল্লক্লে হায়রকই—

"ইতাও ঐবু রারোগনু; ঐহাক নংবু পুগে ইমাগী নাক্তা, অনা লাইকম্ররুসি;"

লুথৌদি ওন-থোইনা খাওলমবদগী মশা তুকথরক্লে। মহাকস্থ মপুক্লিংদা কন্নিগীদমক পারিবু মানা শাওরুবগে খল্লকই।

পারিনা কান্নররোই হায়ত্তুনা মাগী মরা অমুক লায়মদনা লুথৌবু পোখংলে, থৌবুম খুল ওন্দুনা থুনা য়াংনা লাকলে। অস্থম চওশিল্লক্তুনা মাওদা থৌবুম তম্পাক ফলক্লে। মক্কম অসি য়োরবদা লুথৌনা হায়রকই—

"ঈশিং থরা পীথকউ ইতাও!"

"থকসি ইতাও, ঐহাক ঈশিং থিরুগে নহাক অসিদা পোথারম্মু।"

পারি লুথৌবু থম্লগা মাওদা উরিবা থৌবুম তম্পাক্কী পুক্রি অদোমদা চেল্লক্লে। পাওখোকলা অমদা ঈশিং শোকলে অমুক ওন্না হল্লকক্লে।

"ইতাও ঈশিং পুরক্লে, ঐহাক ইনগে।"

পারিনা ঈশিং ইল্লকই। ঈথৌ লাংবা কোকলবদা লুথৌগী মপাঙ্গল থরদং হাপ্লে। মশাদা য়ৈশিল্লবা খুংলাই অত্তুদি

অহুমক লৈরি। শত্তোক্কে হায়বা য়াখিদ্রে। খৌবুম তম্পাক হেন্দোকখিহুনা খুনগী লম্বী হেক ফংলকপদা মাঙদা খুল্লাকপা অমসুং গাইরেমনং মপা মচানা তুংথা-মাংথা লাকপা উরকলে। পারিনা মখোয়বু উবদা শৌরকই—

পারিগী খোঞ্জেলহু তাবদা খুল্লাকপা অমসুং গাইরেমনং অনীমক মমায় লৈথোরক্লে। মশা পুম্বা ঈনা পুমঙাং ঙাং. লুথৌবু পোত্থনা চেল্লকপা মতৌহু উবদা মায়কৈ অদোমদা মবানীমক চেনশিল্লকই।

"লুথৌ নত্রা?"

"মানি খুল্লাকপা।"

"করম্না থেংনরুই, কনাননো।"

মহাক্না পাওথুম পীত্রিডৈ মমাংদা লুথৌনা য়াম্না রানা খুমকই—

"ঐগী ইরাম্নি।—ইমাগী নাক্তা পুবিয়ু।"

কনা'মতা রা মথা তানখিদ্রে। পারি কান্নররোই নীং-লহুনা খৌবুম খূল তম্নহুনা তকিং তকিং চৎলি। খূল কংলে, মখোয় অহুম্মক লুপলাকপগীরোমদা চঙশিনথ্রে। ময়ুম য়োৗরক্লবদা লুপলাকপী মমানা মচাগী অশোকপহু উবদা খোঞ্জেল থোক্লা কল্লকই। মচানা হায়রকই—

"ঐগী ইরাম্নি, ইতাওনা নত্তে—চলো ইতাও, চংনিংনা ঙাইরম্নগনি।"

পারিনা হায়রকই—

"ইমা, ঐবু রারোগনু ঐনা ইতাওবু শিঙনরুবা নত্তে; ইতাওগী মরাইবক থীবনি, ঐগীসু ইরাইবক থীবনি।"

"ইতাও ! তাসি শৎলোলাও—!"

পারিনা লুথোগী মশাদগী তাহু শৎলে। খুল্লাকপা অমসুং গাইরেমনংদি রা অমফাও ঙাংখিরে। তা শৎখিবগা লোয়ননা লুথো পাঙ্গল শোন্থরকই রা ঙাংবা ঙমখিরে। মমিৎ অনীমক উইশিন্দুনা মমাগী মতম্বাক্তা অরাবহু খাঙলি। লুপলাকপী মমানা মচাবু চেৎনা কোনবিরে, শিগ্রবা মপুরোইববু কৌহুনা তেংথা নাওই কপ্পকই।

খুল পুম্বা শিনথুংনা পারি হল্লক্লে, মাগী মখুত্তা লুথো মথরাই মাঙলে হায়বা পাংনা য়ুমথাংয়েনা শন্দোকক্রে। চৎনিংস্নু পাওহু তাবদা মাগী মরমগীদমক খৌবুম খুন্দা ইরাং থোক্লে হায়না কিবতা নত্তনা পারিগীদমক নুংনাংদবা ঙম্লক্তে। ঙরাংদগী হৌহুনা লুথোনা গাইরেমনংবু শিঙনরৈ তাবদগী মবুংবু খামগে হায়না খৌবুম তম্পাক তান্না চৎলুবনি। লুথো লাক্লে হায়বা খঙলবদা পোথাকম খরা ফংজরম্বনি। ইখঙ খঙহৌদনা পারিগী মখুত্তা লুথো মথরাই মাঙলে হায়ব তারবদা পারিগীদমক নুংশাথিদবা ঙমলক্তে; মহাকপু উনিংবনা অঙাওবী ওইরক্লে।

লেপ্পা হৈত্রবা মতমনা অসুম চঙশিল্লকপনা কোয়োহনবনা রাতোন-উতোন লোমলক্লে। নিংথৌ লৈবাক্কী মচি খুদিংদা ফুইনা হৌরকপা নোংনা মালং খুৎখৎ ইন্দুনা তপ্না তপ্না শন্দোরক্লি। খুল্লাকপা, গাইরেমনং অমসুং পারি রা অমফাও ঙাংনদনা খুল্লাকপগী তান্না লাক্লে। মখোয়না লাকপহু উরগা চৎনিং করিগীনো খঙদে ইকাই নুংশি য়াম্নবঙুম হয়াওজবঙুম অরাংথংবা য়েনখাদা মথন্তা থোকপ্রগা মকম অতুদা তুমিন্না কমলুরি। খুল্লাকপনা হায়রকই—

"পারি! পামহৈবী নমাদি কদাইদা!"

"ইমাদি ঐবু থাদোকপিরমলে।"

"শিগ্রবা ওস্থোকপনি, রাজথবনিদা। মনীং থুংখিজ্রবা?"

"ঐবু পোকপা ইপাসু ঐখোয়গী ভাইবা ওম্লমল্রে—চংখিবনা হাল্লম্লে।"

অসাইমথৈ তুমিন্না তারম্বনি, পামহৈবী লৈখিজ্রে তাবদা চংনিং লৈবা ওমখিদ্রে-; মকম অতুদগী থোকখে।

"নহাক্না অসিদা অমুক লাকপদি করিগীনো?"

"পলেম পন্থো কংগে তাল্লকপান।"

"তমদা কুমলয়োই হায়ব্রা?"

"চৎকনি।"

"অতুদি?"

"থুল্লাকপগী মকমদা করিগুম্বা অমত্তং নীজগে। পীনবিয়বদি ঐগী ইমা কংগনি।"

"হায়মু করিনো?"

"হৌনবা খঙদে হায়গত্রা?"

"হায়মু চিংনগম্ম।"

থুল্লাকপগী মরাথং কংলবা কাওবা চি নদবা ওমখিদে। তঙাইকজবদা ইকাইবা কাওরকই; অকিবা কোল্লকই; হায়রকই—

"লাকপগী অমত্তা ভাইবী চীংলাইবকী শীঙেল তম্ফাচংনিংখোম্বীবু নীজগে লাকপনি।"

"ইপাবু করি হায়মুগে। নহাকথকী চংনিং অভাওবী ওইরবনি. ইপাসু খঙই। নংবু পোকপী নমানদি য়ারমদত্রা চিংনৈ ইপানা।"

"ইমানা ইতিক ইপা নত্তে হায়না হায়জবা ওম্মদবনি।"

"ঐখোয়দি কবুইনি চীংদা তোংবনি; নহাক্কা অতোপ্পনি মৈতৈনি।"

"ঐস্থ নখোযগী নরক্তা নখোয়গী নচাক নরম্না চাওরকপনি।"

পাইরেমনং –"চংনিং মপুক্কা তাবা পারি ꣳথস্তনি। মৈতৈ ওইরবস্থ ওইসগ্র—চংনিংবু মঙোন্দা পীবনা চুমই।"

"ঐগী চংনিংবু মৈতৈ লৈবাক্তা চৎহনখিবা তারব্রা?"

"নিঙোলগী হৌনশানি। মৈতৈ লৈবাক অরাপ্পা নস্তে, য়ুমলোম্নবনি। থাপতোক্লবা য়াদ্রবনি। ইনেম লাকপীনা শিল্রিঙৈদা হায়রমই মৈতৈ নত্তনা চীংগী কনাস্থ লৈতে, মৈতৈগীস্থ ঐখোয় নত্তনা লৈতে।"

পারি খুল্লাকপী শিগ্রে তাবদা মমিত্তা ঈরা চেল্লকই. হংলকই—

"ইনেম লাকপী শিখ্রবা? মাগী অরে'ইবা যাহিপকম কৈদনো?"

'ইবেন হায়রম্বা মতুং ইম্না লুব্রাংলোন খুন্দা ম'গী অরোইবা য়াহিপকম শেমলুরবনি ঐখোয়না।"

পারি তুমিন লৈখ্রে। খুল্লাকপনা অমুক হাযরকই—

"মৈতৈনা চংনিংবু লৎনরমলোইদ্রা?"

"করিগী ঐখোয়বু মী নত্রা?"

পারি—"লৎনগে হায়রবদা ঐবুনি চংনিংবু নস্তে। মৈতৈনা তাংজগদবা য়াম্না লৈরি।"

"করিনিনা?"

"মৈতৈ লৈবাক খুস্তাক্লে। অরাগী মথুত্তা, মীনাই ওইহৌরে। মহু কম্নবগীদমক ময়াং লৈবাক্তা মৈতৈ লাম্নী খোমহৌরি, মৈতৈ লাম্নীতনস্থ থবক অসি পাঙথোকপা ঙমগনি নীংদে। মরম

অসিদগী চীংগী মতেং লৌজরু তাকপিরকই। ঐবু পোকপী ইমানস্থু ইমা লৈবাক্কীদমক অঙম্বা মতেং পাংলকউ তাকপিরম্মী। খুল্লাকপা, য়াম্বা গাইরেমনং অনীনা ঐগী ইতেং পাংবিয়ু।"

"করম্না পাংগদবনো হায়য়ু পারি ?"

"ঐখোয়গা তিন্নহুনা মৈতৈ লৈবাক্কগী অরাববু তাম্মোকপদা, মৈতৈবু শাওরিবা অসোমগী চীংশাংদা তারিবা চীংমীশিংদা মৈতৈবু মুংশিবিনবা হোৎনবদা।"

গাইরেমনংনা হায়রকই,

"করে, শোয়দনক হোৎনগনি কান্নদে খুল্লাকপা পারিগী মথুত্তা চংনিংবু শিন্নরো।"

"ঐগী করিস্থু হায়নিংঙাই লৈতে। নহাকস্থু মবুংনি, নহাক্কস্থু পীবা য়াই। চংনিংগী য়াইকবনা ঐখোয় পুম্নমক্কী য়াইকবনি।"

"পারি মথুত্তা চংনিংবু পীরবনি ওসি মথৌ, ঐহাক লুহোংনবগী থৌরাং তৌরুখিগে।"

গাইরেমনং চৎখ্রে। খুল্লাকপস্থু ইমুংদা চঙখ্রে। পারি মথক্তা ঙায়হৌরে। কোরনা য়েংলুবদা চংনিংবু উবা ফংখিদ্রে। নিঙোলগী মকমদা খুল্লাকপগী পাওহু তাকচনীংবনি। অহুবু কদাইদা।

কৌরৌহনবনা নোংমদোন তেমশিংনরকই। পারি হান্নন খঙলবগুম চংনিংনা পামজবা পুখি লৈকোল অদোমদা চৎখ্রে। চংনিংনা লৈহাও মখোঙদা কম্নবহু উরহুনা নিঙোলগী নাক্তা চঙশিল্লকই, চংনিংস্থু কমলম্বদগী হৌগৎলে! পারিনা হায়রকই—

"করিগীনো নহাক্না ঐবু উরগা তুমিন্না চৎখিবদি ?"

"তুমিন্না চৎপা নত্তে। ঐগী লৈহাও লৈপান্দা নহাক লাক্রে তাক্রে লাকপনি।"

"থুল্লাকপগী ময়াথংদি কংলক্লে। অহুবু ঐনা লাল্লগত্রা খণ্ডম্রে, ঐদি ইরোন ইরান তাক্লবনি, নিঙোল পুক্লীং ওল্লম্নগত্রা।"

"নহাক্কী নাক্তা ৱাইথুংজবা কংগত্রা খঞবনা অম্বপ কুইবা হিংবা ঙমজৱিবনি। পলেম শকপী মহাক্তংগা মখোঙ হাম্বা কংজ-ৱম্লবদি পোকপগী মহৈ য়াল্লমগদৌবনি।"

চংনিং পুংয়ান চানা লেপ্পা ঙমখিদ্রে, মায়থোং লৈদা লুক্লকই। পামহৈবী মমাগী খল্লুবদা মমিত্তা ঈয়া চেল্লকই। চাম্লবী লৈহাও লৈপাম্না পারি চংনিংগী কুম্মৈহু য়েংলগা ম্নংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে, লৈশাং কারবী শীঙেল চরোং অনা থাদবিরক্লে। পারি- চংনিং অনীনা শীঙেল চবোংহু খুনগে লুকথনরকই; অনীমক চঙহুনা লৌখৎপিরে। ঙসিমখৈ চংনিংখোম্বীবু মাগী ওইনা কংজরে খনবদা পারি মমিংতা ম্নংঙাইবগী মপি শিম্বরকই, নিঙোলবু চেংনা কোনবীরে; ম্নরাগী নাপ্পদা শীঙেল চরোং চিনবীরে। থম্বাল মানবী মায়থোংবু পারি থূংনা থাজংপিরকই, মিংস্না অনীমক পিনা পুমথুম থুমলম্লে।

লাইরৈবাক ভানগ্রবী তমুবী— পামহৈবীনা মচাগী কুম্মৈহু উরগা মপুৱোইবগী মকমদা য়েংবিয়ু হায়জরকই। ঙসি মখৈ চীংদা হৌবী লৈরাং লৈপাম্না তমগী তলা উরৈদা তাংজকম কংথ্রে।

